# ইমা লৈবাক

(অহানবা বোলিউম)



এমঃ এসঃ গোলৱালকর

মোইরাংথেম বরাল সিংহ

# ইমা লৈবাক

(অহানবা বোলিউম)

মৈতৈলোন্দা হন্দোকপা —

মোইরাংথেম নরাল সিংহ

বাবুপাড়া ইম্ফাল মণিপুর।



মমল লুপা ১০০ তনি।

ফোঙদোকচবী—

মোইরাংথেম ওংবী সনাহনবী দেবী

বাবুপাড়া, ইম্ফাল মণিপুর।

ফোন নং—২২১৯১৬২




ফোঙ...

তাং ১১।৯।২০০৫ ইং, (শ্রীরাধাষ্টমী)

লাংবন ৮নি পাংবা নোংমাইজিং।

লাইরিক মশীং—১০০০

নমফম— দি ফ্রেণ্ডস ইউনিয়ন প্রেস, বাবুপাড়া ইম্ফাল

# রাহৌদোক

রাষ্ট্রীয় স্বয়ম সেবক সঙ্ঘ ইং ১৯১৫ বিজয়াদশমী নুমিত্তা লিংখৎলি। সঙ্ঘ অসিবু লিংখৎপিরম্বা ডাঃ কেশব বলিরাম হেডগেবার, ইং ১৯৪০ দা লৈখিদে। মহাক্না লৈখিদবসি সঙ্ঘ লিংখৎপা মতুং চহি ১৫ দা উাইরিবা ওইবনা চাউখ্রবা থবক্কী থৌদাংদু শ্রীমাধব সদাশিব গোলৱালকরগী মথক্তা থাঙ্গৎপিরমই অমসুং গুরুজী গোলৱালকরনা সংগঠন অসিগী লূচিংবা ওইনা গুরুজীনা লৈখিদবা ইং ১৯৭৩ মতমদু অদু ফাওবা সর-সংঘ চালক ওইনা থবক পুবিরমই।

হৌজিক লাইরিক মচা অসিনা মরম ওইরগা শ্রীগুরুজীগী হিংলিঙে সঙ্ঘগী থৌ পুরিবে চহি ৩৩ অদুগী মনুংদা ফোংদোক্লম্বা ৱাখল, জাতিগী সমস্যাগা মরী লৈনবা স্পিচ লিশিং কয়া, তাংবল-শকপা, থক্ক-নৈনবা, ৱারী শানবা পুম্নমক অদুদগী লৌশিলহৌবা পাকচাউহনবা ৱাখল্লোন কয়াগী পীকথ্রবা শরুক অমত্তনি। মিংয়েংসি থমহনা মহাক্কী ৱাখল্লোনশিংদু লৌদুনা তোঙানবা বিষয়দা পুনশিন্নবা হোংলে, অদুম ওইনমক বিষয় অমত্তদম্ মসিমদি মপুঙ ফানা শুগাইনা ফোংদোকপা ঙমলে হায়বত্তুদি ঙমদ্রে।

মতুগীসু মথক্তা মহাক্কী স্পিচশিং অদু অংলেনবা হিন্দী লোন্দগী অয়াম্বা ওইরমই। লোল অদুগী শক্তি, রাগাং-রং অমসুং লোল অদুনা পীরিবা পুক্লিং থৌগংনিঙাই ওইবা মুত্তি অদু অতোপ্পা লোলশিংদা মরু ওইনা মীরৈপাক্কী লোলশিংদা হন্দোকপা মতমদা অৱাবা অমা ওই, মরম অদুনা লাইরিক অসিদা থম্লিবা ৱাখল খরসিদি গুরুজীগীনি অদুগা রাহে রাতা, ফোংদোকপা মফোংদোক্কী অৱাংবা অদুদি অইবগীনি। হৌজিক্কী মতমদা জাতিগী ৱাখল্দা মেন তাদবা ফিভম মায়োক্নবকপা মতমদা গুরুজীনা পীরম্বা ৱাখলশিংনা সমুদ্রগী মৈঙান শঙগী মঙাল ওইহনা ঐখোয়বু লমজিংবিরি। হৌজিক ঐখোয়গী লৈবাক্তু থোক্লিবা থুদোংথীবা

থৌদোকশিং অসি বুদ্ধি অমসুং র'খলগী ওইবনা হেল্লি, হকচাংগী অশোন অনাদগী থোরকপা ওইনা উরবসু ঐখোয়গী বোডি-পোলিটিকতা নারিবা অতু মরুদদি —লুচিংবশিংগী বুদ্ধি রাৎপা. রাখল শোনবদগী থোকখিবনা অয়াম্বনি। জাতিগী থৌরমশিংদা শোয়খিবশিংতু অন্নাংবা ফিদমফমগী শকক্ষম লৌতুনা মখোয়গী অশোয়বশিংতু কুপশিন্নবা হোৎনৈ। গুরুজীগী রাখলশিংশি মতম পুম্নমক্তা মুংশি তৈবা, মঙালগী মশক ওইবা, অমম্বা কোকহনবা, জাতিবু অচুম্বা মিংয়েং, অচুম্বা তৌবা লিংজেলগী খমথেংবা রাখল চেনবা লুচিংবনি।

গুরুজী গোলরালকরগী সঙ্ঘগী জাতি শেমগৎপগী মরু ওইবা রাগী মরু, পথাপ নাইবা গৌওং লৌবদা মরৈপাক নীঙবা, থবক ওইবা আই-ডিওলোজিসু অসুম মঙাকপা, মপুঙ ফাবা রাখল চেল্লমই। মহাক্কী মপুঙ ওইবা রাখল্লেনশিং খোমজিন্দুনা ফোংবা অহানবা লাইরিক "বঞ্চ অফ থোঠ" (Bunch of thoughts) ইং ১৯৬৬ কী ফেব্রুরারী থাদা অহানবা ওইনা ফোংখি, তুংদা লাইবিক অসি ভারতকী মরু ওইবা লোল খুদিংমক্তা হন্দোক্লুনা ফোংনখ্রে। লাইরিক অসিগী অচৌবা গুণ হায়বদু জাতিগী ময়ুং-মখেল ওইরিবা লংলাশিংগী লেঙদবা ভেল্যুশিং চেৎনা পুনশিন্দুনা অপাবশিংগী থম্মোয়দা ময়েক লানা পুক্নিংদা পালহনখিবা অসিনি। শম্না হায়রবদা "বঞ্চ অফ থোঠ" থবক্কী অমসুং রাখলগী দর্শননি মসিনা জাতি অসি নোংতৌনা শেমগৎপদা অচৌবা মতেং ওইরগনি।

লাইবিক অসি অহানব পাজরুবদগী শুমজবা মওং অমদা মৈতৈ-লোন্দ. (মণিপুরী) হন্দোক্লুনা পুথোকচগে থল্লুবদগী লাইরিক মচা অসি ইজরুবনি। লাইরিক অসিগী মমিং "ইমা লৈবাক" হান্নবা খোঞ্জরুবগী মরমদি "বঞ্চ অফ থোঠ" কী অনিশুবা শরুক্তা "আরার মাদরল্যাণ্ড" কৌবা অধ্যায় অমা য়াওরমম্বদগী লৌথোকচবনি।

অহৈবা—

# শ্রীগুরুজী-পুন্সিগী শকতম অমা

মাধব সদাশিব গোলৱালকর অপোকপা অপোকপীগী মচা মাপল পোকপগী মনুংদা অমথক্তুং তিংগোবা মচ মুপা অমা ওইনা পিক্লিবৈদা মধু চায়না মুংশিনা মিঙ্গোজখি। মহাক ইং কুমজা ১৯০৬ কী ফেব্রুয়ারী তাং ১৯দা মহারাষ্ট্রগী নাগপুরগী মনাক্তা লৈবা রামটেক হায়না কোবা মফমদা পোকখি। নোংদমুনা তুংদা রাষ্ট্রীয় স্বয়ম সেবক সঙ্ঘগী অনিশুবা সর-সঙ্ঘ চালক ওইরনবা মাবুত্তা কনবিখিবা হায়বতু ওইগ্রে অমসুং জাতিগী খ্বাইদগী পুক্লিং চিংশিন্নফম মীশক অমা হায়বতু ওইনা থোকখ্রে।

মহাক ওক্লিঙ্কাই ওইবা মীশক অমনি, নাগপুরগী "হিসলোপ" কালেজদগী গ্রাডিউয়েট ওইরবা মতুংদা বরানসিগী হিন্দু বিশ্ববিদ্যালয়দগী সাইন্সতা মাষ্টর ডিগ্রী লৌখি, মতমদুদা বিশ্ববিদ্যালয় অদুগী ফাউন্দর ওইরম্বা, হিন্দু লুচিংবা পণ্ডিত মদন মহন মালব্যানা গোলৱালকরবু হিন্দুশিংগী মৰমগীদমক্তা থবক তৌনবা অতমনা থান্দারক্লমই। মতুংদা চহি অনিরোম বিশ্ববিদ্যালয় অদুমক্তদা প্রোফেসার ওইনা থবক তৌরমই। মতম অদুদগী হৌবদুন, মাগী ছাত্রশিংনা "গুরুজী" হায়না কৌনবদগী মতুংদা পুম্নমক্তা গোলৱালকরবু মুংশিনা কৌনবা মিঙ্গো অমা ওইখ্রে। মহাক্তা প্রোফেসার ওইরিঙৈ মতমদা মহাকী ছাত্র ওইরম্বা শ্রীপ্রভাকর বালরাউ ডানিদগী সঙ্ঘদা লাইমিং লৌখি, মহাকসু মতুংদা সঙ্ঘগী কার্য্যবাহ (জেনেরেল সেক্রেটরী) ওইরকখি।

গুরুজী খৃ: ১৯৩৩ দা নাগপুরদা মমা মপাগা লৈমিন্নবা হল্লক্রমই, মফম অদুদা মহাক ডাঃ কেশব বলিরাম হেডগেৱার, সঙ্ঘ হৌদোকপিরম্বা লুচিংবা অদুগী য়োংচাবিগী মতৌগুম্না চিংশিনবগী শক্তিগী মনুংদা তাখিরমই। খোদোক অদু রামকৃষ্ণ অমসুং নরেন্দ্র অনিগী মরক্তা তৌবগুম্না

থোকাখ্রে অমস্তুং গুরুজীসি মপুঙ ফানা হান্নগা পুমখেন খেন্নবা মীওই অমা ওইনা ওস্নোকখ্রে। পুন্সি চুপ্পা য়ুম পাল্লরোই হায়না লেপখ্রে, লো তমলুরে, চহি অনিরোম লো প্রাকটিশ তৌরম্লগা মহাক্কী মতম অমস্তুং থবক তৌবা ওস্বগী শক্তি অহু সঙ্ঘগীদমক্তা পুন্নমক কাখোকখিরমই।

তৌইগুম্বস্তুং মহাক্কী মুংদগী তকশিল্লব্রিবা আধ্যাত্মিক্কী খোরাংবা অহু অসুম কনশিল্লক্রমই অমস্তুং নাগপুরদা লৈব হান্নস্তু মরী লৈনরম্বা রামকৃষ্ণ আশ্রমগা লৈনবা মরী নৌহৌনা হিংগৎলক্রমই। কন্না থম্মোয়দা ইনশিল-লকপা অহুনা থুম্মংখিহুনা, পুন্নমক্তা ওক্রবা মংদা মমা মপা, মরী মতা পুন্নমক থাদোক্লমহুনা রামকৃষ্ণ মঠকী "সরাগচি" আশ্রমদা চৎখিহুনা সন্ন্যাস ধর্ম্ম লৌখি। মহাক মফমহুদা থা খরা লৈরমই, মহুদগী স্বামি বিবেকানন্দগী গুরু ভাই স্বামি অখণ্ডনন্দদা মন্ত্র দিক্ষা তৌহুনা লাইমিং লৌখি। তৌহগুম্বস্তুং গুরুজীদি আশ্রমগী ফকলাং মরিনা কোইশনবা য়ুমদা ফাজিন্দুনা লৈবা অহু হৈনরমদে। মহাক্কী গুরুজীস্তু মতৌ অহুগুম্বা তৌখিরমই, আশ্রমগী মপান্দা মীওইশিংগী সমাজবু সেবা তৌরুনবা গোলবালকরদা য়াথং পীরমই।

গুরুজী গোলবালকব সরাগচিদগী খৃঃ ১৯৩৭ তা নাগপুরদা হল্লক্রমই অমস্তুং চহিহুদগী গুরুজী থরাই হকচং য়াওনা সঙ্ঘগী থবক্তা লুপশিন-খিরমই। ডাঃ হেডগেবারনা মতৌন্দা থবক্কী কোকখোং অহু থাঙ্গৎপিরমই সঙ্ঘগী সর-সঙ্ঘ চালক ওইনা মহাক্না লৈখিদবা জুন, ১৯৭৩ ইং ফাওবা শিন্থা অহু পাঙথোক্লমই।

গুরুজী খৃঃ ১৯৪০ দগী ১৯৭৩ ফাওবা চহি ৩৩ চুপ্পা সঙ্ঘগী লমজিংবা অমদি দার্শনিক ওইরমই। মহাক্না চোকথবা নাইদনা ভারতকী মফম খুদিং শিনথুংনা কোয়রমই, চহি খুদিংগী য়ামন্দ্রবদা অনিরক প্রোবিন্স খুদিং য়োরমই, মতৌ অস্নুন্না ভারতকী মফম খুদিংমক্তা য়ামন্দ্রবদা হুম্ফুরক কোয়খি হায়। মসিগুম্বা রেকোর্ড অসি মী অমগী পুন্সিদা অংাংবনি।

গুরুজীনা আসাম অমসুং কেরালানচিংবা মফম য়াওনা সঙ্ঘগী থবক থানা অসি অঙকপা মওংদা থুনা চাউখৎহল্লকখি। মহাক্কী খঙহৈবনা মরম ওইদুনা হিন্দু রাষ্ট্রগী কনসেপ্ট অসি ইতিহাসকী, সমাজগী ওইবা হৌরকফম অমসুং লম লমগী ওইবা মওংদা মী-শিংনা যানগদবা মওংদা শন্দোক্লমই, মহাক্না ঈহৌ অসিগী হিনাও শাবা ওইনা হিন্দুশিং নোংহৌনা হৌগৎলক্কবা অচৌবা দায়ী লৌখি। আরঃ এসঃ এস. না য়ুম্ফম ওইদুনা হৌরক্লিবা হিন্দুগী ঈহৌ অসি উহৌ-তাহৌব জ্ঞানদা য়ুম্ফম ওইবা য়াগলনি, মতৌ অসুম্না মহাক্না সঙ্ঘগী আইডিওলোজিকেল ব্যাস শাকথোক চাউথোকহনখি অমসুং মপাঙ্গল কলহনখি, খুঙ্গংগী ইচম চম্বা মী-শিং সহরগী র্‌াখল চেনবা মী-শিংদা চপ মান্ননা ভাব তাব ঙমহনখি। মহাক্না সঙ্ঘগী শাখাশিং লিংখৎতুনা পুঙ অমগী সঙ্ঘগী টেকনিক য়েৎনদনা চংনহনখি। থবক্তা অমদি রাহৈদা মহাক্না সঙ্ঘগী পথাপ নাইনা মথং মনাও ওইবা মওং অদু মপুঙ ফাহনখি, থবক মচা মচা কয়াদা চপ চাবা অফবা সংস্কারবী র্‌াখল হাপ্পুনা সঙ্ঘবু "মেন মেকিং", মী শেম্বগী ফিরমুফম ওইবা থুংলাই অমা ওইহনখি।

শাখাগী নটবার্ক কয়াগী মথক্তা মহাক্কী পুক্নিং থৌগৎনিঙাই ওইবা লুচিংবগী মথাদা সঙ্ঘনা লৌশিনবা তোঙান তোঙানবা সংগঠন কয়া অমসু লিংখৎখি, মখোযশিং অদুগী মধ্যদ বিদ্যার্থি পরিষদ, ভারতীয় মজদুর সঙ্ঘ, বিশ্ব হিন্দু পরিষদ, ভারতীয় বনবাসি কল্যান আশ্রমনচিংবা অসি মরু ওইনা পনবা য়াই। সংগঠন মযাম অসিগী থবক হেনিন্নবশিং অদু সঙ্ঘগী আইডিওলোজি অমসুং ওর্গ্যানিজেশনগী হেশিংবশিংদু মপুক্লংদা হানজিনখিরমই অমসুং মদু মখোয়না পাম্বা লম্বী কয়ামরুমদা শিজিন্নরমই। পুম্নমক্নিদা গুরুজী হৌরকফম শকওং অমসুং লমজি লমতাকপা ওইখি।

ভারত পুম্নমক্কী সাধারণ মীয়াম অমসুং সমাজগী মরু ওইবা মী-শিং মহাক্না মতম লৈবা শিবিক্তা শম্মদুনা লাকপনা জাতিগী মিহুল চপ চাবা

খঙ্গশমই. থৌদোক কয়ামুক্তা হান্না উত্নুনা সমাজ অমসুং শাসন পায়রিবশিংদা মাওজোননা চেকশিন্নবা হায়রমই। শতাব্দীগী অনিশুবা চহি য়াঙ্খেগী অহোবা শরুক্তা লোলনা য়ুম্ফম ওইরগা ষ্টেটশিং অমুক নৌহৌনা শেমদোকুবা "ষ্টেটস রিওর্গ্যানিজেশন কমিশন", মী অহুম্না শাবা কমিশন অমা শেম্বা মতমদা গুরুজীনা মথন্তুগী ওইবা খোঞ্জেলদা ইউনিটরি ফোর্ম অফ গর্বনমেন্ট শেম্নবা রাফম হৌদোকখি; মহাক্কী মহুত্তনা পোকপদা ভাইরিবা রিপব্লিক অসি মপাঙ্গল কলহনবা অমসুং মরা চেৎপা ওইগনি হায়না র খন্দা ফাওরমই। চহি কয়াগী মতুংদা চাংয়েং অদু থুদোং থীবা অমা ওইরকখি হায়বা খঙনরকখি। অরাং-নোংপোক থংবা রাজ্যশিংদা ফিজমদু হশেংনা উরকখি। মতম অদুদা হায়রিবা রাজ্যশিং অদুদা খৃষ্টান মিশন্যারিশিংনা তৌরকপা মপুক ফত্তবা থৌওংশিং অদু খঙননবা মরী লৈনবা শক্তিশিংনগী চেকশিন্নবা পাউতাক পীরমই। তৌইগুম্বসুং মহাক্কী পাউতাক অদু কনা অমত্তনা থৌশানা তাখিদে, মতুগী ফল ওইনা দেশ অসিদা হায়রিবা লমদম অসিদা থেংনরিবা থুদোং থীবশিং অসিনি। শতাব্দীগী অরোইব চহি য়াঙ্খেগী ময়াই চল্লকপা অতুরাইদা এখোয়গী রাজনীতি হৈবশিংনা "হিন্দী চিনি ভাই ভাই" হায়না লাউত্নুনা, শাগোনলেঙ্গোন্নখিবা, ফজবা রাহৈ রাং কয়া ভাংনখিবা মতমদা গুরুজীনা মীয়াম খঙনা "রাহৈ খান্দা নিংখিবনা অপঙবা শেম্বা য়াপন্নু নশাগী ভুমখৈ নিংথিজন। ভাক্কবা জৈ" হায়না পাউতাক পীখি। মহাক্কা তুংদা থোরক্কদবা থৌওং মাওজোননা উখিবগুম তৌই অমসু চেকশিন্নবা হায়খিবনি। চিনানা ভারতকী ভুমখৈদা লোম্না লানশিল্লকপা ফত্তবা অনীভবা অপান্বা অদু মহাক্কা তশেংনা উখি. অতুনা থাঙ্গৈশেংনমক মতম অদুগী চিনাগী ফত্তথৌরাং অদু থেংনবা ভুম্নবা চেকশিন-রাহৈদু পীরম্বনি। ভাহৈ রাংমদগী লান্দাশিল্লকপা অতুনা গুরুজীনা মাওজোননা চেকশিন-রাহৈ পীখিবা অদুগী অচুম্বা প্রমান ওইখি। অমুক হন্না খৃঃ ১৯৬০ গী সাধারণ মীকোক থীবদা, অহানবা ওইনা গুরুমুখি ময়েক্তা ইবা পঞ্জাবী লোলনা পঞ্জাবকী

অমত্তা ওইবা মমারোল ওইহন্নবা পাউত্তাক পীখি, অদুগা শিখশিংনা মখোয় মশামক ন্যাশন্যাল রিজিষ্টার অদুদা "হিন্দু" হায়না মিং চনগদবনি হায়নসু খঙহনখি। গুরুজীগী অদুগুম্বা পাউতাক অদু ইল্লম্নবদি তুংদা পঞ্জাব মৈথক্কী খাওজাও ওইহল্লমলোইদবনি।

মতৌ অসুম্না দেশকী য়াইফনবগীদমক অরেপ্পা ওইনা লোৎপবা শিবেপশিং'গী ফলনা মহাক্না তাকপা লম্বীদা চাউথবা মীয়ামগী সংগঠন অমা লিংখৎপা ঙমখিবনি। সর-সঙ্ঘ চালক অমা ওইনা মহাক্না চহি ৩৩ মনা লৈবাক্কী সেবা তৌরমই, মমৈদা মহাক্না লুচিংবগী থবক অদু শ্রীবালা-সাহেব ডেওরাজ (মধুকর ডাট্টাট্রেয় ডেওরাজ) দা শিন্নরমই। মহাক খৃঃ ১৯৭৩ গী জুনগী তাং ৫ দা অরোইবা স্বর হোন্দুনা সংসার থাদোকখি।

# ইমা লৈবাক

## (১) অচৌবা মিৎয়েং অমা

ভারত ঐখোয়গী শেংলবা ঈরৈপাক্নি, লৈবাকসিগী চাউখোকচনিঙাই ওইবা মতিক-মগুণবু লাইশিংনা অস্নুম্না শৈশক্লমই—

**গায়ন্তি দেবাঃ কিল গীত কানি ধন্যাস্তু য়ে ভারত ভূমি ভাগে।**
**স্বর্গা পবর্গা স্পদ হেতুভুতে ভবন্তি ভূযঃ পুরুষাঃ সুরত্বাতঃ॥**

(স্বর্গ অমসুং অরান-খুভম ফংনবা লম্বী ওইরিবা ভারত কৌবা লৈবাকসিদা পোকচবা মখোয় অদু লাইশিংদগীসু হেন্না য়াইফবনি )

মহাযোগী অরবিন্দনা লৈবাক অসিবু জগৎ অসিগী মমা ওইনা ভশেংনা উৎপিরবা ওইনা উরমই, মাদি জগৎ-মাতানি. আদিশক্তিনি, মহামায়ানি অমসুং মহাদুর্গানি, মহাকপু উজবা ফংহনা ঈরাৎচবা ওমনবা শকফম লৌবিরবনি।

ঐখোয়গী দার্শনিক কবি রবিন্দ্রনাথ ঠাকুরনা লৈবাক অসিবু অসুম্না থাগৎলহনা শৈশকখি—

**দেবি ভুবন মনমোহিনি· · · · · নীলসিন্ধুজল-ধৌত-চরণতলা।**

(পৃথিবীগী পুক্লিং হুনা নিংথিজরবী দেবী······মহাক্কী খোঙয়াশিং অদু সমুদ্রগী শংবান্নরবা ঈশিংনা চামথোক্কুনা থৌগল্লিবী।)

নিংতম্বগী লানফম্দা পুক্লিং থৌগৎপিরম্বা কবি বঙ্কিমচন্দ্রনা লৈবাক অসিবু খুরুমজহনা অমর ওইরবা ইশৈ "বন্দে মাতরম" ইবিরমই, মীওই লিশিং কয়াবু হরাউ হরাউনা ফাঁসিগী শগাইদা কাহনথিবা, ইমা মহাক্কী নিংতম্নবগীদমক্তা।

## ত্বং হি দুর্গা দশপ্রহরণ ধারিণীম্।

(ইমা নহাক্তি খুৎলাই তরা পায়বী বিনাশকারীনি।)

মুনি ঋষি পুম্নমক্কা মাতৃভূমি. ধর্ম্মভূমি, কর্ম্মভূমি অমসুং পুণ্যভূমি-নি হায়না পূজা তৌনরিবা লৈবাক্কি নহাক্তি।

য়াম্না কুইরবা মতমদগী হৌদুনা সুংশিরবা অশেংবা ভারত মাতাগী মমিং অসিনা ঐখোয়গী থম্মোয়বু ঈথক হৌহনবা অমসুং রাংনা ঈরাং-চরকপা লৈবাক্কি। ঐখোয় পুম্নমক্কী ইমানি মাদি, ঐখোয়গী চাউথোক-চনিঙাই ওইরবা ঈরৈপাক্কি।

## ইমা লৈবাক—থাইনগী রাথল

"ভারত" হায়বা মমিং অসিনা খণ্ডনরিবদি মসি ঐখোয়গী ইমানি হায়বসিনি। ঐখোয়গী সংস্কৃতিগী ওইবা চৎনরোলগী মতুং ইন্না মুপী অমবু ব্যবহার তৌনা কৌবা মতমদা মাগী মচাগী মমিং লৌদুনা কৌনৈ। মুপী অমবু মিস্ নত্রগা মিসিজ্ হায়না কৌনবা অসিদি নোংচুপলোমগী মতৌনি। ঐখোয়না হায়নৈ—"রামুগী মমা"। অসুম্না ভারত হায়বা মমিং অসি ঐখোয়গী ইমা লৈবাক্কি। ভরত ঐখোয়গী ইয়াম্বা অহল অমনি, মহাক য়াম্না কুইরবা মতমগী মমাঙদা পোকখি। মহাক পুকচেল চাউবনি, ধর্ম্ম চেনবনি অমসুং লানফম কয়াদা মায় পাকখিবা নিংথৌনি অমসুং হিন্দুগী মুপা ওইবগী লংলবা খুদমনি। মুপী অমনা মচা মুপা অমদগী হেন্না পোক্লবদি মচাশিং অদুগী মমা'দগী হেন্না শকখঙবা মচা অমগী মমিং লৌদুনা মমাবু মিঙ্গৌনৈ। ভরত য়াম্না শকখঙনবা নিংথৌনি. লৈবাক অসি মহাক্কী মমানি হায়না কৌনখিদুনা ভারত হিন্দু পুম্নমক্কী মমা ওইখি।

মী থর লৈ, মখোয়না হায় মহুদি—হিন্দুশিংদি মমা লৈবাক কন্নিনো হায়বা খঙলমদে, মখোয় তোথাই তানরমই অমসুং মখোয় মশেল লাল তৌনহুনবা লৈরমই। মরৈপাক নিংবা হায়বদি- মমা লৈবাক অমত্তবু

মখোয়না ভক্তিগা লোয়নননা নিংবা খঙলমদে। মখোয়না নিংনরম্বা য়াবা ছায়বতবু লৈবাক অসিগী লমদম শরুক খরদা মচেং মচেং ওইনা নিংনরম্বা য়াই, দেশ অসি ঐখোয়না তৌজিক ফংলিবা হিমালয়দগী কন্যাকুমারী ফাওবা শন্দোক্লিবা অপুম্বা অমত্তা ওইবা লৈবাক অমা ওইনা লৌনরম্লোই, মরু ওইবা লুচিংবশিংনা ফাওবা লৈবাক অসি মহাদেশ অমনি নত্রগা উপ-মহাদেশ অমনি হায়না লাউথোকপা য়াওরিবনি। লৈবাক অসি তোঙান তোঙানবা লমদম, মথল-মথা অয়াম্বা হরা পানি, মথল কয়াগী লৈবাক লৈহাও লৈ। মসি জাতি কয়া পুম্না লৈমিন্নবনি, দেশ অমা কৌবদা মতিক চাদে। মতৌ করম্না অসিগুম্বা অতকপা রাখলশিং অসি জাতিগী রাখন্দা চঙশিল্লক্লিবনো ?

মরৈ মরা চাউবা বৃটিশ মচাশিংনা মখোয়গী সম্রাজ্য অমা শেমগৎপা য়াননবগী রাখন্দা সিগুম্বা মাঙহন তাকহন্নবগী মশক ওইবা রাখল অসি ঐখোয়গী মী-শিংদা শন্দোক্লমহনি, মতুনা মরৈপাক নিংবগী রাখল অমসুং অপুনবা মমা লৈবাক্কী দমক্তা তৌগদবা মথৌনচিংবা অদু মাঙহল্লি। ঐখোয় জাতি অমত্তা কৈদোউঙেদসু ওইরমদে হায়নসু শন্দোক্লমই। ঐখোয়গী হিন্দু জাতি অসি লৈবাক অসিগী মচাশিং নত্তে, মীরৈপাক্তগী চঙলকপা মুসলিম অমসুং বৃটিশশিংগা চপ মান্নে, মখোয়না খর হান্না লাকখি হায়বতনি। য়াম্না লাইবক থীবদি ঐখোয়গী মতৈ-মশিং হৈরবা মী-শিংনা ফাওবা অসিগুম্বা বৃটিশকী লৌ অসি অচুম্বা ওইনা লৌনখি

অশেংবদি অসিনি, লোচুপলোমগী মী-শিংমা শা হাৎলগা, হিংনা চারহদগী শা লৌরগা চাবা তম্লকপা মতম অদুদগী তৌনা ঐখোয় ভারত জাতি অমা ওইহনা লাকই, ভারত ঐখোয়গী ইমা লৈবাক ওইরকই।

## পৃথিব্যা সমুদ্র পর্য্যন্তায়া একরাষ্ট্রঃ।

(সমুদ্রদগী অরাংলোমদা শন্দোকখিবা পাক চাউখ্রবা লমদম অসি জাতি অমণি।)

বেদনা লাউরমই। "অসেতু-হিমাচল" সেতুদগী হিমালয় ফাওবা লমদম অসি কুইরবা মতমদগী হৌজুনা হৌজিক ফাওবদা লেপ্তদবা হাপল ওইরকই। ঐখোয়গী ইপা ইপুশিংনা কুইরবা মতমদা অসুম্না শৈশকখি—

উত্তরে যদ্ সমুদ্রস্য হিমাদ্রে শ্চৈব দক্ষিণম্।
বর্ষ তদ্ ভারতে নাম ভারতী যত্র সংততি॥

(সমুদ্রদগী অৱাংদা লৈবা, হিমালয়দগীনা খা থংবদা লৈবা লম অসি ভারতবর্ষ কৌই, ভারতী হায়রিবশিংসিনা মহাক্কী মচাশিংনি।)

## অচৌবা হিমালয় চীংশাং

হিমালয় চীংশাংগী অচৌবা অমসুং অপিকপা মশাশিংনা অৱাংদা খা-দা, নোংপোক্তা, নোংচুপ্তা; অচৌবা মশাশিংসিনা কোল্লিবা লমদম অসি ভারতনি। হিমালয়গী খা থংবা তম্পাক্কী লমদম অসিতা নত্তে। ধর্ম্মগী অমসুং অতৈ মত কয়া অমা থল্লগা শক্তি লৈবা অশিংবা জাতি অমনা হিমালয়গী চীংদোনশিং অসিবু লৈবাকসিগী অৱাংগী ঙমপৈ ওইহল্লমই। ঐখোয়গী ইপা ইপুশিংনা হিমালয়গী অৱাং থংবা মফমশিংদা তীর্থ মফম কয়া শেমজুনা লমদমশিং অজুবু ঐখোয়গী লাইভ বাউণ্ডবি ওইহল্লম্বনি। টিবেৎ, থাইমা "ত্রিবিশটাপ" কৌরম্বা মফম অসি হৌজিক্তি চিনাগী প্রদেশ অমা ওইত্রে, লমদম অসি লাইশিংগী লৈবাক্তি হায়না লৌনরমই অমসুং কৈলাশ, পুম্নমক্কী মপু ওইবা পরমেশ্বরগী লৈফম্নি হায়না খন্নরমই। মানসরবর, অতোপ্পা তীর্থ মফম অমনি, মসি ঐখোয়গী অশেংবা তুরেলশিং; গঙ্গা, সিন্ধু অমসুং ব্রহ্মপুত্রনচিংবগী হৌরকফম্নি।

ঐখোয়গী জাতিগী অথৌবা কবি ওইনা লৌনরবা কালিদাসনা হিমালয়বু অসুম্না শিংথারমই—

অস্ত্যুত্তরস্যাং দিশি দেবতাত্মা হিমালয়ো নাম নগাধিরাজঃ
পুর্ব্বাপরৌ তোয়নিধি অবগাহ্য স্থিতঃ পৃথিব্যা ইব মানদণ্ডঃ।

(চীং পুন্নমক্কী নিংথৌ ওইরিবা লাইগী মশক ওইরবা হিমালয়না নোংপোক নোংচুপ্তা মহাক্কী পাম্বোমশিং শন্দোক্লি, মালেমগী নাপ-চৈগী মতৌগুম্না লেপলি।)

পোলিটিকেল সাইন্সগী মপানি হায়না লৌনরবা চানক্যনা অস্মা ফোংদোক্লমই—

হিমবত সমুদ্রান্তরং উদীচীনং যোজনসহ অস্ত পরিমাণম্।

(সমুদ্রদগী অরাংদা হিমালয় ফাওবদা লৈবাকসি য়ুথক ১০০০ নি।)

মসিনা তাক্লিবদি কালিদাসনা পীরম্লিবা রাকমগা রাজনীতিজ্ঞ ওইবা চানক্যগা অনিনিনা ঐখোয়গী ইমা লৈবাক অসিগী পাক চাউবগী চানবা অশেংবা ছবি পীরম্লে :

ঐখোয়গী পুরান, ঐখোয়গী মহাকাব্য কয়ানা ঐখোয়গী ইমা লৈবাকসিগী পাক চাউপ্রবা ছবি অমা ঐখোয়দা পীরি। আফগানিস্তান ঐখোয়গী থাইনগী "উপগানিস্তান" নি। মহাভারত্তা লাল পাংখিবা শল্য মফম অদুদগী লাকপনি। হৌজিক কাবুল অমসুং কান্দাহার হায়না খঙনরিবা অসিসু থাইনগী গন্ধার হায়বা মফমতুনি, মতুদগী কৌরবকী চামা পোকপী মমা গন্ধারী হস্তিনাদা ওংলকখিবনি। ঐখোয়না ঙসি ইরান হায়না খঙনরিবা লৈবাকসি থাইনগী মমিংদি "আর্য্যান" নি। লৈবাকসিদা মনাঙদা পাল্লম্বা নিংথৌ বৈজা সাহ "পেহলারি" ইসলামদগী আর্যাগী ভেল্লুনা হেন্না লুনা লৌরম্বা নিংথৌনি। জেন্দ অবেস্তা (Zend Avesta) পার্সিয়ানশিংগী মরু ওইবা ধর্ম্মগী লাইরিক ওইরিবসি অথর্ব্ব বেদ-দগী লৌথোকপনা অম্যাম্বনি। নোংপোকলোমদা অমুক য়েংবদা, বর্মা ঐখোয়গী থাইনগী ব্রহ্মদেশনি। মহাভারত্তা পল্লিবা "ইরাবং" হায়রিবসু হৌজিক্কী "ইরাবদি" ভেলি অসিনি, মহাভারতকী অচৌবা লানফমচুদা শরুক য়াখিবনি। আসাম অসি প্রাগযোতিশপুর হায়না পল্লমই, নুমিংনা অহানবা থোরকপা মফম হায়বনি। খা থংবদা লঙ্কা

য়াম্না নকশিন্নরমই, লৈবাকসিগা করিগুম্বা মরম অমত্তদা খেন্নবা ওইনা লৌনরমদে।

হিমালয়না মাগী পান্থোম অনিনা নোংচুপ্পা আর্য্যান (ইরান) কাওদুনা অদুদগী নোংপোক্কনা স্রিংগাপুর (সিঙ্গাপুর) সমুদ্রদা লুপশিনখ্রিবনি। থা থংবা সমুদ্রদা শ্রীলঙ্কানা থম্বাল লৈনাগী মতৌগুম্না মহাক্কী অশংবা খুয়াদা কংচরি, অম্সুম্না চহি লিশিং কয়া মীওইবগী থম্মোয়দা ঙাম্থোইদুনা লাক্লি। হৌজিক্কী মতমদা হিন্দু অমনা সুতিগী ঈরুজবা মতমদা ভারতকী অশেংবা তুরেলশিংগী মমিং লৌদুনা প্রার্থনা তৌনরি। গঙ্গা, যমুনা, গোদাবরি, সরস্বতি, নর্ম্মাদা, সিন্ধু অমসুং কাবেরি।

গঙ্গে চ যমুনে চৈব গোদাবরি সরস্বতি।
নর্ম্মদে সিন্ধু কাবেরি জলেঽস্মিন্ সন্নিধিং কুরু॥

মসিসু মরৈপাক নিংবগী অতোপ্পা পারা অমনি, মরমদি তুরেলশিং অসিগী ঈশিং মরিক অমত্তনা ঐখোয়গী পাপ পুম্নমক কাকই হায়না থাজদুনা লাকপনি।

ঐখোয়গী সংস্কৃতি অমসুং লমচৎ শাজত্তা মুথৎপা য়াদনা শঙথ্রবা মচুদি শ্রীরামচন্দ্রগী খ্বাইদগী চাউবা মীওই মীশক অদুনি। মহাক্কী ঈংবা, ধর্ম্ম চেনবা, রাখল, জ্ঞান লৈবা মগুণ সমুদ্রগা মান্নবা ঈং-তপ্পা অমসুং চাংদম্নিঙাই লৈতবা ওইরমই. মহাক্কী হনবা নাইদবা থৌনা অমসুং অরাবা খাঙবা ঙম্বগী লিংজেল, জয় তৌবা ঙমদ্রবা মতিক চাউরবা হিমালয়গা প্রমান তৌনরি।

সমুদ্র ইব পরিবেষ্টিতঃ ধ্যায়ন হিমবান্ ইব।

ঐখোয়গী ইমা লৈবাক অসি মায়কৈ অমদা হিমালয়না অদুগা অতোপ্পা মায়কৈ অহুমদা সমুদ্রনা ইকোয় কোয়শিল্লি। ইমা লৈবাক অসিগী মপুঙ কাবা শককম অদু শ্রীরামগী কিদম্নফম ওইবা মীওই অদু ওইনা ঐখোয়দা উহনবিরি। লৈবাকসিবু পূজা তৌনফম ওইবা পোৎশক

অমা ওইনা লম্বী কয়াদা থম্বীরমই। মচেৎ মকায়গী ওইবা রাখল অমত্তা ঐখোয়না খাঙনন্তাই ওইদে।

## অথন্নবা লৈবাক

ভারতকী লমদম পুম্নমক অসি ঐখোয়দদি "তপ-ভুমি" নি হায়না ..। ঐখোয়গী থাইনগী সাহিত্যদা থোইদোকপা থোদোক অমা খোকখ্রে। রাহং অমা লাকই ; করম্বা অশেংবা লৈবাক্তা তপস্যা অমসুং জ্ঞান জপ যজ্ঞনচিংবা পাংথোক্নুনা মতিক চানা কান্নবা ফংগদবা ফিদম্নকম ওইবা মফম অদু করম্বা লৈবাকনো হায়রসিনি। রাহং অসিগী পাউথুম ..ইনা অসুম্না পীরি, লৈবাক অদুদা "কৃষ্ণসরা মৃগ" ফংলবা অদুগুম্বা লৈবাক অদুদা লাই নিংলবদি অশেংবা জ্ঞান, ঈশ্বর ফংগনি হায়বসিনি। জিওলোজিগী ছাত্র অমদা হংবদা হেক্তা হায়রক্কনি মথক্তা পাল্লিবা শক্তি অসি ভারত নত্তনা অতোপ্পা লৈবাক অমদা ফংদে। মসিনা করি উৎলি ? ঐখোয়গী ইপা ইপুশিংনা থাজরমই, পৃথিবী পুম্নসিগী মনুংদা লমপুম্নমক্তগী খ্বাইদগী অশেংবা লম ওইবনা ভারতনা পুম্নগী থবক খজিত্তং তৌবদা মপান নাইদব কান্নবা ফল ফংই। স্বামি বিবেকানন্দনা অসুম্ন হায়রমই মালেমসিদা অসিগুম্বা লৈবাক অমা লৈ, লৈবাক অদু ঈশ্বরগী থৌজাল ফংলবা পুণ্যভূমিনি, লৈবাক অদুদা ঈশ্বরগী লম্বী থিরকপা জীবত্মাশিং অদুনা লৈবাকসি মখোয়গী মযুম ওইরগনি. অদুগুম্বা লৈবাক অদু ভারতসিনি।

ভারত, ঈশ্বর ফংনবগী অথন্নবা লৈবাক্নি। মসি চুম্নগী রাখলদগী খোরকপা নত্তে, প্রমান চপ চাবা ফংদুনা থাজরবা পোৎশক অমনি। চহি থরগী মমাঙদা জর্মন মচা অমগী রারী ঐখোয়গী খবর কাগজশিংদা ফোংখি। জর্মন মচা অদু আধ্যাত্মিক জ্ঞান তানশিন্নবা লৈবাকসিদা লাকখি। মহাক সন্ন্যাস ধর্ম্ম লৌখি অমসুং পুম্নমক থাদোক্লবা অমা ওইনা অকনবা ব্রত কয়া তৌখি। য়াম্না কুইনা ব্রত অসি চথরবা

মতুংদা মহাক ঈশ্বর মশক খঙবা ঙমখিদে। মশা মথন্তা কয়া থিজরবা মতুংদা মহাক্না নোংচুপলোমগী কামগী ইরাংদা তাউগনবা, হন্না নুংশিং অমসুং মহাক্না পোকখিবা লৈবাক, অসিনচিংবা অসিনা মরম ওইহনা মহাক ঈশ্বর ফবদা মথিক চাদবা অমা ওইখ্রে হায়বসি খঙলকখি। মহাক হরদ্বারদা অশেংবা গঙ্গা তীর্থদা মাগী হকচাং অতু কথোক্লমখি। মহাক্না নোট অমদা অস্তুম্না ইহনা থনমই "ঐনা ঐগী হকচাং অসি ইশানা পামজনা থাদোকচরবনি ; ঐনা গঙ্গাদা ঐগী হকচাং কথোকচরিবা অসি মথং মপোক্তা ভারত্তা পোকচহনা অহুগুম্বা অশেংবা হকচাং অহুনা ঈশ্বর ফংবা ঙমজনবনি।"

পৃথিবীগী ধর্ম্ম কাংলুপ অমসুং তোঙান তোঙানবা ধর্ম্মশিং হৌদোকপীরম্বা অথোইবা পুন্সি কয়াগী মরমদা নৈনরুবদা ঐখোয়গী লৈবাক অসি অতৈ লৈবাক্না মান্নদবা তোঙানবা মওং অমা লৈ হায়বসি খঙবা ঙমগে। খৃষ্টান ধর্ম্ম হৌদোক্লম্বা অথোইবা ঋষি জেজস খৃষ্টনা করিগুম্বা মফম অমত্তদা ঈশ্বরগা হকথেংনননা উন্নখিবগী মরী লৈননা পন্নখিবা মতাং অমত্তা লৈখিদে। মহাক্না স্বর্গগী দূতশিং অমসুং শয়তানশিং উন্নখিবগী ব্রানীদি তাবা ফংই। ক্রোসত্তা থাঙ্গৎলগা মতমদা মহাক্না মিকুপ অমত্তা ঈশ্বরগী মপাল নাইদ্রবা অতেং-অথম লৈত্রবা থৌজাল অমসুং ভাকপি-কনবিবা মগুণবু চিংনরক্নুনা পুক্নিং হকচাংদা শাখিনা অরাবা ফংখিবা মতৌ উৎলকখি অমসুং লাউথোরকখি—"হে ঈশ্বর! নহাক্না ঐবু থাদোকপীরিবা করিগীনে?" (My God, Why hast thou forsaken me?)

ইসলামবু হৌদোকপীরম্বা হজরৎ মহম্মদ য়াম্না শক্তি লৈবা মীওই অমা ওইরমই। মহাক্না জাতি মশেল, কাংলুপ মশেল তোঙান তোঙান তানরবা মী-শিংবু অমত্তা ওইনা পূনশিনবা ঙমখি; মখোয়দা সম্রাজ্য অমা শাগৎনবা অকনবা শক্তি অমা শেমগৎনবা রাখল লিংজেল পীরমই। তৌইগুম্বসুং মহাক্না Gabriel থক্তগা উন্নখি অমসুং স্বর্গগী লাইপাউ তাখি। মহাকসু ঈশ্বরগা হকথেংননা উন্নখিদে।

লৈবাকসিদা পোকপা মচা কয়াদি ঈশ্বর উবা ফংখি, মঙাল মশ্রেক্না লোয়নন হকথেংনন। পৃথিবীদা লৈবা অতৈ জাতিশিংনা উমং-রামং অমস্তুং চৌংন্থুংগুম্বা লৈরিঙৈদা বৈদীক ঋষিশিংনা মীওইবা জাতিবু লাই-রৈপাক্কী থৌজাল ফংলবা মচাশিংনি হায়না শীঙথারমই।

শৃন্বন্তু বিশ্ব অমৃতস্য পুত্রা আ য়ে ধামানি দিব্যানি তস্থুঃ।

অমুক্না অকনব থোঙ্জেন লাউরমখি—

বেদাহ মেতং পুরুষং মহান্ত মাদিত্য বর্ণ তমসঃ পরস্তাৎ।
তমেব বিদিত্ব অতিমৃত্যু মেতি নান্যং পন্থা বিদ্যাতেঽয়নায় ॥

(মশীক মঙুন চাউরবা ইবংঙাহু ঐহাক্তি উজরে, অমম্বা পুন্নমক্কী বাংমদা লংনা ঙাম্লদুনা; মহাকপু খঙজরদুনা, মীওইবা অসি পোকপা শিংবগী চক্রদগী নাম্ভোকপা নত্তুনা মীওইবনা মপুঙ ফাবা অরান খুভম ফংবদা লম্বী অতৈ লৈতে

ভারত নত্তনা পৃথিবীগী অতৈ মফমদা খ্বাইদগী অরাংবা থাক্তা মশাবু মশক খঙবা, মশামকপু থাজনা অসিগুম্বা রাফোংসি পীবা কনা অমতনা উদ্রেই; শ্রীকৃষ্ণগা মান্নবা মহাক মশা ঈশ্বরমক্তি হায়বা গুম্বা কনা করম্বা মীদগী ঐখোয়না তাব্রবগে? ভাগবত গীতাদা ঐখোয় মীওইববু আত্মা মশক খঙনবা মহাক মশামক ঈশ্বর অতুমক্তি তাকপীরম্বা অমর ওইরবা রাহৈশিং অস্তু করম্বা মীওইপোকশিংনা ফোংদোকপা ঙমখিবগে?

ঐখোয়গী লৈবাক্কী অসিগুম্বা অমগুম্বা ঙাইরবা মওং অসি থাইনগী চংনবী ঙাক্তদা লৈবা নত্তে। হৌজিক্কী মতমদসু নরেন্দ্র, মতুংদা স্বামি বিবেকানন্দ হায়না খঙনখিবা অদুনা শ্রীরামকৃষ্ণগা ইতিহাসকী ওইবা মওংদা উন্নখিবা অদুনি। নহা ওইরিবা য়াম্না ফগংলক্লিবা কলেজ ছাত্র অমা ওইনা অহানবদা নোংপোক নোংচুপলোমগী দর্শন শাস্ত্রদা থরাই লুপ্পা হৌরকখি। তৌইগুম্সুং মহাক্কী রাহং কয়ামুক্কী পাউখুম্না মাবু পেলহনবা ঙমখিদে মহাক্না মতমদুগী মহৈ মশিং হৈরবা অমসুং ধর্ম্ম

খঙবা মী কয়া উন্নরমই। মখোয়দুনস্তু মাগী অধ্যাত্মিক খোৱাংবা অদু কোকহনবা ঙমখিদে। মহাক্না দক্ষিনেশ্বরগী লাইশঙদা পরমহংস হায়বদি অরান খুভম ফংলবা থরাই অমা লৈ হায়বা খঙখিরমই। মহাক্না রামকৃষ্ণগী মফমদা চৎলমই অমস্তুং মাগী থম্মোইদা মতম কুইনা লোয়-নদুনা লৈরম্বা ৱাহং অদু খঙহং হংখিরমই—"অদোমবু ঈশ্বর উবিরবরা ?" রামকৃষ্ণনা মিকুপ অমা পন্দনা খুমলক্লমই হোয় উরে, ঐনা নহাকপু উরিবা অস্তুম্না মহাকপুস্তু (ঈশ্বরবুস্তু) উই অমস্তুং মখা তানা হায়রক্লমই—অদোমবুস্তু মহাকপু উহনবা ঙমগনি। রামকৃষ্ণনা নরেন্দ্রদা ৱাশকখিবা অদু থুংহনখি।

ঐখোয়না খঙই, নরেন্দ্র হৌজিক কালগী ৱাখলগী শক্তি কন্না লৈবা অৱাংবা থাক্কী বুদ্ধি লৈবা নহা অমা ওইরমই। মহাকপু ভাব তাহন্দনা শুদ্ধংপা য়াবা মীওই মখল অমা ওইরমদে। ঈশ্বরগা হকথেংননা হেক উন্নহন্দ্রিবা ফাওবা মহাকপু ভাব তাহনবা য়ারমদে। অসিনি, লাই ওইরবা মী-শিংনা মীরোল কয়া চথরকপা, লৈবাকসিগী মিংচৎপু ধর্ম্মভুমি, মোক্ষভুমি অমস্তুং ঈশ্বর ফংবা ঙম্বা লৈবাক হায়না ৱাংনা থাঙ্গংলম্লিবদুনি।

অসিগুম্বা শেংবদগী হেন্না শেংলবা লাই ওইরবা লৈবাকসিগী উফুল মরিক অমা ফাওবা ঐখোয়দদি পূজা তৌনফম ওইরিবনি। অসিগুম্বা পূজা তৌনফম ওইরবা ভারত হায়বা লৈবাক খোং খোংপা অসিবুনি, মচেৎ ওইবা করিগুম্বা শরুক অমবু নত্তে। শিববু পূজা তৌজবশিংনা কাশিদগী ৱামেশ্বরম, বিষ্ণুগী তোঙান তোঙানবা মওং অমস্তুং শায়োন-শিংবু লাৎপশিংনা লৈবাকসিগী মফম খুদিং শিস্তুংনা কোয়না চৎলি। অদ্বৈতিশিংনা লৈবাকসিগী কোনা মরিদা লৈরিবা সংক্রাচায্যগী আশ্রম-শিংদা চৎলি। শক্তি পূজা তৌবা শাক্ত অমনা অচৎ-চত্ত থরাই পানবা পান্দবা পোৎ পুন্নমকী মমা ওইরিবী মহাকপু ঈৱাৎচৈ শাক্তশিংগী চাই-থোক্তুনা লৈরিবা তীর্থ মফম য়াঙ্খৈনিথোনি। বেলুচিস্তানগী হিঙ্গুলা, অসামগী কামখ্যা অমস্তুং হিমাচল প্রদেশকী জ্বালামুখি, খা-ৱোমদা

কন্যাকুমারী ফাওবা শন্দোক্লুনা লৈ। মসিনা খণ্ডনবিরদি লৈবাক অসি জগৎ সংসার অসিদা লাই ওইনা উৎপীরবা মহাক্নি।

## লাই ওইরবী ইমা

লৈবাকসিদগী হেন্না শেংবা লমদম অমা অমমুক লৈত্রে। উফুল মরিক খুদিং, মংরাই পানবা পান্দবা খুদিংমক উচুং, নুং, উপাম্বী অমসুং তুরেল মচা মচা কয়া পুম্নমক অসি ঐখোয়দদি অশেংবা ভাক্তুনি। ইমা লৈবাক অসিবু মতম চুপ্পদা লৈবাকসিগী অঙাং খুদিংগী থম্মোয়দা লাইনিং ওইননবা হায়দুনা হৌখ্রবা মতমদা চৎনবী কয়া খোঙং কয়া লিংখৎলমই। মখল মখা অয়াম্বা ধর্ম্মগী পূজা কর্ম্ম পুম্নমক য়াওনা শুগাইনা লীদুনা ভারতকী লমদম পুম্নমক্কী মরমদা শীংথারি।

জম্বুদ্বীপে ভরতদপ ভরতখণ্ডে।

ঐখোয়গী মরু ওইবা ধর্ম্মগী পূজানচিংবা তৌবদা ভূমি পূজানা হান্না চৎলি। অসিগুম্বা চৎনবী অমসু লৈ, হিন্দূশিংনা অয়ুক হৌগৎলকপদা মালেম ইমাদা, নুংথিল চুপ্পা মহাকী মখোংনা লৈবাকথক্তা লেপ্তুনা চংকদৌরিবা অচুগীদমক ভাকপীনবা হায়জদুনা লাইবক কৎলি।

সমুদ্রবসনে দেবি পর্ব্বত স্তন মণ্ডলে।
বিষ্ণুপলি নমস্তুভয়ং পাদস্পার্শ ক্ষমস্ব মে॥

(হে ইমা, সর্বশক্তিমান ওইবা মহাকী কোয়নবী ওইরিবী, সমুদ্রনা মহাকী ফিজোল ওইরিবী, চিংশা নাপোমশিংনা মংগী থবাক্তা লৈতেং-লিবী, ঐগী খোঙসিনা ইমা নঙোন্দা শোক্লে ভাকপীগনি।)

অয়ুক খুদিংগী ইচম-চম্বা থবক অসিদা ঐখোয়গী রাখন্দা ইমা লৈবাকসিদা অৱাংবা থাক্কী ভক্তি অমসুং ভক্তিগী রাথল পোকহল্লি। অসিগুম্বা তম্বীরকপা শাজৎ অসিনা ঐখোয়গী নীতিগী হেংনবা থবক-থানা কয়াদা য়াম্না লুবা প্রভাব কয়া তাহল্লি। অঙাং অমনা লৈবাক্তা

কাউতুনা শান্নবদা মমানা মচাদা হায়—"অঙাং মালেম ইমাদা নখোংনা কাউবা হৌনদে, তৌগনু" ভাব ইতা তাদনা লৈবাক্তা য়োংপী থাজিল্লি, তৌগনু অঙাং, মালেম ইমাদা চৈনাখোল ফাওগনিনে। লৌমী অমনা লৈবাক্তা লাঙ্গোল তাবা হৌদ্রিঙৈদা মালেম ইমাদা ঙাকপীনবা হায়া খুরুমজে। অসিনি ঐখোয়গী চৎনরক্লিবা।

ঐখোয়গী লৈবাক কৈদৌঙৈদসু থরাই পান্দবা লৈবাক ওইরক্তে, অহিংবা লাই ওইরবীনি, খ্বাইদগী অতোনবা, চাউবা মচাশিংগী মমানি।

স্বামি বিবেকানন্দনা ইংলণ্ড থাদোক্তুনা ভারত্তা হল্লক্লমদাইদা আমেরিকা ইংলণ্ডনচিংবা চাউখৎলবা নোংচুপকী লৈবাকশিংদা মতম থর লৈরুরবা তুংদা মাগী মমা লৈবাক ভারতপু করি করম্না খল্লকপগে হায়না হংলুবদা মহাক্না খুম্নকলমই—"ভারত ঐহাক্না হান্নদগীসু নুংশিজরকই, হৌজিক ঐহাক্না ভারত ইমাগী উফুল মরিক খুদিংমক অশেংবনি হায়না খল্লক্লে। ঐঙোন্দদি ইমা লৈবাক অসি তীর্থস্থান অমনি।"

স্বামি বিবেকানন্দ নোংচুপ লৈবাকশিংদা মায় পাক্না কোইকরগা মরৈপাক্তা হল্লকপদা মহাকপু ওক্নবা য়ামগ্রবা মীয়াম্না ঙাইতুনা লৈরমই। স্বামিজীনা জহাজদগী চেক কুমথরক্তুনা খা থংবা তোর্বান্দা খোঙ থারকপা মতমদা মীয়াম্না হরাও তয়াম্না ওকললমই। মীয়ামতু স্বামিজীনা লৈবাক-থক্তা দণ্ডবৎ তৌতুনা খুক্ললদুদা অঙকপগা লোয়ননা য়েংনখি। মতুংদা স্বামিজীনা লৈবাক্তগী উফুল খোমতুনা মশাদা চাইশিংজখি। হংনবদা স্বামিজীনা খুম্নকখি—"ঐগী চং অসি নোংচুপলোনগী মেটিরিয়ালিষ্ট লৈবাকশিংদা মতম কুইনা লৈরুবদগী মোৎখ্রে অতুনা ঐগাক্না লৈবাক অসিগী উফুলদা হকচাংসি শেংদোক্লি।

গুরু রামকৃষ্ণ পরমহংসনা নোংমা, খোঙ-খুৎ হামলুরগা গঙ্গা তুরেন্দা মশা শেংদোক্লম্ব। নুপা অমদা চেকশিলহন্নবা অকনবা পাঙিতাক পীরতুনা হায়খি—"নংগী হকচাংগী অমোৎপা অতুনা লাই ওইরবী গঙ্গা তুরেলবু মোৎহল্লিবা নহাক অসি কয়াদা তোনগ্রবা মীনো।"

অসুম্না লৈবাকসিগী মমা ওইবীগী লেমজনফম মতম কুইনদগী শঙন-ছুনা লাকই. মসিনা লৈবাকসিগী অচৌবা মচাশিংনা জাতি অসিগী তোঙান তোঙানবা মীওইশিংদা রাখল অসি পীরকই।

মতৌ অসুম্না মমা ওইবীগী রাখন্না কেন্দ্র ওইদুনা ঐখোয়গী জাতিগী পুন্সি শাগত্নুনা লাকই। মহাক্কী লৈবাক, মুংশিং অমসুং ঈশিংনা মমা অমা ওইনা ঐখোয়বু য়োকপী-থাকপীরকই, ঐখোয়গী মুংঙাই মাইফবা অমসুং অতৈ হিংননবা পোৎশক পুন্নমক পীবিরি। মপা অমগুম্না, মহাক্না জয় তৌবা ভুম্নরোইদবা অরাংদা হিমালয় চীংশাং, বিন্ধ অরাবলি সহ্যাদ্রী চীংশাংশিং দেশ শীনবা থুংনা মরক মরক্তা চাইথোক্লুনা ঐখোয়গী নিংতম লাল শোরুখিবশিংবু ঙাকপীখিবা অমসুং চঙজফম পীখিবনি। ধর্ম্মভূমি অমসুং মোক্ষভূমি ওইনা ঐখোয়গী আধ্যাত্মিক গুরু অমগী শক্তম লৌরকপনি।

অশেংবনি, ইমা লৈবাক অসি ঐখোয়গী গুরু, মাতা, পিতা ওইবগী অপুনবা শকফম অত্নুনি।

---

# ইমা লৈবাক

## (২) থৌনাফবা ভক্তি চঙই

ঐখোয়গী লৈবাক্তা অথোইবা মতিক-মঙাল লৈরবা কয়ানা হংলমই, "নুঙ, লৈখোম, লৈবাক নত্তনা ঐখোয়না ইমা লৈবাক কৌরিবসিবু করিবুনো ?" মখোয়শিং অদুনা ফাওরমই, বুদ্ধি অমসুং বিচার শক্তি লৈবনা পুন্নমক্কি। মখোয়গী অফ-ফত্ত, বিচার শক্তি শিজিন্নদুনা মখোয়না হায়রিবদি লৈবাক অমা হায়বা অসি লেঙবা ঙমদবা থরাই পান্দবা শন্দোক্নুনা লৈবা লমগী ওমখৈ অমনি। ইনটিলেকচুয়্যালশিংনা পীরিবা মত অসিসু ঙমখৈ নাই মরমদি মীওইবগী হকচাং অসি পোৎচাক্না শাবনি কনাগুম্বা অমগী মমাগী হকচাং অদু অতৈ অতোপ্পা মুপী অমগী হকচাং-গুম্না পোৎচাক্না শাবনি। অদু ওইরবদি কনাগুম্বা অমনা মাগী মমাদু অতোপ্পা অমগী মমাগা করম্না থেন্নন লৌগদৌরিবনো ? মতোন্দা থোইদোক্না ভক্তি থমগদৌরিবা করিগীনো ? ইনটিলেকচুয়্যাল অমনা পাউখুম পীনবা লৈতে।

অতোপ্পা খুদম অমগা লৌথত্তুনা য়েংসি। মীওইবগী হকচাং অসি য়োকথত্তুনা থম্নবা ষ্টার্চ, প্রোটিন, ফ্যাট সল্ট অমসুং য়াটরনচিংবা চঙই অদুগা হায়রিবা চিঙাকী মচলশিং অসি অচঙবা চাংদা মীওইবগী শদোং-দসু লোয়না ফংই। বাইওলোজিগী মতুং ইন্না মী হায়বসি শদোং, ঈ অমসুং শরুনি। অদুনা ঐখোয়না, য়ুমলোন কৈরোন্নবশিংবু চাখোক্ত্রিবা করিগীনো ? কনাগুম্বা অমনা মসি হায়রবদি মহাকপু লাইরিক হৈবা ন্যায় শাস্ত্র হৈবা মী-নি হায়নগনি তৌইগুম্বসুং তশেংনমক সভা ওইবা মীওই অমনি হায়বদি ঙম্লোই। অসিগুম্বা ইনটিলেকচুয়্যালিজম অসিনা গুপ্পগী মী চাবা সভ্যতা অমদা লমজিংই ! রাবন হায়বদু পণ্ডিত

অমা ওইরমই, লোয়ন লোয়ননা মহাক চাউথত্তবা অসভ্য অমা ওইরমই, অদুনা শুপ্পগী বুদ্ধি লৈবনা কান্নদে মীওইবদি পূকচেল চাউবা, লমচৎ কজব', রাখল খনবা ঙম্বা থম্মোয় লৈগদবনি।

## মাদর কন্সেপ্ট করম্না পোক্লকপগে?

মতৌ করম্না "ইমা" গী রাখল অসি "নূঙ অমম্নুং লৈবাক" তগী পোক্লক্কদগে? ঐখো'য়না খঙই, থরাই পানবা জীবশিং অসি অম্নুম ওল্লকই অমম্নুং চাউথংলকই, মখো'য়না মখোয়বু পীজ-পীথক্লিবা য়োক-পীরিবা থরাই পানবা পান্দবা পোৎশিংবু মমা ওইনা খনবা হৌরকই। শুদম ওইনা লৌরবদা হঙোই নত্রগা লিললচিংবা অসি মমাগী রাখল লৈতে। মখোয়না মখোয়গী মচাশিংদা করি থোকপ্রবা হায়বগী থৌশাবসু লৈতে। মমানসু মচানসু মখোয়শিংগী মরক্তা করি মরী লৈনবা হায়বদুসু খঙদে। থরাই পানবা জীবশিং অম্নুম অম্নুম ওল্লকপদা খোম থক্তুনা ছিংবা জীবশিংনা মমানা মচাবু য়োক-থাকই। উচেকশিংনা মরুম য়াম্না চেকশিন্না শেন্নে, পীক্লিবা মচাশিংদু পাইবা তন্থি অমম্নুং কোইপাই পাইবা ঙম্নবা, কন্দ্রিঙৈ ফাওবা ডাক-শেল্লি। মমাগী কান্নবা লৈরক্রুবা মতমদা মখোয় অমগা অমগা লমলানবা ওইরকই। মীওইবা অসি ইভোলুশনগী খ্যাইদগী রাংবা থাক্তা লৈবনা সভ্য ওই অমম্নুং রাখল লৈ। মমাদগী কান্নবা লৌরক্রুবা মতমদা মমাবু মুংশিবা অমম্নুং লুনা তৌবদি অদুম লৈতৌই। অশেংবমক্কি, হকচাংগী ওইনা করিসু কান্নরক্রুবা, মিৎ তাংলবা কমুরবা মতমদা ফাওবা মমাবু ভক্তিগা লোয়ননা সেবা তৌই।

মীওইবগী পুন্সি অম্নুম অম্নুম ওল্লকপগী মতুং ইন্না মমাগী রাখল অসি অম্নুম পাকথোরকই অমম্নুং রাংবা থাঙ্গত্তুনা ফজহল্লকই। মীওইবনা বুদ্ধি শিজিন্নদুনা মাগী অকোয়বদা লৈরিবা পোৎশিংদু অম্নুম য়েংবদা মখোয়দা লমন তোনশিনবগী তৌবিমল উৎনিঙবা পোৎ কয়া থোরকই। মখোয়শিং অদুদা মহাক্না মমা ওইনা য়েংবা হৌরকই। মহাক্না মঙোন্দা

চিঙ্গাক অমসুং হিংনবা ঈশিং পীরিবা তুরেলবু ইমা হায়না কৌবা হৌবকই। মমাগী মখোম থকপা লোইশ্রদুনা মণবীগী শঙ্গোম থক্লকপা মতমদা মণবীবু "ইমা মণবী" হায়না মিঙ্গোনরকই। অদুদগী মহাক অসিগুম্বা মাবু য়োকপীরিবা, কনবিরিবা, মাগী অরোইবা স্বর হোল্লক্লবা মতমদা মাগী মথান্নুংদা চঙজফম পীদুনা কোনশিনবিখিবা মালেম পৃথি অসিবু মহাক্কী পোইদোক হেন্দোকপা মমানি হায়না খল্লকই। মতৌ অসুম্না পোক্লফম লমদমবু ইমানি হায়না লৌনরকপা অসি মীওইবগী অওনবগী থাইদগী লাংবা খুদম্নি।

মেদনা হায়—মাতা ভূমিঃ পুত্রো অহম পৃথিব্যাঃ।

(মালেম লৈম অসি ঐগী ইমানি, ঐহাক মাগী মচানি।)

মমা লৈবাক্তা থম্বা ভক্তি চাউখৎহল্লু।

অসুম্না য়াম্না লংবা অওনবগী রাখল মতুং ইন্না ঐখোয়গী লৈবাকপু ংইমক্তি হায়না শন্না রাখল নিংথিজনা পোকহন্দুনা থম্বা তঙাইফদে। ঐখোয়না মাবু মুংশি হায়বসি করম্না ফোংদোক্কদগে? লম্বী অনি লৈ. অমনা হৈ-লৈ. থাউমৈগা লোয়নবা শক-শোন্দুনা পুজা তৌবা, অসুম্না তৌবসি ধর্ম্মগী মওংদা হৌজিক ফাওবা ঐখোয়গী লৈবাক্তা তৌনরি। মখোয়না দেশকী মফম কয়াদা তীর্থ চংলি, ধর্ম্মগী নিয়ম মতুং ইন্না লাইশোন শোনবা লৈ-শুনচিংবা কতুনা খুরুম্বা, অশেংবা তুরেলশিংদা স্নান তৌবা অসিনচিংবা তৌনৈ। মখোয়না পুন্নমকসি তৌরিবসি ধর্ম্মগী ওইনা কান্নবা ফংগদবা অদু য়েংদুনা তৌই। অসিগুম্বা মথলগী মমা লৈবাক্তা উংপা ভক্তি অলি কয়া থবক পাঙবা মথলগী ভক্তি নত্তে।

অনিশুবা অমনা ইমা লৈবাক মুংশিবগী লম্বী; থবক পাঙবা, শক্তি লৈগদবা মওংগী ভক্তি অসিদি থবক ওইনা জাতিগী ওইবা পুন্সিদা ইমা লৈবাক্কী নিংতম্বা, ইজ্জৎ ঙাক্লবা পুন্নমক থাদোক্লবগী থৌরাং তৌদুনা লৈবগী রাখল চেনবনি। অকনবতনা অচুম্বা ওইবা পৃথিবী অসিদা নুপা

থোকপা থৌদাংতবু শিংথানৈ। অসিগুম্বা মথলগী ভক্তি চেনবা থম্মোয়না মমা লৈবাক্তা ইকাইবা পীববু খাঙতুনা লৈবা ঙমদে। ইমা লৈবাকপু ইকাইবা পীবদা দায়ী ওইবশিং, লান্দারকপশিং অতু হেক তকাথোক্তি-ফাওবা পোত্থাবা লৈতনা চঙশিনগদবনি. অসুম্না তৌবনা দেশপু মাং-থোকপা পাম্বশিং অতুনা মতুংদা অমুক হন্না তৌরক্তনবা ফিভম শেম্না ঙমগনি। হৌখিবা মতমদা ফংখিবা ইকাইবা অমম্বুং ওং-নৈখিবশিংগী পেন্দবা রাখন্না মখোয়গী থম্মোয় চাকহনগনি;

অসিগুম্বা ডাইন্যামিক ওইবা, খুত্তম চনবগী থৌনা য়াওদনা লাই ওইনা মমা লৈবাকপু ঈরাৎপতনা কান্নবা লৈতে, শক্তিতনা পাঙ্গল ওইবা পৃথিবী অসি পাঙ্গল চাংয়েংনফম অ্যারিন্থা অমনি, মসিদা অফবা অমসুং পুকচেল চাউবগী গুণতনা মিকুপ অমত্রুসু মায়পাক্না হিংনা ঙায়রাই, মরম অসিনা হৌখিবা চহি লিশিং অমবোম অসিদা মীরৈপাক্কী লোইলম শন্দোকপশিংনা ইমা লৈবাক অসি খোংপাক্না নেথকুনা নৈহৎলম্লবনি, অতুগুম্বা লান্দারকপা মীরৈপাক মচাশিং অতু অফবা দম্ম অমসুং পুন্সুগী রাখল চেন্দ্রবা ঙাক্ত ওইরমই। নিংথিজনা শেম-শারবা থৌনা ফবগী থবক্তনা ফিভম অতু মাইয়োক্লবা ঙম্নমগদবনি। ঐখোয়গী ইতিহাসনা সাক্ষীনি, ঐখোয়গী মী-শিংনা খুত্তম চনবগী থৌনা, ডাইন্যামিক ওইবা মওংদা চঙশিনবদা য়েক্লবগী শাহিং-ঙাহিং চাবগী সম্রাজ্যশিং অতু মাঙখি।

পুরান্দা লাইগা হিংচাবগা লাল তৌনবগী রারী কয়া য়াওই। শক্তি চেল্লবা লাইশিং ফাওবা নিংথিজনা শেম-শারবা, খৎনবা হৌতুনা লান্দা-গনবা হিংচাবশিংনা মায়থীবা পীবা ঙমই। লাইশিংনা থৌনা ফনা হৌরক্লবা মতমদা হিংচাবশিংবু মায়থীবা পীতুনা লাকশিনবা ঙমই। অতুনা পৃথিবী অসি থবক; থবক তৌহন্নবগী শক্তি অমসুং থৌনা ফবনা শাসন তৌই। থাঙ্গৈশেংবনি, পৃথিবী অসি থৌনা ফবশিংগীনি; মসিতনা পৃথিবী অসিদা মায় পাক্না হিংননবগী দর্শননি।

## ঐথোয় হিংলিবরা ?

হৌজিক মতমদা মৈ-হৌনা থৌনা ফনগা লোয়ননা মমা লৈবাকপু নিংজবা ঐখোয়গী থম্মোয়দা লৈরিবরা ? অদুগুম্বা থৌনা অদু ঐখোয়গী লুচিংবশিং অমসুং মীচম প্রজাদা লৈরম্লবদি ভারত অনি থোক্লা মচেং তাখিরমগদ্রা ? মখোয়দা তাইশিন্নবা য়াদনা থৌনা ফনা মী অমত্তগী মতৌ গুম্না বৃটিশ অমসুং মুসলিমশিংগী লৌতুনবা অদুগী মায়োক্তা মমা লৈবাকপু মচেং তাবদগী কন্নবা মখোয়গী মশাদগী অরোইবা ঈ মরিক তাহন্নবগী শেম-শাবা লৈখিবরা ? ওন্থোকপনি পুন্নমক ওন্ন-তৈনখি, লুচিংবশিংনা মীয়াম্না লুচিংতুনা নিংতম্বগী মনিংদা মথল কয়াগী হরাও-ওয়াম্বগা লোয়ননা সেলেব্রেশন কয়া পাঙথোকপদা মখৌ চিন্নখি।

মী থরনদি হায়—হৌগ্রবদি হোৎগে, কান্নদ্রবা য়াফমনি তু ডাংনরগা করি কান্নগনি ? ভারত, লৈবাক অনি থোক্লা থায়দোকখিবা অদু লেপথ্রবনি। মসিবু করম্না ওইথোকপা য়াগিবানো ? থায়দোক্লবা মমাগী হকচাংবা তুমিং খুদিংদা মচেন্দা য়েংলি। করম্না মচা অমনা পুন্নমকসি কাউথোক্লগা নুংঙাইনা ফমতুনা লৈগদৌরিবনো ? অশেংবা মচা অমনা মমাগী মপুম ওইবা শক্তমতু কাউথোক্তুনা করম্না পোত্থাতুনা লৈথোক-দৌরিবনো ? পার্টিশন অদুনা অচুম্বা লেংদবা ওইরবদি ঐখোয়না মতু হোংদোকপা য়ারোইদবগী মরম করি লৈ ? পৃথিবী অসিদা অরোইবা ওইনা লেপ্পখিবা হায়বা অমত্তা লৈতে। মী ওইবগী ইচ্ছাশক্তিনা লেপ্পখিব কয়া লেপ্পহন্দবা ওম্মি। মীওইবগী ইচ্ছাশক্তি মতাক্লা অচুম্বনি অমসুং অরেম্বনি থল্লবদি কথোকপগা লোয়ননা থৌনানা ইম্পাতকুম্না মথে শঙলকই।

মী থর লৈ মখোয়না ভারত অনি থোক্লা থায়দোকখিবা অদু য়াম্না য়াংনা লৌখি, মখোয়না হায়—হিন্দু, মুসলিম মচিন মনাওনি। ভারত অনি থোক্লা থায়দোকখিবা অদু মচিন মনাও অনিগী মরক্তা সম্পত্তি

য়েন্নবগুম্বনি। অদুগ, অপুনবা সম্পত্তিনি হায়দুনা মমাবু মচেৎ মচেৎ ককথৎলগা যেন্নবা কনা য়াংবগে? কয়াদ হন্দ্রনা লৌখ্রবনো, মমা লৈবাক অসি মখোয়গী ভোগভূমি ওইনা লৌদুনা মখোয়গী মুংডাইবা য়েংদুনা মন্ত্রিক্লবা পোৎশক অমা ওইক্লে। ইমা লৈবাক ধর্ম্মভূমি, কর্ম্মভূমি অমসুং পুণ্যভূমি ওইরে : ইমাগী হকচাং কায়াৎশিংদু তোড়ানবা মচেৎ কয়া শেগাইবদা মখোয়গী লদবা শাক্তৎনা মরম ওইদুনা ঐখোয়গী মরী মতা, বারি সম্বন্ধ, মীওই কোটি কয়াগী থরাইগী পোম্বা পীখিবনি। হৌজিক ফাওবা পার্টিশনগী রাফম লোয়খিবা নত্তে, কাশ্মীর মচেৎ তাগ্রে, নাগালেণ্ড অমসুং অরাং-নেংপোক ডংবৈগী রাজাশিংদা তোথাই তানিং-বগী ঈহৌ কয়া চৎথদুনা লৈরি।

"নাপী মকা অমা হৌদবা লমনি" হায়বা রাথল মওং অদুগী ফংলিবা ফল!

ঐখোয়গী লৈপাকসিদা অতোপ্পা লৈবাক অমনা খৎনবা হৌদুনা লান্দাবা নত্রগা লান্দানবা পমকা তৌরক্লবা মতম ফাওনদা, "ফজে মচু তোকখো" হায়দোকপা ভুম্বা মীওইশিং য়াৎপা নত্তে। চাইনিজশিংনা লান্দারক্লুনা লাদাখ লৌশিনখ্রবা মতমদা: চৎপ্রসন্ন, "নাপী মকা অমা হৌদবা লমনি" হায়দোকপা ওসই! হৌজিক অরুনাচল প্রদেশ হায়না কৌনরিবা হান্না "নেফা" কৌনরম্বা রাজ্য অসিগী মরমদা মতম অমদা প্রোপেগণ্ডা কয়া তৌলখি অম্মুম্বা শন্দোক্লমই—নেফা হায়বা লম অসি লাইনা ফাওবা ভন্দোক্লবা মফমনি, মী তাবদি হায়রুম্ম, মচু পানবা মখল মখাগী লিল কয়া লে। তিনফা কাকফৈনা ঐখোয়গী আর্মি অফি-সারশিংগী মখোনাওদা চঙদুনা মখোয়গী ঈ চুপই হায়বনচিংবা য়া কয়া শন্দোকই। ঐখোয়গী মীয়াম্মু জ্ঞান তাহন্নবা, অফবা অচুম্বা রাথল পীননবগী মরু ওইনা দায়ি লৌরিবা জাতিগী মরু ওইবা পাউ-চেশিংনা ফাওবা মীয়াম্বু অচুম্বা লম্বীদা "নেফা" ঐখোয়গী ভারতকী লমনি হায়বা রাথল পীবা ঙমখিদে।

অতোপ্পা চপ মান্নবা রারী অমসু রাম্ন অফ কটচ-ত্তা থোকখি। য়েক্লবনা লমদমসিদা লান্দাঙক্লবা মতমদা লমদম অসি মীয়াম্না য়ানিংদবা কম্না ফোংদোরক্লবদি লমদম অসি লৌগে হায়রসু লৌথ্রসমু হায়না খনদোকপা মানবা চিংনিঙাই ওইবা মতৌ উংখি। হস্থনা মুম্না খন্দনা অসিগুম্বা পাউ মীয়ামদা শন্দোকখি।

ঐখোয়গী লুচিংবশিংনা, চিনানা ভারত্তা লান্দাক্লুনা স্কোয়র মাইল লিশিং কয়াগী পাক চাউবা লমদম লৌশিনখিবা মতমদা ইরাই লায়না "বোর্ডর কনফ্লিক্ট" নত্রগা বোর্ডর ডিস্পুট-নি হায়খি। অতুগা অসুম্নসু হায়খি—উন্না চহি চুপ্পা কুপশিন্দুনা লৈবা বোর্ডরদা মাইল খরা শোমদা অতুগা মাইল খরা আশোমদা হোংদোক হোংজিল তৌবদি মশানা তাবনি মতুগী মরমদা থোইনা লুনা খন্নরুনিঙাই লৈতে। মসিনা খঙনরিবদি শোমদদি মাইল লিশিং কয়া চংশিল্লকপা অতুগা আশোমদদি মাইল অমগী লম ফাওবা চংশিন্দবা হায়বনি। ঐখোয়না অসুম্না হায়বসু তাখি মতুদি—ফজনা লেপপ্রিবা ঙমখৈ অতুদি খংনরিবা মফমনি। মতম অমদা পণ্ডিত নেহরুনা চিনানা খুতুম চনখ্রবা ভারতকী লমশিংতু ঐখোয়তনা ঐখোয়গীনি হায়না খনবা লমশিংতুনি হায়না ফোংদোকখি।

## মিৎয়েংতু চাকহন্দুনা থমসি।

ওন্থোকপনি, ঐখোয়গী ইমা লৈবাক্কী মপুঙ ফাবা অপূনবা শকফম অতুনা ঐখোয়গী মী-শিংদা মবৈপাক কন্ননবগী হোৎনবা, কংথোকপগী লিংজেল ফুদোকপা হৌজিক ঐখোয়না মফম অমত্তুদা উত্রে। য়াশিন্নবগী রাখল, ইমা লৈবাক্কী শরুক কয়া পীথোক্লগা শান্তি লিংননবা মস্তিক্লখিবা ঐখোয়গী মী-শিংনা কাউনদ্রি। য়েক্লবনা লৌশিনথ্রবা শরুক কয়াগী নিংশিংবা অতু হৌজিক মাঙশিল্লকলে। ঐখোয় কয়ানা ঐখোয়গী অশেংবা লাইফম, কৈলাস অমসুং মানসরোবর চংবা য়াহন্দবগী ইকাইবা ফাওরিবগে? অশেংবা তীর্থ ওইরিবা সিন্ধু তুরেন্দা ঐখোয়না লুপচবগী

তাঙ্গা কংলিব্রা ? ঐখোয়বু হিন্দু নত্রগা হিন্দুস্থান হায়না খণ্ডনখিব্রা অসি তুরেল অসিনা ঐখোয়দা পীবা মমিং নত্তবরা ? হিন্দুগী রাখল্লোন পুম্বগী তুংনকম ওইরম্বা তক্ষশিলা হৌজিক ঐখোয়গী ওইদ্রে। মুলাস্থান (মুলতান), হিংচাবা হিরণ্যকশিপুগী মখুত্তগী মচা প্রহ্লাদবু কন্নবা অকিবগী মশক ওইবা নরসিংহ অবতার তৌখিবা মফমত্থু হৌজিক হিংচা-রাইতম্বশিংগী খুত্থুম মখাদা লৈখ্রে। নিংশিংবা পুন্নমক অসিনা ভসি ঐখোয়গী থম্মোয়বু চাকহনবা ঙম্লিব্রা ?

ঐখোয়না, ঐখোয় ইশামক অমসুং লাকদৌরিবা মীরোল কয়াবু মপান্দগী ওং-নৈবা ফিভম কয়ানা পোৎলুম ওইহন্দুনা দেশকী মফমদা ঐখোয়গী থম্লিবা মিংয়েং অমসুং রাখল অসি মমহনখিনবা হোৎনবা কয়াদগী ভাক-শেন্নবা হোৎনগদবনি। ঐখোয়গী হৌজিক ওইরিবা রাজনীতিগী ভম্থৈ অসি ইমা লৈবাকী মপুঙ ফাবা ভমথৈনি হায়না খনবা অসি থাদোক্কদবনি। মসি ঐখোয়গী নুপা থোকপা থৌদাংদা কয়াদা তোম্থহনগ্রবনো ; কয়াদা ইকাইবা পীখ্রবনো ? পোলিটিকেল বাউণ্ডরি অসি মতমগী মতুং ইন্না রাজনীতিগী চৈফু নত্রগা মচিং-মশোল নাইবা লান্না লাইবক লেপ্পা ফিভমদগী অহোংবা নাই। রাজনীতিনা মরম ওইদুনা ঐখোয়গী ইমা লৈবাকী মাঙখিব্রা লমগী শরুক অসি লৈবাকসিগী শরুক নত্তে হায়না কৈদৌঙৈদসু খল্লোইদবনি।

মীরৈপাক মচা বৃটিশনা ঐখোয়গী লৈবাক পুন্নমক অসি লোই চন্দুনা পাল্লম্বা নত্রা ? মদুগী মমাঙদা লৈবাক অসিগী অয়াম্বা শরুক চহি চা কয়া মুসলিমশিংনা খুত্থুম চন্দুনা শাসন তৌরম্বা নত্রা ? অদুনা হায়রিবা মতমশিং অদুদা লৈবাক অসি ঐখোয়গী শুওই ওইরমদে হায়বা য়াব্রা ? মীরৈপাকী শাসনগী মখাদা লৈরিঙৈদা ঐখোয়না লৈবাক অসি নিংতম্বা ফংননবগীদমক লানকম কয়া শোক্লখিবা নত্রা ? লৈবাক অসিগী লম মচেৎ অমত্তং কন্ননবা হায়দুনা মশিং লাকভমদবা থৌনা ফবা কয়ানা শহীদ ওইখিবা নত্রা? অদুগা ভসি ঐখোয়না মুসলিমশিং ওইরবসু

চাইনিজশিং ওইরবস্থু লান্দাতুনা খোপচিনখিবা লমশিং অতু ঐখোয়গী ওইদ্রবরা ; মখোয়গী ওইগ্রবরা ? মসিনা শুপ্নতগী তাক্লিবদি ঐখোয়গী লাল শোক্লবগী ইচ্ছাশক্তি মাঙখ্রে হায়বনি। ঐখোয়গী মুপা খোকপা খোদাং থাদোকখ্রে, ঐখোয়গী মাম্নখিবা অমস্থুং মীনা লাকচখিবা কয়াবু চাউখোকচনিঙাই ওইবা অমশুম্না শক-শোন্দুনা লৈরে।

পুম্নমক্কী মথক্তা, ঐখোয়না চেকশিনগদবদি জাতিগী ওইবা ইচ্ছা-শক্তি মাঙহল্লক্লিবা অসিনি। লৈবাক্কী নিংতম্বা অমস্থুং দেশকী অপুনবা শক্তম ঙাক্লবগী লাম্হেংনবগী শক্তি অরাবা থাঙবা অমস্থুং কখোকপগী লিংজেল মাঙখ্রগনি। মস্থুগী মতুং তাবদদি দেশকী নিংতম্বা অমস্থুং ইজ্জং মথং মথং মাঙখরক্কনি।

পৃথিবীগী লৈমায়দা জাতি অমা ওইনা মাম্নপাক্লা, নিংতম্না, চাউখৎনা হিংবদা ইমা লৈবাক্কী মফমদা মৈ হৌবা লেংদবা, থবক্তা লোয়নবা ভক্তি চঙই। হিন্দুশিংনা মরু ওইনা মমা লৈবাক্তা অরাংবা থাক্কী ভক্তি উৎপা থায়নদগী ইন্দুনা লাকই। থাইনদগী লৈরক্লবা, হিন্দু খুদিংমক্কী থম্মোয়দা তুমতুনা লৈরিবা মরৈপাক্কী মফমদা থল্লকলিবা ভক্তি অচুনা মৈরি থোক্লা চাকথৎহন্দুনা হৌখিবা মতমদা লৈবাকসিদা লান্দারকখিবশিংবু তুম্না মাঙহনবগা লোয়ননা ভারত মাতাগী অরিবা চৌজিক্কী ঈথিল চঙদ্রিবা মচেং তাদবা ভারত অমগী মঙচু মঙফাওনবা ওইসনু।

---

# ইমা লৈবাকসিগী মচাশিং

নিংশিংবা ঙমগ্রবা মতমদগী হৌদুনা ; চাউথ্রবা, চাউখংলবা হিন্দু কৌবা জাতি অমা লৈবাক অসিগী মচাশিং ওইনা লৈরমই। অদুম ওইনমক মী থরনা "হিন্দু" হায়বা মমিং অসি মীরম মচাশিংনা পঙকুই-কুইদ্রিবৈ মতমদগী কৌনখিবা মমিংনি হায়। মখোয়না হায়বা মতুং ইন্না লৈবাকসিদা লৈরম্বা মচাশিং অদু হিন্দু হায়বা রাষ্ট্রসিগী মহুত্তা "আর্য্য" নত্রগা "ভারতীয়" হায়না কৌরম্বা য়াই।

## হিন্দু হায়বা মমিংসি কমদৌনা ?

"আর্য্য" অসি কুইরবা চাউথোকচনিঙাই ওইবা মমিং অমনি। অদুবু মমিং অসি হৌখিবা চহি লিশিং অমরোমসিগী মমাংদগী শিজিন্ন-খিদ্রে। অদুগীসু মথক্তা হিষ্টোরিকেল রিছার্চকি মমিংদা বৃটিশনা আর্য্যান ড্রাবিডিয়ান কণ্টোবর্সি কৌবা শেমজিন শাজিনবা য়াথোক অমা অরোইবা কুমশিংগী মমুংদা হৌদোরকপদগী ঐখোয়গী মী-শিংগী থম্মোয়দা অকনবা চৈফু পীখি। "আর্য্য" হায়বা মমিং অসি শিজিন্নবদা মথন্তা মায়থীজরে, হিমালয়দগী কন্যাকুমারী ফাওবা শন্দোক্লুনা তাখিবা মীয়াম অসি হৌখিবা অমসুং হৌজিক ওইরিবা মী কাংলুপ অসিগী অপুনবা শকফম অমা ঐখোয়গী মাঙদা পুথোকপা ঙমদ্রে।

"ভারতীয়" হায়বা মমিং অসিসু কুইরবা মতমদগী হৌদুনা ঐখোয়গা লোয়নরকই। ভারত হায়বা মমিং অসি বেদ-দা অমসুং পুরাণশিংদা ঐখোয়গী লৈবাক অসি ভারত হায়না পল্লি অদুগা ঐখোয় লৈবাক অসিদা লৈবা মী-শিংবুনা "ভারতীয়" হায়না থগুনরকই। হৌজিক মতমদসি "ভারতীয়" হায়বা য়াহৈ অসিমকসু অমুক্তা অয়ানবা য়াথল অমদা পুনদ্রে, মসি সাধারণ ওইনা "ইণ্ডিয়ান" হায়বা য়াহৈ অসিগী অর্থ ওইনা লৌনবে,

অদুগা ইণ্ডিয়ান হায়রিবসিনা অমুক লৈবাকসিদা লৈবা মুসলিম, খৃষ্টান, পার্সিনচিংবা কাংলুপ ময়াম্বুস্থ পুন্না কোনশিনথে। অদুনা "ভারতীয়" হায়বা রাহৈ অসিনা ঐখোয়গী তোপ-তোপ্পা হিন্দু সমাজ অসিগী মশক উৎপা মতমদা ঐখোয়বু লান্না লমজিংখিবা য়ানা লৈরে। অদুনা "হিন্দু" হায়বা রাহৈ অসিতনা ঐখোয়না পাম্বা মপুঙ ফাবা মওংদা লৈবাকসিদা মতম কুইনদগী লৈরক্লবা মচাশিংবু খঙনবা মপুঙ ফাবা অচুম্বা অর্থ ফোংদোকপা ঙম্বা রাহৈ ওইগনি।

অমরোমদা "হিন্দু" হায়বা মমিং অসি ইতিহাসকী ওইনা নৌনা হৌদোকপা মমিংনি হায়বসি অচুম্বা নত্তে। অদুগা মীরৈপাক মচাশিংনা ঐখোয়দা পীবা মমিংনি হায়বস্থ অয়ানবনি। পৃথিবীগী খ্বাইদগী হেন্না লিরবা রেকোর্ডশিংদা "সপ্ত সিন্ধু" হায়বা মমিং অসি ফংই, ঋগ বেদ-মক্তদা ঐখোয়গী লৈবাক অসি অমস্থং মসিদা লৈবা মী-শিংবু "সপ্ত সিন্ধু" হায়বা মমিংসি লৌদুনা কোনরমই। সংস্কৃত্তা "স" হায়বসিগী খোম্লোক অসি ঐখোয়গী "প্রাকৃত" লোন্দা "হ" হায়বা খোম্লোক্তা ওনখি। হায়-রিবা অসি ভারতকী লোন্দ-দা নত্তনা ইউরোপকী লোনশিংদস্থ অম্মা তৌই। মমৈদা "সপ্ত সিন্ধু" দগী "হপ্ত হিন্দু" অমস্থং মতুংদা অশম্বদা "হিন্দু" হায়বা রাহৈ অসি চংনরকই। অম্মা হিন্দু হায়বা রাহৈসি লৈবাকসিগী য়াম্না চাউখোকচনিঙাই ওইবা হৌদোরকপা মমিং ওইরকই অমস্থং অতোপ্পশিংনা মতুংদা ঐখোয়গী জাতি অসিবু খঙনবদা মমিং অসি শিজিন্নরকখি।

"বৃহস্পতি আগমন" কৌবা লিরবা লাইরিক্তা হিন্দু হায়বা রাহৈ অসি "হি" হায়বা ময়েকসি হিমালয়দগী লৌরক্লগা "ইন্দু" হায়বা রাহৈ-সিনা "ইন্দু সরবর" (থা থংবদা লৈরিবা মহাসাগর) অনিসি পুনশিল্লগা ইমা লৈবাকসিগী অরাংদগী থা-রোমদা শন্দোক্লিবা লমদমসিবু খঙহল্লি।

"বৃহস্পতি আগমন" দা অস্নুম্না হায়—

হিমালয়ং সমারভ্য যাবদিন্দু সরোবরম্।
তং দেবনির্ম্মিতং দেশং হিন্দুস্থানং প্রচক্ষ্যতে॥

(লাইশিংনা শেম্লম্বা, হিমালয়দগী ইন্দু [খা-থংবা সমুদ্র] ফাওবা শন্দোক্লিবা লৈবাক অসিবু হিন্দুস্থান কৌই।)

"হিন্দু" হায়বা ৱাহৈ অসি ঐখোয়গী ইতিহাসতা হৌখিবা অকোনবা চহি লিশিং অমরোমগী লুরবা তাঞ্জাদা ঐখোয়গা য়াম্না লোয়নরকপা ৱাহৈনি। পৃথিরাজগী মতমদগী হৌরদুনা জাতি অসিবু শেমগৎলম্বা লৈবাক ডাকপশিং, কবিশিং, ইতিহাসকারশিংনা ঐখোয়গী ধর্ম্ম অমসুং মী-শিংবু থঙনবা ৱাহৈনি। ঐখোয়গী থৌনা ফরবা নিংতম্বগী লাম্মীশিং গুরু নানক বিদ্যারণ্য অমসুং শিবাজীনা "হিন্দু স্বরাজ" গী মঙ মঙলমই। হিন্দু হায়বা ৱাহৈ অসিনা মমল য়াম্নবা পুন্সিশিং অদুগী মখোয়না তৌরম্বা থবক, মখোয়গী অপাম্বা পুম্নমক নিংশিংনিঙাই ওইহল্লি। মতৌ অস্নুম্না ৱাহৈ অসিনা খুদক্তা ঐখোয়গী জাতিগী অমত্তা ওইবা, অৱাংবা অমসুং তোপ-তোপ্পা শকফমদু উৎলি।

## ইভোলুসনগী খুদম (ইঙ্গিত)।

ঐখোয় হৌজিক হিন্দুগী পুন্সিদা মিৎয়েং অমা থমসি। মরু ওইনা মপান্দগী য়েংলকপা মতমদা থাজবা (ধর্ম্মগী) কয়া সম্প্রদায়, জাতি, লোন চৎনবী রুহী অমসুং হৈন-শাজৎ কয়ানা মখোয়বু ভকনা থোকহল্লি, মখোয়না হায়—খেন্নবা, মত তিন্নদবা কয়া অমগী মরকসিদা নখোয়না কমদৌনা মসিবু সমাজ অমত্তনি হায়রিবা? পুন্সিগী অমত্তা ওইব হিন্দু কৌবা য়াবা অমত্তা ওইবা লম্বীবু কদায়নো?

ফরে, ৱাহং অসিনা হিন্দুগী পুন্সিদা ইচম-চম্বা মিৎয়েং অমা হনগৎনা থন্নবা তারি। খুদম ওইনা হায়রবদা উ পাম্বী অমা হায়বা অসি মান্নদবা

শরুক কয়ানা পূনশিন্দুনা ওইবনি ; উশা, উনা, মপাল অমস্থুং মহৈ অসিনচিংবা। উগী মউনা উশাদগী খৈন্নে, উশাদা অমুক উনাগা খৈন্নে, অস্থুন্না অমগা অমগা পূমখেন খেন্নবা মপূঙ ওইবা পোৎ অমনি। ঐখোয়না খঙই মতুদি মপান্দা খেন্ননা উন্নিবা পুন্নমক অসি উপাল অমগী তোঙানবা খেন্নবা শকফম অদু ফোংদোকপদনি। মসুংদা চেন্নিবা ঈচেল ওইরিবা, উতুগী তোঙান তোঙানবা শরুকশিং অদু য়োকথংনবা মহি মচুম অতু উতুগী শরুক খুদিং থুংনা চেন্দুনা লৈরিবনি। ঐখোয় হিন্দু সমাজগী পুন্সি অসিস্থু মতুগা চপ মান্নে, চহি লিশিং কয়া অস্থুম অস্থুম ওল্লকপনা তৌজিন্না ফিভম অসি ওইরক্লিবনি। উ অমদা উনাগা মপানগা উহৈগা কায়ননবা তোখাই তাননবগী হৌরকফম অমা ওইদবগুম্না, হিন্দুগী তোপ-তোপ্পা মওংগী সমাজগী পুন্সি অসি মহৈশাগী ওইবা য়াওল মখল অমা ওইতুনা লাকই। তশেংবনি ; প্রকৃতিগী থোশিলগী মথাদা পুন্সিবু অস্থুম্না ওনবা অসি চথতুনা লাক্লি। জীব অসি কুইরবা য়াম্না চাউখৎত্রিভৈগী মতমদা মওং মরিল নাইদবা ; "আমীবা" হায়না কৌবা ফিভম অমদা লৈরমই। মসি "সেল" অমখক্তগী ওইবা অপিকপা জীব অমনি। মসি সেল অমমমগী ওইবা মান্নবা মখলদা ওনি থোরকই। মসি প্রোটোপ্লাজম কৌবা জীব থন্নাম পান্নকপগী অহানবা মওং অমনি অতুগা অমরোমদা "ইভোলুসন" গীস্থু অহানবা থাকনি ; ইভোলুসন নত্রগা জীবগী অওনবা অসিনা অস্থুম অস্থুম চঙশিল্লকপগা লোয়ননা মখল মখা কয়াগী জীবশিং ওনবা হৌরকই। তোঙান তোঙানবা কায়াৎ পান্নক্তুনা মথৌ কয়া তৌবা ঙমহল্লকই। মমৈদা মীওইবগী হকচাং অসি শেম্লক্তুনা মশিং য়ামখ্রবা কায়াৎ কয়ামরুম য়াওবা খুদিংমক্না তোঙান তোঙনবা মথৌ তৌবা ঙম্বা য়াম্না চয়েৎনবা লুরবা মখলগী মেকানিজম অমা ওল্লকই, তৌইগুম্বস্থুং মখোয় পুন্নমক অদু অমগা অমগা পূনশিন্নতুনা পুন্সিগী অপুনবা ঈচেল অমা শেম্লকই। মসি মালেম থকসিদা জীবগী খ্বাইদগী ৱাংবা য়াওল অমনি। অতুনা ঐখোয়না ফংই, তোঙানবা

কায়াৎ নক্রগা খেন্নবা কয়া ওইরকপা অসি মপুড ফাদবা নক্রগা খেন্নবা শাহৌগী খুদম নপ্তে, য়াম্না অরাংবা থাক্কী য়াওলগী ওইরকপা ফিভমনি। কায়াৎ পুম্নমক অতু মপান্দদি খেন্ননা উরবস্থ হকচাংগী য়াইফনবা থবক তৌরি অমসুং হকচাংদু চাউখৎনবা, পাঙ্গল পীননবা অচৌবা মতেং পীরি।

## তোপ-তোপ্পা শকফম

সমাজ অসিস্থ মতৌ অসিগুম্বনি। মপুড ফারবা সমাজ অমদা তোঙানবা থবক থৌদাং পাঙথোক্লবগীদমক্তা তোভান তোঙানবা থবক্কী কাংলুপ কয়ামরুম লৈরকই। ঐথোয়গী থাইনদগী চৎনরোলনা মী কাংলুপ অমগী তৌগদবা মথৌ লেপই অতুগা কাংলুপ অতুগী মীওই অমমং দু অমদি কা লুপ অতুবস্থ লমজিংই, মসি ঐথোয়গী ব্রাথন্না হকচাংগী তোঙান তোঙানবা শরুকশিংনা তৌগদবা মথৌশিং অতু লমতাকপা অতুগুম্বনি। লমাই মীওই অমনা খ্বাইদগী অরাংবা থাক্তা চাউখৎপা তায়বসি সমাজদা মহাক্না পীবা অফবা থৌদাংতনা ফংবা ওমই। মসি খ্বাইদগী ৱাংবা, য়ামনা চয়েৎনবা সমাজগী শেমগৎ-শাগৎলকপগী মওং অমনি। ঐথোয়না পুন্সিদা অসিগুম্বা ফিভমসি ফংননবা তোংনৈ অমসুং চৎনবা য়াবা ফিদম্নফম কয়া ভাকই। অসিগুম্বা ফিভম অসি মপান্দগী য়েংবদদি মথল কয়াগী মচোই মচোইবা অমা ওইনা উই, অতুগা তশেংবদি মসি পৃথিবীগী লৈমায়সিদা খ্বাইদগী হেন্না ৱাংবা সমাজগী অওনবা অমা ওইনা ফোংদোকপনি।

তৌইগুম্বসুং হৌজিক কালগী ব্রাথন্দা পোৎ খুদিংমক মীরৈপাক্কী "ইজম" গী খুথাংদা য়েংবগী হৈনবী য়াম্না লৈ অমসুং মথোয়গী "ইকেলিটি" মান্নবা থাক্কী অহৌবা খোল্লাউ মরক্তা ঐথোয়গী তোপ-তোপ্পা শক্তম লৌশিনবা ঙমদ্রে, ঐথোয়গী পুন্সিগী খেন্নবা মথলশিং, মত মান্নদবশিং হুন্দোকখিদ্রুনা "ক্লাসলেস সোসাইটি" অমা লিংখৎনবা লাউবা হৌরকলে, মসি শুপ্তগী হকচাংগী মথল কয়াগী কায়াৎশিং, হকচাংগী শরুকশিং,

মখোয়গী অককুবা মথৌ তৌবগী দমক্তা "ক্লাস" নি হায়না লৌহুনা হকচাং অসিবু "ক্লাসলেস সোসাইটি" অমা ওইহন্নবা হকচাংগী ইন্দ্রিয় পুন্নমকসি লৌথোকপা ঙাত্রা? ঐখোয়না অসুম্না তৌরবদি মতু ঐখোয়না অঙনবা কৌগদ্রা নত্রগা হাংপা কৌগদ্রা?

সমাজগী তোপ-তোপ্পা শকফম ওইরিবা "ইউনিটি ইন ডাইভর্সিটি" ঐখোয়গী সমাজগী পুন্সিদা লম খুদিংদা ফোংদোকই মসি মগৌশাগী পোৎচাকতদা নত্তে অধ্যাত্মিক্কী ওইবা পোং অতৈদমুনি। মসি মচু কয়াগী মিংশেলনা মাইকৈ খুদিংদা কুপশিল্লবা অঙানবা থাউমৈ অমগা পাঙ্খকনি। থাউমৈ অসি মপাল্লোমদগী য়েংলকপদা, য়েংলকলিবা মাইকৈদু থেন্নবগী মতুং ইন্না তোঙান তোঙানবা মচু অমসুং অকুঙ, অগা থেন্নবা উগনি। অসুম্না মখল কয়াগী ফোংদোরকপা মচুদু, খরনা হায়গনি মসি সমাজ অমা নত্তে নেশন অমসু নত্তে মণ্টিন্যাশন্যাল অমনি।

সমাজগী পুন্সিদা হৌজিক ঐখোয়না নারিবা লাঙনা অসি নিংথিজনা খঙদোকপা ঙম্লবদি অদুগা ঐখোয়না অচুম্বা মওংদা চুমথোকপা ঙম্লবদি ঐখোয়গী সমাজগী পুন্সিদা হায়নিঙাই লৈতনা অফবা ওইরগনি।

## লক্ষ্মীদি য়ামই, পনথুংদি অমত্তনি।

মপানগী মীওইশিংনা হেক উবদা মমিং থকপা তোপ-তোপ্পা চমন্নহল্লিবা লক্ষ্যণ, শৈবা, বৈষ্ণবা, শাক্ত, বৈদীক, বৌদ্ধ, জৈন, শিখ, লিঙ্গায়াৎ, আর্য্যসমাজ অসিনচিংবা ধর্ম্মসম্প্রদায় কয়া হিন্দু সমাজগী মনুংদা উরিবা অসিনি। সম্প্রদায় পুন্নমক অসি ঐখোয়গী ধর্ম্মগী মপানগী শাকথোক চাউথোকপা য়াবা উফম অমনা কোইশিন্দুনা থমলিবনি। ঐখোয়গী ধর্ম্মগী গুরুশিংনা তাকপী-তম্বীরম্বা মতুং ইন্না করম্বা মীওইদা, করম্বা রাখলগী থাক্তা করম্বা লাইনীঙ লাইশোন তম্বীগদগে হায়বতু লেপ-লমই, অদুগা অরোইবদা মচা খায়না অশেংবা অচুম্বা জ্ঞান পীননবা পনথুং

থম্নমই। মপুভ ফাবা অম্মাজ্ঞান অহুবু ব্রহ্ম, আত্মা, শিব, বিষ্ণু, ঈশ্বরা নত্রগা শূন্য নত্রগা মহাশূন্য হায়না তোঙান তোঙানবা মিংথোল পীরমই। মথাগী শ্লোক অসিনা কয়াদা ফজনা হিন্দু ধর্ম্মগী মনুংদা লৈরিবা মথল কয়াগী সম্প্রদায় অমসুং দর্শন শাস্ত্রশিংবু মত তিন্নমা জমত্তা ওইনা কোনশিল্লিবা!

য়ং শৈবাঃ সমুপাসতে শিব ইতি ব্রহ্মেতি বেদান্তিনঃ।
বৌদ্ধ বুদ্ধ ইতি প্রমাণপটবঃ কর্তেতি নৈয়ায়িক ঃ॥
অহনি ত্যুত জৈনশাসনরতাঃ কর্মেতি মীমাংসকাঃ।
সোহয়ং রো বিদধাতু বাংছিতফলং ত্রৈলোক্যনাথো হরিঃ॥

(শৈবশিংনা শিব হায়না নিংনরিবা, বেদান্তিশিংনা ব্রহ্ম, বৌদ্ধশিংনা বুদ্ধ, নৈয়ায়িকাশিংনা কর্তা, জৈনশিংনা অর্হ, মিমাংসকাশিংনা কর্ম হায়না কৌরিবা মরোল অহুম্মকী মপু ওইরিবা হে ইবুংঙো! মহাকনা ঐখোয়গী পুম্নমক্কী অপাম্বশিংদু থুংহনবিয়ু)

শান্ত তুলসীদাসকী পুন্সিদা থোকখিব লাইফাম ওইনা তৌবা রাবী অমা লৈ। মীনুংশিনা শন্ত অসিবু নোংমা কৃষ্ণগী লাইশঙ অমদা পুহনা চংলমই। মখোয়না শন্তদু পুক্নিং থুংনি লোঙদ্রবা রাম ভক্ত অমনি হায়বা চপচানা খঙলম্বনি। ঋষি অহুনা শ্রীকৃষ্ণগী মুর্তি অহুগী মমাংদো চপ য়ুংনা লেঙদনা লেপ্পমই অহুদগী শ্রীকৃষ্ণদা মথাগী অসুম্না প্রার্থনা তৌজরকই।

কাহৈং বরণৌ ছবি আপকী ভলে বিরাজত নাথ।
তুলসী মস্তক তব নবৈ ধনুষ বান লেউ হাথ॥

(নহাক্কী ভাম্মোইরিবা শক্তম অসিবু ঐহাক্না করম্না শিংথারসিগে? ইবুংঙো নহাক্তি, অমুকী মতিক ফজনা লৈতেংলে। অহুম ওইনমক তুলসীনা নথুক্তা লিরুং তেন্দোং পায়রবা মতমদা নকমদা কোক নোঞ্জগনি।)

অসুম্না হায়নৈ—শ্রীকৃষ্ণগী মুর্তি অহুনা থুদক্তা মহাক্না পামজনা খঙবা কোদন্দধারী শ্রীরামগী শকক্ম লৌবিথি। অসুম্না হিন্দু ধর্ম্মদদি মীপুম

খুদিংমক মশানা পামজবা লাইশোন তিনশোল থক্লবগী নিংতম্বা লৈজে। মীপুম খুদিংমক মাগী মাগী ৱাখলগা চানবা মতুং ইম্না লাইনীঙ লাইশোনস্থ লেপচবা য়াই।

তৌইগুম্বসুং লাইনীঙবগী লম্বী খেন্নবনা সমাজদা মচেৎ তাহনবগী ৱাফম লৈতে। পুম্নমক খাইদোকপা য়াদবা সমাজগী শরুকশিং ওইদুনা অপুনবা ধর্ম্ম অমা ওইদুনা সমাজবু পুনশিলহল্লি। মাম্নবা পুন্সিগী দর্শন চপ মাম্নবা পনথুং মসুংগী ওইবা আত্মাগী শক্তিনা মপানগী ওইবা পোৎচাকশিংদগী অহেনবনি হায়বা থাজবা, পুন্সি অসি হন্না হন্না পোকই হায়বসি থাজবা, ব্রহ্মচার্য্য, সত্যানচিংবা পুন্সিগী গুণশিংবু লাইনীঙ ওইবা, অশেংবা সংস্কার তৌবা অসিনচিংবা; শম্না হায়রবদা চপ মাম্নবা পুন্সিগী ঈচেল অমা সমাজ অসিগী হকচাংদা চেল্লি। মীচম প্রজাশিংনা লাই মঙা হায়বদি সুর্য্য, শক্তি, বিষ্ণু, গনপতি অমসুং শিব পুজা তৌজনবা পঞ্চয়তন পুজা তৌবসি শ্রীশঙ্করাচার্য্যনা হৌদোকলমই। তোঙান তোঙানবা লম্বী চৎলবসু ঈশ্বর ফংনবা লম্বীদি অমত্তা ওইনা চংমিন্নবা লম্বী ওাকলমই। ধর্ম্মগী কাংলুপ মশেল ঈমু নাইমু তানদুনা খংন-চৈনবা অমুক্তা খোকখিদ্রি; অসুম্না য়াম্না লুনা চেল্লিবা মসুংগী ঈচেল অসি মখাগী স্তোত্র অসিনা ফজনা তাকলি। ঈশিং পুম্নমক অসিগী সমুদ্র অমখক্তা ওইবগুম্না নহাক মী পুম্নমকী অমত্তা ঙাইবা পনথুংনি মখোয়শিং অতুগী অপাম্বা খেনরবসু, লম্বী কয়াদা চৎনরবসু, চুম্নবু ওইরবসু খোয়নবু ওইরবসু, মসিনা অহেনবনি নত্রগা খেন্নবা লম্বীশিং অতুগী মমুংদা মসিনা অক্ষবনি—বেদ, সঙ্খ্য যোগ, শৈব অমসুং বৈষ্ণব পুম্নমক অমত্তনি।

মসিনি, কুইরবা বৈদীক য়ুগকী মতমদগী হৌজিক মতম ফাওদা মীরোল কয়া লান্না অসুম্না চত্থরকলিবনি। ঐখোয়গী অধ্যাত্মিককী গুরুশিংনা অসিগুম্বা অমত্তা ঙাইবা পুম্নমকপু কোনশিনবা ধর্ম্ম অসি য়োকখত্তুনা লাকই। শ্রীরাম কৃষ্ণ পরম হংসনা অসুম্না তাকপীখি—"ৱাখল ময়াম অমনি,

লম্বীসু য়ামই" থাজব। অমসুং ধর্ম্ম মত অসুক্কী মতিক য়াম্বগী মতুং ইন্না মী-মীগী হৈনবা পুকচেল অমসুং ফিভমসু কোঙ্গায়নি।

ধর্ম্ম কাংলুপ কয়া শেমগৎপা লোয়নননা মখোয়দুগা চানবা দর্শনিক ওইবা ফিভমতা শেমগৎপা অসি য়ামনা কান্নবা মরম অমসু লৈরমই। মখোয়দুনা ঐখোয়গী মী-শিংবু ভাক শেনবা অমসুং অপুনবা শকক্ষম ভাকপদা য়াম্না কান্নে। খুদম ওইনা হায়রবদা শিখ সম্প্রদায় অসি পঞ্জাবতা ইসলাম ধর্ম্ম শন্দোরকপদা থীংননবা পান্থে ওইখি। মমৈদা তরাগুবা শিখ গুরু গোবিন্দ সিংহনা মাগী শিষ্যশিংবু খুৎলাই পায়হনখি অমসুং জাতিবু ভাক-শেনবা কাংবু ওইহনখি। মতৌ অসুম্না খৃষ্টান মিশনারীশিংনা ঐখোয়গী নোংচুপ থংবা তোর্ব্বান্দা খৃষ্টান ধর্ম্ম শন্দোরকপদা শ্রীমাধবচার্য্যনা ভক্তিদা য়ুম্ফম ওইনা ঐখোয়গী ধর্ম্মনা মীরৈপাক্কী ধর্ম্ম শন্দোরকপা থিংবা ভমখি। রামমোহন রায়না বাসা বেম্বরসু সমাজগী মনুংদা অনেম অরাংগী রাখল লৈবা অদু কোকহন্নবা য়াম্না কন্না হোৎনরমই অমসুং মখোয়বু ঈশ্বরদা ভক্তি লৈবা অপুনবা লিচিংনা পুল্লমই।

## সেমিটিক ( Semitic ) ধর্ম্মশিংগী খুদোংথীবা

পুন্নমকপু কোনশিনবা মওংগী ঐখোয়গী ধর্ম্ম অদু হৌজিক্তি মাঙ-শিল্লক্লে। মসি পুন্নমক থোকহনখিবগী মরম য়াম্না লৈ। নোংচুপ লৈবাকশিংগী চংনরিবা য়াম্না খুবা ধর্ম্মগী রাখল অদু ভারত্তা চংননবা পুশিল্লকখিবা। অদুনা মসিগী অচৌবা মরম অমনি। সেমিটিক রিলিজন পুন্নমক্কী মনুংদা জুদাইজম (Judaism) খৃষ্টিয়ানিটি, ইসলামনা লম্বী অমত্তগী ওইবা লাইনীঙশিং মী পুন্নমক্তা চংনহন্নবা লেপথোকখি। হায়রিবা ধর্ম্মশিং অসিনা প্রোফেট অমা ধর্ম্মগী লাইরিক অমা ঈশ্বর অমা নত্তনা অতৈ করিমত্তা য়ারমদে। প্রো-ফেটশিং নত্তনা অতৈ কনা অমত্তনা মীওইবগী আত্মাবু অরান খুভম ফংনবা লম্বী তাকপা ঙমদে। অসুমনা তাকলিবা অসিগী নাতৈ চাদবশিং অদু উননবা অচৌবা রাখল লৈবা জ্ঞানীশিংগী দরকার ওইদে। অদুনা মশা'না

সেমিটিক রিলিজনগী রাখলনা মাগী ধর্ম্ম নত্তুনা অতৈ ধর্ম্মবুস্থ ব্যবহার তৌবা রাখল লৈহনদে অমস্তুং মী-শিংবু ধর্ম্মগী মিংদা তোঙান তোঙানবা কাংলুপ খায়দোকই। অতুনা নোংচুপলোমগী লৈবাকশিংদা অসিগুম্বা ধর্ম্মদা হক-চিনবা শাজৎ অসিদগী মখোয় মশেল খৎনবা য়াম্না থোরকপদগী ধর্ম্ম হায়বসি অমত্তা চংহনগুমসি হায়বা খমথোংবা ফিরেপ লৌরকখি। কম্যুনিষ্ট অমস্তুং সোসিয়েলিষ্ট ফিলোসোফিনা ধর্ম্মগী মায়োক্তা য়াম্না হকচিনবা লালহৌ থোকহল্লকপসি রুশিয়া অমস্তুং অতৈ নোংচুপ লৈবাকশিংদা ওইরকখিবা ফিভমতুনা শাক্কিনি।

ঐখোয়গী লৈবাক্তসু নোংচুপ লৈবাকশিংদা থোকখিবশিং অতুগী ফল লাকই। ধর্ম্মদা য়ুম্ফম ওইরগা খৎনবা, লাল তৌনবা ঐখোয়গী লৈবাক্তা তৌরক্কে হায়বসি মখোয়না কাওথোকই। নোংচুপ লৈবাকশিংগী চাউ-খৎলকপগী মতৌ তমতুনা মখোয়স্থু ধর্ম্ম চত্তুবা অমস্তুং ধর্ম্মবু করেম্নবা হৌরকই। মতুনা মরম ওইতুনা হেন্না ফবা পুন্সিগী ঈথিল পীরিবা ঐখোয় পুম্নমকপু অমত্তা ওইনা মুংশিননা পুনশিল্লিবা লৌচিং অতু কায়হল্লি।

ভসি ঐখোয়গী লৈপাক্তা সিগুম্বা মাঙতাকনিঙাই ওইবা থবক্কী ফল ঐখোয়না উরি। ঐখোয় মশেল হুন্নবগী রারী, য়ুম খুদিংদা ফাগী তারবা থোদোক কয়া ঐখোয়গী লৈবাক্তসু থোকালি। সম্প্রদায় অমনা অতোপ্পা সম্প্রদায় অমবু খুত্নম চনবগী অমস্তুং সমাজবাদ শন্দোরকপগী রারী কয়া ভাংনরি। খুত্নম চনবগী রা ভাংনরবদি অরাং ভারত অসি খা ভারতনা ফিলোসফিকেল ইম্পেরিয়েলিজমদা শাথিনা ওৎপিরে হায়বা য়াই। মরমদি ভারতকী মরু ওইবা দর্শনিক্কী রাখলনা অরাং ভারতকী কাচিন কোয়া থুংনা শন্দোকখিবা অসি খা ভারত্তা পোকপা অচৌবা ধর্ম্মগী গুরুশিংনা হৌ-দোরকখিবা ভাক্তনি। শঙ্কারা অদ্বৈত দর্শনগী চাংদমনিঙাই লৈত্রবা দর্শন শাস্ত্র অসিবু হৌদোক্লম্বা মীশকনি। রামানুজ ভক্তি মার্গগী মঙাল লৈবা মীশকনি। মাধবা, অরাংবা থাক্কী আত্মা অমস্তুং পরমাত্মা অনিগী অশেংবা লম্বী তাকপা দৈত্ববাদিনি অদুগা বল্লভা, জগৎ সংসার অসি ঈশ্বর মশামক্তা

শেম্বা লাইব্রৈপাক্কী মুংঙাইবা ফংবা মফমনি হায়না উরমই : মখোয় পুম্নমক অসি খা-রোমদগী হৌরকপা ঙাক্তনি। অদুনা ভারত পুম্নমক অসি দর্শন শাস্ত্রদা খা-রোমনা মপূঙ্ খুত্থুম চল্লি হায়বদা থোইনা লাল্লরোই। কয়াদা নাতৈ চাখিদ্রবা য়াথল্লো ? ফরে ঐগী কোক অসিনা ঐগী খোঙশিং অসিবু খুত্থম চল্লিব্রা ? হকচাংগী শরুকশিং অসিবু অমনা অমবু খুত্থুম চনবা হায়বা লৈফম থোকপ্রা ? অনিমক হকচাং অমত্তগী শরুক ঙাক্তা নত্রা ?

ভুগোলগী মতুং ইন্না ঐখোয় "অল্বাং" হায়না কৌরিবা শরুক অসি "খা" হায়না কৌরিবা লমদম অসিগা ঐখোয়দদি নুংশিবা চপ মান্নে। গঙ্গা তুরেলসি কাবেরী-দোনা অশেংবা তুরেল অমনি। হিমালয়গী অমরনাথকী শুকংদা উনতনা শেম্বা শিবলিঙ্গ অসি ঐখোয় পুম্নমক্না রামেশ্বরগী লিঙ্গ অসিগা চপ মান্নবা ভক্তি থমই। ধর্ম্ম কাংলুপ, জাতি, লোন অমসুং অনকপা অথাপ্পগী পল কযামরুম লৈদুনসু ঐখোয়গা কুইনদগী শাগোন্নরক্লবা অমনি। অসিগুম্বা অমত্তা ওইনগী ন্যংদা চেল্লিবা ঈচেল অসি ঙসিদি কং-শিল্লকপগুম টরে, আচৌবা উপালগুম্বা ঐখোয়গী ধর্ম্ম অসিগী মথল-মথা অয়াম্বা উশাশিং অসি অমগা অমগা থাপতোক্লরকলে।

অনিশুবদা, ঐখোয় পুম্নমক অমত্তা ওইনা কোনশিল্লিবা ধর্ম্ম "হিন্দু" হায়বা মমিং অসি মিংচৎ পীবদা তাহল্লে। মী-শিংনা মখোয় হিন্দুনি হায়বদ ইকাইজরে। অসুম্না অধ্যাত্মিকী মচু কয়াগী ওইবা মনিমুক্তাশিং অসিবু সনাগী লংজামা লেংলিবা অসি লংজা তত্তুনা তোঙান তোঙান্না তাথ্রগনি, তোঙান তোঙানবা সম্প্রদায় অমসুং ধর্ম্ম-মতশিং মখোয় মখোয়শিং অতুনা পুমহেল হেল্লে হায়না থনবা হৌরকপ্লে অমসুং হিন্দু নত্তে হায়তুনা তোঙান্না চোংথোক্লরকলে।

শিখশিংগী মনুংদগী খরা, জৈনশিং লিঙ্গায়াউ অমসুং আর্য্যসমাজিষ্টশিং মখোয় হিন্দুদগী তোঙাল্লি হায়না লাউথোকপা য়াওরকলে। শকনাইরবা শিখ লুচিংবা খরনা শিখ কাংলুপকী তোঙানবা রাজ্য অমা শেম্নবা দাবী তৌরকলে, পঞ্জাব সুব কৌবা লিঙ্গুইষ্টিক ষ্টেট অমা শেম্নবদা মখোয়গী দাবী

কনশিলহন্নবা পাকিস্তান মুসলিমশিংগী তোঙাম্বা ষ্টেট অমা শেমখিবহ চুমই হায়রকলে। মখোয়না য়াম্না হন্থবা মওংদা পঞ্জাব স্নুব শেম্বদা মুসলিম পঞ্জাবকী মিয়ুংশি অমস্নুং মতেং নিরকলে। ভারত পাকিস্তান খায়দোকপা মতমদা পাকিস্তান মুসলিমশিংগী মথুক্তা ঐখোয় কয়া অম্বাবা নংগ্রবা, তমথিরবা মীওং-মীনৈ মায়োক্নগ্রবা হায়বহ মখোয়না কাউথোকখ্রে। ঐখোয়গী দেশ অমস্নুং ধর্ম্ম অসিবু মাঙহন্নবা অরেপ্পা রাশক লৌগ্রবা য়েক্নবশিং অহুদগী মতেং লৌনি খল্লবা ঐখোয়গী লুচিংবশিংহু কয়াদা লাইবক থীবগী মশক্নো।

শিখশিংগী নামধারী পন্থগী মকোক অহুনা নোংমা হায়খি—হিন্দু ধর্ম্মদা ভক্তি লৈতবা কনাগুম্বা অমত্তুনা শিখ অমা ওইবা য়ারোই। মমা ওইরিবা হিন্দু ধর্ম্ম অমস্নুং হিন্দু সমাজ অসি কন্নবা মখোয়গী হকচাংদগী ঈ শিন্থগ্রবা অচৌবা গুরুশিং অহুগী শিষ্য ওইবস্নু য়ারোই। শ্রীগুরু গোবিন্দ সিংহনা লাউথোকখি—অশেংবা শিখ অমা ওইবা তারবদি, বেদ অমস্নুং ভাগবত গীতাদা থাজবা থমগদবনি অহুগা মখোয়হু রাম অমস্নুং কৃষ্ণবুস্নু লাৎচবা ওইগদবনি। অশেংবা শিখ অমা ওইননবা শ্রীগুরুনা তাকপীরম্বা য়াথৈশিং অসি পুক্নিং অনি সোংদনা থাজগদবনি। গুরুশিং অসিনা থৌনাফবশিং কয়া থোমগত্তুনা হিন্দু সমাজবু কন্নবা "তোৎনখি অমস্নুং মখোয়বু "শিখ" হায়না খঙনখি। শিখ হায়বদি ভক্তি লৈরবা শিষ্যশিং হায়বনি, খালসা হায়রগা লমচৎ ফজবা ধর্ম্ম চেনবা হায়বনি; আকালি হায়বসিনা আকালবু হায়বদি টাইমলেস রিয়েলিটিবু ( Timeless Reality ) লাৎচবা হায়বনি। তশেংবনি; শিখশিংনা হৌজিক মতম ফাওবদা মখোয়গী পুন্সি অসি হিন্দুশিংগা মান্নবা য়াথল অমস্নুং ঈথিল লৈরিবনি। পংকুই কুইদ্রিথৈগী মমাঙদা হিন্দু ইমুং অমগী মচানুপা অমা শিখমমিং কৌবা অসি চৎনরমই। ঐখোয়গী মহুংগী ঈ মরী অসি হৌজিক ফাওবা কায়দনা চথরি। রাজনীতিগী আশানা মরম ওইহুনা তোখাই তানিংবগী হু চেল্লবা য়াথন্দু লৈরমদ্রবদি মখোয়দি হিন্দুইজমগী ভক্তি লৈবা খৌবা, কাবা লাম্নীনি।

## এন্টি হিন্দু ওইবা সরকার।

ঐখোয়গী সমাজগী অমসুং রাজনীতিগী অরাংবা থাক্তা লৈরিবা মীওইশিংনা ইখণ্ড-খণ্ডদনা শিখশিং তোঙান তাবগী রাখল লৌশিল্লি। হিন্দুগা শিখকা অমত্তা ওইনা চান্ন-চিন্নবা লৈমিন্নবা রা ঙাংনবা তাই। শিখকা লেমহৌরিবা অতৈ হিন্দুশিংগা তোঙান্ন' তাবগী অয়াবা পীরবদি কাংলুপশিং অসিগী মরক্তা হেন্না মুংশিনদবা হেল্লক্নি। ঐখোয়গী কনষ্টিটুশনদা মযেক শেংনা ইরি, "হিন্দু" হায়বা রাহৈসিনা কোল্লিবসি শিখ, জৈন অমসুং বৌদ্ধ কাংলুপশিংনি, অদুনা হিন্দু অমসুং শিখ হায়বসি অর্থ থোক্নে, কনষ্টিটুশনগা ওন্ন-তৈনবনি। অসিগুম্বা অরাংবা থাক্কী মীওইশিং অসিনা থম্বকবা তৌদনা ঐখোয়গী সম্বিধানবু ইকাইবা পীবগা মান্নরে।

অদুম্না হরিজন সেবক সঙ্ঘগী চেফোংদা হিন্দু অমসুং হরিজন হায়না তোয়না ইবা থেংনৈ।

থোদোক অমদা জৈন ধর্ম্ম চংপা ইচিল-ইনাওশিং থরনা গোরাল-করদ অম্নম্বা রাহং অমা হংখি মতুদি—জৈন ধর্ম্ম চংপশিং অদু মখোয়গী তোপ-তোপ্পা জৈন অনুশাসন লৈনা লৈনা মখোয় মশামক হিন্দুনি করম্না হায়গদৌরিবনো? গোরালকরনা রাহং অসিমক খণ্ড-হৈরবা জৈন ধর্ম্মগী আচার্য্যদা রাহং অসি থমখি, আচার্য্যনা অম্নুম্না পাউখুম পীরকখি—

বেদশিং অসি মমল য়ামথুরবা গুণ পুম্নমক্তা তিল্লবা জ্ঞানগী পুকৈনি। মসিদা থাজবা পুম্নমক্কী রা য়াওই। থরনা "রজ" গুণনা হেন্না মপুঙ ওইবা মী-শিংদা চুনৈ, অদুগা থরনা "তম" না মরম ওইদুনা মদুগী মতিক চাবা ওই। বেদমাতা-না কনা অমত্তবু শিজিন্নবা য়ারোই হায়দে, অদুগা আধ্যাত্মিকী লম্বীদা মতিক চাদ্রে হায়না খন্দোকপসু লৈতে, মী খুদিংমক্কী মশা মশাগী মহৌশাগী হৈনজবী মতুং ইন্না মাগী লম্বী তাকই, অম্নুম্না মহাক্না অথিংবা য়াওদনা চখ্‌জবা য়াই। বেদমাতা-না য়াম্না স্বাত্তিক ওইজবা পুকচেল চেনবা আত্মাশিং অদুগী লম্বী নিংথিজনা উৎলি। জৈন

ধর্ম্মনা অতুগুম্বা নীতিশিং অতু লৌতুনা মী খুদিংমক স্বাতিক-কী লম্বীদা চিংশিন্নবা হোংনৈ। অশেংবনি, জৈনগী ধর্ম্মগী মত অসিনা হিন্দু সমাজ পুন্নমক হেন্না ফজনা স্বাতিক ওইহন্দুনা আধ্যাত্মিক্কী পনথুং ফংনবা তাল্লি, জৈন সাধু অতুনা মাগী হৈ-শিংলবা পাউতাক অতু অম্মুন্না হায়রগা লোইশিল্লি—"মহাক হিন্দু নত্তে হায়বা ওম্বা কনাগুম্বা অমনা জৈন অমা ওইবা শুওম ওমলোই।"

অথুবা থাজনবা, ধর্ম্মগী কাংলুপ মশেল য়েংগীনবা অসি অম্মুক্কী মতিক য়াম্না থোকপ্রে মতুদি—মথোয়গী অওম তান্নবা অমসুং য়েংনবা অতুনা ফাগী তানবা ফিভম য়ৌশিল্লকই। অতুগা মপানগী মিংয়েংদা ঐখোয়সি করেম্নকম ওইব, য়াওরে। চহি খরগী মমাংদা সম্প্রদায় অমগী শাখা অনিগী মন্নুংদা থংনবা অমা হৌরক্লমই, থংনবগী হৌরকপা রাহৈদি লাইশওগী শামু অমগী মরাইবক্তা "নমাম" হায়দনা ধর্ম্মগী খুদম নম্বদা "V" নত্রগা "U" গী মওংদা নম্বগী মতাংদনি, কাংলুপ অনিতু "V" গী মওংদা নমগনি "U" গী মওংদা নমগনি হায়না থংনবদা বিচার লোইশঙ অমদগী লোইশঙ অমা য়ৌনরে, কাইন-থওদা ইংলণ্ডগী "প্রিবি কাউন্সিল" য়ৌনরে। প্রিবি কাউন্সিলনা ইচম চম্বা মরম অমগীদমক্তা রায় পীয়ু য়াত্রে, মতুদি—মরাইবক্তা "নমাম" থিনগদৌরিবা শামুতু শিথিবা কুইরে।

অসিগুম্বা র'থল লৈভবা থৌওংসি ধর্ম্মগী মিংদা য়াম্না থোকই। মুংঙাইতবদি অসিগুম্বা অঙাওবা থৌওংসি য়াম্না উরবদি মী-শিংদা ধর্ম্ম অতুবু থাজবসু হন্থরকপা য়াই। মসি ধর্ম্ম অসিমক্কী অশোয়বা নত্তে, ধর্ম্মসি চৎলিবা ঐখোয়গীনি। ধর্ম্ম হায়বসি মৈগা মান্ননা লৌবা য়াই, অচৌবা শক্তি অমগী হৌরকফমনি। লৈরংদা চাক থোংনবা মৈ তৌগৎপা য়াই, মসিমক য়ুম অতু চাকথেক্তুনা তুমহনখিবসু য়াই, অদুম্না ধর্ম্ম অসি পাঙ্গল, শক্তি অমসুং অমত্তা ওইবগী লৌচিং পুররুবগী হৌফম ওইহনবা য়াই। থাইনগী মতমদা ধর্ম্মদগী অসিগুম্বা শক্তিসি ফংখি অতুগা হৌজিক্কী মতমদদি মসি মত তিন্নদবা, লিংজেল মান্নদবগী হৌরকফম ওইহল্লে।

হৌজিক্কী সরকারগী পোলিসি মৈদা মৈচাক পীবতমক হেক্কংহল্লি। হৌজিক শাসন প'য়রিবশিংনা হিন্দু হায়বা য়াহৈ অসি লাইগী শাপ অমগুম্মা লৌই। হিন্দু নত্তে হায়বা মী-শিংনা হিন্দু কাংলুপ্তুগী তোখাইনা তারবা নন-হিন্দু মাইনোরিটিনি হায়না উংলগা সরকারগী তোপ-তোপ্পা চান্দবীবা ফংনবা হোৎনৈ। মতুদগী ঐখোয়গী কাংলুপশিংগী মরক্তা অমগা অমগা ক্রক ক্রক য়েংনতুনা, মথুং তিংথোক্তুনা শেন-থুম অমসুং শক্তি ফংননবা মখোয়গী শরুক তাল্লি। অসিগুম্বা মফমসি ফংলবা মতুংদা ঐখোয়গী লুচিংবশিংনা নন-হিন্দু অমসুং এন্টি-হিন্দুশিংদা রাজনীতিগী মফম পী, হিন্দুগী মায়োক্তা লৈননবা পুন্সিং থোগংলি। মখোয়না খল্লি নন-হিন্দু ওইবা মরমদগী মুসলিমশিংদা মখোয়গী ভোতানবা নিংতম্বা লৈবাক অমা পীখিবনি। খৃষ্টানশিংসু মখোয়গী নিংতম্বা নাগালেণ্ড ফংনবা হোৎজং চংশিনবা হৌখ্রে। খৃষ্টান ইন্স্টিট্যুশনশিং আগষ্ট তাং ১৫ দা "ইউনিয়ন জেগ" ফিরান পাইতনবা য়াওরি, ধর্মদা ময়াই কাবা খৃষ্টানগী প্রোপেগণ্ডা চৎখে। লোয়ননা সরকারদগী ফংবা গ্রান্ট ককথিগনি হায়বগী অকিবা করিসু লৈতে। হিন্দুগা মহৈ মশিং তম্বগী লোয়শঙশিংনা হিন্দুগী দাইশোন প্রার্থনা অমসুং গীতাগী শ্লোকচিংবা থিরাবদি সরকারনা গ্রান্ট ককনবা অকনবা চৈরাক পীরকনি।

## মতম অমদা চাউখোকচনিঙাই ওইরমই।

ঐখোয়গী সমাজ অসিগী খেন্নবা মওং অমা ওইরম্বদি বর্ণ ব্যবস্থা লৈরম্বা অদুনি। হৌজিক মতমদদি ঐখোয়না মসিবু "কাস্টিজম" হায়না মমিং থোনবিরে ঐখোয়গী মী-শিংনা চুম্না বর্ণগী রাফমতা পনবদা য়াম্না হন্থবা চোপনিঙাই ওইবনি খন্নরে। মখোয়না মসিগী মতুংদা লৈরিবা "সোসিয়েল ওর্দর" অদুবু "সোসিয়েল ডিসক্রিমিনেল" ওইনা লৌনরে।

মান্নদবা রাখল, অনেম অরাং, বর্ণ সিষ্টেম অসিদা চঙখিব পাঙকুই-কুইদ্রিঙৈ মতমদগীনি। অসুম্না শেরান্নলা লৌনখি, মসিনা ব্রিটিশশিংগী

"ডিবাইদ এণ্ড রুল" পোলিসি শান্নবদা হেন্না থোগংখি। তৌইগুম্বস্নুঃ বর্ণগী চৎনবী অসি অহানবা হৌরকপদদি সোসিয়েল ওর্দর অদুদা থেম্নবা অমত্তা কোংদোক্লমদে। অচৌবা, মচা, অরাংবা, অনেম্বা পুম্নমক কাংলুপ-শিংগী মনুংদা উরমদে। অতোপ্পা অমরোমদনা ভাগবত গীতানা তাকপা মতুং ইন্না কনাগুম্বা মীওই অমা মতোন্দা সমাজগী ওইনা পুন্সিদা শিন্নবা মথৌ অদু মশাগী য়েংদবা রাখলগা লোয়নননা ঈশ্বর খুরুমদুনা পাংথোক্লবদি পোকপগী মহৈ য়াল্লে তাকপীরি।

স্বকর্মণা তমভ্যর্চ্য সিদ্ধিং বিংদতি মানবঃ।

---

সমাজ অসি সর্বশক্তিমান ওইবা ঈশ্বরগী মরিথোক্না কোংদোকপা, পুম্নমক্না পূজা তৌগদবা, খুদিংমক্না মাগী মাগী লম্বীদা, মাগী মাগী তৌবা ওম্বগী মতুং ইন্না লৌবা য়াবা অমনি। ব্রাহ্মণ অমনা জ্ঞান পীবিদুনা অরাংবা থাক্তা লৈ, ক্ষত্রিয় অমনস্মু য়েক্লবদু মাঙহন্দুনা অচৌবা পদবী ফংই। লৌউ-শিংউ, লন্নোন-ইতিক তৌদুনা সমাজ অসিবু পিজ-পিথক তৌদুনা হিংহল্লিবা বৈশ্যশিংস্মু করিস্মু হুন্দব নত্তে। শূদ্রশিংনা সমাজ অসিবু সেবা তৌরি কলা অমস্মুং খুৎশা হৈবনা। পুন্না অমস্মুং মথোয়. অমনা অমগী মখা পোন্নদুনা সমাজ অসি মথং মনাও নাইবা হায়বথ ওইহল্লি।

অরানবা রাখল।

---

তৌজিক মতমদা ঐখোয়গী শিথর্রক্লিবা অমস্মুং নত্তবা লম্বীদা চিংথ-রক্লিবা অসি মীওই খরনা অরোইবা শতাব্দীসিদা বর্ণ ব্যবস্থা লৈরম্বসিবা সমাজসিগী লৈথ। তাবা ওইহল্লক্লিবা মরমনি হায়না চোকথবা নাইদনা শন্দোক্লিবা অসিনি। মসি ইতিহাসনা মুম্না থিজিন্দুনা য়েংগ্রবরা? বর্ণগী চৎনবীসিদি থাইনগী মতমদগী লৈরকপনি। চহি লিশিং কয়া ঐখোয়গী জাতিনা মঙাল মশা ফরিবৈ মতমদগী লৈরক্লবনি। মকম অমত্তদা মসিনা

চাউখৎপদা থিলহনবা সমাজগী অমত্তা ওইবদা অকায়বা পীবা য়াওখিদ্রি ; বর্ণ খায়বনা সমাজগী মরা চেৎহনবদা অচৌবা লিপুন অমা ওইরমই।

হৌথিবা চহি লিশিং অমগী মন্নুংদা ঐখোয়গী জাতি অসি মীরৈপাক মচাশিংনা তোয়না লান্দারকপদা বর্ণ খেন্নবনা জাতিগী অপুনবদা কায়খিবা অমস্তুং লান্দারকপশিংনা লৈবাকসিবু জয় তৌথিবদা মতেং ওইখিবা অমত্তা লৈখিদে। দিল্লিগী হিন্দু নিংথৌ পৃথিরাজ, মহম্মদ ঘোরিনা মায়থীবা পীখিবহু মহাক মশামক্কী বর্ণগী মরী থোকপা জয়চান্দননি। রানা প্রতাপপু জঙ্গল অমদগী জঙ্গল অমদা কোইতান তান্দুনা মায়থীবা পীথিবা মোগোলশিংগী মতেং পাংথিবা রাজপুত মচাহু মহাক মশামক্কী বর্ণ মশেম্নি হায়বা রাজা মানসিং মোগোলগী সেনাপতি অদুনি, খৃঃ কুমজা ১৮১৮দা পুনাদা হিন্দুশিংগা বৃটিশকা অরোইবা লানফম থেংনবদা পেসরা মশামক্কী বর্ণগী মী ওইবা নাতু কৌবা মারাঠা অদুনা হিন্দুগী ফিরাল চিংথত্তুনা বৃটিশকী ফিরাল চিংথৎখি। অসিগুম্বা জাতিদা বিশ্বাসঘাতক তৌবা মীসু য়াম্না লৈ, তৌইগুম্বস্তুং মখোয়না অস্নুম্না তৌরম্বহু মরম কয়াদা মখোয়গী অপাম্বনা শারাক তমখিবদগী তৌথিবনি। বর্ণনা মসিদা করিস্নু তৌথিবা লৈতে।

বর্ণ খায়দোকপনা থাঙ্গৈশেংনা জাতিগী অশোনবগী হৌফম ওইরমলবদি মীরৈপাক্পা লান্দারকপা মতমদা বর্ণ খায়দবা জাতিদগী বর্ণ খায়বা জাতিনা হেন্না শাথিনা মায়থীবা নংলমগদবনি। তৌইগুম্বস্তুং ইতিহাসনা করি হায় ? মহম্মদ পয়গম্বর শিগ্রবা মতুংদা মাগী মতুং ইনবশিংনা আরবস্থান, ঈথক নাইনা ঈ তৈরবা থাংশাংশিং পায়হুনা পৃথিবী মকম অয়াম্বা শিনথুংনা লান্দারকখি, দেশ বিদেশ কয়া মখোয়গী খুয়াদা নৈহৎখি সম্রাজ কয়া মখোয়গী খোঙলম্বীদা তাখি ; ইরান, ইজিপ্ত, রোম, ইউরোপ ১স্নুং অতৈ অতোপ্পা লৈবাকশিং লান্দুনা চিন ফাওবা য়োৌরকখি, লৈবাকশিং অদুগী মী-শিং বর্ণ খায়বা জাতি অমত্তা ওইরমদে ; তৌইগুম্বস্তুং

পুনা সহরগী মনাক্তা "ভিক্টোরি পিল্লর" অমা তৌগংখিবা লৈ। মশক নাইবা হরিজন লুচিংবা অমনা নোংমা পিল্লর অতুগী মখোঙদা মাগী কাষ্ট তিম্নবা মচিন মনাওশিংদা থা ঙাংলমই। মহাক্কা পিল্লর অতু ব্রাহ্মণশিংগী মায়োক্তা লানথেংনতুনা লানঙম ফিরাল থেংখিবগী খুদম অমনি হায়না লাওথোক্লমই। মখোয়না বৃটিশকী মথাদা পেসরা ব্রাহ্মণশিংবু মারথীবা পীখিবনি হায়না মহাক্কা মথা তারমই শকনাইরবা লুচিংবা অতুনা ভুকৎচরবা মীনাই ওইবগী খুদমবু মায়পাকপগী খুদমনি হায়রিবা অসি কয়াদা থম্মোয় শোক্লিঙাই মশক্কো। মীরৈপাক মচাশিংগী মীনাই ওইতুনা মহাক মশামকী মরী মতাশিংগী মায়োক্তা লান ঙম্ববু কররা চাওথোকচনিঙাই ওইবা থবক ওইগদৌরিবনো। য়েংথীনবদগী মাগী মমিত্তু কয়াদা শাথিনা তাংহনথ্রবনো, কনানা মায় পাকলিবা কনানা মায়থীরিবা হায়বা ইচম চম্বা খেল্লবা অসি মহাক্কা থঙবা ঙমখিত্রে।

**ঘন্ত্র মরীদি ময়ামনি ; নুংশিবা সুরদি অমত্তনি।**

---

ঐখোয়গী ন্যেশনেল হেরিটেজ-দা খেল্লবা কয়া লৈবক্তু ঐখোয়গী লোনশিংদা ফোংদোকই। ঐখোয়গী লৈবাক্কী পাক-চাউবা অমসুং ঐখোয়গী মী-শিং অসিগী মরমদা থল্লুরগা মসি করিস্নু ঙকনিঙাই ওইদে। ইরৈপাক্কী কনাগুম্বা অমনা মহাক্কা লৈরিবা মকম অতুদগী মখোঙনা প্রদেশ অমদা লাল্লা চৎপা মতমদা মাইল তরা তরামঙা খুদিংগী লোলসি হোংবা খেংনগনি। লোল অমদগী অমদা হোংবনা রাজ্যতুগী ঙমথৈনা অরোইবা ওই। লোল অমত্তগী মন্নুংদস্নু রাহৈ শিজিন্নবদা খেল্লবা, মফম অমগা অতোপ্পা মফম অমগা খোঙ্খোক খেল্লবা অসিনা লোলশিংগী মরক্তা অমগা অমগা নকুবগী মওং অমস্নু উংলি। মসিনা শোয়দনা উংলিবদি লোল পুন্নমক অসি অমত্তা ওইনা শাগোন্নরক্লবনি। মসি চুমথাংগী মচু মথং মথং হোংলকপগুম্বনি। মসি মচু তোঙানবা ওইনা উরবস্নু মুমিংকী মশেক মঙাম্না শুন্নাংনবগী মশক ওইবা শককমসি ওই-হল্লিবনি। ঐখোয়গী লোলশিং অসিস্নু অসুম্না লেমজনবগী মশক ওই।

ঐখোয়গী লৈবাক্তী লোল অমা কেক্তা হায়সি, লোল অহুদা অরাংবা থাক্তী পুক্নিং মত্তা, পুক্নিং খোগৎপা রাখল অমস্তুং ফিদয়কম ওইবা কয়া লোলহুগী সাহিত্যদা মঙান ত্তাই। শ্রীরামচন্দ্রগুম্বা অখোইবা মীওই অমগী মতিক মঙ্গল থাহুনা বাল্মিকিনা সংস্কৃত লোন্দা শৈশক্লমই, মহুগা চপ মান্নবা হিন্দিদা তুলসিদাসনা অহুগা কমবানা তামিল লোন্দা শৈশক্লমই। মসিবু করিনো ? ফোংদোক্লবা লোলদা খেন্নরগা চপ মান্নবা মঙাল জমা মখোয় খুদিংগী থম্মোয়দা ঙাল্লরিবদো ? মসি কনাগুম্বা অমনা মশাগী সংস্কৃতি অমস্তুং চরিত্র কায়হন্দনা তোঙান তোঙানবা ফিজোলশিং শেং-চাবগুমনি।

হৌজিক মতমদদি ঐখোয়না তামিল লোলগী মরমদা য়াম্না তারে। লোলগী মরমদা নিংথিজনা থঙ-হৈরবশিংনা তামিল লোল অসি অতৈদগী পুমখেন খেন্নবা তোপ-তোপ্পা লোল অমনি হায়না শিংথারি। মসিনা মশাগী তোঙানবা সংস্কৃতি লৈজবা তোঙানবা লোল অমনি। মখোয়না বেদ-দা থোইনা থাজবা থমদবা "টিরুকুরাল" অসি মখোয়গী অত্তোপ্পা ধর্মগী লাইরিকনি হায়। "টিরুকুরাল" অসি চিংনবা লৈতনা অচৌবা ধর্মগ্রন্থ অমনি হায়বা য়াই। সন্ত টিরুবল্লুবরনা চহি লিশিং অনিরোমগী মমাঙদা ইরম্বনি। মহাক অচৌবা লাইরিক লেংবা, জ্ঞান মপুঙ ফারবা পণ্ডিত অমসু ওইরমই। ঐখোয়না মহাকপু "প্রাতঃ স্মরণম্" দা নিংশিংই, হায়রিবা লাইরিক অসি ভিঃ ভিঃ এসঃ আয়ার না অনুবাদ তৌবনি। আয়ারসু লিবোলুশন্যারি অমা ওইরমই। লাইরিক অসিদা তাকলিবা মরু ওইবা রাফম্ব করিনো ? লাইরিক্তুদা তাকলিবা মরু ওইবা রাফমদি থাইনগী হিন্দুগী রাথল্লোন অহুনি, তৌবতবু চতুর্বিধা পুরুসার্থ গী ফিদয়কম ওইবা রাথলনা মপুঙনি। গুপ্পতগী "মোক্ষ" গী মরমদা ইবা পন্দুপ অহুনা অহানবা ওইনা ই। লাই খুরুম্বগী মওং অমস্তুং লাইগী মমিংনচিংবা অমত্তা পন্দে তৌইগুম্নসুং "মোক্ষ" ফংননবগী ফিদয়কম ওইবা লম্বী ফজনা লাউথোকই। মত্তৌ অম্বা মসি কাংলুপ নাইবা লাইরিক

অমস্যু নত্তে। "মহাভারত" স্যু মসিগা চপ মান্নবা মওংদা "টিরুক্কুরাল" গী মতৌগুম্মা ভারতকী সমাজিক পুন্সিগী ফজবা শক্তম উৎলি। হিন্দুদা নত্তনা অসিগুম্বা সমাজগী পুন্সিদা য়েঙবা মিৎয়েঙসি অতৈ মফম অমত্তদা ফংদে। মসি তশেংনমক অচৌবা হিন্দুগী রাখল্লোনশিং শন্দোক্তুনা অশেংবা হিন্দু লোন্দা ইবা রারেং লাইরিক অমনি।

অচুম্বনি, ঐখোয়গী লোল পুন্নমক; তামিল নত্রগা বেঙ্গলি নত্রগা মারাঠী নত্রগা পঞ্জাবী হায়রিবশিং অসি ঐখোয়গী ন্যাশনাল লেঙ্গুয়েজ'নি লোলশিং অসিগা অতৈ লম লমগী লোলশিং অসিগনা লৈরাংশিং ওইনা শাংকায়ত্তুনা ঐখোয়গী জাতিগী সংস্কৃতিদা নুংশিরবা লৈনম য়েল্লি। পুন্নমক্তা পুক্রিংগী ঈথিল পীরিবা লাইশিংগী লোল; লোল পুন্নমক্কী রাণী ওইরিবী সংস্কৃত লোলনি। সংস্কৃত, ইনাক খুনবা লোল অমা ওইবগা, লাইগা শন্নবা অশেংবা লোল ওইবনা ঐখোয়গী জাতিগী অমগা অমগা রাখল ফাওনবদা অপুনবা শাদোং ওইফম থোকই। অমরোমদা, লোল অসি থবক চংনবা য়াননবা তম্বদস্যু থোইনা লুবা নত্তে। সংস্কৃত হৌজিক কান্দদি ঐখোয়গী জাতিগী পুন্সি অসি অমত্তা ওইনা তাইশিন্নবা অচৌবা মচল অমনি। তৌইগুম্বস্যুং লাইবক থীবদি লোল অসি মীয়াম্না শিজিন্নদে অদুগা ঐখোয়গী শাসন পায়রিবশিংনস্যু মসি চংনহন্নবা হোৎননিংবগী রাখল লৈতে।

## ইংলিস নত্রগা হিন্দী।

মীওই কয়া অমনদি ইংলিস অসি জাতি ময়াম খডনবা য়াবা লোল ওইনা তুং কোইনা চংনবা পামই। মীওইবশিংগী মরক্তা রাখল ফোং-দোক্লনবা লোলসিনা উপায় ওইরিবনি, ইংলিস লোলনা ইংলিসকী সভ্যতা অমস্যুং মখোয়গী পুন্সি মওং পুশিল্লকপা তাবনি। অদুনা মীরৈপাকী পুন্সি মওং অদু ঐখোয়গী লৈবাক্তা মরা তাশিল্লকনি, মদুনা ঐখোয়গী ধর্ম্ম অমস্যুং সংস্কৃতিবু হম্বনা লৌরকনি। চহি চা কয়া মীরৈপাক মচাশিংনা

শাসন তৌরম্লবস্তু ঐখোয়গী জাতি অসিবুদি মাঙহনবা ঙমখিদবসি ঐখোয়না ঐখোয়গী সংস্কৃতি, চৎনবিবু ঙাক্তুনা থম্লকপা অদুননি। মসিস্তু ঐখোয়গী লোলশিংগী মতেংননি। ইংলিস লোলবু ঐখোয়গী ওইনা লৌ-শিল্লবদি ঐখোয়গী হিংবগী শক্তি মাঙলক্কনি, ইংলিস লোলসি ইংলিসনা ঐখোয়গী লৈবাকপু লোই চন্দুনা পাল্লস্নদগী লোয়নরকপনি, থাঙ্গৈশেংনা খুংশেমগী ওইনা নমছুনা শিজিন্নহনখিবনি, অদুনা মসি তৌজিক ঐখোয় শিংতম্বা লৈবাক অমা ওইরবনিনা থম্লবা তাবনি। মীরৈপাক মচাশিংনা নমতুনা পাল্লিদৈদা লৈরম্বা অদুগা মান্নবা থাক্তা ইংলিস অসি অস্তুম থম্ল-বদি পৃথিবীগী মমাঙদা ঐখোয়গী জাতিগী সন্মানদা অমুবা দাগ ওইরগনি।

ইংলিস লোল অসি মরম অনিদা য়েংলগা ঐখোয়না থাদোকফম থোকই হায়বসি চিংনফম লৈতে। অহানবদা বৃটিশনা পাল্লিদৈদা শাসন কর্ত্তাশিংগী লোল ওইনা মসি তম্বগী ভারত্তা মহৌশাগ ওইবা অপাম্বা মী-শিংদা লৈফম থোকই। লোল অসি তমলে, হৈরে, মখোয়গী লোলসি শিজিন্নছুনা বৃটিশ মশামকপু মায়োক্নবগী তাঞ্জা ফংঞ্জে। হৌজিক বৃটিশশিং চংখ্রে, কন্না তকশিনবগী মওংস্তু উথিদ্রে। অনিশুবদা, বৃটিশনা শাসন তৌবা মতমদা ইংলিস তমদনা মী-শিংদা সরকারগী অফবা ফম পায়বদা অথিংবা লৈবদোনা তৌরমই। ইংলিস লোল হৈত্রবদি খ্বাইদগী ফবা বৃদ্ধি লৈবা মীওইশিং ফাওবা শেন-থুমগীতা নত্তুনা সমাজগী পুন্সি ফাওবদা চন্নফম থঙদনা তাদুনা লৈনরমই। হৌজিক্তি মদুগী অকিবা অদুস্তু তপ্না তপ্না কোকশিল্লকলে, ইংলিস লোলসি বৃটিশনা ভারত্তা শাসন তৌবগী শরুক অমনি, অদুনা খুংশেমগী ওইবা করিগুম্বা পাম্বৈ অমত্তনা শৌগৎপীনবা রাৎলবা লোলসিবু মতম কুইনা হিংহন্দুনা থম্বা ঙম্লরোই।

সংস্কৃতনা "লিংগ্বা ফ্রাংকা" ওইবা য়াবা লোল অমগী ফিভম লাক্লিবা ফাওবা খুদোং চাবা কয়া য়েংদুনা হিন্দী লোন্দা অহানবা খুভম পীফম থোকই। ঐখোয়না মসি পামফম থোকপগী মরমদি অতৈ ভারতীয়

ভাষাশুন্না সংস্কৃত লোন্দগী থাগুথরকপনি। অমুগা বিজ্ঞান অমসুং টেক্নোলোজি য়াওনা হৌজিক মতমগী জ্ঞান পুন্নমক তানশিন্নবগী মচাক পুন্নমক লোল অসিদগী ফংগনি। মসিনা অতৈ জাতিগী লোলশিংগা য়েংনবদা খ্বাইদগী শিনবা খ্বাইদগী ইনাক খুনবা লোল অমনি হায়না লৌবদি য়াদে। তশেংবদি তামিল লোল য়ান্না ইনাক খুনবা অরিবা লোল অমনি, তৌইগুম্বসুং হিন্দী লোল অসি ঐখোয়গী মী-শিংগী অয়াম্বা শরুক্না ভাংবা ঙমই, অদুগা লোল অতৈদগী মসিনা তঙদা অমসুং ভাংবদা ল্যায়না থোকই। ঐখোয়না কাঁশি নত্রগা প্রয়াগতা "কুম্ভ" নত্রগ অতৈ অতোপ্পা মেলাদা চৎপদা, মফমদুদা নোংপোক, নোংচুপ, খা, অরাংদগী গঙ্গাদা স্নান তৌননবা মীয়াম থিল্লে। য়ামথ্রগা মীয়াম অদুনা হিন্দী লোন্দা মপুঙ ফাত্রবসু মখোয়গী রাখল ফোংদোক্কব' তোংনৈ।

## লোল পুন্নগক কুইনা হিংসঙ্গ।

মরম অদুনা ঐখোয়না জাতিগী অমত্তা ওইবা অমসুং আত্মা সন্মানগী য়েংদুনা, "হিন্দী সম্রাজবাদ" অমসুং "ডোমিনেসন অফ দি নোর্ট" নচিংবা স্লোগান কয়ানা ঐখোয়গী খেংফম হেংহন্দনবসু ওই। থাঙ্গৈশেংবদি বেঙ্গলী, মারাঠী অমসুং গুজরাটীনচিংবা লোল কয়াদি বৃটিশ শাসনগী মতমদগী হৌদুনা নিংথিজনা চাউথংখ্রবনি। লোলশিং অসিনা শিংগা-নিঙাই ওইবা লাইরিক কয়া পুথোকখ্রে. পৃথিবীগী মফম কয়াদগী মহৈ-মশিং হৈবশিংদগী থাগৎ রাষ্টে কয়া ফংখ্রবনি। লোল অমত্তং হিংননবগী-দমক্তা চহি কুমজা কয়া ঐখোয়গী জাতিগী থরাইসিগী খোঞ্জেল ঐখোয়গী ফজত্রবা লোলশিং অসিবু ঐখোয়না করন্না মাঙহন্নিংগদৌরিবনো? লোলশিং অসি হিন্দী লোলনা মমথগ্রবনি হায়বগী অকিবা লৈফম থোক্তে মসি পামজবা রাজনীতিগী মীওইশিংনা শেমগৎ-শাগৎপা রাখলদগী থোরকপনি।

হিন্দীগা লোয়ননা অতৈ জাতিগী লোলশিং অসিমু চাউখৎহনগদবনি। ভারতকী লোলশিংনা মরু ওইবা বিরোধ ওইরিবদি ইংলিসনি মতম অমদা তামিলনাড়ুগী মরু ওইবা সহর অমদা লৈবা এডভোকেট অমনা হিন্দীনা তামিল লোলবু নোংমা শোয়দনা মাঙহল্লগনি হায়থি। তৌইগুম্বসুং মঙোন্দা মহাক্না ইংলিস ডাংলিবদি করিগীনো অমসুং লাৱার কোর্টতদি তামিল লোল লোন্দুনা কেশ লেপ্পা য়াত্রা ? এডভোকেট অদুগী পাউখুম অমত্তা লৈখিদে। অশেংবনি. তামিলগী য়েক্লবদি হিন্দী নত্তে, হিন্দী অমসুং তামিল অনিমক্কী য়েক্লবদি ইংলিসনি, মসি তামিল লোলগী রাফমত্তা নত্তে, ভারতকী অতৈ লোল পুম্নমক্কীসুনি।

অসিনি, স্বরাজ ফংলবা মতুংদা লোলগী রাফম অসি য়াম্না নৈনবা রাফম অমা ওইরকই। "লিঙ্গুষ্টিক ষ্টেট" শেম্নকপা মতুংদগীদি রাজনীতি তৌবা মীওইশিংনা মী-শিংদা "লিঙ্গুষ্টিক শোভিনিজম" গী রাখল পোকহন্নবা অনৌবা খুংপায়ফম অমা ফংখি, য়াম্না অঙকপা অমদি খা-ভারতগী শকনাইরবা নুপা অমনা পব্লিক মিটিং অমদা নোংমা হায়খি মতুদি—হিন্দীদা অচৌবা সাহিত্যগী ওইবা লাইরিক অনিথক্তা লৈ, অমনা তুলসিদাসকী রামায়ননি অদুগা অতোপ্পা অমনা রেলরে টাইম টেবলনি। মসিগা মান্নবা অমনা মমিং লৈরবা মারাঠী ড্রামাটিস অমনা মাগী লীলাগী রোল অমদা হায়খি—"খা-রোমগী লোলশিং" লৈতান্না শাবা পাত্র অমদা হুঙ মচা থরা হাপচিল্লো অদুগা কন্না নিকউ. মতুদা খা-ভারতলোমগী লোলগী মখোল তাগনি। মসি ফাগি ওইনা হায়বনি, তৌইগুম্বসুং অসিগুম্বা কাইনবা ওইবা ফাগি অমসুং জ্ঞান য়াওদনা করেম্নবা অসিনা শুপগী ফত্তবা ফলতনা ওইহল্লকনি।

## পুরাণগী রারীশিং ; অশেম্বা রারীশিং।

ঙসিদি ঐখোয়গী মরক্তা মত তিন্নদবা, মচেৎ মচেৎ তানবা পোইন্ট কয়ামরুম অমসু থোরক্নে। আর্য়ান-ড্রাবিডিয়ান-গী চয়েৎনবা রাফম্না

খুদম অমা ওইনা লৌরগা মসিমক কুইদ্রিবা খুৎশেমগী ওইবা রাকম অমনি হায়না লৌবা য়াই। মসিস্থু হৌজিক কালগী পংথা-থাক্তবা রাকমদগী শেমগৎ-শাগত্তুনা রাজনীতিগী শক্তি পাম্বা কাংবুনা থোকহনখিবা অমনি। ঐখোয়দা জাতি খেন্নবগী রাকম, কুইরবা মতমদগী ইতিহাসকী খোংচৎ মন্থুংদা লোয়নত্তুনা লাকই। চহি লিশিং অনিরোমগী মমাঙদা লৈবাক অসি "পঞ্চ গোরডা" "পঞ্চ দ্রাবিডা" হায়দুনা লমদম অনি থোক্লম্বগী রারী লৈ, খা-ভারত অসি অনিশুবা মমিংসিগী মখাদা খঙনরম্বনি। মসি জাতিগী ওইনা খায়রম্বা নত্তে, লমদমগী ওইনা খায়রম্বনি। খা-ভারতকী মী-শিং অসি অরাং ভারতকা চপ মান্নদা "আর্য়ান" হায়না খঙনরমই। ঐখোয়গী লৈবাক্তদি "আর্য্য" হায়বা রাহে অসি সভ্য ওইবা জাতি অমা ওইবৰু খঙনরমই, জাতিগী মমিং নত্তে। অশেংবনি, য়ুমগী মুপীশিংদু "অনার্য্য", "আর্য্য" হায়বসিনা ইচম-চমনা পুকচেল চাউবা, পিকপা, খঙনরম্বনি। "ভাগবত গীতা" দা শ্রীকৃষ্ণনা মসিগা চপ মান্নবা রাখন্দা শিজিন্নরমই। কুরুক্ষেত্রগী লাঙ্গাও হৌবা মুমিত্তা অর্জ্জুনগী থম্মোই য়াম্না শোম্থখ্রবা মতমদা, শ্রীকৃষ্ণনা মাগী "অনার্য্যযুষ্টম" হায়বদি—লুদবা, সভ্য ওইদবা মতৌনি হায়না হুন্দুনা ঙাংখি।

হৌজিক মতমদা রামগা রাবনগা লাল শোক্লবা অদুবু আর্য্য গা দ্রাবিডা-গগী মরক্তা শোক্লবা লালনি হায়না শেমগৎ-শাগৎলি। কয়াদা তায়োন্নখ্রবনো? রাবন মশামক অচৌবা সংস্কৃতকী পণ্ডিত অমা ওইরমই অমসুং শিব ভক্তনি। মহাক "সামবেদ" বু ইশৈ ওইনা শক্লমই হায়। মহাকী মপা বৈশ্রবাস্থু ব্রাহ্মণ অমনি অদুগা মপুবোক্তু পুলাষ্টা ব্রাহ্মণ মচানি। রাবন্না খা-রোমদা য়াম্না ওৎ-নৈবা তৌরম্লবস্থু, রামনা খা-গী প্রজাশিংবু রাবনগী মীওৎ-মীনৈদগী কনবিরমই হায়বা য়াই। অদুগা অমুকস্থু হর্সা পুলকেশি গী লাল অদুবু অরাংনা খা-বু খুদুম চন্নবা হোৎনরকপদা খা-না ঙমদুনা মায়পাক্লা নমদুনা তাম্থোকখিবনি হায়না

শন্দোকলি। তৌইগুম্বস্নুং পুলকেশি দ্রাবিডিয়ান অমা নৎলমদে তামিলিয়ানস্নু নত্তে। মহাক্কী লৈবাক্তু মহারাষ্ট্রগী গদাবরি তুরেললগী তোর্ব্বান্দা "প্রতিষ্টান" হায়না কৌরম্বা হৌজিক্তা "পাইঠান" হায়না খঙনরিবা মফমসিদনি। নিংথৌ অনি অদু য়ানবা রাফমদা মরুপ-মপাং ওইনা হৈংনা পানমিন্নখি। খা-রাংগী চয়েংনবা রাফমসি অশেংবা, অচম্বা, মতমসিগী রাজনীতি তৌবশিংনা পুখৎলকপা রাফম্নি। মতৌ অদুম্না মখোয়না মখল কয়াদা তোঙাই তান্নহনবগী মরু হুনবগী তাঞ্জা লৌখি।

## অনৌবা পুথোরকপা।

হৌজিক ঐখোয়না মী কাংলুপ অমগা অতোপ্পা কাংলুপ অমগা মরু ওইবা য়ুম্ফমদা খেন্নবগী অর্থ ফোংদোকপা তোয়না শিজিন্নবা মিং, উপাধি কয়া অমস্নু লৈরে। ঐখোয়গী মহৌশাগী ওইবা জাতিগী পুন্সিদা মী থরনা সহরদা লৈ, মরু ওইনা লাইব্রিক হৈবা, সরকারগী থবক তৌবা, উদ্যোগতা থবক তৌবা শিন্মীশিং, লল্লোন-ইত্তিক তৌবশিং, অতোপ্পা অতৈনা লৌউ-শিংউগী থবক তৌবা খুঙ্গংদা লৈবশিং, থরনা জঙ্গলদা চীংদা লৈ। তৌইগুম্বস্নুং উমংদা লৈবা "বনবাসি" শিংদু ঐখোয়না "অধিবাসি" (হান্না লৈরম্বা অরিবা মী) হায়না কৌরে, মসি অতৈ অতোপ্পশিংবু নৌনা মপান্দগী লাক্নুনা লৈবাকসিদা খুন্দারকপা ওইনা মশক তাকলে।

অমনা, সহরদা লৈবগা খুঙ্গংদা লৈবগা অনিগী মরক্তা খুৎশেমগী ওইবা শম্বল অমা থাজিল্লকলে। মহৈ-মশিং হৈরে হায়রিবা মী-শিংনা মখোয় মশামক ক্লাস অমা ওইনা থনবা হৌরকই, অদুগা খুঙ্গংদা লৈবশিংবু চাউখত্তবশিংনি হায়না য়েংই। বৃটিশ শাসননা পীরম্বা ফত্তবশিং; ইংলিস তম্বশিংনা ফিজেৎ-চাকচা মখোয়গী ইংলিস মাষ্টরশিংগী শাজৎলাকচৎ, সাধারণ প্রজাবু থৌওইদনা হম্বনা য়েংবা মিংশেং অদুম চথত্তুনা লৈহৌই। ইংলিস লোন্দা মহৈ-মশিং তম্বশিংনা মখোয়দা করিগুম্বা

ময়ামদগী খেন্নবগুম্বা ; অতে মী-শিংদগী মখোয়না হেল্লি হায়না থনবগুম্বা রাখল অমা লোয়নজুনা লৈ। মতম অমদা অসিগুম্বা মহৈ-মশিং হৈবশিং অছু খুঙ্গংদা থাজুনা খুঙ্গংগী মী-শিংগী ফিভম ফগৎনবা থবক তৌহনবনচিংবা খন্নরমই। তৌইগুম্বসুং মখোয় কয়া য়াম্না খুঙ্গংদা চংখিবগে। খুঙ্গংদা লেনবা পুল্সি মরেল অছু মখোয় ইহৈ-হৈনদে।

ঐখোয়না কাউথোকলোইদবদি খুঙ্গংগী অচম্বা প্রজাশিং অসি জাতি অসিগী য়াংলেন শরুনি হায়বসিনি। মমাংঙৈদা, মীরৈপাক মচাশিংনা লৈবাকসিদা লান্দারজুনা ঐখোয়গী সমাজদা কন্না শিংনরক্লবদা, ঐখোয়না ওসি চাউখত্তবনি খল্লিবা খুঙ্গংগী মী-শিংসিনা, লাইরিক হৈতবনি হায়রিব-শিংসিনা, ঐখোয়গী স্বদেশ অমসুং স্বধর্ম্ম অসি কনখিবনি, অৱাবা কয়া খাঙখিবনি অমসুংত্যাগ কয়া তৌগ্রবনি।

হৌজিক "ইকেলিটি কোর ৱিমিন" গীদমক য়াম্না লাঙনরে, মপানা লাকথুনা পানবদগী কোকননবা, মপী ওইবীনা মরম ওইজুনা মথল-মথা অয়াম্বা পাৱার-পোজিসন তানবা অসিনচিংবা কয়ানা হান্নদগী "ইজম" অমা অমুক হেঙ্গংহল্লে। কাষ্টিজম, কম্যুন্যালিজম অমসুং লিঙ্গুইজমগী মথক্তা সেক্সিজম অমসু হাপচিল্লে।

হৌগ্রবা অমসুং হৌজিক ওইরিবা মতমগী ঐখোয়গী মী-শিংগী ওই-রিবা ফিভমসি অসিনি। ওইরিবা শকফম অসিনা ঐখোয়গী মী-শিংগী থাইনগী অফবা অশেংবা শকফম অমুক হন্জিলহন্নবা, হোৎনবদা অচৌবা খুরৌ-চেনবা ওইরগনি। ঐখোয়গী লৈবাকী মী পুম্নমক ঐখোয়গী থম্মোইদা ঈশ্বরমক্কী খুবমনি হায়না লোগদবনি। অসিগুম্বা জাতি অসিবু শক-তাক্লবা রাখল অসিনা ঐখোয়গী থাইনগী চাউখৎপা সংস্কৃতি অছু পুরক্লবা লোম্বা নাইদ্রবা পাউজেল ওইগনি। ঐখোয় শাংলবা লমশাং কয়া চৎলক্লে, ঐখোয়গী শকফম শেংনা খঙননবা ব্রহ্মাদগী হৌজুনা মথৱাই পান্দবা পোৎ পুম্নমক অমত্তা ওইনা খঙনরশি।

মরুম অদুনা অশেংবা, অমত্তা ওইবগী রাখল খণ্ডলকপগা লোয়ননা অচৌবা অশেংবা ইমা লৈবাকসিগী মচানি হায়বা রাখলসি অমুক হিংগৎ-হল্লসি। খণ্ডনা মন্ত্রগা খণ্ডদনা, মেন তানদবা, মত তিন্নদনবগী খোল্লাউ পুম্নমক লেপ্পসি। শামু অমগী তোঙান তোঙানবা মশাগী শরুকশিং শোকলুবদা মাগী মাগী তোঙান তোঙানবা মত্ত পীবা মিৎতাঙবশিংগী রারীদু তাহনগুমসি। রারীদুদা মিৎতাঙবা অমনা শামুদুগী মখোংদু কোল্লু'র অদুগা মদু য়ুম্বীনি হায়না লাউথোরক্লে ; অতোপ্পা অমনা শামুগী মনাতোন্দু শোকলুরে অদুগা মদু লিলগুম্বনি হায়রক্লে ; অদুগা অতোপ্পা শামুদুগী মবুক্তা কোল্লুবা অমনা মদু অচৌবা ড্রম অমনি হায়রে, অসুম তৌনা মিৎতাঙবা খুদিংমক অদু মানা মানা পায়রুবা মফমগী মতুং ইন্না মান্নদে. খর খরদি চুমই, অদুগা শামুদুগী খোৎ-খোৎপগী অপুনবা শকফম লৌবদি মখোয় খুদিংমক লাল্লি।

অমুক্ং অপুনবা পুন্সি ঈচেল অদু মনিং তম্না ঐখোয়গী বোডি পোলিটিক্কী শিংলি পুম্নমক্তা চেনবা হৌরবদি জাতিগী পুন্সিগী মথল মথা য়াম্লবা কায়াংশিংস্তু মশা খিংনা অমসুং চাননা দেশকী য়াইফনবা থবক তৌবা হৌরক্কনি। অসিগুম্না হিংলিবা অমসুং চাউখৎলিবা সমাজনা অরিবা মচং ওইবা কান্নগদবা চৎনবী মওং কয়া ভাক্লুনা থমগনি অদুগা কান্নদ্রবা মতমগা চুনদ্রবা কয়া অমনা হুন্দোকখিগনি, মখোয়গী মহুত্তা অনৌবা কয়া হৌদোরক্কনি। কনা অমত্তনা অরিবা চৎনবীশিং মাঙখিবদা পিরাং শিন্দুরুবগী কান্নবা লৈতে অদুগা হোংলক্লিবা পোৎকী শিজিন্নবা য়াবা মফম অদুদগী লৈথোকফমসু থোক্তে। মসি অহিংবা অমসুং চাউ-খৎলিবা জীব পানবগীসু মহৌশাগী ওইবা মতৌনি। উপাল অমা হৌরি, মবাশিংদু লিরক্লে, অনৌবা উশাশিং কংশিল্লকই, কেল্লকই অমসুং নৌনা অমুক চোংখৎলক্লবগী লম্বী পীরকই। ঐখোয়গী পুক্লিংদা লৈগদবা মরু ওইবা রাফমদি অমত্তা ওইবগী পুন্সিগী ঈচেল অসি সমাজ লিংবগী কায়াৎ পুম্নমক্তা থুংনা চেল্লি হায়বসিনি। সমাজগী পথাপ খুদিংমক লৈগনি

নত্রগা হোংখিনি নত্রগা পুল্লপ মাঙখিনি, পুন্সিগী মহী-ময়াই অদু য়োক-খংপীবা অমসুং য়োকখংপীদবগী মতুং ইন্না। অদুনা হৌজিক্কী সমাজগী ফিভম অসি লৌরগা তুংগী সমাজগী পথাপকী মত্তাংদা খন্ন-নৈনবা কান্নবা লৈতে। মতম অসিগী খ্বাইদগী দরকার ওইবদি থাইনদগী চথরক্লিবা অমত্তা ওইবগী রাখল অমসুং সমাজসিদা পুন্সিগী পান্দম করি ওইগদগে হায়বা খঙবা অসিনি; অতৈ পোৎ পুন্নমক্তি ম.থায় মশান: অদুম চেকশিঞ্জরকনি।

## পুন্সিসিদা পোকপগী থৌদাং।

ঐখোয়না নিংশিংগদবদি অসিগুম্বা অমত্তা ওইবগী ফিভম অসি ঐখোয়না হেক পোকপদগী হৌদুনা ঐখোয়গী ঈ-দা চঙগ্রব; অমনি মরমদি ঐখোয় পুন্নমক হিন্দু অমা ওইনা পোকপননি। হৌজিক কালগী রাখল লৈবা খন্ননা হায়—মী অমত্তম্মু পোকপদা হিন্দু অমা ওইন; নত্রগা মুসলিম অমা ওইনা নত্রগা খৃষ্টান অমা ওইনা পোকখিবা লৈতে; ইচম-চম্না মীওইবা অম: ওইনা পোকখিবা ভাক্তনি। মসি অতৈদদি চুম্বা য়াই, তোইগুম্বসুং হিন্দু অমদদি মনাগী গর্ভ-নুংদা লৈরিতৈদগী অহানবা সংস্কার হৌই অদুগা মাগী হকচাং অদু অচাকপা মৈদা শিন্নবনা অরোইবা ওই। হিন্দু অমনা মহাক মশাদু ওইবদা সংস্কার তরাঙরুক পাংথোকপা তাই। ঐখোয় ইমাগী গর্ভ-নুংদগী থোরক্লিতৈদৌ মমাঙ ফাওবদা হিন্দু অদুম ওই, অদুনা ঐখোয় হিন্দু ওইনা পোকপনি। অদুগা অতোপ্পশিংদি, সংসার অসিদা মমিং নাইদবা মীওইবা ওইনা পোকই, মতুংদা ফিভম্না নত্রগা লাইমিং লৌবদগী মখোয় মুসলিম অমা নত্রগা খৃষ্টান অমা ওইরকখি।

মরম অদুনা, ঐখোয়গী সমাজ অসিগী অশেংবা শকফম অমসুং অমত্তা ওইবগী মতৌ মপাঙ্গল কনখংনবা ঐখোয়গী পোকপদগী লোইন-রকপা ইথৌ "সহজ কর্ম্ম" পাংথোকপা তাই। ঐখোয়গী "সহজ কর্ম্ম" কৈদোইদম্ব থাদোকপা য়াদে;

**সহজ কর্ম কৌন্তেয় সদোষমপি ন ত্যজেত্।**

গীতা-না অস্মুম্না হায়। মরম অদুনা ঐখোয়গী অহানবা তৌগদবা হথোদি হৌজিক মতমগী খেন্নবা, মত তিন্নদবনা মরম ওইদুনা ঐখোয়গী হিংবগী শক্তিগী ময়োল চিকখৎলিব। অসি মরু ফুকনা মুথৎপা অমসুং ঐখোয়গী সমাজ হান্নগুম্না অপুনবা মথ -মনাও নাইবা সমাজ অমা অমুক হন্না শেমগৎপা হায়বসিনি।

ঐখোয়না মসিমস্থু নিংশিংগদবনি মগুদি পুন্সিদা ঐখোয়না তৌগদবনি হায়না য়াম্নরিবা অতৈ হায়বদি রাজনীতিনচিংবা অসিদি পুন্সিনা অম্থুম চাউনিল্লকপগী মখুং ইম্না কোন্না লাকপনি। রাজনীতি অমসুং অতৈ মচলশিং অসিদি মতম মতমগী ওইবনি, মপান্থোংগী ওইবা শককয়ি রাজনীতি দলশিং লাকই, চৎখি। হৌজিক মতমদা রাজনীতি দলশিং অমনা অমগী মায়োক্তা হুন্নরি, কনানা খঙগনি মীয়াম্না য়াম্ন য়ানরবা শক্ত লৈরবা পার্টি অমা হয়েং হেক্তা লুপথখিব; য়াই অতুগা নাগী মহুত্তা অতোপ্পা অমনা কাথৎলকপা য়াই। রাজনীতি দলশিংদি হৌনশা ওইনা হোংবা নাইবা পোৎনি। তৌইগুম্বসুং সমাজদি মতম পুন্নমক্তানি, শিবা নাইদে। নিংথৌ কয়া, নিংথৌ-শাগৈ কয়া, লৈবাক ডাকলোন কয়া, রাজনীতি অমসুং শেনথূমগী পথাপ কয়া হৌখিব; চহি লিশিং অমসিগী মনুংদা চৎনরমই অমসুং লোইখি। তৌইগুম্বসুং ঐখোয়দি জাতি অমা ওইনা ঈমরী অমসুং ইতিহাসনা পুন্দুনা মপুম ওইবা লেঙদবা অমা ওইদুনা লৈরি। অদুনা ঐখোয়না তুং কোইবা পোৎকা তুং কোইদবগা খেন্নবা মুন্না খঙবা তাবনি লোয়নন' তুং কোইবা অমগীদমক লেঙদনা লেপ্পা তাবনি; তুং কোইদবনা তুং কোইবগী লম্বীদা লাক্লবদি মচু থাদোকপা তাবনি।

**যো ধ্রুবাণি পরিত্যজ্য অধ্রুবং পরিষেবতে।**
**ধ্রুবাণি তস্য নশ্যন্তি অধ্রুবং নষ্টমেব হি॥**

মহাক অদুনা তুং কোইববু থাদোকুনা তুং কোইরোইদববু লৌশিল্লবদি

তুং কোইনা লেঙদনা লৈতোগদবা অদু মাঙজরে অদুগা তুং কোইরোই-দোবনি হায়বা অদুসু মহাক্না লোয়নননা লৈহৌরোই। সমাজনা তুং কোইবা লেঙদবনি, রাজনীতিদি তুং কোইদবনি অরেপ্পা নত্তবনি। রাজনীতি লমজেন্দা ঐখোয়না সমাজবু লোয়নরিবা অমত্তা ওইববু থাদোক্লবদি ঐখোয়গী মরু ওইবা থৌদাংবু নাথৈত্‌নুনা চৎলবনি।

## অশেংবা লাইনীঙগীদমক কৌরকপা।

হিন্দু সমাজ লোয়নননা অতৈ সমাজ অসিদা পুনশিনবা কাংলুপ কয়া অমগা খোমজিল্লগা শেম্বা, মপুঙ ফাবা, মপুম অদু ঐখোয় খুদিংগী মতম পুম্বগী ওইবা অমত্তা ওইবা লাইনীঙ ওইগদবনি। জাতি, কাংলুপ, লোল, লমদম নল্লগা পার্টিগী শেম্বনা ঐখোয়গী অমত্তা ভাইরবা লাইনীঙ লম্বীদা অকায়বা পীবা অমত্তা খল্লবা য়াহল্লোইদবনি। মসিদা মিরাগী পুন্সিদা থোকখিবা থৌদোক অমা নিংশিংবা য়াই। মিরাগী নকুব মরী-মতাশিংনা মহাক্কী লাইনীঙ পরৈদা য়াম্না য়েৎলবা মতমদা গোস্বামি তুলসিদাসকী মফমদগী মহাক্কী পাউতাক থিজরকখি। মহাক্না ফজবা শৈরেং অমগী মওংদা "বিনায়া পত্রিকা" দা ফোংদোকখি, মদুদা অসুম্না হায় —

> জাকে প্রিয় ন রাম বৈদেহি
> তজিয়ে তাহি কোটি বৈরী সম যদ্যপি পরম সনেহি।

মসিগী অর্থদি অসিনি, নিংজফম ওইবা শ্রীরামচন্দ্রদা করিগুম্বা ভক্তি অমত্তা লৈত্রবা অমসুং অযেংপা ওইরবা মখোয়দু মিলিয়ন তবা-রক্কী ওইনা য়েক্লবা অমনি, মখোযদুনা ফন-নকুবা অমসুং মুংশিনবা ওইদুনসু। মরম অদুনা "লিবিং গোড" ওইরিবা হিন্দু সমাজবু নিংজবদা মথল-মখা কয়া-মরুমগী রাথন্দা লাকপা অপনবা পুম্নমক ঐখোয়গী জাতিগী অপুনবগী মপাঙ্গল কনখৎহন্নবা মরু ওইবা ইথৌশিং পাংথোকপগী লম্বীদা লাকপা ওইরবদি রাথলশিং অদুসু ঐখোয়না থাদোকপা তাই।

ঐখোয়গী পোকপদগী য়াওরক্লবা অমত্তা ওইবা পুন্সিগী পাউজেল অদু হিন্দু খুদিংমক্কী ৱাখন্দা য়াকাইবা ওইরসনু। অথিংবা পল পুন্নমক লাংন্থাক্লুনা হিন্দুগী থম্মোয়দা অমত্তা ওইবা সমাজ-দেবতাগী লংলবা মঙান্দু উজবা, লোয়নন। মহাক্কী চাউথোকচনিঙাই ওইরবা য়াম্লবা শকফমশিংদু উডবা ফংহনবিসনু।

## নুপা থোকপা জাতিগী পুন্সি অমগীদমক।

ডাঃ কেশব বলিরাম হেডগেৱার, রাষ্ট্রীয় স্বয়ম সেবক সঙ্ঘ হৌদোকলম্ব: অসি য়াম্না অঙাং ওইরিঙৈদগী হৌদুনা ভারত জাতিগীদমক্তা য়াম্না শৱাই লৌপ্না লুচিংবা অমা ওইরমই অমসুং মতমদুদা চথরম্বা নিংতম লালগী আন্দোলন দুয়াদা শরুক য়াদুনা লাকখি। মহাক ইণ্ডিয়ান ন্যাশনাল কাংগ্রেস; য়াওদুনা ভারত নিংতম্বা লৈবাক অমা ওইহন্নবগীদমক্তা রাষ্ট্রবিপ্লব অ... কয়াদা শরুক য়াখি।

হৌহৌগুম্সুং মহাক্না অথুবা মতমদা হৌরিবা আন্দোলন পুন্নমক অসিগী মনুংদা চেপ্লিবা ঙাচেলদুদি শুপ্পগী বৃটিশশিংবু ভারতগী লৌথোকখিবা অদুথক্ত ওইরমই হায়না খল্লেরমই, ৱাখলদুবু ন্যাশন্যালিজমগা মান্নবা লৌরমই মরমদি মতম অদুগী মরু ওইবা লুচিংবশিং অদুনা এণ্টি বৃটিশিজম অমসুং ন্যাশন্যালিজম অনি অসি অমগা অমগা মান্নবা লৌবা য়াবা ৱাহৈশিং ওইনা লৌনরমই, রাষ্ট্রীয় স্বয়ম সেবক সঙ্ঘবু লিংখৎলম্বা ডাঃ হেডগেৱার-না অসিগুম্বা মপান্তগী ওইবা ৱাখল মত, অসিদা পেন্দবা পোক্লমই। মহাক্না খঙলমই মদুদি—ঐখোয়গী লৈবাক অসিগী ইতিহাস মুন্না খঙলবা মতুংদা অমদি পৃথিবীগী লৈবাক অতৈগী ইতিহাস নৈনরুরগা, "ন্যাশন" গী ৱাখললোল অসি পোজিটিভ ওইবা অমনি, অতোপ্পা কনাগুম্বগা কন্না য়েৎনরগা য়েংথীনবা ৱাখন্দা য়ুম্ফম ওইরগা শাগৎপা নত্তে। মহাক্না মসিমসু খঙলমই মদুদি, জাতিগী ওইবা পনথুং অদুগী হৌগৎলকপা ৱাখন্দা খজিক্কুং মঙং কায়হনখিবদা, ফন য়াম্না, হোৎনরবসু মমৈদা হন্না অমুক হঞ্জিনবা

ভমরোইদবা খুদোং থীবা ফল ফংবা য়ারিবনি। ঐখোয়গী তুংদা ওইরক্কদবা লাইবক বিনায়ক অমগী মুর্ত্তি শাগে হায়না হৌগৎলগা অরোইবদা য়োং অমা শারকপা মুপা অমগী মরাইবক্কা চপ মান্নরক্কনি।

## বিনায়কং প্রকুর্বাণো রচয়ামাস বানরম্।

ডাঃ হেডগেবার, লম্বী অসিদা য়াম্না মুন্না খন্নরবা মতুংদা রাষ্ট্রীয় স্বয়ম সেবক সঙ্ঘ লিংখত্তুনা অচুম্বা, পোলিটি ওইবা মওংদা ঐখোয়গী "ন্যাশনহুদ" কী লেংদবা রাখল্লোন পুথোক্লবা লেপ্লমই।

অদুদি, ঐখোয়গী ন্যাশন্যালিটিগী অচুম্বা রাখল্লোনদু কদায়নো? ঐখোয় অহানবদা হৌজিক্কী মতমদা পৃথিবী অসিদা চৎনরিবা ন্যাশনলদকী রাখল্লোনদু মচা খায়না নৈনরবা মতুংদা বিষয় অসি হৌজিক্কী ফিভমগা চাননা শন্দোক্না তাকপনা অহৌবা ওইসি।

হৌজিক্কী মতমগী অহৈ-অশিংশিংনা করি হায়রি—নোংচুপকী লৈবাকশিংদা "ন্যাশন" গী রাখল্লোনসি অহানবদা করম হায়না ফোংদোরকপগে? অহৌবদা মী কাংলুপ কয়া-মরুম্না অরেপ্পা মহৌশাগী ওইবা ভমখৈ অমনা কোনবা লমদম অমদা পুন্না তাবা ওইগদবনি। লমদম অদুদা পুন্না লৈবা মী-শিং অদুনা মখোয় মশাশিং অদু লন অদুগী মচাশিংনি হায়বা অরেপ্পা রাখল লৈগদবনি, মখোয় মশামক্কী হৈনবী পুন্সি মরেল ভাক্তুনা থমগদবনি অমসুং কনগদবনি, অদুগা মখোয়গী অপাম্বা অদু অতৈ অসিগুম্বা মান্নবা কাংলুপশিংগা খেন্নবা য়াই, অদুগা শম্না হায়রবদা মখোয় অমত্তা ওইনা তোঙান্না হিংবা ওইগদবনি। মখোয়না মতৌ অমুম তৌনা মখোয় মশামক খায়দোকপা য়াদবা তিন্নবা কাংলুপ ওইগদবনি। তোঙান তোঙানবা মতমদা লৈবাক কয়াদা, রাখল লৈবা মী-শিংনা "ন্যাশন" গী রাখল অসি মী কাংলুপশিং অদুবু ওইনা তাক্লমই। মখোয়শিংদুনা রাহৈনা ফোংদোক্লম্বা নত্রগা পীরম্বা সংজ্ঞাশিং অদুনা মী কাংলুপশিং অদুগী মচি

ঙইবশিংত্থু পুখোকই। ঐখোয়না করিগুম্বা ইচম-চম্বা য়ারোই অমা শখাগী অমুম্মা থম্মা য়াই।

"ন্যাশন" অমা ওইবগী অহানবা দরকার ওইবদি ন্যাশন অদু লৈননবা হৌগৎননা অমসুং চাউখৎনবা তুংনফম ওইবা মহৌশাগী ওইবা বাউণ্ডরীনা কোইশিনবা লম অমা লৈগদবনি। অনিশুবা দরকার ওইবনা অদুগুম্বা তোপ তোপ্পা লমদম অদুদা লৈদুনা লমদুগী মীশিংনা অমসুং মখোয়গী মমা-লৈবাক্তি থজদুনা লাংচগদবনি, অদুগা লমদম অদু মখোয়গী হিংনবা চিঙ্গাক পীবা, অশোয়-অভাম য়াওদনা হিংবা অমসুং চাউখৎপা য়াবা মফম অমা ওইগদবনি। শম্মা হায়রবদা মখোয় মী-শিং অদু লৈবাক অদুগী মচাশিংনি হায়বা মপুক্কিংদা য়োনা ফাওগদবনি।

অদুদগী, মী-শিং অদু চুম্নগী মীময়াম অমা লৈমিন্নবা, খুণ্ডনবা, থেন্নবা মীওইশিংনা পুন্না পুনশিন্দুনা লৈমিন্না কিভনতু ওইহল্লোইদবনি, মী কাংলুপ অদু অকবনবা পুক্নিগী লক্ষী, পুনিংগী মিদমশিং, সংস্কৃতি, য়াথংগী চংগী, পুকচেল মতা, থাজবা অমসুং নীরোল কয়া চৎনরক্লবা হৌন-লোনচৎনচিংবা মথং মথং ওইথরক্কদবনি, মী-শিং অদুনা অপুন্না পুনশিন-দুনা তিন্নবা থর্কশি-খাশি নাইবা সমাজ অমা ওইদুনা মখোয়গী অমসুং হৌগ্রবা পুন্সিগী অরা-মুংঙাই কয়া নিংশিংমিন্নবা, নরুপ-মপাং ওইবশিং য়েংগীনবশিংগী মরমদা অমত্তা ওইবা অপুনবা পুক্নিংগী ঈথিল লৈবা, মখোয় পুন্নমক্কী অপাম্বা মান্নবা, অসিগুম্বা মী-শিং অদু লমদমদুদা পুম্না লৈবাক্তুগী মচা-মশু ওইনা লৈমিন্নরবা, অদু ওইরবদি "ন্যাশন" হায়না কৌবা য়াই।

## হিন্দু ভারতকী মচানি।

পৃথিবীগী ওইবা অহৈ-অশিংশিংনা শক খঙলবা "ন্যাশন"গী সংজ্ঞা অসি ঐখোয়গী লৈবাক্তা পানশিন্দুনা য়েংবা মতমদা, ঐখোয়গী চাউগ্রবা লৈবাক অসি অরাংদা হিমালয়দগী শন্দোকখ্রবা মাগী মশা পুন্নমক্না অরাংদা, মখাদা, নোংপোক অমসুং নোংচুপ্তা, খা-দা ভারত মহাসাগরগী

মনুংদা লৈবা ইথংশিং য়াওনা শন্দোক্লিবা লমদম অসি মতৌশাগী ওইবা প্রকৃতিনা পীবা লমদমনি। লমদম অসিগী মচা ওইনা, ঐখোয়গী নিংথিজনা লিংলবা সমাজ অসি চহি লিশিং কয়া চুপ্পা লৈতুনা পাল্লক্লবনি। হৌজিক মতমদা সমাজ অসিবু হিন্দু সমাজ হায়ন. পুন্নমক্লা খঙনৈ, মরমদি হিন্দুগী মপা মপুশিং অদুনা মীরোল কয়া লান্না মমা লৈবাক অসিবু ভক্তি প্রেমগা লোয়ননা চংনবী মঙ্গল অমা শেমগত্তুনা লাকই। মখোয়না হিন্দুশিংগী মতম পুম্বদা ভান্দুনা লৈননবা ইমা লৈবাক্কী মপূঙ ফাবা মুক্তিবু লাইগুম্না লাত্তুনা মখোয়গী মথৌ অমসুং ধর্ম কর্ম্মগী পূজা কয়াবু পাংথোক্তুনা লাকই। অদুগা অনুক্রমস্ত মখোয়না লৈবাক্কী অমত্তা ওইবা শকফম অমসুং অশেংবা ভাক্লনবা হোৎনবদা মখোয়গী মশাগী ঈ-না বলিদান ওইনা কৎপি। পুন্নমক অসি হিন্দুশিংতনা তৌরম্বা ভাক্তনি, মদু চহি লিশিং কয়াগী ইতিহাসনা সাক্ষি ওইতুনা লাকই। মসিনা তাকপদি হিন্দুশিংতনা লৈবাক অসিগী মচাশিং ওইদনা থিংলকপনি। কুইরবা মতমগী মমাঙদগী হৌজিক মতম য়াওবদা মখোয়গী পুন্সি অমসুং খুমশিংনা 'সিগুম্বা অপূনবগী লীচিং অসি চথত্তুনা লাকই হায়বসি তেন্না চেৎশিলহল্লি।

ময়াম পুম্না ইমা লৈবাকপু লৌশি-লৈগোনবা ঐখোয়গী মী-শিংনা, লম্বী অমদা, কাশিদা লৈবা অমগা, কন্যাকুমারীদা লৈবা অমগা, সহরদা লৈবা অমগা, জঙ্গলদা লৈবগা, ঈ মশীদা অমগা অমগা মরী লৈনৈ। জাতি তোঙানবা, লৈকম থোঙবা, লাইনীঙ লাইশোল, তোঙানবা লোল পুন্নমক অসি ভারত ইমাগী মচা ভাক্তনি।

## ঐখোয়গী সংস্কৃতি অমত্তনি।

---

ঐখোয় হিন্দুশিং অসি ফিদম্নফম অমা লৈজৈ, বাস্তবতা ওইবা, অরোইবা অচুম্বা হায়বসি থাজৈ। ফিদম্নফম অসি রাখন্দা থমত্তুনা ঐখোয়গী "ধর্ম্ম" অমা লৈ মদু উবা ভম্বগী পাক-চাউবগা চাংদম্নবা য়াদে

অমসুং মীওইবা পুন্সিগী শকওং ; অচৌ-মচা, অখোই-অহেন, পুম্নমকপু কোনশিন্দুনা লৈ। ঐখোয়গী পুন্সিগী ঈচেল অমা লৈ, ঐখোয়গী সংস্কৃতি (কলচর) না অশেংবা, লমচৎ-শাজৎ, অরাবা থাওবগী লিংজেল অমসুং লন্নাই ওইজবা থাদোকপা, মতুনা মীওইনা পোকপগী খ্বাইদগী রাংবা পনথুং ফংননবা, পুন্সিবু মপুঙ ফানা ফজহন্নবা গুণশিং তপ্না তপ্না তান-শিলহল্লি। ঐখোয়বু শক তাক্লিবা সংস্কৃতি অসি ঐখোয়গী নোংমা নোংমগী পুন্সিদা তত্তনা ফোংদোক্লি, মসিনা ঐখোয় মীওইবা পুন্সিবু ভাল্হন্দুনা তাইবং রাংমগী খওঙমদবা কয়াবুসু খওহল্লি। খুদম ওইনা হায়রবদা—নুপী খুদিংমক অঙাং অহল খায়দনা "ইমা" হায়না কৌবসি সাধারণ ওইনা চৎনবীনি। তোঙানবা লোল কয়াদা শিজিন্নহুনা মসিগা মান্নবা অর্থদা শিজিন্নরম্বা য়াই। হায়বদি, নুপী খুদিংদা মহাক্কী চহি মরাং অমসুং সমাজগী ওইবা থাক য়েংদনা, নুপী অদু মহাক্কী নুপী নত্রবদি মচানুপী ইমা ওইবগী শক্তমদু ফোংদোকই। মসিমক ঐখোয়গী সভ্যতা অসিগী তোপ তোপ্পা মওং অমনি।

শিবাজীগী পুন্নমক্না খওনগ্রবা থৌদোক অমা, লানফমদা ফারবা কল্যানগী মুসলিম সুবেদার অমগী মশক মতৌ ফজগ্রবী মমৌ নুপী, খুদোল পোংকা লোয়নননা ইকাই-খুম্ননা ময়ুমদা থিনবিখিবা ; (মীরৈপাক্কী মী-শিং মরু ওইনা মুসলিম ইতিহাস-কারশিংগী মমিত্তুদি য়াম্না ওইথোক্তনা উরবসু) মসি লৈবাক অসিগী ফজগ্রবা সংস্কৃতিগী ময়েক লাবা খুদমগী অচম্বা থৌদোক অমনি। অসিগুম্বা চৎনবী অসি সাধারণ ওইবা মীচম পুন্নমক্তসু শরুক য়ারমই।

মহাত্মা গান্ধী হাৎখিবা মতুংদা থোকখিবা মীহাৎ মীপূনগী মরক্তা থৌদোক অমগা থোকখি। মরাল লৈতবা, মী হাৎপদা হালেংদবা, লুট-পাট তৌবা, মৈ থাবগী থবক তৌবা, সমাজ বিরোধী ওইবা চরাংনবা মীয়াম অমনা নোংমা নুপী অমগী ময়ুমদা লান্দারমই। য়ুম অদুদা নুপীদু মথন্তা লৈবনি। য়াম্না কিনা নুপী অদুনা থোং হাংদোক্লমই। নুপী অদু

মথন্তা ভাইবতু উবদা মীয়ামতু মতম খরা চপ লেপলমই ; মীয়াম অতু অফাওবা গুণ্ডাশিংনা লুচিংলমই। তৌইগুম্বস্নুং মখোয়না থাইনগী হিন্দু কলচরদা "পরদারেষু মাতৃবৎ" হায়বা ইমা ওইনা য়েংউ হায়বা অতু নিংশিংলকই রাখন্দু মখোয়গী ঈ-দা চণ্ডতুনা লৈবা মরমনা মখোয়না য়াম্না ফজবা ব্যবহার চৎপীখি। মীয়ামতুনা মঙোন্দা হায়রমই, মখোয় য়ুম মৈ-থাতুনা, লুট তৌনবগী থোরক্লবনি অতু ওইতুনস্নু মখোয়না মহাকপু য়ৈখাই-থিঙ্গায় লৈতবা মফমদা থৈদোকখি। মুপা অনিদা শিন্নতুনা মুপীতুবু থিনবিখি। চহি লিশিং কয়া মীরৈপাক মচাশিংগী ফত্তবা ইথিল চংবদগী অমদি হৌজিক মতমদা পাত্তরুনা সমাজগী লুচিংবশিংনা লমচৎ নাইদবা থয়া চৎলকপদগী মাঙলকপা কয়া অমা লৈগ্রবস্নু, লমচৎ শাজৎ ভাকপগী অরংবা খুদম কয়াস্নু হৌজিক ফাওবা সাধারণ প্রজাশিংগী মফমদা লৈরি। মসিনা অশেংবা, অরাংবা, সংস্কৃতি অতু ঐখোয়গী থম্মোয়দা যোক্লুনা থমই। মসিনা ঐখোয়দা ঐখোয়গী ওইবা তোপ তোপ্পা পুকচেল মত্তা অমা পী।

হৌখিবা চহি লিশিং কয়াসিগী মন্নুংদা ঐখোয়গী লৈবাকসিনা মগুণ লৈরবা, থৌনা ফবশিং, পণ্ডিত, জ্ঞানী অমস্নুং ঋষি কয়া পুথোকখি মখোয়না শন-থুম মরাং কায়নবা অমদি ঈশ্বর ফংননবা লম্বী তাকপীখি। মখোয়না মী মথল খুদিংমক্তা দরকার ওইগদবা শেন-থুমগী নীতি অমস্নুং সমাজগী চৎনরোল অমা শাগৎপীরমই। পোথোক পুথোক্লবা অমস্নুং নিংথিজনা য়োম্হোক্লবা রাজনীতি রুহী কয়াস্নু শেম্লমই। মতুগী ফল ওইনা চহি কুমজা কয়া অসিগী মন্নুংদা চাউথৎপগী ফংবা য়াবা জ্ঞান কয়া অমস্নুং ওন্ন-তৈনবা লাইবক কয়াগা মরুপ ওইবা কয়া, য়েংথীনবা কয়া থেংনখি। শম্না হায়রবদা ঐখোয় ভারতকী অপাম্বশিং অতু মতম অতুদা পুম্নমক য়েংশিন্নতুনা নাম্হোকপা য়াদনা লৈরমই।

মতম অমদা, ঐখোয়গী অশোয়বদগী কনাগুম্বা কাংলুপ অমনা অতোপ্পা কাংলুপ অমগা য়েংথীনতুনা অমগা অমগা তোঙানবা, য়েংথীনবা, নিংথৌ পানবা লৈবাকশিং শেমখি, লানফম কয়াদা ঐখোয়না মীরৈপাক

মচাশিংগা থেংনবা লান্দা মায়থীখি অমস্থুং তোম্থবা মীনাই ওইবা, অরাবা কয়া ওইহনখি। মসিগা ফল চপ মান্নে, ঐখোয়গী মী কাংলুপ অমনা মীরৈপাক মীতোপ শক্তি অমগা মরুপ ওইবে অড়ুগা অতোপ্পা অমনা মখোয়গা লাল ভৌনরি। পৃথ্বিরাজ চৌহানগী মতাং অমা লৌখতুনা য়েংসি। মহাক্কী য়েক্কবদি মহম্মদ ঘোরিনি। জয়চান্দনা মহম্মদ ঘোরিগা মরুপ শান্নরমই। ঐখোয়গী লৈবাক্কী য়াম্না মরু ওইবা নিংথৌ অনিনা, অমনা লান্দারকপা য়েক্কবগা লাম্থেংনরি অড়ুগা অমনা মরুপ ওইরি। মড়ুগী ফল ওইনা য়েক্কবনা পৃথ্বিরাজবু মায়থীবা পীদুনা হাংখ্রে, জয়চান্দসু মমৈদা মপুঙ ফানা মাঙহনখ্রে অমস্থুং মহম্মদ ঘোরিনা নিংথৌ ওইহৌরে। অসুম্না অকোনবা চহি চানিপাল অসিগী মনুংদা লাইবক থীরবা থোদোক কয়া লেংদুনা লাকখি অমস্থুং পুন্নমক অড়ুদগী হৌরগা হৌজিক মতমগী ওইনা ভারত পাকিস্তান থায়দোকপনা খ্বাইদগী থম থেংনা অরাবা মতম ওইখি। অতোপ্পা অমরোমদা, মতম থরতগী ওইরবসু ঐখোয়না ঐখোয়গী অপাম্বশিং অড়ু থাদোক্কবা য়াদে, মরুপ-মপাং, য়েক্কবা, ঐখোয় পুন্নমক্না চপ মান্নে হায়বা থৱলক্কবা মতমদা. ঐখোয়গী জাতিগী পুন্সিদা মপুঙ ফাবা শক্তি ফংলবতদা মীরৈপাক্কী শক্তিশিং ঐখোয়গী থোঙদা তুরগদবনি। মপুঙ ফাবা জাতি অমা ওইনবগী চঙগদনা পুন্নমক লৈরবদি চাউরবা হিন্দু জাতিগী পুন্সি মপুঙ ফাগনি। মরম অড়ুনা, ভারত হায়বা লৈবাক অসিগী জাতিগী পুন্সি হায়বড়ু হিন্দু জাতিনা ওইগনি। শম্না হায়রবদা মসি হিন্দু শাশননি।

## উনবা য়াদবা অনি।

ঐখোয়গী লৈবাক্কী "সেক্যুলারিষ্ট" নি হায়বা মীওই থরনা "ধর্ম্ম" "সংস্কৃতি" নচিংবা রাহৈশিং অসি "শাশন" গী রাজনীতিগী মরমদা থন্নবদা ধর্ম্ম পুশিল্লক্লিবা মরম করিগীনো হায়না হংলক্কনি। ঐখোয় ষ্টালিনদগী খুদম অমা লৌসি, ঈশ্বর অমস্থুং ধর্ম্ম থাজদবা ষ্টালিননি, "ধর্ম্ম" হায়বসি

মঙোন্দদি অপঙবশিংদা ঠোগ তৌদুনা পীজবা কানিনি হায়। ন্যাশনগী রাখল অসি ব্যাখ্যা তৌরদুনা মহাক্না নোংমা অস্মুন্না হায়খি—"ন্যাশন অমা হায়বা অসি অপুনবা লমদম অমদা লৈমিন্নদুনা শুপ্নগী মী-শিংগী অপুনবা শেন-থুম অমস্তুং রাজনীতিগী অপান্বা ফংমিন্ননবগীতা নত্তে; মসিদি আত্মাগা মরী লৈনবা রাফমদা জ্ঞান তামিন্নবা মী কাংলুপ অমস্তু ওইগদবনি।"

হৌজিক মতমগী জাতিসিগী মিকপ খোকপগী পাউজেল পীরম্বা স্বামি বিবেকানন্দনা কয়ারক হন্না অমত্তা ওইবগী রাঙাং ঙাঙখি মতুদি—ভারত "হিন্দু ন্যাশন" নি, গুরু গোবিন্দ সিংহ অমস্তুং ছত্রপতি শিবাজীনা ঐখোয়গী মাঙদা থম্বিরম্বা অচৌবা হিন্দুগী ফিদম্নফমনি। অচুম্বনি, স্বামিজীনা ঐখোয়গী জাতি অসিগী মী-শিংগী থম্মোয়গী ঈহুল অদু আধ্যাত্মিকী সুরগা তান্না চানবা মী কাংবু অমা ওইগদবনি তাকপীরমই।

অদুনা ঐখোয়না অস্মুন্না হায়বা য়াই মদুদি—ঐখোয়গী "হিন্দু ন্যাশনহুদ" অসি অচুম্বনি, ন্যায় শাস্ত্র, হকথেংননা ফংবা জ্ঞান অমস্তুং ইতিহাসদগী লৌরকপনি। মসি ঐখোয়গী জাতিগী পুন্সিদা অওইবা, খাজনিঙাই ওইবা অমনি, রাজনীতি অমস্তুং শেন-থুনগী থিয়োরিদগী খোরকপা মতম থরগী ওইবা ইজম অমা নত্তে।

## ন্যাশন্যালিটি চাংয়েং নুঙ।

ঐখোয়না "মসি হিন্দু ন্যাশন নি" হায়না মতমদা থরনা খুদক্তা হংলক্কনি লৈবাকসিদা লৈবা মুসলিম অমস্তুং খৃষ্টানশিংদি কমদৌবা? মখোয়শিং অসি লৈবাকসিদা পোক্তুনা চাউরকপা নত্রা? মখোয় ধর্ম্ম হোংখিবদগী করম্না মখোয় মীরৈপাক মচা ওইগদৌরিবা? য়াম্না মরু ওইবা পোইন্ট "মখোয়" লৈবাক অসিগী মচানি হায়বসি নিংশিংব্রা? "ঐখোয়" তনা চমনা নিংশিংবা অদু "মখোয়না" ম্নোকথংচগদবনি। ঐখোয়না য়াম্না হম্বা রাখলগা লোয়নননা কনাগুম্বা অমনা মাগী লাইনীঙ লাইশোল

হোংখিবগী দমক্তা লৈবাকসিগী মচা ওইবা তোক্লে হায়বা য়ারোই। ঐখোয়না ঈশ্বরবু অতোপ্পা মমিং অমা কৌখিবদা য়ানিংদবা করিস্নু লৈতে, হিন্দুশিংদি ধর্ম্ম পুন্নমকপু ব্যবহার তৌই অতোপ্পগী ধর্ম্মবু ব্যবহার তৌদ্রবা অতোপ্পগী ধর্ম্ম মত-ভা খাংদ্রবা মহাক্তু হিন্দু অমা ওইবা য়ারোই। তৌই-গুম্বস্নুং ঐখোয়গী মাভদা লৈরিবা য়াহংদি, ইসলাম ধর্ম্ম নত্রগা খৃষ্টান ধর্ম্ম লৌখ্রবা মখোয়শিং অদুগী য়াখল করিনো হায়বসিনি। মখোয় লৈবাক-সিদা পোকপনি, মসিদা চিংননিঙাই করিস্নু লৈতে ; তৌইগুম্বস্নুং মখোয় লৈবাকসিগী মচানি হায়বসি চপ চানা য়ানিংলব্রা ? মখোয়বু য়োক-থাক্লুনা চাউরক্লবা লৈবাক অসিদা মখোয় চপ চানা তৌবিমল খঙবা উৎলব্রা ? মখোয় লৈবাকসিগী মীনি, হায়বা থম্মোয়দা ফাওরব্রা লৈবাকসিগী পরম-পরাগত প্রথাদা থাজবা লৈব্রা, অদুগা লৈবাকসিবু সেবা তৌজবদা মখোয়না লাইবক ফবনি খনবা ঙম্লব্রা ? মমা লৈবাক সিবু সেবা তৌবা মখোয়গী থৌদাংনি হায়না খল্লব্রা ? পুন্নমক অমত্তা ওইদে, মখোয়না ধর্ম্ম ওনখিবগা লোয়ননা লৈবাকসিবু নুংশিবগী য়াখল ন্যাশন অসিদা লৈগদবা ভক্তি পুন্নমক লোইনা মাঙখ্রে।

মসিনস্নু লোইদে। মখোয়না লৈবাক অসিগী য়েক্লবশিংগা মান্নবা য়াখল চেল্লি। মখোয়না মীরৈপাক্কী লমশিংবু মখোয়গী পুন্যস্থান ওইনা য়েংই। মখোয়না মশামকপু "সেখ" অমস্নুং "সায়েদ" হায়না মিঙ্গৌক্লে। সেখ অমস্নুং সায়েদ হায়রিবশিং অসিদি আরবকী কনাগুম্বা শাগে খরগী মমিংনি। অদুদি মতৌ করম্না হায়রিবা মীওইশিং অসিনা আরবকী শাগে খরগী মরী-মতা ওইরুরিবনো ? মরমদি অসিদগীনি—মখোয়না লৈবাকসিগী জাতিগী মপা মপুগী মরী পুন্নমক ককথৎখ্রে, অদুগা লৈবাকসি খুদুম চনশিন্নবা লান্দারকপশিংগা য়াখন্দা অমত্তা ওইনা লুপশিনখ্রে। মখোয়না হৌজিক ফাওবা লৈবাকসি জয় তৌদুনা মখোয়গী লৈবাক শেমগৎপগী য়াখন্দা লৈরি। মরম অদুনা মসি চুম্না ধর্ম্ম ওনবগী য়াফমত্তা

নত্রি, ন্যাশন্যাল "আইডেন্টিটি" য়াওনা ওনবগী য়াকম লাক্লি। মসিদগী হেনবদি রাজদ্রোহী ওইবা, যেক্লবগী মায়কৈদা য়াওহুনা মমা লৈবাকপু মথোং মমম খণ্ডহন্দবা তারক্কদৌরি।

শকনাইরবা আমেরিকান প্রোফেসার অমনা নোংমা গুরুজী গোয়াল-কারদা য়াহং অমা হংখি—মুসলিম অমস্তুং খৃষ্টানশিং অসি লৈবাকসিগী মী ওাক্তা নত্রা? নখোয়না মখোয়বু নখোয়গী ওইনা খনবা ভমদ্রিবনি করিনো? মতুদা গুরুজীনা প্রোফেসার অদুদা হন্দুনা য়াহং অমমুক হংখি—"ঐখোয়গী লৈবাক্কী কনাগুম্বা অমা আমেরিকাদা চত্তুনা লৈরুরে, অদুগা আমেরিকাগী সিটিজন অমা ওইরে হায়না খল্লসি, অদুম ওইনমক মুপাহুনা আমেরিকাগী জাতিগী লুচিংবশিং হায়বদি লিঙ্কন, রাশিংটন, জেফরসন অমস্তুং অতৈ জাতিগী থৌনা-ফবশিংবু মখোয়গী ওইনা খল্লু হায়না য়াদ্রবা অদু ওইরবদি মুপাহুবু আমেরিকাগী ন্যাশন্যাল কোবা য়াগদ্রা শেংনা হায়বিয়ু"। প্রোফেসার অদুনা খুম্মকখি—"য়ারোই"।

অদুদি, গুরুজীনা মখা তারক্লমই—ঐখোয়গী লৈবাক্তসু মচাং মতুমক চৎনকম থোক্ত্রা? মতৌ করম্না লৈবাকসিদা লৈরগা লৈবাকসিগী থাই-নদগী চৎনরকপা রুহী অমস্তুং সম্মানগী মায়োক্তা থবক তৌরবা অমস্তুং ঐখোয়গী জাতিগী থৌনা-ফবশিং অমস্তুং ভক্তি তৌফম থোকপা পোৎশিংবু ব্যবহার তৌদ্রবা মখোয়হুবু ঐখোয়না করম্না ন্যাশন্যাল কৌগদৌরিবনো?

## য়োকপদা নত্তে, সংস্কৃতিনা মরুনি।

চুম্নগী লৈবাক অমদা পোকপা অমস্তুং য়োকখৎলকপা ভাক্তনা, মরী লৈনবা রাথলগী মওং য়াওদনা মুপা অমবু লৈবাক অদুগী ন্যাশন্যালগী থাক পীবা য়াফম থোক্তে। রাথল্দা রাজ-ভক্তি লৈবনা পুম্নমক্তা য়ানরবা ন্যাশন্যালিটিগী অশেংবা মচাংনি। ঐখোয়দা পাউত্তাক ওইগদবা খাইনগী য়ারী অমা লৈ। মতম অমদা নোংশা অমোম অমনা জঙ্গলদা অস্তুম

কোয়রকপদা লমহুই মচা অমা থেংনরমই, মহু মহাক্না মাগী মকোন্দা পুরক্লমই। নোংশা অমোমত্নগী মচা খরতমক লৈরমই। মহাক্কী মচা-শিংগা লোয়রননা নোংশা অমোম অতুনা লমহুই মচা অতুম্ন মখোম পীথক্লমই। মখোয় চাউগৎমিন্নরক্লে, মচিন-মনাও ওইনা শান্নমিন্নরক্লে। নোংমা মখোযনা য়াম্না লোঙবা জঙ্গল মনুংদা চংলিইদা শামু অমা মখোয়গী লম্বীদা লাকপা উরমই। লমহুই মচাহুনা চাউখ্রবা জঙ্গলগী শামু অহু উবদা কিহনা লাউরক্লমই অমসুং মাগী মচিন-মনাওশিং অতুদা চেনখ্রসি হায়রমই। নোংশা মচাশিংনা থুম্নক্লমই-- নঙসি কয়াদা পঙথ্রবনো ভুমিং কয়ানিগী মতুংদা ঐখোয়না অসিগুম্বা ফজরবা শা'সি শারাক তমহুনা চাগদৌরিবনি। নঙ কিরবদি মুমদা চংথ্রো। ঐখোযদি শা'সি ফানবা হোৎনখিনি। লমহুই মচাহু চীংক্লুং-ভুং তান্না চেনখিহুনা নোংশা অমোমদা য়ারীশিং অহু লীক্লরে। মহাক্না হায়ব। তাদবদগী মনাও অনিহু য়াম্না অৱাবা ফিভমদা তারম্বা তারে হায়না য়ারী মথা তারমই। নোংশা অমোমহুনা নোক্লহুনা লমহুই মচাহুদা হায়রমই—করি অমত্তা য়ারুনু, নহাক ঐগী খোম থক্লুনা চাউরক্লবনি, অহুম ওইনমক নঙগী মহৌশাগী স্বভাব থাদোকপা ঙম্লোই হায়বা ঐ খঙই।

শুরোঽসি কৃতবিদ্যোঽসি দর্শনীযোঽসি পুত্রক।
যস্মিন কুলে ত্বমুতপন্নঃ গজস্তন্ন ন হন্যতে॥

(নঙ থৌনা ফৈ. হৈ-শিংলে, য়েংবদা ফজরে তৌইগুম্বসুং নহাক্কী ভম্ফুনা পোকপা মপোক্তুনা শামু হাংপা ঙম্বা অমা ওইবা য়ারোই।)

ন্যাশনশিংগী মতাংদসু মসিগা চপ মান্নে। চুম্না লমদম অমদা পূন্না লৈমিন্নবতনা অপূনবা হৌনশা অমসুং গুণগা লোয়নবা ন্যাশন্যাল সো-সাইটি অমগী মওং তাহনবা য়ারোই। নৌনা চঙলকপশিংনা মপূঙ ফাবা শকফম ওন্থোক্তুনা মখোয়গী পুন্সি মওং শেমহুনা থায়নগী ন্যাশন্যালগী পারী পুন্নী তুং-ইন্না চংকদবনি।

গণতন্ত্র চৎপা ইংলণ্ডদা থোকখিবা থোদোক অমদগী পুক্নিং লৌশিং ওইগদবা ৱারী অমা লৈখি। চহি চামরোমগী মমাংদা জর্মন মচা খরা ইংলণ্ডদা খুন্দা-লৈত্তাহন্দুনা লৈবাক্কুগী সিটিজনসিপ পীখি। মখোয়বু মীতোপ ওইনা য়েংখিদে। মখোয়াশংদুগী মরক্তা অমদি ইংলণ্ডগী সার্বেন্ট অমা ওইনা মধ্য প্রদেশতা ICS অফিসিয়েল অমা ওইনা থবক তৌহনখি। তৌইগুম্বশুং ইং ১৯১৪ দা পৃথিবীগী অহানবা লাণ্ডাও থোরকপদা মহাক খঙহৌদনা থবক তৌহনখিদে মরমদি, মহাক্কী হৌরক-ফম জর্মনদা মহাক্কী ন্নুংশিশনবা অহু নৌহৌনা হৌরক্কনি হায়বগীদক্কনি। চুম্না চিংনবতনা মরম ওইদুনা মাবু ফাজিনখিরমই। মসি ইংলণ্ড হায়বা লৈবাক অসিগী ন্যাশন্যালিজমগী অচুম্বা মপুঙ মরৈ ফাবা অর্থ খঙবা ৱাখল্লি হায়না লৌবা য়াই।

ন্যাশনগী ৱাফমসিমু অহুম-মঙাই। চুম্নগী পুন্না লৈমিন্নবা নত্রগা লৈবাকসিদা পোকপা চাউবা থক্কনা চৎনবা য়ারোই মান্নবা রাজ-ভক্তি, গুণ অমসুং পুন্সি মওং পুন্নমক লৈমিন্নরিবা পুন্নমক্কী মন্নুংদা অমত্তা ওইবা লৈগদবনি।

## মীনাই ওইবগী ৱাখল থাদোক্লবা কোবা।

অতুনা ঐখোয়না হায়রিবদি মুসল্লিমশিং, খৃষ্টানশিং ভারত্তা লৈরিব-শিংসিনা মখোয়গী মীরমগী ওইবা পুকচেল মতা অমা লৈরিবসি থাদোক্কুনা জাতিগী পুন্সিগী অপুনবা ঈচেলদা তিনফম থোকই।

পুন্নমক্তা খঙলিবা অহুনি গুপ্তগী মুসলিম খুজোক অমত্তা লৈবাকসিদা লান্দারকপা য়েক্লবা ওইনা ভারত্তা লাকখিবনি। অহুম হায়না মীরৈপাক মচা খৃষ্টান মিসন্যারি খরতা মফমসিদা লাকখি। হৌজিক মুসলিম অমসুং খৃষ্টানশিং মশিং য়াম্না য়াম্লে। মখোয়না পোকপা মশিংতনা অসি য়ৌনা মশিং হেনগৎখিবা নত্তে। মখোয়না মী-শিংবু ধর্ম্ম ওলহন্দুনা মশিংসি য়ৌখিবনি। ঐখোয়গী পারী পুরীগী হৌফম থিবদা হৌফম

অমগুনি হৌকম ওইবা হিন্দু কাংলুপ্তুগী খরনা মুসলিম ওইখিবা, অতোপ্পা কাংলুপ খরনা খৃষ্টান ওইখিবনি। অতৈ ওনবা ওমহৌদবশিং অতুনা হিন্দু ওইতুনা লৈহৌবগী রাতনি। ধর্ম্ম ওনখিবশিং অসিনা মতৌ করম্না মখোয়গী মপা মপুগী ময়ুম অতু থাদোকখিবগে ? মখোয়না মশানা পাম্না জ্ঞান তানা থাদোকখিব্রা নত্রগা মখোয়না অনৌবা লৌরিবা ধর্ম্মতুনা হেন্না ফৈ হায়না লৌখিব্র ? মতাং অসিদা ইতিহাসকী ওইবা খুদমগী রেকোর্ড অমত্তা কংদে।

ওন্ন-হৈনবদা ইতিহাসনা ঐখোয়দা তাকপগী মতুং ইন্না ধর্ম্ম ওনখিবসি শিব কিবদগী অমা নত্রগা নমযুদা ওলহনখিবা নত্রগা শক্তি, ফমনচিংবা, মিহৌহল্লগা তৌখিবনা মরু ওইবা মরমশিংনি নত্রগা রাজনীতিগী ফম পাম্বদগী ইসলামগী পুন্সি লম্বী অমম্মুং চৎনবী তমলুরবা অতুগা মমৈদা মখোয়গী ধর্ম্ম লৌশিনখিবা। মরকসিদা লৌনম্বা কয়া অমম্ম লৈখ্রে। ঘণ-শা মতুম অমা নত্রগা পাউরুটী মচেৎ অমা খুঙ্গংগী গুহা অমদা লংথরবা, খুঙ্গংগী খঙদবা মী-শিং অতুনা মহৌশাগুম গুহাগী ঈশিং শেংকুনা চানরে। মথংগী মুমিত্তা ধর্ম্ম শন্দোকপা মী অমা নত্রগা মৌলবী লাকুনা লাউথোক্লগনি মহুদি—খুঙ্গংগী মী-শিং অতুনা অমাংবা ঈশিংতু থক-চারুরবনিনা মখোয় জাৎ তারে, অতুনা মখোয়না তৌগদবা অমত্তা ওাইরবা লম্বীদি ইসলাম ওনবা অসিনি। মতৌ অম্মুম্না খুঙ্গংগী মী পুম্নমক ইসলাম ওলহনবা অসি অরাং ভারত্তা য়াম্না পাক-শন্না তৌখি, অসিগুম্বা লৌনম মত্তা কয়া শিজিন্নতুনা নোংচুপ তোর্ব্বান্দা খৃষ্টান ধর্ম্ম লৌহনখি। মসি তশেংবদি য়াম্না চম্বা অশেংবা মীনম্বনি। মসি মীশিং য়ামহল্লগা রাজনীতিগী খুতুম চম্নবা পাম্বৈ অমা ওইনা শিজিন্ন-রকপনি। খৌশিল অসিগী মথাদা ধর্ম্মগী প্রোপ্যাগ্যাণ্ডা তৌরমদে গুপ্পগী রাজনীতিগী শক-তাকপা লাল্লোং অমা ওইরমহৈ। মীরৈপাক মচা লান্দারকপশিং অতুনা মখোয়বু রাজনীতিগী ওইনা নমথবত্তা নত্তুনা

সংস্কৃতিগী লমদম্সু খুদুম চনশিল্লকখি অমসুং মমৈদা মখোয়গী ধৰ্ম্ম লৌহন্নমই। মতু মীরৈপাক মচাশিংনা সংস্কৃতিদা খুদুম চনবনি। রাজ-নীতি, শেন-থুম, সংস্কৃতি অমসুং ধৰ্ম্মদা লান্দারকপনি।

ঐখোয়গী মাওত্রবা ইচিন-ইনাওশিং, চহি কুমজা কয়া ধৰ্ম্মগী নাইথাং ওইরিবসি মখোয়গী মপা মপূগী য়ুমদা অমুক হল্লকুবা কৌশিনবা অসি ঐখোয় পুন্নমক্কী ইখৌনি। পুকচেল শেংনা নিং-তম্ববু নুংশিবা মীওইনা মখোয়না মীনাই ওইবগী খুদমশিং অমসুং মীথা-পোনবসি লংথোক্নুনা থাইনগী ভক্তি অমসুং জাতিগী পুন্সিদা হল্লকপা ওইসন্নু। মীনাই ওইবা মথল খুদিংমক য়াদবা হায়বসি ঐখোয়গী স্বভাব ওইবনা মসি থাদোকফম থোকপনি। ঐখোয়গী ইচিন-ইনাওশিংনা মখোয়গী হান্নগী ফিভমদা হল্লক্নুনা ঐখোয়গী জাতিগী পুন্সিদা তিল্লনবা ঐখোয়না কৌরি। ঐখোয়গী সমাজগী "প্রোডিগ্যাল সন" শিংনা সমাজদা অমুক হল্লকুবদি ঐখোয়না অচৌবা "দিৱালি" অমা পাঙথোকপা য়াই। "প্রোডিগ্যাল সন" গী ৱারী অসি বাইবলদগী ফংবনি। মচা অমনা মাগী ইমুং মনুংদগী ফংবা য়াবা সম্পত্তিগী শরুক অদু পুদুনা চংখ্রে। মহাক্না মাগী মরল-মথুমদু কোমনা চাদিং পঙতৌ তৌথোক্নুনা লেল্লবা মতুংদা মমৈদা য়াম্না লাইরবা মী অমা ওইরক্লে। মহাক মাগী লমদা হল্লক্লে অদুগা ময়ুমদমক্তি চঙবগী থৌনা লৈত্তদুনা খুঙ্গংগী মচি অমদা লৈরে। মহাক্কী অহল ওইরবা মপা অদুনা মাগী ফার্মদা চৎপগী লম্বীদা মচা নুপাদু ইকাইনা মকোক নোল্লদুনা অথাপ্পদা লৈবা উরমই। মপানা থুনমক মচাবু কৌরমই অমসুং মনাক্তা চঙশিন্দুনা কোনবিরমই অদুগা হায়রকই "নহাক হল্লকপসিদা ইপাদি হায়নিঙাই লৈতনা নুংঙাইরে"। মপাদুনা মাগী অতোপ্পা মচা নুপা অমবু কৌরদুনা অচৌবা উৎসব অমা লাওননবা হায়রমই। অতোপ্পা মচাদু ওক্রমই অমসুং মপাদা হংলক্লমই—"বাবা, ঐদি অমুক কুইবসি নঙগী সেবা তৌদুনা লাক্লে। তৌইগুম্বসুং বাবা, নহাক্না করিগুম্বদা ঐবু ইকাই খুম্নদুনা চাকলেন অমত্তা লাওখিবা লৈতে।

মুপাসিদি মাগী লন-থুম পুম্নমক মাঙহল্লুরগা হল্লক্লবনি অদুগা মহাক্না মহাক্কীদমক অচৌবা চাকলেন অমা লাওননবা তাকপীরি।" মপানা থুম্নকই—"য়েংউ, ইচা মুপা, অচুম্বনি নংগী নয়াম্বসে মতম খরা ঐখোয়গা কায়নহুনা চংল্লুরে মহুদা ঐহাক্না ইচা মুপা অমা মাঙজখ্রে হায়দুনা য়াম্না য়ানা খনখি। ভৌইগুম্বসুং ঈশ্বরগী থৌজান্দগী ঐগী ইচাহু অমুক ফংজরে ঐখোয়না মহাকপু হাম্নদৌনা নুংশিফম অমসুং ইকাই-খুম্নফম থোক্রা? ঐখোয়না, মহাক্না য়ুমদা হল্লকপসিদা নুংঙাইফম থোক্রা?"

ঐখোয় য়াম্না নুংঙাইগনি অমসু. ঐখোয়গী চতি কুমজা কয়া চুপ্না ঐখোয়দগী লাপথোকখ্রবা ইচিল-ইনাওশিংনা ঐখোয়গা য়ুম তিন্নদ্রবসু ঐখোয়গী ইরক্তা তিল্লববদি মখোয়বু নুংশিগনি অমসুং ইকাই-খুম্নগনি। মসিদা ভৌদবা য়াদবা অমত্তা লৈতে। মসিদি, ফিভনসি মুন্না খঙহুনা হল্লকপা, হিন্দুগী থাইনগী পুন্সিগী লম্বী, ফিজেত্তা, চাকচাদা, চংনবিদা, লুহোং-কৈহোংবগী থৌ অমসুং শিবগী কর্ম অমসুং অতৈ অতোপ্পা কয়াদা থাইনগী হিন্দুগী পুন্সিদা অমুক হল্লক্লবা ঐখোয়না চুম্নরা কৌশিনবনি অমসুং মখোয়দা নিংশিংবনি।

মী খরা লৈ মখোয়না হিন্দু, মুসলিম, খৃষ্টান অমসুং অতৈ কাংলুপ কয়া রাজনীতি অমসুং শেন-থুমগী ক্ষেত্রদা অমত্তা ওইবে, তিন্নরে হায়বা য়াওই। করিগীনো ওমথৈহুগী মসুংহুত্তদা অমত্তা ওইরিবদি? হেন্না পাকপা হেন্না খঙবগী শক্তি চেনবা, হিন্দুগী পুন্সি মওংদা পুম্নমক পুনশিনবা অদুগা মখোয়গী মাঙলুরবা ইচিন-ইনাওশিংবু অমুক হল্লক্লবা শেম্বদি করিগী ওমদে। রাজনীতি অমসুং শেন-থুমগী ক্ষেত্রদা অমত্তা ওইরে হায়দুনা ঙাংলিবশিং অদুদা ঐখোয়না হায়নিংই মহুদি—রাজনীতি অমসুং শেন-থুমগী লম্বীতদা নত্তনা সংস্কৃতি অমসুং ধর্মগী লম্বীদসু করিগী ওম্লোই, ঐখোয়না ঐখোয়গী য়ুমশিং থোঙ লাউনা হাংদোক্নুনা থমলি। ঐখোয়গী অশেংবা মফমশিং, লাইশঙশিং, ঐখোয়গী থাইনগী সংস্কৃতি অমসুং

লৈবাকসিদগী মত্ত ওইনা ফংলিবা সম্পত্তি পুন্নমক মখোয়দা লাপ্লোক্লি। চিংনবা লৈতবা মসি ঐখোয়গী হেন্না পাক-চাউবা মিংথোয়নি।

মখোয়গী থম্মোয়-মুংদা চপ মান্নবা রাখলসি ফাওবা মী কয়া অমা লৈ খুদম ওইনা হায়রবদা পণ্ডিত জৱাহরলাল নেহরুনা "সংস্কৃতি কে চার অধ্যায়" কৌবা হিন্দী লাইরিক অমা ফোরাদ তৌবদা হিন্দু কলচরবু থমংথেংনা মুংশিবগী মুংগী ঈখিল অমত্ত ফোংদোকই। মহাক্না ভারতীয় কলচরবু য়াম্না পামজবা অমসুং মসিবু অরিবা মতমগা মান্নহনবা ওন্নগী শক্তি অমত্ত উবা পাম্বস্সু ফোংদোকই। মহাক্না হায়খি, ঐখোয়গী কলচরগী ইতিহাস তাঙ্কক অনি থোক্না থ য়্দোকপা য়াই। অহানবা থৈজদা মীরৈপাক্কী ভারতা লাকখিবা জাতিশিং হায়বদি গ্রীকশিং, শাকশিং, অহানবা লান্দারকপশিং ওইনা লাক্লগা মমৈদা মখোয়গা হান্নগী চৎনবী, থাজবা পুন্নমক থাদোক্লুনা ভারতকী জাতিগী ঈচেলদা কিনখি অমত্তগা মখোয় মশামকপু "রাজপুত" হায়না কৌনখি। মখোয় জাতিগী ঈচেলদা হরাওহরাওনা তিনশিনখি। মতমত্তুদা ঐখোয়গী থৌনা পাঙ্গল অমসুং মান্নহনবগী শক্তি লৈরমই অমসুং মখোয়বু চাউথ্রবা জাতিগী সংস্কৃতিগী ঈচেলদা মপুঙ ফানা চুপশিনখি। ঐখোয়না মখোয়গী অক্ষরা পোইন্ট কয়াসু লৌশিনখি; অমত্তুদগী মহাক্না হায়খি, অনিশুবা থৈজদা লাকপা লান্দারকশিংত্তু মহী-ময়াই কনবা শাখিবা শাজৎকী মীওইশিংনি। মখোয়না ঐখোয়গী লৈবাক্তা লান্দারকখি অমসুং ঐখোয়গী মী-শিংনা তৌবা য়াবা য়াদবা নিয়ম কয়ামরুম শেমত্তুনা মত্তুগী মরুমদা সমাজ কন্নবা হোৎনখি। মখোয় অখুবা রাখলগী মীওইশিং ওইরকখি, পুন্নমক্তগী ইতোপ-তোপা লৈত্তুনা তোখাই তাবা হায়বত্তু ওইখি।

লাইবক থীবদি পণ্ডিতজীনা থৈজ অনিতম্না পল্লমই। য়াম্না মুংওাইতনিওাই ওইবা অমদি পল্লমত্রে। হিন্দু কলচরবু য়াম্না মুংশিজবনি হায়বা মীওই কয়ানা মীরৈপাক মচাশিংনা লান্দারকপা অত্তু মায়োক্নবদি লুনা থোক্লুনা, লান্দারকপশিং অত্তুদা চঙজরগা মখোয়গী শাজৎ-লিচৎ

অমসুং চৎনবী মতৌ তমদুনা মশা কঞ্জনবা হোৎনরমই। অসিগুম্বা অসি মমাঙদা য়াম্না থোকখ্রে, চহি খরগী মমাঙদা হায়ব্রাবাদকী বাক্তিম্ন, মশামক হিন্দু অমা ওইনা য়াম্না হকচিনবা মুসলিম অমগী মতৌগুম্না মুমিৎ খুদিং নমাজ মঙারক শোল্লমই। মসি "শরণাগতি" (Surrender) হায়বদুনি। অহানবগী খৈজদুনা "পরক্রমবাদ" (Assimilation-ism) কৌরবদি অনিশুবা খৈজদুনা সংকুচিটাটা (Contraction-ism) কৌবা য়াই। "শরণাগতি" হৌজিক মতমদসু চথরি। লোলদা ফাওবা চাদা ৩৩% না ইংলিস, চাদা ৩৩% না পার্সিয়ান ব্রাহৈশিং ঐখোয়গী আর্মিগী কামাওদা শিজিন্নরি। অসুম্না "জকস্ট্যাপোজিশন", "ক্যালকিউলেশন", "ম্যাথেম্যাটিকস" না "পরক্রমবাদ" পুরক্তুনা ঐখোয়গী মীশিংগী অপুনবা পুরকনি হায়বসি য়ারবরা? মসিদি থেমদুনা হীংথহনবা নত্তুনা অতৈ করিসু নত্তে, লান্দারকপশিংদা শুকউ-খুদক কুন্দুনা চঙজবনি, লান্দারকপা মখোয়শিং হায়না-ভানা য়াবা অমত্তা নত্তে "শরণাগতিবাদ" অসি ঐখোয়গী মী-শিংনা অতৈ লম্বী খঙদ্রদুনা মশা ভাকথোকচনবা লম্বী ওইখিবনি।

ঐখোয় অমুক হন্না "পরক্রমবাদ" হিংগংহনগদবনি। মতুংগীদমক হিন্দু নত্তবা অতৈ লৈরিবশিং অসি মখোয়গী ব্রাষ্ট্র ধর্ম্ম লৈফম থোকই, লোয়ননা সমাজ ধর্ম্ম (Duty to Society) কুল ধর্ম্ম (Duty to Ancestor) অমসুং ব্যাক্তি ধর্ম্ম (Personal faith), ব্যাক্তি ধর্ম্ম-তদা কনাগুম্বা অমনা মহাক মশানা পামজবা আধ্যাত্মিকী লম্বী খঙবা য়াই। অতৈ অতৈ সোসিয়েল ডিউটি কয়া সমাজগী পুন্সিদা পাংথোক্রবা মতুংদা কনাগুম্বা অমনা মহাক কোরান শরিফ নত্রগা বাইবল নত্রগা অতোপ্পা মাগী থম্মোয়না পামজবা লাইনীঙ লাইশোন তৌজবা য়াই। মহাক্না নিংজবা লম্বীদা কনাগী অথিংবা লৈফম থোক্তে। মতৌ অসুম্না মশাগী মরন্নাই ওইবা পুন্সিগী শরুক অমদা মহাকী অপাম্বা চৎনরে অতোপ্পা লেমহৌরিবা পুন্সিগী লম্বেলশিংদদি মহাক জাতি হীচেল ইনবা মীওই অমা ওইবা তাবনি; মসিনি অশেংবা পরক্রমবাদকী শরুকফম।

মসিনি হৌখিবা মতমদা ঐখোয়না তৌখিবশিংদো। ঐখোয়দি মতম পুম্নমক্তা অতিথি সেবাদা থরাই য়াওবনি। খুদিংমকপু লৈবাকসিদা লৈরনদা তরাম্না ওকখিবনি। তৌইগুম্বসুং মখোয় পুম্নমক জাতিগী মরী লৈনবা আইন অমসুং চংনবী (Code & Convention) ইন্দুনা চংপগী দরকারদি লৈ। চহি-চা থরগী মমাঙদা আরব অমসুং টর্কশিংগী চাউথত্তবা লান্মী মপৈনা পার্সিয়াদা লান্দারমই. পার্সি থরদি মখোয়গী মমা লৈবাক থাদোক্তুনা মখোয়গী "হোলি ফায়ার" অমসুং "হোলি বুক" শিং পুরক্তুনা সুরাট-তা থুংলমই। নিংথৌ য়াদব রাণা-না মখোয়বু তরাম্না ওকপীরমই অমসুং দ্বারকা মঠকী শঙ্করাচার্য্যদা মখোয়বু করম্না লৌশিন-শিগে হায়না য়া তান্নরমই। মখোয়শিং অহুদা বণ-শা চাবা য়াদে, বণবীবু জাতিগী থাজবা ভাকুনা লুনা তৌজগদবনি। অসুম্না তৌরবদি জাতিগী পুন্সিদা মখোয় মকমসিদা ঈংনা লৈগনি। "জারাটুস্ট্র।" গী তুং-ইনবশিংনা মখোয়গী য়াশক অহু হৌজিক ফাওবা ভাকু চংলি অমসুং মখোয় জাতিগী পুন্সিগী ঈচেলদা মপুঙ ফানা লুপশিনখি।

মতম অমদা পণ্ডিত নেহরুনা জবলপুরদা হায়খি মহুদি—মুসলিম-শিংসি ঐখোয়গী জাতিগী পুন্সিদা চুপশিন্দুনা অমত্তা ওইনা তিন্নবা করিগী য়ারোইদগে, ইতিহাসকী মতমদা হুনশিং অমসুং শাকশিং করি অমত্তা কান্নদনা অহুম লুপশিনখি, ঐখোয়গী জাতিগী পুন্সিদা অমত্তা ওইনা পুনশিন্নবগী অচুম্বা অমসুং অমত্তা ভাইবা লম্বীদি মসিনি।

মসি ঐখোয়গী হিন্দু শাশনগী য়াথলনি অমসুং ভারত্তা লৈরিবা নন-হিন্দুশিংদা য়েংলিবা মিংলৈ-নায়েনি, মসি অচুম্বা য়াথলনি, থবক ওইনা পাঙথোকপা য়াবা অমসুং অচুম্বা লম্বীনি।

অচুম্বা মিংয়েং অমসুং অচুম্বা লম্বীনি হায়না ঐখোয়না লৌরবসু হিন্দু শাশনগী য়াথল অসি মুসলিম অমসুং খৃষ্টান কো-সিটিজনশিং অসি লৈবদা ভপেংনা শীঙনবা মী কয়া অমা লৈ। মখোয়না হিন্দু রাষ্ট্র অমগী

মখাদা কো-সিটিজনশিং অসিগী মফম লৈতে হায়না খনবা মী কয়া মরুম লৈরি। মসি য়াম্না নাতৈ চাদবা অমসুং জাতিগী সেন্টিমেণ্ট শোকপা অমসু ওই। মসি ঐখোয়গী অচৌবা অমসুং পুম্নমকপু কোনশিল্লিবা কলচরেল হেরিটেজদা য়াম্না অকায়বা শীবা অমসু ওইগনি। শিবাজীগী মখাদা হিন্দুশিং নৌনা অমুক হৌগৎলকপা মতমদা মহাক্কী লান্মীগী অচৌবা অফিসার অমদি রানাহুল্লা খান-নি হায়বসি ঐখোয় কাউফম থোকপ্রা? মতুংদা ১৭৬১গী পানিপঠ কী লানফমদা হিন্দু স্বরাজগীদমক শিব-চণ্ডবগী লান্থেংনবদা য়াম্না মক ওইবা ফম আর্টিলারী চিফ ইব্রাহিম গার্ডি কৌবা অমনা পায়রমই। অসিগুম্বা ইতিহাসকী লুরবা তাঞ্জাদা থোকপা থৌদোক অমসুং জাতিগী মীরোল কয়া লান্না চৎনরকপা কয়া ঐখোয়না কাউথোকপা চুমদে। হৌখ্রবা চহি লিশিং অমরোম অসিগী মতুংদা থোকখিবা থৌদোক কয়া কয়া ঐখোয়গী মিৎনা উরি কয়াদা ঙকখ্রবা থৌদোকশিংনো। মী খরনা অস্নুম্না হায়রি মতুদি—হিন্দু ন্যাশন লাক্লবদি হিন্দু নত্তবশিং লৈবাকসিদা য়াম্না য়ানা হিংগনি।

## ন্যাশন্যাল ইন্টিগ্রেশনগী অচুম্বশিং পুথোক্লবা।

ঐখোয়না ঙসি রাজনীতি লুচিংবশিংনা "ন্যাশন্যাল ইন্টিগ্রেশন" পুরক্লবগী মরমদা ঙাংবা য়াম্না তোয়না তাবা ফংই। তৌইগুম্বসুং "কমন ইমোশন" হায়বহু কদায়নো? ঐখোয় পুম্নমক পুন্না লাকপা য়াবা অপুনবা য়ুম্ফমনা কদায়নো? ঐখোয় পুম্বা অমত্তা ওইনা পুনবা য়াবা চাউথোক-চনিঙাই ওইবা জাতিগী পুন্সিগী নুংগী ওইবা পুন্সি ঈফুং (লাইভ স্প্রিং) অদুনা করম্বনো?

অহানবদা, নিংশিংবা ঙমদবা মতমদগী হৌনা ঐখোয়গী অশেংবা মাতৃভুমি নি হায়না লৌজরবা লৈবাক অসিদা অচাকপা লাইনীঙগী ঈহুল ফাওবা ঙম্লব্রা?

অনিশুবদা, অচৌবা ইমা লৈবাকসিগী মচা ওইনা ঐখোয়না ঐখোয়গী মরক্তা মরুপ-মপাং ওইবা, ইচিন-ইনাও ওইবগী রাখল পোকপা ডগ্নব্রা ?

অহুমশুবদা, জাতিগী পুন্সিগী অপুনবা ঈচেল থম্মোয়দা কন্না ফাওহুনা ঐখোয়গী অপুনবা সংস্কৃতি, হেরিটেজ, সম্পত্তি, অপুনবা ইতিহাস মীরোল লান্না চথরকপা ফিদমুকম আইডিয়েল, এসপেরেসন, অপান্বা পুন্নমক অমত্তনি হায়না পুক্লিংদা ফাওবা ডগ্নব্রা ?

ঈশ্বরদা পুল্লপ ওইনা লৈবগী মূল্য নত্ত্রগা রাহৈ অমদা হায়রগা হিন্দু ন্যাশন্যালিজম, না জাতিগী শাগৎলিবা রাখলগী অকনবা য়ুম্ফম শেম্বা ডগ্নগদ্রা ?

---

# টেরিটোরিয়েল ন্যাশন্যালিজম

## (১) মসিগী মরু।

"রাষ্ট্রীয়" হায়বা রাহৈসি করিনো—বৃটিশকী গেম—ইংলিসতা মহৈ-মশিং তমলুবগী ফল—ইতিহাস শেমদোক্লগা লান্না তন্বীব—টেরিটো-রিয়েল ন্যাশন্যালিজম পোক্লকপা অমসুং মসিগী ওইখোক্তবা।

"রাষ্ট্রীয় স্বয়ম সেবক সঙ্ঘ" হায়বা সংগঠন অসিগী মমিং অসি থোন্নবা হোৎনবদা বিবয় অসিগী মরমনা রাখল মান্না চঙনখি। সঙ্ঘগা মরী লৈনবা মীওই কয়াগসু রা তানখি। মিং কয়া প্রস্তাব তৌনরকখি, কয়া অমনা মিংশিংচুগী মায়োক্তা য়েৎলকখি; হৌজিক্কী মমিং ওইরবা "রাষ্ট্রীয়" হায়বা রাহৈ অসিগী মতাংসু য়েৎনখি, মখোয়না হায়খি মচুদি—রাহৈ অসি মিং অসিদা য়াওরবদি ভারততা লৈরিবা মুসলিম, খৃষ্টাননচিংবা অসিসু য়াওশিন্নবা থোঙ হাংদোক্তুনা থম্বগা মান্নরগনি। মরম অদুনা "রাষ্ট্রীয়" হায়বসিগী মহুত্তা "হিন্দু স্বয়ম সেবক সঙ্ঘ" কৌসি হায়না হৌদোকখি, অদু ওইরবদি ওর্গ্যানিজেশন অসি হিন্দুশিংগীতা ওইনা কন্দুনা থম্বা য়ারগনি।

## করিগী "রাষ্ট্রীয়" নো "হিন্দু" হায়বদি য়াদ্রা?

মতুংদদি "রাষ্ট্রীয়" হায়বা রাহৈ অসি "হিন্দু" হায়বা রাহৈ অসিগী মহুত্তা অরোইবা ওইনা লেপশ্রে। মুংদা লৈরিবা রাখল্লোন অসিগী অশেংবা উৎননবা থৌদোক অমা বোম্বেদা "হিন্দু কোলোনি" কৌবা লৈকাই অমা লৈরমই। মফম অদুগী মী থরনা মীরৈপাক্কী রাহৈ ওইবা "কোলোনি" হায়বা রাহৈ অসি অতোপ্পা রাহৈ অমনা হোংদোকপা, শিন্দোকপা পাম্নমই। মখোয় পুন্না মিং অদু হোংদোক্নবা লাক্লমই। সঙ্ঘ লিংখৎপীরম্বা ডাক্তরজী মতমদুদা বোম্বেদা লাকুনা লৈরমই অমসুং

মহাকপু বার্তন তৌরমই। মহাক্কী মত করি লৈবগে হায়না হংবদা ডাক্তরজী "কোলোনি" হায়বা য়াহৈ অসিগী মহুত্তা "হিন্দু" হায়বা য়াহৈসিনা হান্না শিন্দোকপনা ফৈ হায়রক্লমই। তিল্লগ্নিবা হিন্দুশিং অহুনা হিন্দু অমা ওইনা "হিন্দু" হায়বা য়াহৈ অসি করম্না বিরোধ তৌগদৌরিবনো হায়না অঙকপা পোক্লমই। ডাক্তরজীনা খুম্লমই মহুদি মহাক্না হিন্দু হায়বা য়াহৈ অসিবু বিরোধ তৌবা নত্তে, মহাক্না বিরোধ তৌরবদি য়াহৈ অসি শিজিন্নৱিবা মফম অসিনি. হায়বদি—হিন্দুশিংনা মখোয়গী লৈবাক্তা কোলোনি অমা শেম্বা য়াফমসিবু মিরোধ তৌবনি। হিন্দুস্থানদা হিন্দুগী কোলোনি অমা করম্না শেমগদৌরিবনো? ইংলিসমেনশিংনা হিন্দুস্থানদা লাক্লগা মফম অমদা পুন্না লৈদুনা বৃটিশ কোলোনি অমা শেম্বা য়াই। ঐখোয়না আমেরিকাদা চত্তুনা অককনবা মফম অমদা "হিন্দু কোলোনি" অমা শেমদুনা লৈরুবা য়াই। তৌইগুম্বসুং ইংলণ্ডদা বৃটিশ কোলোনি অমা, আমেরিকাদা আমেরিকান কোলোনি অমা অমসুং হিন্দুস্থানদা হিন্দু কোলোনি অমা লৈবা হায়বসি নাত্তৈ চাদবা অমনি হায়না ডাক্তরজীনা তাকপীখি। অহুনা মহাক্না মথা তাখি—ঐখোয়না অত্তোপ্পা লৈবাক অমদগী লাক্লুনা মফমসিদা লৈরবা নত্তবনিনা "হিন্দু কোলোনি" গী "হিন্দু" হায়বা য়াহৈসি তোংদোকপনা হেন্না ফৈ। তৌইগুম্বসুং লোকেলিটি অহুগী মী-শিংহুনা য়াফম অসি লৌশিনবা ঙমখিদে অহুনা মফম অহু তৌজিক ফাওবা মমিংহু অহুম কৌনরি।

মসিদগী ঐখোয়না সংগঠন অসি শেম্বদা "হিন্দু" হায়দনা "রাষ্ট্রীয়" হায়না মিংথোল্লিবা অসিগী মরম খঙবা ঙম্লে। ডাক্তরজীনা তাকপীখি—ঐয়োগী লৈবাক্তদি "রাষ্ট্রীয়" হায়রগা "হিন্দু" হায়না খঙনৈ অহুনা হিন্দু হায়বসি শিজিন্নরুবগী থোইনা তঙাই ফদবা লৈতে। ঐখোয়না "হিন্দু" হায়বা য়াহৈসি শিজিন্নরবদি ঐখোয়না ঐখোয়তমক খঙনরগনি, ঐখোয় নত্তবা মশিং য়াম্নবা লৈবাকসিগী ন্যাশন্যাল ওইরিবা কম্যুনিটি কয়া মরুম

অমগী মহৌশাগী ওইবা ষ্টেটস মাণ্ডলগনি। তৌইগুম্বসুং ঐখোয়গী লৈবাক্তা "ন্যাশন" গী মতাংদা ভাব তানদবা কয়া অমা মায়োক্নফুনা লৈবিবনি হায়বসি অচুম্বা অমনি।

## বৃটিশকী গেম।

মতৌ করম্না ভাব তানদবা অসি চহলকপগে? হৌখিবা চহি লিশিং অমরোমসিগী মনুংদা ঐখোয়গী লৈবাক্তা মীরৈপাক মচা কয়ানা লান্দারকখি। লান্দারকপশিং, হায়বদি গ্রীক, হুন অমসুং শাক-শিং হান্না লাকখিবশিংহু মায়থীবা পীগি নত্রগ; তাম্মোকখি নত্রগা মখোয় লৈবাকসিদা লৈহৌবা থরদি হিন্দু সমাজদা লৌশিনখি। তৌইগুম্বসুং, হৌখিবা চহি চা তরা নত্রগা তরানিথোইগী মনুংদা লাকখিবশিং অদুদি তাম্মোকপা ঙমখিদে, মখোয়দুদি সমাজসিদা চুপশিনবসু ঙমখিদে। মখোয় তোঙানবা অমা ওইনা লৈখি, মীরৈপাক মচা ওইনা লৈরাকসিবু সাসন তৌদুনা লাকখি। অকোনবা লাকখিবা বৃটিশ শাসন তৌবশিং অদু মাইল লিশিং কয়া থাম্না মফমদগী লাক্তুনা ভারত শাসন তৌরম্বনি। হৈ-শিংবা ওইদুনা মখোয়না মখোয়গী লৈবাক্তগী য়াম্না শাপা লৈবা মখোয়গী সম্রাজ অসি মতম কুইনা লৈহনগে হায়রবদি লৈবাকসিদা লৈরিবা মী-শিংগী রাখন্দা লৈরিবা "থাজবা" অসি মাঙহল্লবতদা ওইথোক্কনি হায়না খল্লমই। মখোয়গী "থাজবা" অসিমক্তনা মখোয়না নিংঙম্বগী লাল তৌবগী পাঙ্গল অমসুং পুক্নিং থৌগৎপা পীবনি হায়বসি খঙলমই।

বৃটিশনা চাং-চৎতা ভারত মচাশিং অসি মমা লৈবাকপু ভক্তি তৌই হায়না লৌরমই। মফম অসিগী মী-শিং অসি মতম খরগী ওইনা মখোয়গী অপুনবা শক-ফম কায়বা য়াওরবনু মখোয়শিংসি অমত্তা ওইনা তিনৈ য়াশিনৈ হায়বসিম্ম মখোয় খঙই। মশানা মশাবু চপ চানা থাজবা, নিং-তম্না হিংবা পামজবা মখোয়গী সংস্কৃতিবু অমসুং মহৌশাগী চৎনবী-নচিংবা ঙাকপা অসি মখোয়গী ঈ-তোংদা চঙখ্রবনি হায়বা মখোয়না

খঙলমই। মখোয়না অসিমস্সু খঙলমই মতুদি—অসিগুম্বা ম্যাশন্যালিজমগী লাকশিনবা রাগদবা থোনা লিংজেল অসিনা মখোয়না শাগৎলিবা সম্রাজ্য অদু মাঙলকপা য়াই। পুম্নমক অসি খঙলবা মতুংদা বৃটিশশিংনা য়াম্না মখং-মনাও নাইনা মী-শিংগী মমা লৈবাকপু মুংশিবা, ধর্ম্মদা থাজবা অমস্সুং হেরিটেজ কনবগী থাজবা অদু মাঙহন্নবা হোৎনরকথি।

অফাওবা ক্রান্তিকারী লালা হরদয়ালনা লীরম্বা থৌদোক অমগী ৱারী অমা লৈ। খা-ভারত্তা ইংলিস অফিসার অমা লৈরমই। মাগী এসিস্টেন্ট অদু লমদম অদুগী মী ওইরমই. নাইদু অমনি। ইংলিসমেন অদুগী ওর্দরলি অদু ব্রাহ্মণ অমা ওইরমই। নোংমা ইংলিসমেন অদুনা মখোঙনা লম্বীদা চৎলিঙৈদা, ওর্দরলি অদুনা মাগী মতুং ইল্লমই, এসিস্টেন্ট অদুনা মায়োক্লবা মাইকৈরোমদগী মঙোল্লোমদা লাক্লমই। তৌইগুম্বস্সুং এসিস্টেন্ট অফিসার অদুনা ওর্দরলি অদু উবদা মাগী কোয়েং লৌথোক্তুনা মখোচ শোক্তুনা খুরুম্নমই। ইংলিসমেন অদু য়াম্না ঙকখিরমই। মহাক্না হংলক্লমই—"ঐহাক নহাক্কী সেনিয়ার অফিসারনি, তৌইগুম্বস্সুং ঐঙোন্দদি নহাক্না চুম্না লেপ্লগা খুৎ তমক শোকনৈ অদুগা মহাক্তি ঐগী পিওন অমনি অদুগা নহাক্না চিনখ্রবা লম্বীসিদা মাবু দণ্ডবৎ তৌদুনা খুরুমই, মসি করম্না তৌরিবনো?" এসিস্টেন্ট অফিসার অদুনা খুম্নক্লমই—"অদোম ঐগী অফিসার ওইবা য়াই তৌইগুম্বস্সুং নহাক্তি "ম্লেচ্ছ" নি। মহাক পিওন অমা ওইবা য়াই তৌইগুম্বস্সুং মহাক্তি ঐখোয়গী মী-শিংনা য়াম্না ব্যবহার তৌনবা মীওই কাংলুপশিংগী মনুংদা অমনি। মসি চহি কুমজা কয়াদগী অস্সুম চথরক্লবা চৎনবীনি; মঙোন্দা খুরুম্বা অসি ঐখোয়গীদি ইথৌনি।" মতুংদা হায়রিবা অফিসার অসিনা ইংলণ্ডগী ইণ্ডিয়া অফিসতা থৌদোকসিগা মরী লৈননা চিঠি কয়া ইখিরমই। চিঠিগী পাউথুমদা ইংলিসমেন অদুনা ব্রাহ্মণ অদুবু মহাক্কী মফমদগী লৌথোক্লবা অমস্সুং মাগী মফমদু সাহেবতুনা কনবা ঙমদ্রবা, হায়বদি মহাক্না ব্রাহ্মণদুদগী হেন্না ইকাই-খুম্নবা ব্যবহার ফংবা ঙমদ্রবা অদু ওইরবদি সম্রাজ্য অসি কয়া কুইনা চৎলোই। ৱাথল অসিগা

লোয়নন। ইংলিসমেন অতুনা লম্বী কয়া মরুমদা মথং মনাও নাইনা ভারত মচাশিংবু ট্রেনিং পীবা হৌখিরমই। মহাক্না ইহান-হান্না তম্বীরম্বদি ভারত হায়বা অসি লৈবাক অমা নত্তে "কন্টিনেন্ট" অমনি। মহাক্না হায়রমই—ভারত মচাশিং অসি "জাতি" অমা নত্তে "ন্যাশন" অমসু নত্তে। মখোয়না মফমসিদা চহি যুগ কয়া লৈরম্বা মী-শিংদু চীংদা, অঙ্গলদা তাম্বোকখি। অতোপ্পা হান্না লৈরম্বা "দ্রাবিদা" কৌবা মীওই মথল অমসু লৈরমই। আর্য্যশিং ভারতকী অরাং লমদগী লাকপনি, মখোয়গী খুৎলাইগী শক্তি য়াম্না হেনবনা লৈবাক অসি লায়না জয় তৌবা ঙমখি অমসুং অতোপ্পশিংবু নমথখি, মখোয়না হায়রমই—আর্য্যশিংগী "মাদরলেণ্ড" হায়বা অমা লৈত্তে পুম্নমক ভারতকী মপান্দগী লাকপা ঙাক্তনি, মরম অতুনা এখোয় চপ মান্ননা লৈবাক অসিদা লম-লানবা ঙাক্তনি, মীবৈপাক মচা ঙাক্তনি। ইংলিসমেনশিং অতুনা হায়রমই—ভারতকী মী-শিংসিগী "ধর্ম্ম" লৈরমদে, ফিলোসোফি লৈরমদে, অচুম-অরানগী খাথলম্ব লৈরমদে। মখোয়গী হৌখিবা মতমগী পুন্সি অদু অমম্বনা থল্লবা অমনি অতুগা ইংলিসমেনশিংনা লৈবাকসিদা লাকপদি ঈশ্বরগী থৌজাল হায়বতনি, মরমদি—ভারতকী মী শিং অসিনা মখোয়গী মখোঙদা কমতুনা ধর্ম্ম, সংস্কৃতি, মথং মনাও নাইবা, সমাজ অমসুং রাজনীতিগী পুন্সিম্ব তমজবা য়াবগী তাঞ্জা ফংজরে।

মাকাওলেগী সম্রাজবাদ শন্দোক্নবা থৌওংগী মখাদা ইংলিস ইডু-কেশন ভারত্তা হৌদোকখি। মহাক্না মীয়াম কোটি কয়া-মরুম অমসুং ইংলিসমেনশিংগী মরক্তা লোল হন্দোকপা লাইরিক তৈবা মী কাংলুপ অমা শেম্ব পাম্লমই, মী কাংলুপ অদু কুপ্ অমসুং ঈ-তোংদা ভারতমচা ওইজরবসু মখন্দা, মহাও থঙবদা, অচুম-অরান লেপ্পদা অমসুং বুদ্ধি মতাদা ইংলিস মানবা ক্লাস অমা ওইগদবনি। হায়রিবা মাকাওলে অশিমক্না ইং ১৮৩৬ তা মহাক্কী অপোকপদা চিঠি অমা ইখি, মতুদা ইংলিস ইডুকেশন ফংলবা হিন্দু অমনা মহাক্কী হান্নগী ধর্ম্মদা থাজবা থম্লকলোই। অদুগা মহাক্না 'সিমসু কোংদোক্লমই মতুদি—চহি ৩০ গী মতুংদা ইংলিস

ইডিউকেশন ফংলবা বেঙ্গলগী ইকাই-খুম্নবশিংগী মরক্তা মুর্তি লাংপা অমা ফাওবা লৈরোই হায়নস্থু পনখি। তৌজিক মতম ফাওবদা খৃষ্টান কনভেণ্ট শিংনা বেঙ্গলনচিংবা মফমদা নৌরিবা অঙাংশিংদা জেজস খৃষ্ট নত্তুনা অশেংবা লানবিনবা অতৈ লৈতে, হিন্দু ধর্ম হায়বসি অন্ধ বিশ্বাসনা থল্লবা মপৈ অমনি, খৃষ্টান ধর্ম লৌত্রবদি মখোয়শিংদো মতম চুপ্পা নরক তার-গদবনি হায়বনচিংবা থাজনিঙাই ওই দবা মত কয়া অঙাংশিংদা তম্বীরি।

## ইতিহাস মগুং কায়না তম্বীবা।

স্কুলদা অঙাংশিংদা ইতিহাস তম্বীনবা লাইরিক শিজিন্নৈ, মদুদা ঐখোয়গী থাইনগী নিংথৌ, নিংথৌবেলশিংগী ইতিহাস অসি "ট্যাঙ্গলবুড টেলস" হায়বদি অমম্বা অমস্থুং চয়েং-খোয়েংনবনা থল্লবা মতম তাঙ্কক অমনি হায়না কোংদোকই। ইতিহাস ইবশিংতুনা হায়---চয়েংনবা অমম্বা মরক অদুদা আর্য্যশিং লাকই, অদানবদা পঞ্জাবতা থুন্দাই, মতমদুদা "মহাভারত" কী লাঙ্গাও থোকখি। মখোয় গঙ্গা অমস্থুং যমুন তুরেল লোমদা চঙশিল্লকখি অমস্থুং অযোধ্যাদা থুন্দাখি। অম্মুম্না ইতিহাস ইবা অদুনা মখা তানা চতি কুমজা কয়াগী মতুংদা মহাভারতকী মতুংদা "রামায়ন" গী ৱারী লাকখি হায়না ইরি। ইতিহাসকার অসিগী হৈ-শিংবা অদু খাগৎনিঙাইনি, মপানা মচাগী তুংদা কোন্না পোকই হায়বসি পুথোক্লবা খোইদোকপা মী-ওই, লাই-ওই না তৌবা মীওই অমা চঙই হায়বসি অশেংবনি। ভারতকী ইতিহাস অসি "ডার্ক এজ" না হান্না হৌরগা লেমহৌরিবা শরুক অদু "মুসলিম পিরিয়ড" অমস্থুং "বৃটিশ পিরিয়ড" হায়বা শরুক অনি থোক্না খায়দোকই। পুম্নমক অসি ঐখোয়গী অঙাং-শিংদা হৌবদগী তম্বীদুনা লাক্লে, অদুনা মখোয়না ঐখোয়গী জাতিগী পুন্সিদা অচৌবা, অথোই-অহেন অমত্তা লৈতে হায়না থাজহন্দুনা লাক্লি।

বৃটিশনা ভারত থাদোকপ্রবা মতুংদা ঐখোয়গী স্কুলগী টেক্স বুকতা ঐখোয়গী ইতিহাস অসি "হিন্দু পিরিয়ড", "মুসলিম পিরিয়ড" অমস্থুং

বৃটিশ পিরিয়ড হায়না তন্বীদুনা হান্নগী বৃটিশকী ভু-চেল্লবা থিওরী হায়বদি হিন্দুশিং অসি লৈবাকসিদা মুসলিম অমসুং বৃটিশশিংগা চপ মান্নবা খোংফমদা থমজিল্লম্বা অসিনি। ভারতকী ইতিহাসকী হিন্দু পিরিয়ড হায়বসিদি য়াম্না শাংগ্রবা মতমগী রারীনি ; করিগুম্বা মতমদা নিংতম্না মঙাল চাউনা লৈবা মতম, অতোপ্পা মতম অমদনা লান্দারকপা মীরৈপাক মচাশিংগা জাতিগী নিংতম্বা অমসুং ইজ্জৎ ভাক্লনবা লান্থেংনদুনা লাকখিবা মতমদুগী ইতিহাসদু মীরৈপাকচাশিংনা নমদুনা ভারতকী সিংহাসন মুন্দুনা পানবা মতমনি, নিংথৌ ওইনা মখোয়দু ভসি ফাওবা শক-খণ্ডখিবা লৈতে, ইতিহাসনা মখোয়গী রারীদু জাতিগী ইতিহাসকী মমুং চনফম থোক্কে। অতোপ্পা মখোয়গী রাখল চিংশিনখিবা থিওরী অমদি লৈবাক অসিদা লৈবা মী পুম্নমক অসি মীরৈপাক মচাশিংগী শাসনদা পুম্নমক "কমন ডেঞ্জর" অমগী মথাদা তিংলমই, অদুগুম্বা "কমন ডেঞ্জর" অদুনা মখোয় পুম্নমকপু অনৌবা ন্যাশন্যালিটি অমগীদমক পুনশিনবা ঙমখি। মসিনা খণ্ডনরিবা রাফমদি—"কমন ডেঞ্জর" না ন্যাশন্যালিটি অমা শাগৎপা ঙম্বা য়াই মদু অনৌবা শেমগৎপদি ওইরোই হান্না য়ামদ্রবদা মরু অমা লৈরমগনি। মরু অদুনা মখোয়বু মথরাই হাপ্তুনা, মপাঙ্গল কলহন্দুনা ন্যাশন অমা ওইহল্লকপা য়াই। জাতি অমা ওইহল্লকপদা নত্তনা অমত্তা ওইবা অমসুং থাদোকপনচিংবা কয়া মখোয়গী রাখন্দা পোকহন্দুনা মীরৈপাকী লান্দারকপশিংবু মায়রোং য়াবা ঙমহল্লম্বা য়াই। পুম্নমক অসি "থিওরী অফ কমন ডেঞ্জর" না কোংদোক্তুনা খণ্ডহল্লি। মসি মফমসিদা অনৌবা ন্যাশন্যালিটি অমা ফংনবদা শিজিন্নরকপনি।

## "টেরিটোরিয়েল কন্সেপ্ট" কী ওইথোক্তবা।

লৈবাক অসিদা থাইনগী মপুঙ ফাব। হিন্দু ন্যাশন অমা লৈরমই হায়বসি মখোয়না কাউথোক্লে, অদুগা লৈবাকসিদা মখল-মথা অয়াম্বা কম্যুনিটিশিং, হায়বদি জিউশিং পার্সিয়ানশিং চংজরকপা ওইনা অদুগা মুসলিম অমসুং খৃষ্টানশিংনা লান্দারকপা ওইনা পুন্না লৈমিন্নরকই। মতৌ

করম্না মচোই-মচোইবা কাংলুপশিং অসি লৈবাকসিগী মচাশিং কৌরিবনো হায়বা রাহংসিগী পাউখুম মখোয় মায়োক্লক্ৰি। চুম্নগী থঙহৌদনা খোকপা থৌদোক অমনা, মখোয় অপুনবা য়েক্লবা অমগী শাসন মখাদা লমদম অমত্তুদা লৈমিন্নরুবদগী থোকখিবনি।

মতম অমদা, মিটিং অমা তৌরিঙৈদা জেন্টলম্যান অমনা খোন্দা থরা কন্না হায়রমই মহুদি - লৈবাকসিদা লৈবা মী খুদিংমক ঐখোয়গী লৈবাকসিগী ন্যাশন্যালনি হায়না জৌগদবনি। গুরুজীনা মঙোন্দা হংলমই ? "কয়া কুইনা লৈরগা ?" জেন্টলম্যান অহুনা খুম্নক্লমই—মহুগীদমক মতম অককপা লৈতে, "নোংমথক্তা ওইরবস্নু" গুরুজীনা হংলমই ? জেন্টলম্যান অহুনা খুম্নক্লমই—"হোয়"। গুরুজীনা নুংঙাইরহুনা হায়রক্লমই মহুদি— ঐখোয় স্বরাজ ফংলে, স্বরাজ ফংবতা নত্তে ঐখোয় সম্রাজ্য অমস্নু ফংলে, মখা তানা নিংতম্বগী আন্দোলন চথরুবগী কান্নবা লৈত্রে, মরমদি জেন্টলম্যান অহুগী সংজ্ঞাসিগী মতুং ইন্না মতমহুগী ইংলণ্ডগী প্রধান মন্ত্রী রামসে মেক ডোনেল ভারতকী ন্যাশন্যাল অমা ওইরে মরমদি মহাক মুমিং থরনি ভারত্তা লৈরক্লে। মরম অহুনা রাফমসিনা তারক্লিবদি ভারতনা ইংলণ্ডসি শাসন তৌরে। ইংলণ্ডনা ভারত শাসন তৌবা নত্রে। মসিনি কয়াদা তায়োন্নবা রারোইশিন্নে, মসিনি থিওরী অফ টেরিটোরিয়েল ন্যাশন্যালিজমনা ঐখোয়বু লমজিংলিবসে।

"থিওরী অফ টেরিটোরিয়েল ন্যাশন্যালিজম" অমস্নুং "কমন ডেঞ্জর" না ন্যাশন অমা ওইবগী ঐখোয়গী রাখল্লোন্দা অরেপ্পা, পুক্নিং থৌগৎনিঙাই ওইবা অশেংবা হিন্দু ন্যাশনহুডতা অপেনবা পীবা ঙমদে, নিংতম্বগী আন্দোলন অয়াম্বা এন্টি-বৃটিশকী ঈহৌ ঙাক্তা ওইনা তৌরকই। এন্টি-বৃটিশিজমবু মরৈপাক নিংবা ন্যাশন্যালিজমগা মান্ননা লৌনরকই, অসিগুম্বা রাখলসিনা নিংতম্বগী লানফম পুম্নমক্তা মাঙ-তাক্নবা ফল ঙাক্তা পীরকই, নিংতম্বগী লানফমত্তদা নত্তে, মসিগী লুচিংবশিং, সাধারণ প্রজাশিংদস্নু মান্নবা ফল পীরকই।

# টেরিটোরিয়েল ন্যাশন্যালিজম

## (২) মসিগী মহৈ।

রিবোলিউশন্যারিশিংদগী থাজবা মাঙহনবা মী-শিং ওল্লকপা—কংগ্রেসনা অয়েংপা ওল্লকপা—হিন্দু নত্তবা কাংলুপশিংগী শাজং—মুসলিমশিংবু থেম্বা—হিন্দুশিং মথন্থা মাঙহন-তাকহন্নবগী রাররকপা—লুচিংবা, অরাবগী মশক ওইবা শাপ—অনাবহু অহুম লৈরি—মচিন্দা শাথিনা শোয়থিবত্ত চুমথোকপা।

বৃটিশ শাসনগী মায়োক্কা হৌথিবা নিংতম্নগী ঈহৌ অহু মরু ওইবা মথল অনিনি। অমনা খুংলাই পায়বা রিবোলিউশন্যারিশিংনা হৌবনি, অহুগা অতোপ্পা অমনা ইণ্ডিয়ান ন্যাশন্যাল কংগ্রেসনা লুচিংহনা হৌবা "পেসিব রেজিষ্টেন্স" নি। এখোয়না হৌজিক "এন্টি বৃটিশিজম" গী ঈহৌ অনি অসি তোঙান তোঙান্না করি করম্বা ফল তাখিবগে হায়বহু খন্নসি।

## মরৈপাক নিংবশিংদগী থাজবা মাঙহনবা মী-শিং ওল্লকপা।

ক্রান্তিকারী লুচিংবশিংনা য়াম্না পাক-শনবা অরোনবা "সেল" কয়া মরুম লিংখৎলমই, লান্দা শিজিন্ননবা খুৎশু-খুংলাইশিং শাফম শেম্বা অমসুং মরৈপাক নিংবা মথরাই ফাওনা থাদোক্রুবগী খোরাং তৌরবা থৌনা ফবা কয়াগী কাংলুপ অমসু ওইরমই। তৌইগুম্বস্থং বিশ্বাসঘাতক তৌবা কয়ানা চেকশিন্না ঙাকশেল্লম্বা, নিংথিজনা শেম্নবা খোরাং কয়াগী অরোল-অথুপ হায়দোকপনচিংবা তৌডুনা মখোয়বু অরাবা ওইহনখিবস্থ য়াওদনা নত্তে, কনাগুম্বা অমনা লালহৌ অমা কয়ারক হন্না হোৎনবদা মায় পাক্রুবা কান্দা অকোয়বদা করম্বা পাম্বে শিজিন্নরগা মায় পাকখিবা হায়বহু য়েংবা হৌরকই। মসি মীওইবগী হৌনশানি, রিবোলিউশন্যারিশিংস্থ রিবোলিউশন মায় পাকখিবা খুদমশিং পান্নমই অমসুং মতৌ ভমনিংলমই।

মখোয়শিংগী মন্নুংদা, ঐখোয়গী জাতিগী পুন্সিবু চেংনা থাজবা, লৈবাকসিগী মন্নুংদগী হৌরকপা রিবোলিউশন্যারিগী রাখল খোংগংপা, ঐখোয়গী ইশাগী ইতিহাসকী মন্নুংদা য়েংবা হৌরক্লমই, খুদম ওইনা শিবাজীগী ফিদম্নফম ওইবা রাখন্না ঈথিল পীবা সুবাস চন্দ্র বসু নচিংবদা মখোয়গী রাখল থম্লমই। সুবাস চন্দ্র বসু লৈবাক অসি থাদোকুনা মাঙখিরমদাই অরোইবা ইন্টরবিয়ু অমদা শিবাজীবু য়াম্না রাংনা থাজতুনা ভাংলমই অদুগা শিবাজীগী ফিদম্নফম অমসুং শা-লালগী থৌওং অদু ইন্দুনা চংলবদি ভারত "স্বরাজ" ফংগনি হায়না লাউথোক্লমই। অচেৎপা রাখল লৈতবা, জাতিদা লেঙদবা অচেৎপা থাজবা পমদবা গুপ্তগী বৃটিশ শাসন্দা কন্না য়েংপা মখোয়শিংনা মখোয়গী হৌখিবশিং নত্তবা অকোয়বদা য়েংলক্লমই। মখোয়না খৃঃ ১৯১৭ তা রুশিয়াদা মায়পাকপা রিবোলিউশন অমদা মখোয়গী কুইনা চৎনরক্লবা, নিংথৌ পানবা অমসুং ফিউডেল সিষ্টেম হুন্দোকখিরমই অমসুং মীয়ামগী লৈবাক ভাকলোন লিংখৎখিরমই। ঐখোয়গী মতমদুগী রিবোলিউশন্যারিশিংনা মদু মুংশিনা পাম্লমই অমসুং মখোয়না কম্যুনিষ্ট আইডিওলোজি অমসুং কম্যুনিষ্টকী লালহৌ মওংদা, যুম্ফম ওইবা রিবোলিউশন অমা পুরকপা পাম্লমই, মদুগী মহৈদি নিংতম্বগী লাইনীঙ ওইরম্বা মখোয় অদুনা কম্যুনিজম, চিন অমসুং রুশিয়াগী লূচিংবশিংদা লাইনীঙ ওইখিরমই। মখোয়না ঈহৌসিদা, ঐখোয়গী লৈবাক্না মুক্তি ফংনবা লান্থেংনবা অদুগা লৈবাকসি চিন অমসুং রুশিয়াগী মীনাই ওইহন্নবা হোৎনরক্লমই। ঐখোয়না উপ্রে, মদুদি ইমা লৈবাক্কী নিংতম্বা ফংননবা মখোয়গী মথৱাই ফাওবা থাদোক্কনি লেপ্লম্বা অদুনা ঐখোয়গী লৈবাকসি চিন অমসুং রুশিয়াগী "স্যাটিলাইট" ওইহন্নবদা মথৱাই কথোক্লিংবগী অপাম্বা লৈপ্রে। অসুম্না মতম অমদা অকনবা "স্বদেশ ভক্ত" অমা ওইরম্বদু হৌজিক্তি "পরদেশ ভক্ত" ওইপ্রে। কয়াদা চাং তাখ্রবনো।

## কংগ্রেসকী শাখিনা মায়থীবা।

কংগ্রেসনা লুচিংবা অতোপ্পা ঈহৌ অমত্তুনা য়াম্না চাং তাহনবা, অকনবা খুদোং থীবা অমা লৈবাকসিদা থোকহনখি। লৈবাকসিদা ঙৌখিবা চহি চা কয়াগী মনুংদা থোকখিবা ফত্তবা, অন্নাবগী মশক ওইবা পৌদোকশিং অত্তুগা হৌভিকী মতম ফাওবদা জাতিগী পুন্সিদা অকায়বা থোক্লিবশিং অসি কংগ্রেসকী অশোয়বশিংদগী থোকখিবা ভাত্তনি।

কংগ্রেসনা বৃটিশ সম্রাজ্যগী অচৌবা অকনবা শক্তিগা মায়োক্নবদা মখোয়গী মপাঙ্গল য়াম্না হাংলি হায়বসি ফাওখি। মখোয়গী অশোনবা অত্তু কোকহন্নবা মখোয়দা মতেং পাঙলক্কবা অকোয়বদা য়েংলক্লমই। বিপোলিউশনারিশিংস্তু মত্তুগী পাখৈহু হোৎনত্তুনা য়েংলম্নি। তৌইগুম্বসুং মীবৈপাক্কী শক্তিশিং অত্তুনা মখোয়গী কান্নবা য়েংদনা অশোনবা জাতিবু মতেং পাঙগে হায়ত্তুনা হোৎনরক্তে। কংগ্রেসকী মকোক ওইবা লুচিংবশিংনা য়ানত্তুনা অমির অমানুল্লাদা মতেং পাঙবিনবা হায়জরুই; মখোয়গী থৌশিল্লি অমিরনা লৈবাকসিদা লান্দারকপা, ঈরোইননা ভারত্তা মনুংদা লাংলহৌ অমা হৌহল্লগা বৃটিশ তাম্মোক্লবদা আফগানশিংনা মতেং পাঙবা, বৃটিশ তাম্মোকপদা মতেং পাঙবিবগী লমন শিংবা ওইনা অমিরবু ভারতকী সিউজরেন ওইনা শক খঙবা হান্নো অয়াবা পীরমই। তৌইগুম্বসুং বৃটিশশিংত্তু য়াম্না হৈ-শিংলমই, অমসুং শীন্নরিবা শরৌত্তু খঙবা ঙমখি, লুচিংবশিংত্তু ফাজিন্দুনা থমখি, মখোয়গী হৈ-শিংবা কুটনীতি শিজিন্নত্তুনা অনামুল্লাবু আফগানিস্থান্দগী তাম্মোকখি।

হোৎনবা অসি মায় পাক্রবনা কংগ্রেস লুচিংবশিংনা লৈবাকসিদা লৈরিবা মীশিংগী অপুনবা ফ্রন্ট অমা শেমত্তুনা বৃটিশকী মায়োক্তা লেপ্পা হায়না খল্লমই। পুনশিনগদৌরিবা অত্তুসু ন্যাশন্যালিজমগী রাখল অমগী মতুং ইন্ননি। হিন্দুশিং নত্তবা লৈবাকসিদা কম্যুনিটি মরিথক লৈরমক্তে, জিউশিং, পার্সিশিং, খৃষ্টান অমসুং মুসলিমশিংনি।

হিন্দুশিংগীদি করিস্থ অরুবা লৈরমদে। মখোয়নি লৈবাক অসিবু মখোয়গী অশেংবা মাতৃভূমিনি খন্দুনা য়াম্না চাউবা সংস্কৃতি অমা অমস্তুং মপা মপুদগী ফংলকপা সম্পত্তি কয়া শাগংলক্লম্বা। মখোয়না রাখল লৈবা, লৈবাক্কী মফম পুম্নমক্তা পুন্সিগী থবক খুদিং তৌবা ঙম্বা অচৌবা মীওই কয়া পুথোক্লমই। মরম অদুনা হিমালয়দগী কন্যাকুমারী ফাওবসি মখোয়গী অশেংবা মফম ওইরমই। মখোয়না লৈবাক অসি মীরৈপাক মচাশিংনা খুত্থম চনবা ঙমদনবা কন্না লাস্তেংনদুনা লাকই। মখোয়গী ধর্ম্মগী লাইরিকশিংনা মখোয়দা নিংতম্বগী রাখল তম্বীরকই। নিংতম্বগী রাখলসি মখোয়গী ঈ-তোংদা য়াওখিরমই, মদুনা মরম ওইদুনা মখোয়না লৈবাক অসি মীরৈপাক্কা খুত্থম চনবা স্লকয়া য়ারমদে, কয়ারক হন্না মায় পাক্না মীথা পোনবগী য়োংহিং-কোহেল্লো থদংখিরমই।

## জিউ (ইহুদী) শিং, পার্সিশিং অমস্তুং খৃষ্টানশিং।

মতুংদা লৈবাকসিদা রিফ্যুজী ওইনা লাকপা জাতিশিংদি ইহুদীশিং অমস্তুং পার্সিয়ানশিংনি। জিউশিং অসি মশিং য়ামদবা কাংলুপ অম ওইবনা কয়া থৌশানরক্তে। পার্সিশিং অসিদি মশিং কয়া য়ামদ্রবস্তু হৈ-শিংবা, নোম্বা কনবা য়াম্না চাউখৎপা কম্যুনিটি অমা ওইরমই। তৌই-ওম্বস্তুং অয়াম্বদি, মখোয়শিং অসি মফম অসিগী হিন্দুগী পুন্সিগী ঈচেল্দা তিনখ্রে। মখোয় ভারত ইমা লৈবাকসিবু খম-থেংনা নুংশিবগা লোয়ননা নিংতম্বগী লানফমদস্তু মাঙ থাদুনা লাকই। দাদাভায় নাওরোজী, ফিরোজ সাহ মেহতা অমস্তুং ম্যাডাম কামা নিংতম লাম্মীশিংবু পুক্লিং থৌগৎপীরম্বা লুচিংবশিংগী সিম্বোল ওইনা থঙনদুনা লাকই।

মথংদা খৃষ্টানশিংগী রাফম লাকই। ইং ১৮৫৭ কী অহানবা নিংতম লালনি হায়না লৌনরিবা লানফম অসিদা বিশোপ থরন নিংতম লানদু নমথনবা বৃটিশ সরকারবু মতেং পাঙননবা লাম্মী কাংলুপ অমা লিংখৎলমই,

মতম অচুদগী হৌরদুনা খৃষ্টানশিং অসি মখোয়গা ধর্ম্ম তিন্নবা বৃটিশকী মায়কৈদা লেপখি। বৃটিশশিংনসু অমরোমদা খৃষ্টান মিশনারিশিংবু লম্বী কয়াদা মতেং পাঙখি। অপাকপা জঙ্গলগী লমদা অমসুং চীংগী লমদম-শিংদা খৃষ্টান মিশনারিশিংতবু চঙবা য়াহল্লি অচুগা মখোয়গী ভগথৈশিংচু অতোপ্পা ওটৈ ধর্ম্ম শন্দোকপশিং চঙবা য়াহন্দনবা থিংজিল্লি। লোকেল খৃষ্টানশিংগা খৃষ্টান মিশনারিশিংগা অমসুং বৃটিশ সরকারগা লোয়নননা থবক চথমিন্নে। মরম অচুনা সাধারণ ওইনা খৃষ্টানশিংনা নিংতম লান্দা শিংরুক য়াদনা থৈদোক্নুনা লৈখি।

## লুচিংবা ওইবগী চাওয়েং।

অচুদগী মুসলিমশিংগী রাকম লাক্লে। মখোয় লৈবাক অসিদা লান্দারকপা ওইনা লাকপনি। মখোয়না হৌখবা চহি চা তরানিথোই অসিদা লৈবাকসি জয় তৌদুনা শাসন তৌদুনা পাল্লকপনি হায়না খন্দুনা লৈ মখোয়গী য়েংথীবগা লায়ননা য়েংলগা অসি রাজনীতি খন্দা নাত্তে হায়বসি হিতিহাসনা ময়েক শেংনা ইদুনা লৈ। রাজনীতি খত্তদা য়েংনবা ইরম্নবদি যাম্না তেনবা মতমগী মনুংদা য়াম্শিন্নবা য়ারম্বনি। তৌইগুম্বসুং মসি অম্বপকী মতিক লুনা মরা ওথো মতুদি এখোয়গী থাজবা পুম্নমক্কা মখোয়গা য়েক্লব ওই। এখোয়না লাইশঙদা লাই খুরুমই, মখোয়না মচু মাথোকই। এখোয়না "ভজন" অমসুং "কাংচিংবা" তৌরবদি মখোয়না য়াম্না শাউই। এখোয়না যণবীবু পূজা তৌই মখোয়না মচু চাথোকপা পামই। এখোয়না কুপীশিংবু অশেংবা "মাদরচুদ" ওইনা থাজংলি, মখোয়না ওৎ-নৈবা পামই। মখোয়না ধর্ম্ম, সংস্কৃতি অমসুং সমাজনাচিংবা পুম্নি লম্বী পুম্নমক্কা অম্নৈৎপা পী। অসুন্না য়েংথীবগী র'থলসি মখোয়গী খম্মোয়দা চেৎনা লৈতাদুনা লৈখ্রে। মখোয়গী মশিংদু য়াম্না হন্থবা নত্তে, হিন্দুশিংগী মথংদা মখোয়না খ্বাইদগী মশিং য়াম্বা জাতিনি।

মরম অদুনা ঐখোয়গী লুচিংবশিংনা মী-শিং অদুবু মখোয়গী য়েংশীবগী মওং মতৌ অদু কোকহন্নবা সমাস্থা কয়া মাযোক্নরনই অমসুং মখোয়বু মরৈপাক নিংবশিংগী মরক্তা পুনশিনবা পায়মই। রাখল লৈতোনা অমসুং মরৈপাক নিংবগী রাখল্ল সমজিংতুনা হায়নবা য়াবনি। ওশেংনা অসুম্না হায়না ফাওবা য়াই—"মরুপশা, মোগোল বাদসাহীগী মতমদু হৌখ্রে, হৌজিক ঐখোয় ইচিন ইনাও ওইনা লৈবাকসিদা পুন্না লৈমিন্নরসি জাতিগী পুন্সিদা পুন্না শকক য়ামিন্নবসি। নখোয় ঐখোয় জাতি অমওনি ঐখোয়গা ঈ মরী অমত্তুনি, তৌবত্তবু মীরৈপাক মচা মোগোলশিং, টর্কশিং অমসুং অতৈ মীরৈপাকী জাতিশিংনা ইসলাম ধর্ম লৌহনখিবগী রাতনি, হৌজিক্তি নখোয়গী রাখন্দা মীরৈপাক মচা লান্দারকপশিংদুগী রাখন্দা লৈদুনা মখোয়গী খোংফম ইন্দুনা লৈরে। ওহোজান তাবদি রাখন্দু কাউথোক্লসি, লৈবাকসিগী মচা ওইনা জাতিগী পুন্সিদা পুনশিল্লসি, মতুং সিদদি ঐখোয়গী লৈবাকসিগী সংস্কৃতি, নিংতম্বা, ভারুনবা লমশেংনবম্বা লৈবাকসিগী অচৌবা মচাশিংগী ফিদম লৌদুনা মখোয়বু ব্যবহার তৌগা তম্লসি"। অসুম্না তৌরবদি থবকসি য়াম্না লাইথোকহনবা য়াবনি। অসিগুম্বা তৌদোক কয়, পৃথিবীগী মফম কয়াদা থোকখ্রবনি। খুদম ওইনা নোর্মানশিংনা ইংলণ্ডদা লান্দারকপা অমা ওইনা চঙলকখি। মখোয়গী নিংতম্বা ভারুনবগীদমক হান্না লৈবাক্তুদা লৈরম্বা মী-শিংনা মখোয়গী মাযোক্তা অমত্তা ওইনা লেপখি অমসুং মখোয়গী নিংতম্বা ভাকখি। তৌইগুম্বসুং মখোয় মরৈদা জাতি অনিমক অমত্তা ওইনা পুনখি তুংদা লাকখিবা লান্দারকপশিংবুসু অপুনবা জাতি অমত্তা ওইদুনা মাযোক্নখি। মখোয় হৌজিক মতম ফাওবা অপুনবা জাতি অমা ওইনা লৈমিন্নরি

**মশা মাওঙজনবা মরু লুনবা।**

লাল তোগনবা, য়ৈন-শুনগনবা মুসলমানশিংদা ঐখোয়না হায়ব য়াই মতুদি— মখোয়গী মপা ইপুশিং অদু হিন্দুনি, অদুনা নখোয় মশানা মশাবু

ব্যবহার তৌনবা মীওইশিংগুম্না মখোয় হিন্দু অমা ওইনা হল্লকলো, মখোয়না মোগোলশিংনা পাল্লম্বা মতমগুম্না লান্দাবগী রাখল থাদোক্লো অদুগা জাতিগী ওইবা পুন্সিদা তিল্লরো ; অরুবা ফিভম অসি মায়োক্কনবা অচুম্বা অমসুং থৌনা লৈবা অরানবা তৌখিববু অমুক হন্দোক্কবা দরকার লৈবা পুম্নমক তৌরো হায়বা তাই, তৌইগুম্বসুং লাইবক থীবদি অচুম্বা অমসুং কিদবা হায়রিবা গুণশিং অসি মতমগী লুচিংবা মীওইশিংদা তশেংনা রাংনা উই।

ঐখোয়গী মাঙদা মৌলানা মহম্মদ আল্লি, মতমদুদা মহাত্মা গান্ধীগী য়েং শংবা পান্থোম ওইরম্বা কংগ্রেস লুচিংবা অমগী পুম্নমক্কা খঙনখিবা থৌদোক অমা লৈখি। মহাক ইং ১৯২৩ দা কাকিনদা সেসন্দা কংগ্রেস প্রেসিডেন্ট খনখি। মমিং চৎলবা মরৈপাক নিংবা শৈশকপা পণ্ডিত বিষ্ণু ডিগম্বর পালুসকার, জাতিগী ইশৈ "বন্দে মাতরম" শক্কনবা মফমদুদা লাকখি। সেসন অদু হৌরমদাইদা, মহাক্কা "বন্দে মাতরম" শক্কনবা সভা মংাইদা চঙশিল্লকখি. মৌলানা সাহেবনা মহাকপু লেপহনখি অমসুং হায়খি—নহাক ইশৈ অদু শকপা য়ারোই, মদুনা ঐখোয়গী ধর্ম্মগী রাখন্দা লীচনৈ। তৌইগুম্বসুং থম্মোয় কনবা পালুসকারবু মহাক্কা থৌনা য়ৈথবা ওনখিদে। পালুসকারনা হায়খি—ঐহাক থবকসিগীদমক লাকপনি, শোয়দনা ইথৌ পাঙথোক্কনি। থাউদুনা মৌলানা সভাদু থাদোক্কুনা ইশৈদু শক্লিঙৈ মতমদা থৈদোক্কুনা লৈখি। অদুক য়ামগ্রবা লুচিংবা মন্নাম তিনবা অতুদা থৌনা ফবা থম্মোয় অমত্তনা মৌলানাদা রাহৈ অমা হায়বা ওম্বগী থৌনা লৈখিদে। কংগ্রেসকী প্রেসিডেন্ট অমা ওইনা মহাক ইশৈদু শকপদা য়েংফম থোক্কবনি, লৈবাক নিংবগী লম্বীদা নত্তবা রাখল খনফম থোক্কবনি। অদুবু ওন্থোকপনি, ওন্ন-তৈনবদা, থৌদোক অদুনা মরম ওইদুনা মুসলিম "ফ্যান্যাটিসিজম" থেমজিন্নবা তোংনবদা বন্দে মাতরমগী শরুক খরা ককথংখি।

অসুম্না ঐখোয়গী লুচিংবশিংগী অচেৎপা অনিংবা রাখল লৈতবা, মরু ওইনা মক্রুবা ন্যাশন্যালিজমগী রাখল য়াওদবদগী মুসলিম লুচিংবশিং, রাজনীতিদা হায়ন-তানবা য়াদবশিংদা থেমননবা অসিগুম্বা "আপ্পিজমেণ্ট" কী মরু অসি হুনখি। মখোয়গী মমি ওইনা থোরকপা ভূত তান্নবদা অনৌবা অপুনবা, অনৌবা ন্যাশন্যালিটি, ঐখোয়গী লুচিংবশিংনা "হিন্দু-মুসলিম ইউনিটি" গী স্লোগাল লাউখি অমসুং ফোংদোকখি, ইউনিটিগী লম্বীদা অপনবা পীগদবা পুম্বা কাউথোকখ্রে। তৌইগুম্বসুং মখোয়না তোথাই তানিংবা মুসলিমশিংদা অপুনবদা কায়গদবা লৈবশিংদু কাউ-থোকখ্রে হায়বগী থৌনাদি লৈতে। হায়বা তাকপদা য়াগনবা হিন্দুশিংদদি মখোয়না য়াম্না তম্বীখ্রে। মখোয়না অহানবা তম্বীবদা ঐখোয় হিন্দুগী ন্যাশন্যালিটি অসি "হিন্দু" হায়না কৌরোইদবনি হান্না চৎনরকপা লৈরবসু ঐখোয়গী লৈবাক অসি "হিন্দুস্থান" হায়না কৌরোইদবনি মরমদি—মমিং অসি মুসলিমশিংনা য়াম্না শাউই। লৈবাক অসিগী মমিং বৃটিশশিংনা থোল্লম্বা মতুং ইন্না "ইণ্ডিয়া" হায়না কৌবসি য়াগদবনি। মমিং অসি লৌহুনা "অনৌবা ন্যাশন" অসি "ইণ্ডিয়ান ন্যাশন" হায়না কৌগদবনি। অদুগা হিন্দুশিংবু "ইণ্ডিয়ান" হায়না নৌনা মিংথোনগদবনি।

## হিন্দুশিং-যজ্ঞগী হামেং।

লুচিংবশিংনা রারক রাতেম্বা অসি শিনসু লোইরমদে : হিন্দুশিংবু মুসলিমশিংগী তমথীবা অমসুং হৌন-খঙদবা শাজৎপু থৌশারুদু অমসুং তুমিন্না খাঙদোকউ হায়রমই। মতুগী মথা তাবদি মুসলিমশিংনা হান্না তৌথিবা, হৌজিক তৌরিবা পুম্নমক কাউথোকউ; নখোয়না লাইশংদা লাই থুরুম্বা অমসুং লাইগী মুর্তিনচিংবা পুদুনা লম্বীদা সভাযাত্রা চৎপদু মুসলিমশিংনা য়াম্না শাউই, মদু তৌগনু। মখোয়না নখোয়গী য়ুমগী নুপীশিং অমসুং ইচানুপীশিং আইন কায়না নমদুনা পুথিবনচিংবা তৌরবদি, পুজথিসনু, মখোয়দা থিংলুগনু। মদু হিংসা হায়বদু ওইগনি। থৌদোক

অমা পনবা ভারবদা, মতম অদুদা, হিন্দু লৈশাবী অমা নোর্থ ৱেস্তর্ন ফ্রোন্টিয়ার প্রোভিন্স তা মুসলিম অমনা ফাদুনা পুখিবগী ৱাথোক অমা সেন্ট্রেল এসেমব্লীদা পুখৎলকখি, ঐথোয়গী মরু ওইবা লুচিংবা পুন্নমক য়াওখি। মুসলিম কংগ্রেস লুচিংবা অমনা য়াম্না লায়না থোদোক অদু খেত্তোকখিরমই। মহাক্না হায়রক্লমই—"পাখংদি পাখংনি, লৈশাবীদি লৈশাবীনি"। অম্বুপ য়াম্না ইকাইবা পীবা ৱাঙাং অদুদা লৈরম্লিবা হিন্দু লুচিংবা অমত্তনা মচিন কাংথোক্লুনা প্রতিবাদ তৌবা ঙমখিদে। কনা অমত্তনা করিগীনো হায়না হংবা ঙমখিদে। অসিগুম্বা থোদোক অসি নুপামচা, নুপীমচাগী থোদোক্কি হায়না লায়না লৌরবদি, অসিগুম্বা থোদোকসিদি মুসলিম পাখংশিংনা হিন্দু লৈশাবী ফাবগী ৱাথোক ঙাক্তনি, মুসলিম লৈশাবী ফাবগী ৱাফমদি নত্তে। অমরোমদা লূচিংবশিং অদুনা ফাগি মতেক অমা তৌনদুনা নুংঙাইনবগী মওংদা লৌনখি।

মুসলিমশিংনা ষণবী হাত্তুনা হিন্দুশিংদা ইকাইবা পীবা মতমদা লুচিংবশিং অসিনা হায়—মসি মুসলিমশিংগী ধর্ম্মগী ওইবা অধিকার অমনি, অতোপ্পশিংগী ধর্ম্মদা খাঙদোক্তুনা অয়েৎপা পীদবা নীতি ঙাক্তুনা মখোয়দা আপত্তি তৌরোইদবনি। মুসলিমশিংগী ধর্ম্মগী লাইরিক কুরান্দা ষণ হাৎপা য়াবগী, ৱাহৈ অমত্তগী ওইবা য়াথং অমত্তা পল্লম্বা। লৈখিদ্রবমু, পণ্ডিত জবাহরলাল নেহরুনা মুসলিমশিংদা মখোয়গী ধর্ম্মগী সেন্টিমেন্ট য়েংদুনা ভারত স্বরাজ ফংলবা মতমদদি ষণবী হাৎপা থিংলরোই হায়না অইবা ৱাশক চে পীথোক্লমই।

মতম অমদা শক খঙনরবা হিন্দু মী ওই অমনা মী ৱাম্না তিনবা পব্লিক মিটিং অমদা লাউথোকখি, হিন্দু-মুসলিম ইউনিটি নত্তনদি স্বরাজ ফংবগী কান্নবা লৈতে। অদুগা অমুম্মসু মথা তাখি—হিন্দু-মুসলিম ইউনিটি পুৱক্লবগী খ্বাইদগী লায়বা পাম্বৈদি হিন্দু পুন্নমক মুসলিম ওন্থোকপনি। শকনাইরবা হিন্দু লুচিংবা অদুনা হিন্দু পুন্নমক মুসলিম ওন্থোকপগী ৱাফম

হৌদোক্লিবা অহু হিন্দু-মুসলিম ইউনিটি ওইদ্রে, মুসলিম ইউনিটিদমক ভাইহৌরে হায়বা খঙখিদে। অহুগুম্বা ইউনিটি অহুগী মতুংদদি হিন্দু অমা কাওবা লেমহৌররোই।

সিরাই থাক কাওবা চঙশিল্লকপ্রে মতুদি—হিন্দুশিংবু মশানা মশাবু কাউথোক্লবা কয়া তম্বীখ্রে। মখোয়দা মখোয়গী মঙাল লৈরবা ইতিহাসতা ফংলিবা রানা প্রতাপ, সিবাজী, গুরু গোবিন্দ সিংহনচিংবা জাতিবু থরাই হাপলম্বা মীওইশিং কাউথোক্লবা তম্বী। মখোরবু নিংশিংবা তারবস্থ লম্বী লান্না চংথ্রবা মরৈপাক নিংবশিং ওইনা নিংশিংবা তাবনি। হিন্দু-মুসলিম ইউনিটিগী স্লোগান অসিদা খুদোং চানবা ইতিহাস অসি নৌনা শেমদোকপা পাল্লমই। খুদম ওইনা হায়রবদা, ইতিহাস নৌহৌনা শেমদোক্লবা, ঐখোয়গী লৈবাক্কী শকনাইরবা পণ্ডিত অমনা ইথি, মতুদি হিন্দুশিংবু নমতুনা ইসলাম ধর্ম্ম লৌহনখি হায়বা প্রমান ওইবা য়াবা রেকোর্ড অমত্তা কাওবা ফংদে। অসিগুম্বা নৌনা হৌদোরকপা রাকমশিং অসিনা হিন্দু-মুসলিম ইউনিটি ফংহনা শোয়দনা স্বরাজ ফংলগদ্রা? থাজগনবা, নিংতম্ববু য়াম্না পামজবা হিন্দুশিংনা পুম্নমকসি থাজরমই। মখোয়না হিন্দু ওইবা অহু কাওবা থাদোকপা, যুগ কয়া চৎনহুনা লাক্লবা ফিদম্নকম ওইবশিং, মপা মপুদগী ফংহৌবা জাতিগী ওইবা সম্পত্তিগী অধিকার, জাতিগী ওইবা অপাম্বা পুম্নমক থাথোক্লবগী শেম শাতুনা লৈ, মখোয়গী লুচিংবশিংনবু হায়রবদি, হিন্দু-মুসলিম ইউনিটি ফংদ্রবা, হিন্দু-মুসলিম ইউনিটি ফংদ্রবদি স্বরাজ ফংলরোইদবা। য়াম্না মরু ওইবা লুচিংবা অমনা অসুম্না কাওবা হায়খি মতুদি—হিন্দু মুসলিম ইউনিটি ফংদ্রবদি স্বরাজ ফংলবস্থ লৌররোই।

রাঙাং অমরোমদম্না মখোয়না হায়—হিন্দুশিং অসি রাখলগী পাঙ্গল বাংলি অতুনা থৌনা লৈতে, মশা মতোমতা লেপচবা অমম্বুং মমা লৈবাক্কী নিংতম্বগী লানফমদা লাম্ভেংনবা, অরাবা থাঙবগী লিংজেল রাংলি অতুনা

হিন্দুশিংদা মুসলিমগী ঈ কাপশিনবা ভভাইফদবা লৈ। কয়াদা ইকাই-নিঙাইনো, কয়াদা লাইবক থীগ্রবা, ঐখোয়গী হিন্দু লুচিংবমক্লা থাইনগী ইশাগী ধর্ম্মদা হনবা নাইদনা থাজবা, ঐখোয়গী আত্মা বিশ্বাস, মশানা নরোমদোম লেপ্পা ভম্বা ঐখোয়গী পুন্সি ওইরিবা পুম্নমক অসি মাঙহনখিগদৌরে। মতৌ অসুম্না হিন্দু-মুসলিম ইউনিটি লৈত্রবদি স্বরাজ কান্নদে হায়না লাউরিবশিং অতুনা ঐখোয়গী সমাজদা য়াম্না চাউবা য়েক্লবা ওইরে, মখোয়না অচৌবা, থাইনদগী লৈরক্লবা জাতি অসিগী পুন্সিগী থৱাই-মিহাত্তোকপগী ভুরুৎচনিঙাই ওইবা পাপ লভশিল্লরে। শিবাজী পোকখিবা সমাজ অসিবু মুপা ওইবগী শক্তি পাঙ্গল য়াওদ্রবা জাতিনি হায়না শন্দোকলিবা অসি কয়া লানথ্রবা রাফমনো। অফাওবা ইতিহাসকার জতুনাথ সরকারনা হিন্দুশিং অসি শিদহিদাক থক্লবনি হায়বা পৃথিবী পুম্বদা প্রমান তৌথ্রবনি অতুগা অসিগুম্বা চাউথ্রবা মুপা থোকপা সমাজ অসিগী মশানা মশাবু থাজবা, চাউখোকচবা রাখল, পুম্নমক অসি পৃথিবীগী ইতিহাসতা লাম্বা লৈতে হায়রম্লিবনি।

## অরাবগী মশক ওইবা ফল।

পুম্নমকসিগী হকথেংনবা ফল ওইনা হিন্দুশিংসি ইং ১৯৪৭ তা মুসলিমগী মথুক্তা মায়থীবা ফংখি। অতুগুম্বা মুসলিমশিং অতু কনানো? মখোয়গী মতুংদগী অয়াম্বনা থাংদোনগী মথাদা নক্রগা শক্তিবু মিহৌবা অমসুং লনথুম পাম্বদগী ইসলাম ওলহনখিবনি। হায়বদি মখোয় ঐখোয়গী সমাজগী রাখল লিংজেল রাৎপা, মশানা মশাবু ব্যবহার থমতুনা মশাগী স্বাদেশ অমসুং স্বধর্ম্ম কন্নবগীদমক লেপচবা ভমদবা সমাজ কাংলুপ অতুগী মচা-মগুশিংনি। মখোয় অতু মশা নাছোক্লবা য়েক্লবগী কেম্পাতা তিনশিন-খিবনা হেন্না পামজখিবা কাংবুনি। অতুগা ঐখোয়না থৌনা ফবা ইপা ইপুশিংতুগী মক্রবা লিংজেল অতু চহি কুমজা কয়া লান্দারকপা মুসলিম য়ুম লিংদবা লাম্মী মপৈ মপৈনা ঈথক্কী মত্তৌগুম্না অমগী মথংদা অমা

লাকপহ্ থোনা ফনা নেংখায়তুনা তাম্থোকখিবনি। মখোয় অদু ঐখোয়গী জাতি অসিগী মথুত্তা মায়থীরে হায়না য়াজখিবনি।

কয়াদা ইকাইনিঙাই ওইবা মায়থীবনো। হৌখিবা চহি লিশিং অমা অসিগী মনুংদা ঐখোয়না লান্দারকপশিং অদুগা লাম্থেংনবদা লৈবাক'সিগী শরুক অমত্তং ফাওবনা মখোয়দা "সভরেন রাইটস" (Sovereign rights) য়াখিদে। মখোয়না অকবর অমসুং ঔরঙ্গজেব কী মতমদা ভারতকী পাক চাউরবা লমদম মখোয়গী মখাদা লৈবা মতমদা, নোংমগী মতম ফাওবা রাণা প্রটাপ, গুরু গোবিন্দ সিংহ, ছত্রসাল নত্রগা শিবাজী না মখোয়বু ততুনা শীংনরমই জাতিগী নিংতম্বগী ঈহৌ অরেপ্পা লৈতনা চঙশিল্লমই। অসুম্না চপ মান্নবা নিংতম্বগী পুক্নিং থোগৎপা হান্না চৎন-রকপগুম্বা বৃটিশনা পানবা মতমদসু শাংথরকখি। অদুম ওইনমক ই' ১৯৪৭ তা ঐখোয় লাল তৌবা লেপলে, চহি লিশিং অমা চুপ্পা চত্থরকপা নিংতম্বগী লানফম, ঐখোয়গী অধিকার পুম্নমক সরেন্দর তৌতুনা শিংনরুবা তৌদনা লান্দারকপশিং অদুনা ঐখোয়গী লৈবাকসিগী পাক চাউথ্রবা শরুকশিং লৌশিনখি।

মসি হিন্দুশিংদগী মশানা মশাবু থাজবগী লিংজেল অদু লেপ্তুনা চিংথোকখিবদগী ওইরকখিবা অথাবা ফলনি। ঐখোয়গী লুচিংবশিংনা মশা মতোমতা শিজনবগী মশক ওইবা হিন্দু-মুসলিম ইউনিটি নত্তনদি স্বরাজ কান্নদে হায়না লাউখিবা শ্লোগান অদুগী হকথেংনবা মহৈনি।

## লমন থুম্বগী লাইরেম্বীনা তান্নরক্তুনা ফংখিবা।

মতাং অসিদা হিন্দুশিংগা মান্ননা অসুপ য়াম্না লাইবক থীবা জাতি পৃথিবীগী লৈবাক অমত্তদা লৈরমলোই। পৃথিবীগী জাতি অতৈগী লুচিংবশিংদি মখোয়গী য়েক্লবগা মায়োক্লবদা সুপা থোকপা লিংজেল পীননবা, হন্থরবা থোনাবু নোহোনা মৈ চুখৎপিবা, মশানা মশাবু থাজবা

মাঙদনবা লেপ্তুনা হোৎনহুনা লাকখি। তৌই্গুম্বসুং ঐখোয়দি কদায় ? ঐখোয়গী লুচিংবশিং 'হুনা মশামক্কী প্রজাশিংদগী মুপা ওইবগী মহী-ময়াই অত্তু চিংথোক্লবা রাশক লৌখিবদোনা তৌই। তৌইগুম্বসুং মসি ইতিহাসতা ইচম-চম্বা খুদোং থীবা থৌদোক অমদি নত্তে। অসিগুম্বা লুচিংবশিংসি ঐখোয়গী ইপা ইপুশিংগী মরক্তা উশিংনিঙাই ওইদবা মী কাংলুপশিং অত্তুগী ফত্তবগী খমথেংবা মত্তোল অহুনা ওইরকপনি। মখোয় অহুনা হৌখিবা চহি লিশিং অমা চনিসিগী মনুংদা জাতিগী সন্মান অমসুং নিংতম্ববু মীরৈপাক মচাশিংগী মফমদা যোম্বোক্তুনা দেশকী য়েক্লবশিংগা অমত্তা ওইনা তিন্নখি : মরী-মতা, শাগৈ-নাতৈ ফাওবা হাত্তুনা মশাগীতা য়েংবা, মশাগী কান্নবতা খনবা মীওইশিং ওইরমই, অসিগুম্বা ঙাকপীফম থোক্লবা মীওইশিং মশা মথন্তা মাঙজনিঙাই ওইরবা লুচিংবশিংসি লমন খুম্বগী লাইরেম্বীনা মখোয়বু তান্নহুনা ফারকই হায়বদা ঙকফম থোক্তে।

## থেম্বদগী অপাম্বা মথৌ শঙই।

করে, অহুগুম্বা লুচিংবশিংহু মায় পাকখিব্রা ? মখোয়গী হিন্দু-মুসলিম ইউনিটিগী মঙলান অত্তু মমল কয়া তিংহুনম্ম ফংখ্রিব্রা ? ফংখিদে, ঐখোয়গী লুচিংবশিংনা মুসলিমশিংবু থেন্নবা হোৎনবদা মখোয়গী তোঙান তানিংবগী রাখল অমসুং মখোয়গী অপাম্বহু হেন্না মথৌ শঙখি। বৃটিশশিংনসু মখোয়গী তোঙান তানিংবগী থবক্তা মখোয়গী ময়া অমসুং খুজিল ফেঙবিহুনা ন্যাশন্যাল ফোর্সকী মায়োক্তা লাম্বেংননবা শেম শাখি। মুসলিমশিংসি বৃটিশ অমসুং ন্যাশন্যালিষ্ট ফোর্স অনি মরক্তা য়াম্না পাম্বা ফিভম অমদা লৈখিবদগী মখোয়গী রাজনীতিগী মমল অসি হেন্না হেন্না রাংথৎখ্রে।

নিংতম্বগী লানফম থেংনরিঙৈ মতমদা, পণ্ডিত নেহরুনা মাগী হোম প্রোভিন্স ওইরম্বা ইউঃ পিঃ দা "মুসলিম মাস কন্টাক্ট" অমা পাঙথোক্লবা

মুসলিমশিংবু মখোয় মখোয়গী মায়কৈদা "মুসলিম মাস কণ্টাক্ট" অমা পাঙথোক্লবা হোৎনখি। তৌইশুম্বসুং মহুগী ফল ওইনা মুসলিম লিগ লমদম অতুদা অস্নুপকী মতিক থুনা কনখৎলকখ্রে মতুদি—ইউঃ পিঃ অসি অকায়বা তৌবা মুসলিম মুভমেণ্টকী মাওজিল য়াবা ওইরকখি।

ইং ১৮৮৭ তা সুরেন্দ্রনাথ বেনর্জীনা মাগী ডাইরিদা কংগ্রেস অসি হিন্দু খক্তগী ওইবা পার্টি অমা ওইনা উদনবা মুসলিমশিংবু মখোয়গী পার্টিদা পুনশিন্নবা কন্না হোৎনখি। কংগ্রেসকী সেসন য়াওহন্নবা মখোয়দা ভারা পীহুনা খুদোং চাবা কয়া লান্থোক্লবসু মুসলিমশিং সেসনহুদা ইরাক লাকখিদে। য়াম্না ওন্না, ১৯১৭ দা কংগ্রেসনা "লক্ষ্মৌ পেক্ট" কী মুসলিমশিংগী সেপ্যারেট ইলেক্টোরিয়েট য়াখি। মতুংদা ১৯৩১ গী কম্যুনিয়েল এৱার্ড কী মতুং ইন্না সেণ্ট্রল লেজিসলেচরদা মুসলিমগী সিট মশিং চাদা ৩৩$\frac{1}{3}$ % পীখিবনি; মখোয়গী মশিংদি অপুনবা মীশিংগী চাদা ২৪ % খক্তা ওইরমই। মতুগীসু মথক্তা মুসলিমশিংসি পঞ্জাব অমসুং বেঙ্গলদা "ষ্টাটিউটোরি মেজোরিটি" পীথোকখ্রে। হায়রিবা প্রোভিন্স অনি 'সিদা মী-শিং থীবদা মুসলিমগী মশিংনা হিন্দুগী মশিংদগী হেল্লি হায়বা উৎননবা মুসলিম মশিং হেঙ্গৎনা পানখৎখ্রে। অতুগা অমরোমদা মুসলিমগীদমক রিজাব তৌবা সিট মশিংসু মী-শিংগী অঙ্ক মশিংদা য়াম্না হেনগৎহল্লবনিনা খোয়দোক্লা হেঙ্গৎখ্রে। মুসলিমশিংনা মাইনোরিটি ওইবা প্রোবিন্সশিংদনা মখোয়দা হেন্না সুন্না শিংথানিঙাই ওইখ্রে, মতুনা মরম ওইহুনা মখোয়গী মী-শিংনা কংবা য়াবা মীহুতগী হেন্না ফংলকখি, অতু ফাওবা মখোয়গী সিট য়াম্না পীনবা দাবীদি লেপ্পুনা হেঙ্গৎলকখি। ইং ১৯৪৬ তা সেণ্ট্রল ইণ্টেরিম মিনিষ্ট্রী শেম্বা মতমদা মুসলিমশিংসি কাষ্ট হিন্দুগা মান্ননা লৌরমই অতুনা হিন্দুগী মনুংদা নৌনা শিংচেপ থাখিরমই, মমৈদ মখোয়গী মমলসি অস্নুপকী মতিক য়াংখৎখ্রে মতুদি—লৈবাক অসিদা মখোয়না হৌজিক নমহুনা লৌখিবা অচৌবা লৈবাক মচেৎ অনি অসিতা নত্তুনা ঐখোয়গী লৈবাক্কী লেমহৌবা শরুক কয়াসু লৌননবা থৌবাং থৌশিল তৌরকখি।

## পোকথায়রবা স্লোগান।

বৃটিশনা ঐখোয়গী লৈবাক থাদোকখিবা, লোয়ননা লৈবাক অসি মচেৎ কয়া থোক্লা থায়দোকখিবা অমসুং স্বরাজ পীরম্বা অসি পুন্নমক হিন্দু-মুসলিম ইউনিটি লৈত্রবদি স্বরাজ কান্নদে হায়বা মীনম্বা স্লোগান অদুগী হকথেংনবা ফলনি হায়বা য়াই ; অচুম্বমক্তি হিন্দুগা মুসলিমগা জাতি অনি অসি ইং ১৯৪৬ অমসুং ১৯৪৭ গী মনুংদা তৌবগুম্না য়েংথীনবা অমসুং শেংন-কায়নখিবা মতম অমত্তা লৈখিদে। ইমুং মিলিয়ন কয়া মখোয় মখোয়গী মপা মপুগী লৈফমদগী মরু ফুকনা শেংন-খাইনখি : ঈখেংনা ডাং-হল্লবা প্রোবিন্স কয়া, শিব-নাবা, মাঙহন-তাকহনবা অমসুং মরাল লৈত্তবা মীশিং কোটি কয়াবু অরাবগী ফিভমদা তাহনখিবনি। চহি কুমজা কয়া চুপ্পা পুন্না লৈমিন্নরক্লবসু জাতি অনি অসিগী মরক্তা চুন্না ইচম-চম্না সমাজ অমত্তদা লৈমিন্নবা য়াহন্দনা মচেৎ মচেৎ কায়হনখি। অসিগুম্বা লুরবা তাঞ্জা অদুদা বৃটিশনা ভারত থাদোকখিবনি। করম্বা রাহৈ রাতানা মতমদুগী হিন্দু-মুসলিম ইউনিটি লৈত্রবদি স্বরাজ কান্নদে হায়না লাউরম্বা লুচিংবশিংদুবু ভুং-কোইনা উপা রাজনীতিজ্ঞনি হায়না শিংথাগদৌরিবনো ?

## চুমথোক্কদবা।

বৃটিশনা ভারত থাদোকখ্রবা মতমদগী হৌজিক ফাওবগী মনুংদা ঐখোয়না "রিয়্যাকশন্যারী" ওইবা অমসুং ন্যাশন্যালিজমগী অরানবা রাখল্লোন চেনবনা মরম ওইদুনা মাঙ-তাক্লনবগী মশক ওইবা ফল কয়া উহনা লাক্লি। পুন্নমক্না খণ্ডনরবা রাফম্নি মদুদি—অহৌবদা খজিক্তুং শোয়বা লম্বী অমা চংখিবদা অতোপ্পা মতম অমদা পুমওন ওন্নবা পনথুংকম অমদা তাক্লবা হায়বসি মশানা তাবনি, মতুং তাবদা মী অমনা করিগুম্বদা অরানবা অমা তৌরুরগা অরানবা অদু খিংনা থিংনা মথা চৈথে। অরানবা মতাং অদু থাদোক্লবা পীবা পাউত্তাক পুম্বা মহাক্লা লোদে অমসুং মহাকপু শাউহন্নবা মচাক ওই। শোয়বা হায়বসি মীওইবগীনি, তৌইগুম্বসুং লাক্লে

হায়বা খণ্ডলবদা অমুম মখা চথহুনা লৈবা হায়বসি মীওইবগী মচং নস্তে। রাখল খনবা ঙম্বা মগুণ লৈবা মীওইবনা অরানবা অমা খণ্ডলবা মতমদা অরানবা অহু নোল্লুকপগা লোয়ননা চুমথোকপা, অহুগা অরানবা অহু অমুক হন্না ভৌদনবা অচেৎপা রারেপ লৌবা অসি মীওইবগী গুণ অমনি। তৌইগুম্বসুং, লাইবক থীবদি ঐখোয়গী লুচিংবশিংদি মখোয়না "টেরিটো-রিয়েল কনসেপ্ট অফ ন্যাশন্যালিজম" থাজরুবা অহু চুমথোক্কে হায়বা খল্লে অহুগা হল্দোকে হায়বসু লৈত্রে, টেরিটোরিয়েল ন্যাশন্যালিজমগী রাখল-লোন ইল্লুবদগী মমাঙদা অমুক থোকখিদ্রিবা মওংদা ঐখোয়গী লৈবাকপু অনি থোক্লা থায়দোকপগী খুদোংথীবহু নংগ্রে। খুদোংথীবা লেপ্তনা থোরকখিবা, ঐখোয়গী ক্রোড় অনিদগী হেনবা ইচিন-ইনাওশিং লাপ্তেন্নহুনা রাহৈনা ফোংদোকপা ঙম্নরোইদবা অরাবগী ঈপাক্তা তাহনখি।

পুম্নমক অসি ঐখোয়না অরানবা অমসুং মশাগী অতাবী নত্তবা "ন্যাশন" গী রাখল্লোন লৌরুবননি। মসিগী ফল হৌজিকমকসু ঐখোয়দা ফংহুনা লাকই। মসিদগী হেনবা করিগুম্বা অমত্তা ঐখোয়না আশা তৌনিঙাই লৈত্রে। টেরিটোরিয়েল ন্যাশন্যালিজমগী রাখল্লোন অসিনা ঐখোয়গী জাতি অসি মশক শেংদোকখ্রবনি, হিংনিঙাই পাঙ্গল শক্তি রাংলবা হকচাংনা করি আশা তৌনিঙাই লৈরিবগে?

মতম অমদা কলেজগী জুলোজী সেক্সনগী ছাত্রশিংনা মখোয়গী অহল ওইরবা প্রোফেসারদা ক্বাগি মওং অমা তৌখি। মখোয়না "রাটর বগ" অমগী মখোঙশিংহু লৌথোক্লগা অতোপ্পা জিব অমদা পানশিল্লে। মখোয়না মহু মখোয়গী প্রোফেসারদা পুরক্লগা য়াম্না ঙকপা খোম্থোক্লা হংলমই—সার! মসি ঐখোয় ভাব তাবা ঙম্জদ্রে, করম্বা অনৌবা মখলগী "বগ" নো মসে? অহল ওইরবা প্রোফেসার অহুনা মাইক্রোস্কোপ থাহুনা য়েংলমই অমসুং য়াম্না চিং-লেম্না হায়রক্লমই—কৈদোরগে অঙাংশা, অসিগুম্বা ইচম চম্বা "বগ" অসি নখোয় খণ্ডদে? "বগ" অসিগী মমিং "হমবগ" কৌবনি।

অসিগুম্বা "হমবগ" টাইপকী ন্যাশন্যালিজম মওংসি মথরাই হাপ্পবা হোৎনরি। মসি চাউরবা শামুগা মপুঙ ওইবা হকচাংদা যণগী মখোঙ পানশিল্লগা মকোক্কা য়োংগী মকোক পানবা অনৌবা জাৎকী শা মথল অমা শাগৎনবা হোৎনবগুম্বনি। মসিনা অকিবগী মশক ওইরবা অশিবা হকচাং অমা ওইরক্কদবতা মঙাই। মতুনা অহিংবা হকচাং অমা ওইবদি য়ারোই। করিগুম্বদা হকচাং অতুনা থবক থরা তৌবা উরবস্থ মতু জার্ম অমত্তুং বাকটিরিয়াশিং পথরবা হকচাং অত্থদগী পোক্লকদবা অত্থ মঙাই। অতুনা ঐখোয়না ঙসি উরিবসি করপশনগী, মচেৎ তানবগী, ওক্ত লমচৎ শাজৎকী মহিকশিং অতুনা জাতিগী হিংনবগী শক্তিবু চাথোক্তুনা মাঙহনবনি মহৌশাগী ওইবা অহিংবা ন্যাশন্যালিজমগী রাখল থাদোকথিবদগী, মশাগী অত্নাবী নত্তবা বিজ্ঞানিক ওইদবা, থরাই য়াওদবা মুকশল-রাখল্লোনগী টেরিটোরিয়েল ন্যাশন্যালিজম ফংননবা হোৎনতুনা লৈরে।

মরম অতুনা ঐখোয় জাতি অমা ওইনা হোগৎপা তাবনি, ঐখোয়না মচিন্দা অরানবা মওংগী ন্যাশন্যালিজম থাজরবগী শাথীনা শোয়থিবা অত চুমথোকপা তাবনি। খণ্ড-উখিবা থৌদোকশিংদগী ফংথিবা জ্ঞানদগী মপুঙ ফানা অরানবনি অমসুং মাঙ-তাক্লবনি হায়বা খণ্ডপ্পবা টেরিটো-রিয়েল ন্যাশন্যালিজমগী রাখল্লোন মরু ফংনা মুথৎপা তাবনি। ফত্তবা মী-শিংনা অরানবা লম্বীদা পুতুনা ঐখোরবু নমথাক তৌহল্লনুসি। মশাগী অচৌবা দর্শন লৈজবা, মীওইবা খুদিং মচিন মনাওনি খনবা পুন্নমক্কী ওইবা ফজবা রাখল চেনবা হিন্দু ন্যাশন্যালিজমগী রাখল্লোমশিংবু কম্যুন্যাল ওইবা ময়াই ওইবা যুগকী রাখল চেনবা, ওন্ন-তৈনবা খনবা, অথুবা রাখল চেনবা মীওইশিং তাহল্লে, ঐখোয় অমুক হন্না অচুম্বা মপুঙ ফাবা ঐখোয়গী শাওং শাবানগা লোয়ননা থোনা ফনা লেপলসি, ভারত্তা হিন্দু জাতিগী পুন্সি মায়পাক্কা মতোল য়োনা পুখৎলসি; নিংশিংবা খোক্রবা মতমদগী লোয়নরক্লবা ঐখোয়গী লৈবাক অসিদা পোকচবগী অধিকার, সন্মানগা লোয়ননা হিংলসি।

# থাজবগী থৌনা দরকার ওই

সেকুল্যারিষ্ট অমসুং হিন্দু ন্যাশন্যালিজম—কিবদগী নমশিন্দুনা লৈরম্বা ঈহুল, "হিন্দু-মুসলিম ভাই ভাই" গী মরু—পাউতাক য়াওবা য়ারী অমা—মরা তারবা হিন্দু ন্যাশন্যালিজম খমথেংনা থাজবা—অচুম্বা ফাওবা প্রমান পীবগী দরকার লৈ।

হৌজিক মতমদা ঐখোয়গী লৈবাকসিদা অঙকপা পোৎ কয়া উরি। হিন্দু ন্যাশন্যালিজমগী অশেংবা অওইবা রাখলবু কম্যুন্যালনি রিয়্যাকশন্যারিনি অমসুং অখুবা রাখল্লি হায়না মিংথোল কয়া পীরি অহুগা বিজ্ঞানগা চুনদবা, রিয়্যাকশন্যারি ওইবা মাঙননবগী মশক ওইবা টেরিটোরিয়েল ন্যাশন্যালিজমবুদি হৌজিকী লুচিংবশিংনা সেকুল্যার ওইবা, চাউখৎপা অমসুং অশেংবা রাখল চেনবা মীনি হায়না য়াংনা থাজংনরি। তৌইগুম্বসুং অসিগুম্বা রাজনীতিগী উফুল থাংলকপা অসি মখোয় মশানা সেকুল্যারিষ্টনি হায়না কৌজরবশিংহুনা মখোয়গী থম্মোয়দা ঐখোয়গা থাজংশেংনমক খেন্নরব্রা?

মথম্মোয়দদি পুয়মক য়ানরিবনি, তৌইগুম্বসুং………।

---

হৌজিক মতমদা ঐখোয়গী লৈবাক্কী শকনাইরবা মীওইশিংনা "ইণ্ডিয়ান ফিলোসোফি", "ইণ্ডিয়ান আর্ট" অসিনচিংবগী মতিক মগুণ অচৌবর য়াংনা থাজংনরি। ইণ্ডিয়ান ফিলোসোফিগী খ্বাইদগী য়াংবা থাক্তি "উপনিষদ" তদা ফংগনি হায়না মখোয়না হায়—কালিদাস ভারতীয় সাহিত্যগী খ্বাইদগী ফজবা মনিনি অসিনচিংবা। মখোয়না "ইণ্ডিয়ান থোট" অসি মীওইবা জাতিদা তম্বা অতাওবা খুদোলনি হায়না লাউথোকই। পৃথিবীগী লৈমায়দা মথল-মথা কয়াবু অমত্তা ওইনা উবা, ধর্ম্ম অমসুং থাজবা পুয়মকপু চপ মান্ননা ব্যবহার তৌবগী রাখল লৈবা থোইদোকপা

পুকচেল লৈ হায়বা উনৈ। তৌইগুম্বসুং রাফোঙশিং অসিনা তশেংনমক ঐখোয়দা করি পীরি ? পুন্নমক অসিদা "হিন্দু" হায়বসিগী নত্তনা "ইণ্ডিয়ান" হায়বসিগী করিবু য়াওরিবগে ?

থোইদোক্না শীঙথানিঙাই ওইবা লুচিংবা অমনা হায়—নখোয়না হৌদোক্লিবা "হিন্দু ন্যাশন" নচিংবা রাফমদা ঐখোয় অয়েংপা অমত্তা লৈতে, তৌইগুম্বসুং হিন্দু হায়বা রাহৈ অসি শিন্দোকপা য়াদ্রা ? হৌজিক মতমদা হিন্দু হায়বা রাহৈ অসি শিজিন্নবদা মুসলিমশিংদা শাওহন্নবা ক্ষিভম ওইহল্লি। অদুগা লুচিংবা অসিমক্না সংস্কৃতকী শ্লোক অমসু থেংচিল্লমই, সংস্কৃত শ্লোকসিগী রাহন্তোক্তি "মীনা মুংঙাইরোইদবা অচুম্বদি কনাগুম্বনা পল্লোইদবনি" হায়বনি। কয়াদা ফজখ্রবা অচুম্ববু নাথৈনবা নমথাক্লো। অচুম্বমক্তি হায়রিবা পদ অাসিগী অচুম্বা অর্থদি মুংঙাইরোইদবা অচুম্বা অদু নমশিন্দুনা থম্মু হায়বা নত্তে, অসুম্না তৌরবদি অরানবা অদু শোগংপগা চপ মান্নে। অচুম্বদি হায়গদবনি তৌবতদি খরা মুংশিগদবা মওংদা হায়গদবনি। অচুম্বদি, ঐখোয়না মদুগীদমক্তা লেপ্লিবা রাখলদু চুম্না অমসুং ময়েক শেংনা "হিন্দু" হায়বা রাহৈসিনা ফোংদোকই। "ভারতীয়" হায়বা রাহৈ অসিসু রাহৈ অদু শিজিন্নরিবা মওং অদুনা চপ মান্নবা অর্থদি ফোংদোকই হায়রবু হৌজিক ঐখোয়গী লুচিংবশিংনা শিজিন্নরিবা মওং অসিদদি কনাগুম্বা অমবু চমন্নবা পোকহনগনি অমসুং অচুম্বদগী থৈদোকখিবা য়াই। অদুনা কনাগুম্বশিংবু পেলহন্নবা অমদি থেম্বগী মওংদা অচুম্বা অদু মাঙহল্লরোই হায়না লেপ্লে। অচুম্বা অসি খঙহনবদা ঐখোয়না মীবু শোক্লনবা রাহৈ রাতাসু শিজিন্নরোই, ঐখোয়গী জাতিগী পুন্সিগী ওইরক্লিবা অচুম্বা অমসুং য়েংফত্রবা রাফমদা ঐখোয়গী ফিরেপ ওইগনি, অদুগা জাতিগী সমস্যা পুন্নমকসু অশেংবা মঙাল অদুগী রাখল্লোনদা য়েঙগনি।

হিন্দু ন্যাশন্যালিজমগী অচুম্বা অসি রাহৈ কয়াদা ফোংদোক্লবসু পুন্নমক্কী রাখন্দা লৈতাদুনা লৈ। সোমনাথকী থৌদোক্তা হেক্তা য়েঙসি।

সোমনাথ মন্দির মোরামত তৌবা অমসুং শেংদোকপগী থৌরম পাঙথোকপদা লৈবাকসিগী অচৌবা লুচিংবশিং, পণ্ডিতশিং মকম অহুদা চংখি, ভারতকী হান্না প্রেসিদেন্ট ওইরম্বা ডাঃ রাজেন্দ্র প্রসাদ সু লাকুনা য়াওখি, থোংদোকুদা মগাক্কী স্পিচ অদু কয়াদা পোংলুম ওইখ্রে। মহাক্কা হায়রমই সোমনাথকী মন্দির নোংহৌনা শাহৌবদা ঐথোয়বু চহি লিশিং অমগা চনি মীনাই ওইহনখিবগা অমুবা দাগ অদু কোকহল্লে। কয়াদা ফজত্রবা লাই তোংহনা তাকপা লাই-ফাওগুন্নবা রাহৈ পরেংনো। মহাক্কা হায়খিবা "চহি চা তরানিথোই মীনাই ওইহনখিবা" হায়বা, মহাক্কী মপুক্লিংদা লৈখিবা "এনস্লেভর" শিং অদু কনানো? সোমনাথকী টেম্পল কনানা থুগাইখি? তশেংবনি, মুসলিমশিংননি। মসিদা ইকাই খুম্নকম অমসুং কংথোকপগী সন্মান পীগদবদি কনাদনো? হিন্দুশিংদনি। মসি মখোয়গী জ্যোতির্লিঙ্গ অমনি। সোমনাথকী মন্দির থুগাইখিবহু হিন্দু জাতিগী চিঙলেম্বদা য়াম্না চাউনা ইকাইবা পীবনি, হৌজিক লাইশঙ অসি অমুক লিংখতুনা মীরৈপাক মচা লান্দারকপশিং হায়লদি মুসলিম লান্দারকপশিংনা জাতিসিদা অমুবা দাগ তৈশিল্লম্বা অদু মতম পুম্নমক্কী ওইনা কোকথোক্লে। রাহৈ পরেং অমদনা মহাক্ক অমত্তা ওইবা খোন্দে ক্কা হিন্দুশিং অসি নিংশিংবা ঙমদবা মতমদগী হৌহনা লৈবাকসিদা লৈরকপনি হায়বা তাকই, জাতি অসি লৈবাকসিদা হিংলকই, মশাগী লাইনিঙ লাইশোল অমুক হল্লিলহনবা অসিনা মীরৈপাক মচা লান্দারকপাশিংনা লৈবাকসিদা পীরম্বা অমুবা দাগ অদু কোকথোকপা হায়বদু ওইরগনি।

অদুনা ঐথোয়না উরি "মিংয়েং পাক চাউবা" শিংগী রাজ্যাংদগী মখোয়দা লৈরিবা "থাজবা" অদুগা ঐথোয়দা লৈরিবসিগা চপ মান্নে, মখোয়না ইতিং-তিংনা হায়দোক্তবগী রাতনি, মখোয়না রা কোয়থোক্লা ঙাংই অদুগা অরোইবদদি চপ মান্নন। রারোইশিল্লকই। হিন্দু রাষ্ট্রগী অশেংবা শকফম, লৈবাকসিদা লৈরিবা নন-হিন্দু কম্যুনিটিশিংগী অশেংবা মওংসু মখোয় থওই; মখোয়গী রাখন্দা মসি মতম পুম্নমক্তা পুহনা লৈ।

মোংমা কংগ্রেস কর্মি অমনা গুরুজী গোৱালকরদা হায়খি—"মহাত্মা খণ্ডলিবত্নি এখোয়না হিন্দু রাষ্ট্র অমসুং অতৈ অতৈগী মরমদা ইচম-চম্না হায়দোকপা য়াদে, মরমদি লৈবাকসিদা মুসলিম ক্রোড় মরি লৈরি। পাকিস্তাননা এখোয়গী মায়োক্তা কবিগুম্বা অমা হেক তৌরকপদা মখোয় ক্রোড় মরি অসিনা এখোয়গী মায়োক্তা পাকিস্তানগী মতেং পাঙখিবা য়াই"। পাউখুম ওইনা গুরুজীনা অসুম্না পীখি—"অদু ওইরবদি নখোয়গী স্লোগান, হিন্দু মুসলিম ভাই ভাই হায়বত্নদি কমদোৱা? নখোয়না হায়রিবশিং অসি ময়েক শেংদে, ব্রাহ্মণশিং অসি অশেংবা পুক্নিংদগী থোরকপা মান্দে, শুপ্নগী মুসলিমশিংবু কিবদগী হায়রকপা মাল্লি"। থাঙ্গৈশেংবনি কংগ্রেস কর্মি অদু গুরুজীগী অচুম্বা রাকমত্নদা পাউখুম পীবা ঙমখিদে মরমদি মখোয় মশামক্না "সেক্যুলার", "ব্রোডমাইণ্ডেড" অসি-নচিংবা কৌজবশিংত্নুনা "ফীয়ার কম্পেক্স" লৈবদগী মসি ওইরকপনি হায়বসি মশানা ভাবনি। ফীয়ার কম্পেক্স লৈরবশিং অত্নুনা হায়—এখোয় "হিন্দু" হায়বা রাতৈ অসি হায়রক্তসি, মসিনা মুসলিমশিংবু য়াম্না শাউহল্লি অমসুং এখোয়দা য়েঙখীহল্লি। তৌইগুম্বসুং য়েংথীবা অত্নদি অত্নম লৈ। মখোয়না শুপ্নগী মখোয়দা য়েংথীবা শাজৎ-লিচৎ চৎলক্তনবা থেম্বা পাম্বনি।

## রারী অমা অমসুং মত্নগী পাউতাক।

মহাভারত্তা য়াম্না নুংঙাইরবা রারী অমা য়াওরি। মতম অমদা পাণ্ডব মচানা মখোয়গী মমা কুন্তিগা লোয়ননা মশক লোত্নুনা কোয়না লাক্লমই। মখোয়না "একচক্রপুরী" কৌবা মফম অমদা লাক্নুনা থুংলরমই মফম অত্নদা লাক্লবদা মখোয়না সহর অত্নদা "বক" কৌবা অকিবগী মশক ওইরবা হিংচাবা অমা লৈরমই। মতম অমদা মহাক্না সহর অদু মাঙহনগে তৌরবদা সহরগী মী-শিং অত্নুনা মঙোন্দা মখোয় থোৎ-খোৎপা হাৎপী-দনবা হায়জরমই। মহাক্না য়াবিরবদি, তৌবিমল ওইনা মখোয়না মুমিৎ

খুদিংগী চেং-চাক অমসুং চাবা য়াবা পোৎ-চৈ পাত্রী মপোৎ অমা, ঈরোই অনিমা চিংবা, অহুপা পাত্রী থৌবা খুপা অমগা মহাক্কী চানবা থাজরবে চায়না হায়জরম্মই। অতম্মা হিংচাবশুপা সহরগী মী-শিংতুপা য়ানরম্মই।

য়াম্নী অসিগী অনিশুবা শরক্তা কুপ্তিনা সহরগী মী-শিংদা য়াদনবা থেমজিল্লমই অমসুং সহরগী ইসুং অমদা, পালি তাবা খুমিং অমদা হিংচাবা অহুব মাওঙনবা ওয়া মহাক্কী মচা খুপা য়াইমা ভীমবু য়াকস্তদা থারম্মই। ভীমনা পাত্রী মপোৎ অথনবা চাম-থক্লবা পোৎলম, ঈরোই অনিমা চিংলেঙনা য়াকস্ত লৈবা মফমদা থুংলম্মই অমসুং হৌনা লাউরম্মই—য়াকস্ত! কদায়দা লৈবগে নত্রবো, বক থোরকউ, ঐনা নঙগী চিজাক পুরক্লে। ভীমনা ঈরোই অনিতু থাদোক্লে অহুপা য়াম্না হাউনা চানবা পোৎলমশিংতু চাবা হৌরক্লে। বকাসুরদি দুখ্ত অতু উবদা পুমক্কে ওকখে। মঙোন্দা কবা অমত্তা লোংমত্তা মাগী মখিং কৌবগী থৌনা লৈখিদ্রে। মংগোয়না মকমতুদা লাক্লগা মরাইবক্তা তম্নগী মতুং ইন্না শিব ভাইদুনা থক থক কিতুনা লৈরমি। য়াকস্তগী য়াম্না ওকখিবদি মাগী মচিজাক ওইগদৌরিবা মী অতুনা মহাক্না চাগানবা চান-থক্লবা পোৎলমশিংতু কল্লগা চাতুনা লৈরবা অতুনি। অগাউবনা মাওঙইনতুনা বকাসুরনা ভীম তম্না চেনশিল্লতুনা অথাকপা লৈতনা কুপরক্লমই। তৌইওবসুং ভীমনা চাব লেপানমদে অমসুং ভাইখো ঐহাক অমুত্তা চাখিগে হায়রম্মই। চাব পুম্নমোক সোইরগা মহাক্না হায়রম্মই—হৌজিক য়াম্বে, লাকও মতম অসুপ কুইবা অসি মহাক্না লাইরবা-অমংবা প্রজাশিংবু য়াইসনুনা লাকপানি, হৌজিক হিসাব শোংদোকনবা মতম লাক্লে। মতুংদা ঐখোয়না থাজলে, ভীমনা হিসাব শোংদোকল্লে, মথংগী খুমিন্তা সহরগী পেটমত্তদা বকাসুরগী অশিবা মপা অতু তাতুনা লৈবা মীয়াম্না উখি।

মীরৈপাক মচা লান্দারকশিংবু থেংনবা লাম্নী অমিথক লৈ, লাম্নী অমিথুদি মখোয় লান্দারকপাশিংনি হায়বা থাজবা, মখোয়না স্নেংশীবগী য়াথং লৈ হায়বা থাজজিনবসু চত্তই। ঐখোয়গী মী-শিংনা ঐখোয়না

চাদ সিট মঙা, চাদ তরামমঙাগী সিট, ঐখোয় নখোয় চপ মান্নসি, ঐখোয়গী লৈবাক অসি মচেৎ থোক্না খাইদোক্লসি অমুম্না হায়ড়ুনা লৈরে নত্রগা ঐখোয়না চুম্না হায়বা তাবনি, লাকও. চপ চানা হিসাব শিংদোক্লরসি। ফিভম অনিমক অসিদা "আগগ্রেসর" শিংনা চৎলিবা খংনবা হোৎড়ুনা লান্দবগী অশেংবা মওং অসি খঙবগী মথৌ তাই।

মতৌ অমুম্না মী খরনা ঐখোয়বু কম্যুন্যাল ওই হায়, অড়ুম ওইনমক মখোয়গী থাজবগা ঐখোয়গী থাজবগা মমুংদা চপ মান্নে, ঐখোয়না শুপ্নগী ঐখোয়না চেল্লিবা অচুম্বা রাখল অড়ু থৌনা ফনা হায়দোকপা ওমই, অড়ুগা ঐখোয়বু "কম্যুন্যাল" নি হায়রিবশিং অড়ুনা আগগ্রেসর শিংবু কিবদগী মখোয়বু পেলহন্নবা হোৎনৈ অড়ুম্ "ব্রোডমাইণ্ডেড" ১মুং "সেক্যুলরিজম" নচিংবা শক্তাক পোষাক অড়ুগী মখাদা চথে। মসিতনি, অতৈ খেন্নবা করিম্নু লৈতে। ঐখোয়গী রারোইশিন্দা লৈবাকসিদা লৈবা কম্যুনিটি খরদি লৈবাক অসিগী লৈহাওগা চানদে, লৈবাকসিগী সংস্কৃতি লৌশিন্দে, চহি কুমজা কয়া চৎনরক্লবা পুন্সি মরেল অড়ু ইন্দে, লৈবাকসিগী দর্শন-শাস্ত্রদা থাজবা থমদে, জাতিসিগী "ন্যাশন্যাল" হিরো শিং, জাতি অসিনা মতম কুইনদগী লেপ্তুনা লাক্লিবা, লেপালিবা পুম্নমক মখোয়না লৌদে। অশেংবা, লেঙদবা অমসুং লেমজনিঙাই ওইবা জাতিগী পুন্সিদা ভারত হায়বা লৈবাকসিদা হিন্দু জাতিদনি।

## নিংশিংউ, থাজবদি অড়ুম লৈবনি।

অশেংবনি, অচুম্বা জাতি অমা ওইবগী লেঙদবা থাজবা অড়ু নিংশিংবা থোক্তবা মতমদগী হোৎড়ুনা ঐখোয়গী ঈ-তোংদা য়াওড়ুনা লৈরবনি। হৌজিক মতম ফাওবদা থাজবা অড়ু লেঙদনা অড়ুম্মক লৈরি, থাজবা অড়ু লৈবাকসিগী মচাশিংদা থম্মোয়দা লেঙদনা লৈবনি, করিগুম্বা মতমদা তুমড়ুনা লৈখিবতনি।

ইং ১৯২০ গী অহুরাইদা ডাঃ মুঞ্জি কৌবা মতম্মতুদা অচৌবা কংগ্রেস লুচিংবা অমা লৈরমই। মহাক ডাঃ হেডগেৱারগা লোয়নন। মাদ্রাজ ফাওদুনা পোণ্ডিচারীদা শ্রীঅরবিন্দ উন্নবগী লম্বীদা লাক্লমই। ডাঃ মুঞ্জিনা ফাষ্ট ক্লাসতা অদুগা ডাঃ হেডগেৱারনা থার্ড ক্লাসতা মাগী আটেণ্ড্যান্ট অমগুম্না চৎলমই। ট্রেন গাড়ী অদু মমাঙগী ষ্টেশন্দা লেপলমই, ডাক্তর-জীনা মুঞ্জিগী কম্পার্টমেন্টতা চতুনা পোৎ-চৈ লোইশিন্নবা চঙলমই। তৌইগুম্বসুং মহাক্না থবক অদু মপুঙ ফাদ্রিবদা ট্রেন অদু থাবা হৌরে অমসুং মাদ্রাজ ষ্টেশন্দা থুংরে। টিকেট ইন্সপেক্টর লাক্লুনা টিকেট চেক তৌবদা থার্ড ক্লাসকী টিকেট পায়বা ডাঃ হেডগেৱার আইন কায়না ট্রেন তোংবগীদমক ফাইন পীবা তারে। ডাঃ মুঞ্জিনা শেংদোক্লবা ফনা হোৎনৈ, অদুবু টিকেট ইন্সপেক্টর অদুনা তাবা মরৈরবদা ডাঃ মুঞ্জিনা শাউনা হায়রক্লমই—ফরে নহাক্না ঐবু থাজদ্রে, ঐহাক রেলরে অসিগী মপুনি, মরমদি ঐনা ভারা পীরি, নঙদি অমরোমদা সবকারগী থবক তৌবা মীনাইনি, চৎরো চৎলু। টিকেট ইন্সপেক্টর অদুসু য়াম্না শাউরে অমসুং হায়রকই—ঐঙোন্দা অসুম্না ঙাংলিবা নঙবু কনানো? যসি মুসলিম লৈবাক নত্তে, নঙহুম চৎখ্রে।। য়াঙাং অদু তাবদা ডাঃ অনিমক অদু খরাই তাবমথৈ নোকখ্রে। মহাক্না অসুম্না হায়রকপগী মরমদি ডাঃ মুঞ্জি অসি থদাং কোই য়াম্না শাংনা থাকই অদুনা টিকেট ইন্সপেক্টর অদুনা মহাকপু মুসলিম ওইনা লান্না লৌরুবা জাংনি। থৌদোক অসিদগী ঐখোয়না লৌহৌবদি অয়াম্বা সাধারণ মী শিংনা মশানা হাজবা ওইনা লৈবাক অসি মুসলিমগী লৈবাক নত্তে হায়না লৌনৈ।

চহি কয়ামরুমগী মমাঙদা নিজামগী দরবারদা পেসরাগী য়াজদুত ওইবা গোবিন্দরাও কালে পেসৱানা সিন্ধু তুরেল লানথ্রে, মায় পাক্লবা হিন্দুশিংনা কাবুল থুংখ্রে হায়বা তারমই। মহাকী থাগৎ য়াহৈ খরা ফোংদোকপা চিঠি অমদা মহাক্না ইখি, ঐহাক য়াম্না নুংঙাইরে, "ভগৱা ধ্বজ" অমুক হন্না সিন্ধু তুরেল লানথ্রে, মুসলিমগী শক্তি পুম্নমক মপুঙ ফানা

মাওংনদা, হিমালয়দগী কন্যাকুমারী ফাওবা হিন্দুস্থান ওইরে, "টর্কিস্থান" ওইখ্রে। চাউরাক্লা চহি ১৫০ রোমগী মমাঙদা অচৌবা হিন্দু লৈবাক অমগী হৈ-শিংলবা ডিপ্লোম্যাট অমদগী হৌত্তুনা ইচম-চম্বা টিকেট ইন্সপেক্টর অমা ফাওবনা চপ মান্নবা থাজবগা লোয়ননা লৈবাক অসি মুসলিম লৈবাক নত্তে কোংদোকখি।

## অচুম্বা ফাওবা প্রমান পীবগী দরকার লৈ।

লাইবক থীবদি মরু ওইবা থোইদোকপা মীওইশিং থরনা "হিন্দু শাশন" গী চপ যুংলো থাজবা 'সিবু অয়ানবনি, মায়ানি হায়না কয়া হাররি অহুগা মখোয় শাশন অমনি হায়বা অসি কাউথোকহন্নবা কয়া হোৎনরি। অয়ানবা য়াকমন্থ তোয়না লেপ্তুনা অনুম হায়জিন্নকুবদি অশোনবা রাথল-শিংদদি মতুংগী কল লাকই।

বৃটিশশিংনা ভারত অসি কুইনা নমতুনা শাসন তৌবা য়াননবা ঐখোয় শাশন অমা নত্তে হায়বা য়াননবা কিম কয়া শিন্নবা ইতিহাসকী লেজরবশিং অহু ঐখোয়না কাউথোকপা য়াদে। মখোয়না ঐখোয়গী য়াথলা চেন্নিবা "শাশনহুড" কী য়াথল, হিন্দুশিংগী চাউথোকপা অমসুং শীংনবা লিঙজেল মতা মখা তাহনখিত্রে। ওয়ামাথোইগুবা অধ্যায়দা "কিবরুপ" কী মপাল নাইত্রবা শক্তিনা মথাঙদা লেপ্তুনা মতোম্দা য়াথং পীরবা মতুংদদি শ্রীকৃষ্ণগী মকমদগী মহাক্না হেক তাজখিবা পুন্নমক য়াথং ওইনা কংজরে।

মতম অমদা য়াম্না মরু ওইবা কংগ্রেস লুচিংবা অমা আরঃ এসঃ এসঃ কী ককসন অমা দিল্লিদা পাঙথোকদবগী সভাপতিগী আসন লৌখিনবা বার্তন তৌখি। লুচিংবা অসি মথৌদা কেন্দ্র সরকারগী কেবিনেট মিনিষ্টর অমা ওইখি। মহাক্না ঐখোয়গী বার্তনহু য়াখিখি। কংগ্রেসতা লৈবা মহাকী মরুপশিংনা কংগ্রেসী অমা ওইনা আরঃ এসঃ এসঃ গুম্বা কম্যুনাল ওর্গানিজেশন অমগী থৌরমদা য়াওকম থোক্তে, য়াওকহু হায়কুনা কয়া

নক্করমই। তৌইম্বগুম্সুং মহাক্না ফক্কসন অত্তুদা শরুক য়ারবম্সু মাগী নীতিদি থক থাদোক্লোই হায়না মখোয়দা থাজবা পীরমই। মহাক লাক্লমই, মহাক্না স্বয়ম সেবক সজ্ঘ লিশিং কয়ামরুম মখোয়গী নিংথিবা ফিজোল শেত্তুনা তিনবা উথি, তিল্লম্বা ভাবক অদুনা চাউরাক্লা লাথ অহুমলোম ওইগনি, য়াম্না চিঙ-লেম্না, মথং-মনাও নাইনা, ঈংনা চিক্না থৌরমত্তু পাঙথোক্লমই। রাহৌদোক ওইনা রা খরা ভাংলবা মতুংদা সভাপতিগী আসন লৌরিবা কংগ্রেস লুচিংবা কৈলাস নাথনা মাগী ভাষন পীনবা হৌগৎলক্লমই। সভাপতিগী ভাষনদা মহাক্না হায়খি—"হিন্দু নত্তনা কনানা হিন্দুস্থান হায়বা লৈবাকসিগী মপু ওইগদৌরিবনো? হিন্দু নত্তনা কনাগী পুন্সিনা লৈবাকসিগী জাতিগী পুন্সি ওইগদৌরিবনো"? মথংগী নুমিত্তা খবর কাগজশিংদা মাগী স্পিচ অদু ফোংনরকখি। মশানা তাবা ওইনা কংগ্রেসকী মমান্নবশিংনা মঙোন্দা অয়েৎপা অমসুং ওৎ-নৈবা কয়া তৌরকখি। মহাক্না অসুম্না পাউখুম পীখি হায়—নখোয়স্সু য়াউনা দৃশ্য অদু উরম্লবদি নখোয় অমত্তনা ঐঙোন্দা অয়েৎপা হায়রম্লোইদবনি। মহাক্না হায়খিবদু থাঙ্গৈশেংনমক অচুম্বনি, হিন্দু ন্যাশনগী মীওই লিশিং কয়াগী থকশি-খাশি নাইবা কখোকপা স্বয়ম সেবকশিংনা মাগী মমাঙদা লেপ্লদা অশেংবা ন্যাশনহুডকী থম্মোয়দা তুমদুনা লৈরুবা থাজবা অদু নৌহৌনা হৌরকপদনি।

মরম অদুনা হিন্দু খুদিংমক্কী অহানবা তৌফম থোকপা ইথৌদি অশেংবা, মীনা জয় তৌবা ঙমদবা শক্তি লৈবা হিন্দু জাতি অমা শাগৎপা অসিনি। চহি কুমজা কয়া লাল্লরুবা হিন্দু "ন্যাশনহুড" পু শৌগৎপনি। ঐখোয়গী ধর্ম্ম লাইরিকশিংদা ময়েক লানা ইদুনা লৈরি, মশানা মশাবু কাউথোকচবা অসি অধর্ম্মনি, মশাগী অশেংবা মশক খঙলকপগী জ্ঞানমা ধর্ম্মনি। ধর্ম্মবু অমুক নৌনা লিংখৎননবা লম্বী ঐখোয়গী হৌখ্রবা মতমগী লুচিংবশিংনা ঐখোয়দা তাকপীরমই, হিন্দু জাতিবু মিকপ থোক্লনবা, মঙাল লৈবা, হিন্দু ন্যাশনহুড নৌনা শাগৎনবা অচুম্বা লম্বী তম্বীরমই।

---

# অমত্তা ওায়বা হিন্দু রাষ্ট্রগী শকফম

## (১) হিন্দু রাষ্ট্র অমসুং মাইনোরিটি।

"ধর্ম্মগী মাইনোরিটি" হায়বা রাখল থাদোকউ—ইন্দোনেসিয়া টর্কি অসিনচিংবগী খুদম—য়াইফহন্নিংঙবা পরম্পরাগত ওইবা হিন্দু রাষ্ট্র—খুদমশিং।

ধর্ম্মগী মাইনোরিটিগী সমস্যা অসিগী পাউখুমদি ইতিহাসগী ওইনা চুম্নবা, রাখল খন্নবা ঙম্বা, অওইবা হিন্দু রাষ্ট্রগী লম্বীনা পুথোকপা ঙমগনি। নত্রবদি মাইনোরিটি হায়না কৌনরিবশিংসি মথোয়গী তোঙানবা ধর্ম্মগী কুয়োম মন্নুংদা কনশিন্দুনা লৈখিবদগী ঐখোয়গী সোশিও-পোলিটিকতা অকিবগী মশক ওইনা অকায়বা পীবগী হৌরককম ওইরকই।

অদুনা ঐখোয়গী মুসলিম অমসুং খৃষ্টান সিটিজনশিংনা মখোয় ধর্ম্মগী "মাইনোরিটি" নি হায়বা রাখল অসি থাদোকপা চঙই, অদুগা মখোয়গী "ফোরেন মেন্টাল কম্পেক্সন" থাদোক্তুনা লৈবাক অসিগী জাতিগী মরু ওইবা ঈচেন্দা তিনশিল্লকুবা হোৎনফম থোকই। লৈবাক অসিগী চৎনরকপা পরম্পরা য়েঙলগদি কনাগুম্বনা মাগী লাইনীঙ লম্বী হোৎথ্রবসু লৈবাক অসিগী মচা ওইবা তোক্তুনা মীতোপ অমা ওইথ্রে হায়না লৌবা য়াদে। লৈবাকসিদা ঈশ্বরগী মিঙ্খ্রে অসি তোঙান তোঙানবা মমিং শোনবদা অয়েৎপা অমত্তা লৈতে। লৈবাকসিদা মরা তানা পুক্নিং লুপথ্রবা চৎনবীদি—হুংশিবা অমদি ধর্ম্ম পুম্নমক্কী থাজববু ব্যবহার তৌবা অসিনি। অতোপ্পগী ধর্ম্মগী থাজবদা খাঙদোকপা ঙমদবা মী মহাক অদু লৈবাক অসিগী মচা ওইবা য়ারোই।

## য়ুরোপ্নবা লৈবাকশিংদগী তমগদবা পারা।

মসিগা মরী লৈননা মুসলিম ইচিন-ইনাওশিংনা ইরান, টর্কি অমসুং ইন্দোনেসিয়ানচিংবা ধর্ম্ম তিন্নবা লৈবাকশিংদগী তমগদবা পারা অমা লৈরে। পার্সিয়া, ইসলামিক লৈবাক অমা ওইরবসু, পার্সিয়ানশিংনা মখোয়গী হান্নগী ময়েক হন্দোক্লুনা আরবী ময়েক লৌখিদে। মখোয় আরবী পুন্সি মওং লৌদবত্তা নত্তনা মখোয়গী পুন্সি মওংদা কন্না লুপ-শিনখি। মখোয়না হৌরবা অচৌবা মপা মপুশিংবু নিংশিংদুনা লৈরি, "রষ্টোম" বু ব্যবহারগা লোয়নননা থাগৎনরি। রষ্টোম মুসলিম নত্তে। কমল পাশা, হৌজিক মতমগী টর্কিবু শেমগৎলম্বা অথৌবত্থুনা চহি কুমজা কয়া চৎনরক্লবা জাতিগী পুন্সিগী মওং ভাক্লুনা থম্লগা ইসলাম ধর্ম্মবু ঈশ্বরদা লাইনীঙ লাইশোল তৌবগী অককুবা থবক্তা ওইহল্লমই।

ইন্দোনেসিয়াগী নোম্না অসিনা অমুক্কা হেন্না য়েঙশিন্নবা অরাবা থুদম অমনি। ইন্দোনেসিয়াগী অয়াম্বা শরুক্তা ইসলাম ধর্ম্ম চৎলি, অদুম ওইনমক সরস্বতি অমসুং গণেশনা মখোয়গী মহৈ-মশিং তম্বা অমসুং জ্ঞান তানশিনবগী লম্বীদা অথোইবা মরু ওইবা লাইশিংনি। অঙাংশিংনা ABC তম্বা হৌবদা রামায়নগী অয়েকপা লাইগা লোয়নননা তম্বা হৌই। ঐখোয়গী লৈবাক্কী কনাগুম্বা অমা মফমদুদা চত্তুনা মদু উরুরবদা অঙকপা পোকই। মহাক্না ইন্দোনেসিয়াগী লুচিংবা অমদা হংই—মসি কমহায়না তৌরিবনো? নখোয় মুসলিম ওইরবসু নখোয়গী অঙাংশিংদা রামায়ন তম্বীরি। ইন্দোনেসিয়ান অদুনা চাউথোক্না খুল্লকই—মরমদি রামচন্দ্র অসি ঐখোয়গী অচৌবা গুণ চেনবা ন্যাশন্যাল হিরোনি, ঐখোয়গী অঙাং-শিংনা মহাক্কী অরাংবা ফিদম মতৌ তমহনবা ঐখোয়না পামই, অশেংবনি ঐখোয় ইসলাম ধর্ম্ম চৎপশিংনি। তৌইগুম্বসুং ঐখোয় ইসলাম ধর্ম্ম চৎলবসু ঐখোয়গী মমল য়াম্লবা তাঙলবা "ন্যাশন্যাল হেরিটেজ" অমসুং পুন্সিগী "ভেলু" শিং অদুদি ঐখোয়না থাদোক্লোই। মফমদুদা ঐখোয়গী

মুসলিম ফ্রেণ্ড কম্বাদা থোইদোকপা পান্না অমা তশ্বীরবনো। মফমত্তুদা মী-শিংগী মমিংশিংস্তু চামদা চামা হিন্দুগী মমিংনি। মথোয়গী হান্নগী প্রেজিডেণ্ট ওইম্বা অসিনা "সুহৃদ" (ইংলিসতা সুহারটো কৌনবা) অর্থদি "অশেংবা মরুপ অমা"। নুপীশিংস্তু সিতা, সাবিত্রি, দময়ান্তি অসিনচিংবা মিং কৌনৈ। মথোয়গী ইম্নারবেজগী মমিংনা বিষ্ণুগী শাদোং ওইবা "গরুড়া" হায়না মিংথোল্লি। মথোয়গী কনষ্টিট্যুশন্দা অস্তুম্না লাউথোক্লুনা থৌই—"ধর্ম্ম রক্ষাতি রক্ষিতাহ।"

মসি জাতিগী মরা চেংপা, পুম্নমক মত তিম্নবা, মম্না চেংপা য়ুম্ফম অমা লিংখৎপগী অশেংবা লীপুলনি, মসিমক্না ধর্ম্মদা অমগা অমগা খেন্নবা য়েংদনা অপুনবা জাতিগী ফিদম্নকম ওইবা পান্দম অমা শাগৎপদা মতেং পাংই। রাখল্লোন অসি শিজিন্নহুনা ঐখোয়গী লৈবাক্তা হিন্দু রাষ্ট্র লিংখৎপগী অমক্তা ভাইবা অচুম্বা "দি সেমিটিক কনট্রাষ্ট" নাতৈ চাবা রাখল্লোননি।

হিন্দু রাষ্ট্রগী পুকচেল ফজবা মাইনোরিটিশিংদা চংপা শাজং অসি উন-উনা মী খরনা হিন্দু রাষ্ট্র লৈরক্লবদি মাইনোরিটিশিং য়াম্না রাগনি হায়না খনবা য়াওই। অকিবা অদু তশেংবা ওইরবদি মখোয়না হিন্দু রাষ্ট্রগী মরমদা লান্না লৌখিবনা মরম ওইগনি। মখোয়না হিন্দু রাষ্ট্র লাক্লবদি অতৈ ধর্ম্মগী কাংলুপশিংবু "সেমিটিক রিলিজন" চংপা কাংবুনা তৌবরৌনা মখোয়দস্তু হিন্দুশিংনা তৌরকনি হায়না চিংনবদগীনি। অহানবা সেমিটিক রিলিজনদি "জুডেইজম" নি, অতোপ্পা ধর্ম্মদা ইনটলরেণ্ট ওইবা খাওদোক্তবসি ধর্ম্ম অসিগী খাওদোক্লবা অসিমক্না খৃষ্টবু ক্রোসতা পাংতিংহুনা য়োংগী থাহুনা হাংখিবহুনি। মথংদা খৃষ্টান ধর্ম্ম লাকই, জুডেইজমদগী পোকপনি, মহুস্তু জুডেইজমগা চপ মান্না ইনটলরেণ্ট ওই, জেজস মতিক মগুণ লৈবা খবি অমমি ম্নাবদা চিংনকম লৈতে। তৌই গুমস্তুং খৃষ্টগী মতুংদা মহাক্কী মমিংদা তৌখিবা থবকশিং অদু মহাক্কা মরী

অমসুং লৈনখিরে।' খ্রিস্তিয়ানিটিদি লৈরোইরে, শুপন্না চর্চিয়ানিটিতা লৈরোইরে। হায়নবা অমা লৈ, "অশেংবা খৃষ্টান অমথক্তম লৈরমই, মতম ক্রোস মথক্তা লৈথিরে" মসি চুমথ্রবা অমনি। খৃষ্টানশিংনা ইহুদীশিংদা মথল-মথা কয়াগী ওৎ-নৈবা চথখি, মখোয়বু "পিল্লরস অফ খৃষ্ট" হায়বা শকতাক চে পীরমই। হিটলার, কাউথোকপা য়াদে, খৃষ্টানশিংনা ইহুদীশিংবু চহি লিশিং অনিরোম চুপ্পা ওৎ-নৈরবা মতুংদা খ্বাইদগী খমথেংবা মফম য়োৗখিবদি হিটলারগী জর্মনদনি। মতুংদা "ইসলাম" : শাংখ্রবা সোর্ড এণ্ড কুরানগী য়ারী লাক্লে, মীওইবা মিলিয়ন কয়াগী পি অমসুং ঈনা ইথিবা য়ারীনি। অরোইবা অধ্যায়না পাকিস্তান ওইখি, ধর্ম্মগী ওইবা ইসলাম লৈবাক্কি হায়না লাউথোকখিবনি, হান্নগা ইখেন-খেন্নদনা লৈবাক্তগী নোংচুপ থংবা উইংদা লৈরম্বা হিন্দু পুন্নমক শা-ঙা হাৎপগুম্না হাত্তোকখিবা নতগা লৈবাক্তদগী তান্থোকখিবনি, মতুংগা চপ মান্নবা থৌওং নোংপোক থংবা উইংদসু চৎখি। পুন্নমক অসি ঐখোয়গী ঈ-তো দা মরা তাহনা লৈখ্রবা অংাক্পা ধর্ম্মবু "টোলরেন্ট" ওৌদবা, কনথৎনিংদবা, ধর্ম্মদা হকচিনবা শাজক্তগী ওইখিবনি।

হিন্দু রাষ্ট্রদা অতোপ্পা ধর্ম্ম চৎপশিং য়াম্না য়াগনি হায়না থাজনা অসি মথক্তা পনখ্রিবা সেমিটিক ধর্ম্ম চৎপাশিংগী মতৌ উখিবদগী খল্লকপা য়াখলনি, সেমিটিক ষ্টেটশিংনা মখোয়গী ধর্ম্মদা থম-থেংনা হকচিনবা, অতৈ ধর্ম্ম চৎপশিংবু কনখত্তবা, শাথিনা হাৎপা অমসুং ওৎ-নৈনবা তৌবগী মতৌ অহুগা মান্নবা লৌরকপনি।

## হান্নদগী চৎনরকপা হিন্দু রাষ্ট্র।

চুপ্পা চিংনবা মী-শিংনা হিন্দু রাষ্ট্রবু শোয়ান্নবা তৌদনবা হিন্দু রাষ্ট্র অমসুং মীয়ৈপাক্তগী চঙলকপা ধর্ম্মগী কাংলুপশিং করম্না মায়োকনরকপগে হায়বা ইতিহাসকী মীয়োল কয়া থাংথরকপা চৎনরোল অমসুং থৌদোক

য়াথোক কয়া ঐখোয়গী লৈরম্লি। অশোংবা মরোক লানা উরবা ইতিহাসকী থোদোকশিং, মীরৈপাক্কী লম কোইরকপশিং, মীরৈপাক মচা ঐতিহাসিক কয়ানা সাক্ষী ওইহুনা ঐখোয়না খঙলে, ভারতবর্ষদা ঐখোয়না ঐখোয়গী জাতিগী পুন্সিদা ধর্ম খেন্নবনা মরম ওইহুনা কনাগুম্বা অমত্তবু খেন্নবা উংপা কৈদৌউৈদনু তৌখিদ্রি।

শক্তি শালী ওইরবা হিন্দু সম্রাজ্য বিজয়নগরগী নিংথৌশিং অমসুং থৌনা ফরবা শিখ লুচিংবশিংগী মখাদা মুসলিমশিং মপুঙ ফাবা নিংঙম্বা অমসুং চপ মান্নবা হিংমিন্নরমই। শিবাজীগী মখাদা লিংখৎলকপা হিন্দুগী রাষ্ট্রগী মখাদা ধর্মগী মমিংদা খেন্নবা অমত্তা থম্লমদে।

খুদম অরু, পীবা ভারতদা ছত্রপতি শিবাজীগী নেভ্যাল চিফ ওইবম্বা ভারিয়া সরঙ্গ মুসলিমনি, মহাক্কী মখাদা মরু ওইবা লেফটেন্যান্ট অনি ইব্রাহিম খান অমসুং ডাউলট খাননি। শিবাজীগা অফজল খানগা শাথিনা লান্থেংনরিঙৈদা মহাক্কী খ্বাইদগী থাজবা লোয়নবা বোডি গার্ড ত্তরাগী মতুংদা অহুমদি মুসলিমনি। অমুক হন্না ঔরঙ্গজেবগী খুদুম মখাদা লৈরবা শিবাজীনা আগ্রা ফোর্টতগী নান্থোক্লবা হোৎনখিবদা মরু ওইবা থৌদাং লৌখিবা চহি ১৮ ভ ওইরিবা মদারি মেহটার মুসলিম অমনি। মশিং খীচনবা থোদোক কয়াদা শিবাজীনা মসজিদ অমসুং দার্গাশিং শাননবা লাম পীরমই অমসুং চহিগী ওইনা লাইশঙশিংদু চলাইনবা গ্রান্ট পীরমই। মহাক্কী মতম অমদা অচৌবা য়েক্কবা ওইরম্বা আফজল খানগী প্রতাপগড়গী মোংফমদা শাবা ফুড়াদা ইসলামগী মতুং ইন্না লাইনীঙ লাইশোল তৌবা য়াননবা থৌরাং পুন্নমক তৌরমই। য়াম্না হকচিনবা ধর্মদা মযায় কারবা মুসলিম ইতিহাস ইবশিংনা ফাওবা শিবাজীনা কুরান, মসজিদ অমসুং দার্গাশিং, মখোয়গী অশেংবা মী-শিং অমসুং মুপী ওইবীশিংবু য়াম্না ব্যবহার তৌনা লোয়নববু অঙকপা ফংনা শীংখারমই। পুন্নমক অসি ফনা য়াম্না তৌরমহৌনম্ব মুসলিমশিংনা হিন্দুশিংদদি মতমপুন্নমক্তা ওয়-তৈনবা ভাক্তা তৌরমই।

মতুং তাবদা, খৃঃ ১৭৬১ গী নিংতম্মবগী সুরবা লানফম খেংনরিভৈদা হিন্দুগী মায়কৈদা আটিলারি চিফ ওইরম্বা ইব্রাহিম গার্ডিনি, মহাক লানফমদা অরোইবা য়াংিপ তানখি।

হিন্দুশিংনা মতিক মঙাল লৈনা শীঙনবা অমত্তা লৈতনা চহি লিশিং কয়া হিন্দুস্থান্দা পাল্লকখি। মাগী আধ্যাত্মিক অমস্মুং সংস্কৃতিগী মঙাল্লা পৃথিবীগী মফম খুদিং শিনথুনা শান্দোকখি। মহাক্কী মায় পাকপগী ফিরান্দা ইসলাম অমস্মুং খৃষ্টানিটিনা তৌবগুম্মা জাতিশিং অতুবু "ব্লড এণ্ড টিয়ারস" গী অৱাবা নংহনখিদে। হিন্দুস্থানগী লানঙম ফিরান্দি মতম পুম্নমক্কী অচুম-অরান খঙবা অমস্মুং সংস্কৃতিগী শক্তম্না ওইরমই। অতুগুম্বা মায় পাকপা অতুদি লম লমগী মী-শিং অতুনা হরাও-তয়াম্বগা লোয়ননা শরুক্ষা ঙাক্তনি, মশাগীতা য়েংদবগী মায় পাকপা, লমচৎ ফজবা অমস্মুং ধর্ম্মগী মরমদা পুক ফবা ওইবনা মখোয়দা লাল হৌরকপগী মতুঙ্গা তৌবিমল খঙবা উৎলকপা ঙাক্তনি। কুমজ্জা কয়া হৌথ্রবস্মু লৈবাক অসিবু মখোয়না ফনা থনবা রাখল কৈদোঙৈদস্মু হন্থখিদে। হৌজিক মতম ফাওবদা মখোয়গী ধর্ম্ম চেল্লবা রাখন্না লৈবাকসিবু কাউবা ঙম্মদ্রি অমস্মুং "পুণ্য ভূমি" ওইনা লৌনরি, গঙ্গা তুরেন্দা ঈরুপুনা স্নান তৌবা লাকখি। মখোয়না লৈবাকসিদা লাকপসি চুম্নগী অচম্বা খোংচৎ অমা ওইনা লাক্লদে, মতম খুদিংদা তীর্থ চৎপা ওইনা লাকপনি। পুম্নমক অসিদগী কনাগুম্বনা লায়না খঙবা ঙমগনি মতুদি চাংদমনিঙাই লৈতবা "লাইফ-ভেল্যু" না জাতি অসিগী মুংগী ওইবা শরুক শেমগ্রে হায়বসি।

## মাইনোরিটিশিংদা অশেংবা শোয়দ-রাফম পীবা।

অস্নুম্না, হিন্দু রাষ্ট্র অমা নৌনা শিংথৎপদা মাইনোরিটি কৌরিবা কাংলুপশিংদা কবিস্ম মাঙজগদবা লৈতে, পুম্নমক কংগদবা ঙাক্তনি। পাক চাউথ্রবা পৃথিবী অসিদা মীওইবা জাতিবু "সুপ্রিম পাৱার" অমগী

মহুংদা লৈবনি ; পুম্নমকপু মান্ননা ব্যবহার তৌবা, ওাক-শেনবা, ধর্ম্ম মত অমস্তুং ধর্ম্মগী থাজবা পুন্না মপুঙ ফানা চাউখৎহনবা অসি হিন্দুগী রাখন্নবা ওইথোকনি হায়না থাজবা পীরি। অকনবা হিন্দু রাষ্ট্র অমা নৌনা লাক্লবদি লৈবাকসিদা মাইনোরিটি কৌনরিবশিংগী নিংতম্না চাউখৎপা পুন্সি অমা শোয়দনা পীবা ঙমগনি হায়না লেপলি ; খুদোং চাবা পুম্নমক চপ মান্ননা ফংমিন্নদুনা ইমা লৈবাকসিগী চাউথোকচবা মচা ওইনা পুম্না লেপমিন্নগনি।

# অমত্তা ওয়বা হিন্দু রাষ্ট্রগী শক্তম

## (২) হিন্দু রাষ্ট্র অমসুং সেক্যুলারিজম।

"সেক্যুলারিজম" অসি ন্যাশন্যালিজম নত্তে—অওইবা চপ চাবা হিন্দুগী রাখল।

হিন্দু রাষ্ট্রগী রাখল্লোন অসি সেক্যুলারিজমগী মায়োক্তনি হায়বা চিংননা য়েৎপা রাফম অমা লৈ। অহানবা মক্তদা, সেক্যুলারিজমগী রাখল অসি নোংচুপ লৈবাকশিংদগী হৌরকপা রাহৈ ওইবনা ঐখোয়গী লৈবাকদি মরী অমত্তা লৈতে। চহি কুমজা কয়াগী মমাংদা, ইউরোপকী নিংথৌ পানবা লৈবাকী নিংথৌশিংনা রোমান পোপনা ধর্ম্মগী মকোক ওইবগী মায়োক্তা লাল হৌরমই অমসুং মখোয় মশানা মাগী মাগী লৈবাক শাসন তৌথিরমই। মতৌ অমুম্না "সেক্যুলার ষ্টেট" হায়দুনা "থিওক্রেটিক" ওইদবা ষ্টেট কয়া থোরকখি। হৌজিক "থিওক্রেটিক ষ্টেট" হায়বসিনা ধর্ম্মদা য়ুম্ফম ওইবা অতৈ অতোপ্পগী ধর্ম্ম য়াদববু খঙনম্নে অদুগা সেক্যুলার ষ্টেটশিংনা অতোপ্পগী ধর্ম্মদা "টোলরেন্ট" ওইববু খঙনরে। ভারতদি করিগুম্বা মতমদা, মকম অমদা অসিগুম্বা কনফ্লিক নত্রগা ইনটোলরেণ্ট ওইবগী থৌদোক অমত্তা মমাংদসু হৌজিক কালদসু থোকখিবা লৈতে। মখা তাবদা "সেক্যুলার" হায়বা রাহৈ অসি ঐখোয়গী সম্বীধানদা য়াওদে। মতাং অসিদা ঐখোয়গী হান্নগী এক্স চিফ জষ্টিশ শ্রী কেঃ সুবা রাওনা হায়খি, কনষ্টিট্যুশনদা অসিগুম্বা অরানবা রাহৈ অমা হাপচিনবা অসি লোন্না পুশিল্লগা নমদুনা হাপচিনখিবনি হায়না ফোংদোকখি। (খৃঃ ১৯৭৫—১৯৭৭ কী ইমর্জেন্সিগী মমুংদা রাহৈ অসি সম্বীধানদা হাপচিনখিবনি।)

## মফম মরাং খণ্ডনা লৈরিবসি শেংদোক্নবা মমায় চুমথোকউ।

"সেক্যুলারিজম" গা "ন্যাশন্যালিজম" গা মায়না লৌবগী মেন তাদবা অমা লৈরি। অনি অসি কৈদোঙৈদসু মায়না লৌবা য়ারোই। "ন্যাশন" হায়বসি মপুম ওইবা হিংতুনা লৈবা অমনি। মসিগী ফঙ্কসন য়াম্না লৈ, মথোয়শিং অতুগী মঙ্গুংদগী অমদি "ষ্টেটক্রাফট" নি। "সেক্যুলারিজম" হায়বসিদি শুপগী ষ্টেটক্রাফট অতুগী কালিটি অমা ওইবনি। অতুনা সেক্যুলারিজমগা ন্যাশন্যালিজমগা মায়না লৌরবদি হকচাংগী কায়াং অমগী থবক্না হকচাং অতুমক্না মায়ন লৌবগা চপ মান্নে; মসিনা উৎলিবদি য়ুম্ফম ওইবিবা "ন্যাশন" অমসুং "ষ্টেট" অনিগী মরক্তা খেন্নবা অতু খণ্ডবা য়াংপদগীনি।

অতুগা অমুক "সেক্যুলারিজম" অসি মীয়মলেনগী পুন্সিগী ওইনা লৌরবা, অরাংবা তেন্না চাঁউ-লেম্বা য়াথলগী গুণ ওইনা লৌদ্রবা, অতু ওইরবদি মসি শুপশোক শোকলোইদবনি, লানশিল্লুরোইদবনি। অতুম ওইনমক সেক্যুলারিজম অসিনা এন্টি-রিলিজন ওইনা লৌদনা ধর্ম্ম খুদিংবু চাউখৎ হন্নবা অমসুং ধর্ম্ম অমনা অতোপ্পা ধর্ম্ম অমদা শারাক তম্বা ওৎ-নৈবা তৌবা থিংনবা ওইরবদি মসি চিংনবা লৈতনা হিন্দু রাষ্ট্রগা রাখল শৈরোল অমত্তনি। অতু ওইরবদি অতুগুম্বা ষ্টেট অতুগী চপ চাবা রাইহেদি "সেক্যুলার" হায়বা চুন্নরোই "মল্টিরিলিজস" হায়গদবনি। লৈবাকসিদা "ষ্টেট" অসি করিগুম্বা ধর্ম্ম অমত্তগা মরী লৈনদে। হিন্দু নত্তবশিংবু "সেকেণ্ড ক্লাস সিটিজন" ওইনা ইন্থোকপা নত্রগা "জেজিয়া" গুম্বা খজনা লৌবা খঙলমদে; মী খুদিংমক আইনগী মথাদা খোৎ-খোৎপা মান্নে। কৈদোঙৈদসু নিংথৌনা মহাক্কী মশাগী ওইবা ধর্ম্মবু নমতুনা চংহন্নবা রাষ্ট্রগী খুৎসু-খুৎলাই, মচাক-মথুম, লান্না থক শিজিন্নরমদে।

অওইবা অপেনবা।

---

হিন্দুগী রাখল অসি ধর্ম্ম অমনা অতোপ্পা ধর্ম্ম অমদা আইনচিংবা থুগাইত্তুনা থিংবা অমসুং ধর্ম্মগী থবক তৌহন্দবা অতুনা লোইদে। যাম্না পাক-চাউনা কোল্লিবা, খুন্ডবগী শক্তি চেল্লিবা পুন্সিগী মরা তাথ্রবা রাখলনা ধর্ম্ম খুদিংমকী রাখলবু থোগৎপা অমসুং ব্যবহার তৌবা ওইহল্লি। নিংথৌ অসি থাজবা পুন্নমকপু য়োকখৎপা, ভাক-শেনবগী সিম্বোল ওইরমই। মসি সেক্যুলারিজমগী অওইবা পেন্নিভাই ওইবত্তুনি। থাঙ্গে শেংবগী ঐখোয়গী "ষ্টেট" হায়বা রাহৈশিগী রাখল্লোন'সি মতম পুন্নমক্তা সেক্যুলার ওইত্তুনা লাকই; অত্তুনা ষ্টেটকী সেক্যুলার নেচর অসি "সেক্যুলার" হায়বা এডজেকটিভ অসি হেন্দোক্না হাপচিল্লুবা কান্নদে।

হৌজিক্কী মতম ফাওবদা জাতিগী চৎনরকপগী মতুং ইন্না মুসলিম অমনা ভারতকী খ্বাইদগী রাংবা ফম, প্রেজিডেন্ট অমসুং সুপ্রিম কোর্টকী চিফ জষ্টিশ অমসুং কেন্দ্র সরকারগী মরু ওইবা পোর্টফোলিও, ইন্টর্নেল অমসুং এক্সটর্নেল সার্বিসশিং পায়বা য়ারিবসি সেক্যুলার ট্রাডিশন লৈবননি। পুন্নমক অসিগী ওন্ন-তৈনবা অত্তু য়ুম্লোন্নবা পাকিস্তান লৈবাক্তা উবা ফংগনি, ধর্ম্মদা য়ুম্ফম ওইরগা লিংবা য়ুম্লোন্নবা লৈবাক অসিনা ময়েক লাবা শাক্কিনি।

তৌইগুমসুং, লাইবক থীবদি ভারত্তা সেক্যুলারিজম চলাইবদা কম্যুন্যালনি হায়না পাউথোকশিল্লি। লৈখিদ্রবা ডাঃ জাকির হুসেননা কেরালাদা মসজিদ অমা শঙ্গাবা চৎপদা কনা অমত্তা অয়েৎপা পীখিদে, অত্তুগা ডাঃ গিরিনা মহাকপু রাষ্ট্রপতি ওইনা খল্লবা মতুংদা টিকপত্তিদা চৎপা মতমদা মহাকপু কম্যুন্যাল উপাধী পীখি।

---

# মনুংদগী কিহল্লকপা।

## ১—মুসলিমশিং।

পার্টিশন মতুংদা মুসলিমশিং—অনি থোকপা লাল্লোং হকথেংননা লান্দারকপা—মেম্বর মশিং হেনগংলকপা—ঐখোয়গী লুচিংবশিংগী পো-লিসি—হিংশা তৌবগী কান্নবা পীবা—টাইম-বোম—অমত্তা কাউথোক্তবা অমত্তগ্গ তমহৌদবা অপীকপা পাকিস্তান—ন্যাশন্যালিষ্ট মুসলিমশিং মশক শেংলকপা—মপাঙ্গোংগী অচুম্বা।

পৃথিবীগী লৈবাক অয়াম্বগী ইতিহাসকী অরাবগী মশক ওইবা পারাদি লৈবাক্কী মনুংদগী থোরকপা য়েক্কবশিংনা মপাল লৈবাক্কগী লান্দারকপা-শিংদগী ন্যাশন্যাল সেকুরিটিদা হেন্না কিহন্নবা মচাক ওই হায়বা পারা অসিনি। লাইবক গীবদি, অসিগুম্বা পারা অসি বৃটিশনা ভারত থাদোক-খিদ্রবদগী হৌদুনা অরেপ্পা অমগা লোয়ননা থৌশাদনা লৈরক্লি। ভাবনা শাব ওইনা তৌব "ফেস রিয়েলিটি" মায়োক্কবা ওম্বগী থৌনা রাংপা, থবক অদু পাঙথোক্কদৌবা মী-শিংনা মচিন্দা অহৌবা শ্লোগান লাউদুনা অরাবা খুদোং থীবশিং অদু অমগী মতুংদা অমা কুপশিন্দুনা থন্নবা তৌবা, পার্টিশিং অমসুং গ্রুপশিং খুদোং চাবা ফংনবগীদমক্তা হোষ্টাইল ইলেমেন্ট শিংগা পুনশিনবা, পুন্নমক অসি পুল্লপ পুল্লগা জাতিগী নিংতম্বা অমসুং সেক্যুলারিটি অকায়বা পীবা মনুংদগী মাঙহন-তাকহনবা, থুগাই-লাক্কই তৌবা অসি অশেংবনি।

## অহানবদা ঐখোয় মুসলিমশিংগী মতাংদা য়েংসি।

তৌজিক ফাওবদা, মী য়াম্না লৈ, মখোয়না হায়—তৌজিক্তি মুসলিমগী প্রোব্লেম অমত্তা লৈত্রে, পাকিস্তানবু শোগত্তুনা "রাইওট" তৌরম্বা মীশিংদু মতম পুন্নমক্কী ওইনা চংখ্রে। লৈহৌরিবা মুসলিমশিংসিদি ঐখোয়গী লৈ-বাক্কা ভক্তি লৈবা ওাক্তনি, শম্না হায়রবদা মখোয় অতোপ্পা লৈবাক অমদা চংনবা লৈত্রে, মখোয় তঙাই ফদনা লৈবাকসিগী রাজভক্ত ওইবা তাবনি।

## অচুম্বা থৌদোক্তা তাকসন্নু।

অচুম্বা থৌদোকশিংদি করিনো ? প্রো পাকিস্তানশিং খোৎ-খোৎপা চৎথ্রে হায়বসি কয়া য়াম্না চুম্লবগে ? হিন্দুনা মেজোরিটি ওইবা উত্তর প্রদেশতা মুসলিমশিংনা হৌবদগী হৌনা 'পাকিস্তান রাইট' কী আন্দোলন হৌবদা মাঙজিন থাখি। মখোয় মফমসিদা পার্টিশন মতুংদা চেংনা পুন্না লৈমিন্নরি। অচুম্বদি ; পঞ্জাব, বেঙ্গল, সিন্ধ অমসুং NWFP গী পাকিস্তানলোমদা চৎথ্রবা মুসলিমশিংনা খৃঃ ১৯৩৭ কী ইলেক্সন্দা মুসলিম লিগপু মপুঙ ফানা রিজেক্ট তৌখি। মতুং তাবা চহি থরদা ঐখোয়গী লুচিংবশিংগী অরানবা পোলিসিদগী মফম অদুগী মুসলিমশিংদু মুসলিম লিগকী মথা মুংদা ইনশিনখি।

অদুগা অমনা, পার্টিশনগী মমাঙদা 'কনষ্টিটুয়েন্ট অসেমব্লি' লিংখৎনবা মীখল অমা পাঙথোকখি। মীখলশিং অদু মুসলিম লিগনা পাকিস্তান শেম্লনবা মখোয়গী ইলেক্সনগী য়ুম্ফম ওইখি। লৈবাক শীনবা থুংনা কংগ্রেসনা মুসলিম কেণ্ডিডেটশিং থাগৎলমই। অদুবু মফম অয়াম্বদা মুসলিমশিংনা মুসলিম লিগকী মীরেপশিংদা ভোট পীখি। কংগ্রেসনা থাগৎপা মুসলিম কেণ্ডিডেট পুম্বা মায়গীবা ফংখি। মসিনা তাকপদি ভারত্তা লৈহৌরিবা মুসলিম কোটি কয়া অসি পুল্লপনা পাকিস্তানগী দমক্তা ভোট পীখি।

থৌদোক অদুগী মতুংদা ভারতকী মুসলিমশিংসি মপুক ওনথ্রবা ? মখোয়গী মহৌশাগী হাৎপ-তুপ্পা অমসুং য়েংথিবগী মওংনা মরম ওইদুনা খৃঃ ১৯৪৬-৪৭ তা পাকশন্না রাইওট থোকহনখিবা, লুট-পাঠ তৌবা, য়ুম মৈ-থাবা, নুপী-অঙাং ফাবা, মখল মখা কয়াগী হান্না অমুক্তা ওইখিদ্রিবা মওংদা হরাও মখে লাংখিবা অদু কনানা থোকহনখিবনো ? পাকিস্তান শেমগ্রবা মতুং নোংঙানবদা মখোয়না মরৈপাক নীঙবা দেশভক্ত

পাইহ শিজিন্নহুনা ঐখোয়গী লুচিংবশিং ইপা পাখংনহুনা পাপকী মশক ওইরবা পাকিস্তানগী দাবী অদু নমহুনা য়াখিবনি।

মজদা লৈবা মীওইশিংনা হৌখিবা চহি করা অসি ইতিহাসকী ওইবা অচুম্বা অসিগী চৈনা খাণ্ডহুনা লাক্লি, মতম খরগী মমাঙদা পোঃ অর্নোল টোয়েনবী কৌবা ব্রান্ড হিটরীগী মমিং চংলবা ঐতিহাসিক অমনা মসি চুঙ্গ হায়বা য়াখি। মহাক ঐখোয়গী লৈবাকসিদা অনিরক কোইরকখি, য়াম্না কুপ্না জাতিগী চাউখৎপগা মরী লৈনবা হাকেমশিং লৈনহুনা য়েংখি, পাকিস্তান খায়দোকখিবগী অচুম্বা, ইতিহাসকী ওইনা আশা তৌবা অদুগী মমাংদা আর্টিকল অমা পুখোকখি। লাইরিক অদুদা মহাক্না অস্মা ওইনা কোংদোকখি মহুদি—পাকিস্তান শেমখিবা অসি কুন শুবা শতাব্দী অদিদা মুসলিমশিংনা চহি চা ওয়ানিথোই চুপ্পা লৈবাক অসি শুক্লম চনগে হায়না মঙলকপা মঙগী অহানবা থোংথাং মায় পাকখে।

মখোয়না হকথেংনবা আগ্রেশন তৌহুনা অহানবা মায় পাকখিবগী মথৌ শঙহুনা মথংদা কাশ্মীরদা ওনশিল্লকখি। মহুৎসু মখোয় মচেং ওইনা মায় পাকখি। কাশ্মীরগী শরুক অছুম থোকপগী অমা মখোয়না খুদম চনশিন্দুনা লৈখি। হৌজিক কাণ্ডবা লৈরি। হৌজিক পাকিস্তাননা কাশ্মীরগী লেমহৌরিবা শককশিং অদু কাশ্মীরদা লৈবা প্রো-পাকিস্তান ওইবা মীওইশিংগা লোয়্নদুনা কাশ্মীর মপুং ফানা য়োংশিন্নবা হোৎনবা লেপত্রি।

## জিন্নাহগী মঙলান ইন্দুনা চৎপা।

অনিশুবা মখোয়না লান্দাবগী ফ্রন্ট অমনি ঐখোয়গী লৈবাকী মরু ওইবা মফমশিংদা মখোয়গী মীশিং হেনগৎনবা হোৎনবা অসিনি। কাশ্মীরগী মতুংদা আসাম মখোয়গী মথং টর্গেৎনি। মখোয়না চাং নাইনা মথং মথং আসাম, ত্রিপুরা, বেঙ্গলগী লেমহৌরিবা শকক্তা চঙশিল্লকখি।

মী থরনা ঐখোয়দা থাজহনখি মতুদি ইষ্ট পাকিস্তান্দ অচৌবা চাক তাঙবা অমা থোক্লে অদুনা মফমদুগী মী-শিংনা আসাম অমসুং রেষ্ট বেঙ্গলদা চংনখিবনি। পাকিস্তান মুসলিমশিংনা মমাঙগী চহি তরামঙাগী মমাঙদগী আসামদা চেনশিল্লকপা হৌখিবনি। মসিনা তাকপদি ইষ্ট পাকিস্তান্দা চাক তাঙবসি চহি তরামঙা চুপ্পা তাঙখিব্রা, মসিবু থাজবা য়াবা রাফমলা ? পাকিস্তানগী মুসলিমশিংনা চৌথিবা চহি তরামঙাদু চুপ্পা আসামদা চঙশিল্লকখি। মখোয়না আসামদা চঙশিল্লকপসি লোন্না থুপ্পা চঙশিল্লক-পনি অদুগা লোকেল মুসলিমশিংনা মখোয়বু চঙজফম পীবনি। মদুনা মরম ওইদুনা ইং ১৯৫০ দা মুসলিম মীশিং চাদা ১১ ওইরম্বনা হৌজিক চাদ ২৫ রোম চাং য়ৌশিল্লকলে, মসিনা আসাম অসি মুসলিম মেজোরিটি ওইবা প্রোবিন্স অমা ওইহন্নবা লৌতুনবা নত্তুনা অতৈ করি ওইবা য়াবগে ? মমৈদা মদুনা মতমগী মতুং ইন্না মশানা তাজবা ওইনা পাকিস্তানগী খায়াত্তা তারক্নবা শীনবনি।

আসামবু নিকহনখিবা এন্টি বেঙ্গলি রাইওট (খৃঃ ১৯৬০) তা মুসলিম মীয়াম্না অমসুং মুসলিম মিনিষ্টরশিং য়াওনা মখোয়গী মহৌশাগী ওইবা মওংদা থাজনিঙাই ওইদবা গেম কয়া শান্নখি। মখোয়না আসামি হিন্দু-শিং, বেঙ্গলি হিন্দুশিংগী মায়োক্তা লেপহনখি, মখোয়গী হৈনবী "সোর্ড এণ্ড ফাইর" না খুৎলাই ওইনা বেঙ্গলি হিন্দুশিং তান্থোক্নবা হিন্দুগী য়ুম-কৈ পাক্তক্নবা মৈ থাদোক্লমই। অসুম তৌদুনা মখোয়না প্রোবিন্স অদুদা চাগী হিসাবতা হিন্দুগা মরী লৈননা মুসলিমগী মশিং য়াম্না হেনগৎনবা হোৎনখি। থোকখিবা থৌদোক কয়া, অথুপ্পা হায়দোকদবা য়াম্না লৈ। বেঙ্গলি মুসলিম ভদ্রলোকশিংগী য়ুম অমত্তা শোকখিদে, বেঙ্গলি হিন্দুশিংগী য়ুমশিংদি মৈ থাদোকখি। পাউ-চেশিংদা মীকা-মীপুনগী পাউ কয়াম্তু ফোংনখি। ফারিবা মীশিংদু মখোয়না লুট-পাট তৌদুনা খোম্লকপা সম্পত্তিশিংদু ইষ্ট পাকিস্তান তাম্না পুর্রক্নবা হোৎনবশিংনি। মসি ইফোং ফোংলবা অচুম্বা থৌদোক ওইখ্রে, পাকিস্তানদগী লাকপা মুসলিমশিং

থম্না তোংবা গাড়ী মপোৎ কয়া থবকশিং অছু পাকথোক্লবা পাকিস্তানদগী লাকখিবনি। ঐখোয়না নিংশিংই মছুদি কাশ্মীর অমস্থং আসাম অসি জিন্নাহগী পাকিস্তান শেম্বগী মঙলান্দা শরুক অমা ওইখিবনি। পুম্নমক অসিদগী মখোয়গী এক্সন প্লান তশেংনা উবা ঙমখ্রে।

জিন্নাহগী প্লানগী মঙলান অছু ইচম চম্না পংখন-খনবনি হায়না ঐখোয়না খেত্তোকপা তারবদি মছু ঐখোয় ইশা ইশাবু হাৎচবা হায়বছু তাগনি। মতম অমদা ঐখোয় অছুম্না তৌরমই, জিন্নাহনা পাকিস্তান শেম্বগী দাবী অছু ভাবনা শাবনি হায়না থল্লমই। মখোয় লালগী থুৎস্থ-খুংলাই খোমজিনবা লেপ্পা লৈতনা চথরমই। মখোয় পুন্দুনা মসজিদতা রা তানবা, হিংসাগী থবক তৌননবা থৌজিনবা অস্থুম হেনগৎলক্লমই। চহি খরগী মমাঙদা কলিকাতাগী পুলিস কমিশনারনা "নাখোদা মসজিদ"-তা থুৎস্থ-খুৎলাই, নোংমৈ মরু অমস্থং বোমনচিংবা মরাং কায়না পৈশিল্লে মসজিদ অছুদা পৈশিল্লিবা খুৎলাইশিং অছুতনা কলিকাতা সহরগী শরুক তঙ্খায় অমরোম অমুক্তদা পোকখায়হনবা য়াগনি, মসজিদ অছুদা থি-হুম্বগী থবক চথছুনা খুদোং থীনিঙাই ওইবা মচাকশিং অছু শেংদোক্রবদি কলি-কাতা সহর মমুংদা শান্তি ঙাকুনা থম্বা অনকপা মতমদদি ওইখোক্লরোই হায়না চেকশিন ব্রাহৈ পীথি। চেকশিন ব্রাহৈ পীরুবা পুলিস কমিশনারছু খুদক্তা কলিকাতাদগী ট্রান্সফার তৌথোকখি। মতুংদা বোম পোকখায়বগী থৌওং কয়া দিল্লি অমস্থং অতৈ অতোপ্পা মফমশিংদা থোকখি, মাঙ-তাক্লবা থুগায়-খোৎকায় থোকহন্নবা শীনবা কয়াগী মতিক চাবা প্রমান ওইখি।

মখোয়গী মবুক ফত্তবা থৌওংশিং অসি অস্থুম চথবদা হেন্না থৌনা হাপলিবসি ঐখোয়গী হৌজিক মতমগী লুচিংবশিংনা য়াম্না শোনবদগীনি অমস্থং মখোয়গী থবক থানাশিং অছু থীংননবা অকনবা খুং লৈতবদগীনি। মখোয়স্থ নিংথিজনা নিংশিংলমগনি অরানবা তৌবশিংগী হিংশা অমস্থং ঈমু-নাইমু তাহনবা থোদোকশিংনা পাথৎহন্দুনা ঐখোয়গী লুচিংবশিংনা

ইমা লৈবাক্কী অমত্তা ওইবা শকফম য়েংহোক্লুনা লৈবাক্কী পাক চাউথ্রবা শরুকশিং পীথোকখিবনি। হৌজিক মতম ফাওবদা 'গুন্দাইজম' ত্তোরগা ঐখোয়গী লুচিংবশিংদগী কান্নবা ফংই হায়বসি মখোয়না উরি।

ইং ১৯৫০ দা নোংপোক বেঙ্গলদগী হিন্দুশিং পাক্তক্লনা হাংপা অমসুং লৈবাক্লুদগী পুম্নমক তাংহোকপা মতমদা থোদোক অমা থোকখি। তশেংনা হায়রিবা মতম'তুদা বেঙ্গল, বিহার, উত্তর প্রদেশ অমসুং দিল্লিগী মফম অয়াম্বদা রাইওট মথং মথং থোরকখি। ঐখোয়গী সরকারগী "কম্যুন্যাল রাইওট" থোকপা খুদিংমক আর: এস: এস: কী খুৎ য়াওই হায়বা খনবা অওক্পা রাখলগী ফিরেপ অমা লৈ। মতুনা মরম ওইতুনা ইউ: পি: সরকারনা ঐখোয়গী রার্করশিং ফাজিনখি। থোদোক অতুদা গুরুজীনা সর্দার পটেলগা থবক মরম খরগী উন্নবা চৎলুই। মশানা তাবা রাকম ওইনা গুরুজীনা সর্দারদা আর: এস: এস: কী মেম্বরশিং ফাজিল্লিবা করিগীনো হায়না হংখি? সর্দারজী খুম্লক্লমই—ইউ: পি: গী সরকারনা "ডিষ্টরবান্স" থোকহল্লিবা পুম্নমক অসি আর: এস: এস: কী খুৎ য়াওই হায়না রিপোর্ট পীরকপদগীনি। মখা তাবা ওইনা গুরুজীনা হায়রমই—ডিষ্টরবান্স থোক্লিবা মফমশিং অতুগী ফিভম কুপ্পা য়েংশিল্লবদি জিন্নাহনা নোংচুপ অমসুং নোংপোক পাকিস্তান শম্নবা 'কোরিডোর' অমা শেম্নবা তৌথিবা দাবী অতুগী শরুক অমনি হায়বা তশেংনা উগনি। রাইওট থোক্লিবশিং অসি নোংপোক পাকিস্তান্দগী হিন্দুশিং পাকশন্না তাংহোরকপা অতুগসু মরী লৈনৈ। পুম্নমকসিগী অর্থদি মখোয়না ঐখোয়গী সরকার অসিবু মখোয়না দাবী তৌরিবা কোরিডোর অতু ফংনবা হোৎনবদা য়াহনবা অসিনি। সর্দার পাটেল ডাহক তুমিন্না লৈরমই অতুগা হায়রকই চুমই, নহাক্কা হায়রিবা অসিদা অচুম্বা খরদি লৈরে। সর্দারগা উন্নবা মতুংদা ঐখোয়গী আর: এস: এস: কী কর্মীশিং লোয়নমক খুদক্কা থাদোরকখি।

## টাইম বোম।

সর্দার পাটেলনা নোংচুপ থংবা ইউঃ পিঃ অসি য়াম্না শক্তি লৈবা মুসলিম পোকেট অমা লৈরক্লি হায়বা শেংনা খঙলমই। মহাক্না নোংচুপ থংবা ইউঃ পিঃ অসি নোংচুপ পাকিস্তানগা মুসলিম তাবা বেল্ট অমগা শম্নহনবা পামলমদে। মতুংদা মহাক্না পার্টিশন মতুংদা নোংপোক পঞ্জাবকা নক্নবা মফমশিংদা থুন্দা লৈতা হন্দনবা মতিক চাবা চেকশিন-থৌরাং লৌখৎলমই। অদুম্না তৌরবদি রেষ্ট পাকিস্তানগা ইউঃ পিঃ গী মরক্তা "মুসলিম চেন" অমা শেম্নকনি হায়বসি মহাক্না উরমই। তৌষ্ট-গুম্বস্নুং আচার্য্য বিনোবা ভাবেনা কন্না তকশিল্লকপদগী গুরগাঁও জিলাদা মুসলিমশিং থুন্দাবা য়াহনখি। হৌজিক হায়রিবা লমদম অসি মুসলিম লাখ মরিগী মথক্তা থুন্দারি।

মতমদুদা, ইং ১৯৪৬-৪৭ তা থোকখিবা অচৌবা পোকখায়বা অদুগুম্বা অমা অমুক হন্না থোরকপা য়াবগী ইঙ্গিৎ ফংলমই, তৌইগুম্বস্নুং করম্বা মতমদা থোরকপা য়াবগে হায়বা চপ চাবা খঙনরমদে। দিল্লিদগী হৌরগা 'রামপুর' অমস্নুং 'লক্ষ্ণৌ' ফাওবদা মুসলিমশিংনা য়াম্না খুদোংথীবা প্লোট অমা পাংথোক্লবা. খুংস্নু-খুৎলাই পৈশিনবা, মী থাংদোক থাংজিন তৌবা, পাকিস্তানগা ভারতকা খুং থোক্লরকপা তাঞ্জাদা ভারত মনুংদগী মখোয়না খুং থাননবা য়াথং ভাইদুনা লৈরমই। টাইম বোম অদু পোক-খায়রম্নবদি দিল্লিগী ফাংখোঙ নিক্লমগনি অদুবু ঐখোয়না মতম চানা মিকপ থোকহৌবদগী মাঙ-তাক্লবা শীনবা থৌবাং অদু মহৈ য়ালহন্দবা ঙমখি। মসি ঐখোয়গী লুচিংবশিং খঙলমদবা নত্তে। অরোনবা ইন্টেলি-জেন্স রিপোর্ট লুচিংবশিংদা মতম চানা ফংলমই। তৌইগুম্বস্নুং মখোয়না ইলেক্সনতা উত্নুনা লৈরমই। ইলেক্সন হায়বদি ভোট বেঙ্ক থীবনি, মদুগী অর্থদি সোলিদ ভোট বেঙ্ক লৈবা মী কাংলুপশিং পেহম্নবা হোংনবা, থেম্বা হায়বসিনি। মুসলিমশিংসি অসিগুম্বা সোলিদ ব্লোক অমনি। "আপ্পীজ-মেন্ট" গী মরুদি 'সিদা' লৈরে, মদুগী মহৈমা য়াম্না মাঙ-তাক্লবা ফল।

## কাউথোকপসু লৈতে, তমশিলহৌবসু লৈতে।

মুসলিম লিগ থা-রোমদা নৌনা অমুক হাইগংলক্লমই। পাকিস্তান শেমথিবদগী অরাংলোমদসু হিন্দুশিং মিকপ থোক্লমই, মতম খরতগী ওইরবসু মুসলিম লিগকী খুদোংথীবা অত্থু উথিরমই। মরম অত্থুনা লিগকী লুচিংবশিংনা মখোয়গী হেড ক্বার্টর অত্থু মথারোমদা হোংখিরমই। হন্দক্কি মখোয়না ষ্টেটমেণ্ট অমা ফোংলত্থুনা হৌখিবা চহি কয়াদা মখোয়গী থবক-থানা পুম্নমক লোম্না থুপ্না তৌরম্বত্থ হৌজিক ফোংলক্লমই। কেরালাদা মীয়াম হৌবা আজিটেশন অমনা মফম অত্থুগী কম্যুনিষ্ট সরকার থুগায়বা ডমখিবদগী মখোয় মপান থোরক্লবগী খুদোং চাবা অত্থু কংলমই। মতুংদা লাকপা ইলেক্সন অত্থুদসু মখোয় মরাই হায়গংলকখি। কংগ্রেসনা মুসলিম লিগ য়াম্নবা চংপদগী ভারত মচেং তাখিবগী খুদোংথীবা অত্থু থেংনপ্রবসু থৌদোক অত্থুদগী মখোয় করিসু তমহৌখিদে, তমহৌবদি লায়রত্থুনা অমুক হন্না ইং ১৯৫৭ তা তৌখিবা ইলেক্সন্দা পাম্বোম তিং-থোক্লুনা বিশ্বাস ঘাটক তৌবা লিগপু অমুক কোনশিনখি। লাউথোংত্থুনা এন্টি ন্যাশন্যাল ওইবা থৌওং কয়া চত্থরিবা পার্টি অত্থুবু পণ্ডিত জবাহরলাল নেহরুনা মরৈপাক নিংবা মচাশিংনি হায়না শীংথাখি অমসুং হায়খি—মখোয়সিদি হান্নগী মুসলিম লিগতু নত্তে, অনৌবা মরৈপাক নিংবা, মখোয়গী কম্যুনিটি অমসুং ধর্ম্মদা রাথল লুপচবা অনৌবা পার্টিনি। "পেট্রিওটিজম" গী কয়াদা ডক্কিডাই ওইবা সংজ্ঞানো। তৌইগুম্বসুং নেহরুগী মরাইবক থীবা হায়বত্থুনি, মথংগী নুমিত্তা অল ইণ্ডিয়া মুসলিম লিগকী প্রেজিডেণ্টনা মখোয়গী পার্টিত্থু হান্নগী মুসলিম লিগ অত্থুমক্কি, করিমত্তা অহোংবা লৈতে, কেরালাদা মখোয়না নিংতম্বা "মোপ্লানাদ" ষ্টেট অমা শেম্নবা ইকোং ফোংনা শন্দোক্লমই।

থৌদোকশিং অসিদগী ঐখোয়না উবা ডম্বদি সেঞ্চুরি তজ্ঞায় অমা চুপ্না হোংনরকপা থৌদোক কয়া অমুক হন্না অনৌবা থরাই হাপ্লগুম

উরক্লিবা অসিনি। সেঞ্চুরি কুনগী মন্থুংদা ঐখোয়গী লুচিংবশিংনা মুসলিম-শিংগা মরুপ শাননবা হোৎনবা খোঙকমদা "খালিফ ট মুভমেন্ট" তা য়াওশিন্নবা হায়রখি। খালিফাট মুভমেন্ট হায়বসি বৃটিশনা টর্কিগী নিংথৌ মফম লৌথোকলুবদগী মুসলিমশিংনা বৃটিশকী মায়োক্তা হৌখিবা লালচৌ অমনি। হিন্দুশিংনা মী অমস্থুং শেনথুম খোমগত্তুনা মুভমেন্ট অদুদা তেংবাংনবা হোৎনখি। মুসলিমশিং বৃটিশকী মায়োক্তা অশাওবা লৈরম্বদু হিন্দুদা ওনশিল্লকখি। হিন্দুশিংগী মায়োক্তা "জেহাদ" লাউথোক্তুনা "হিন্দু কাফির" গী মায়োক্তা হাৎপা-তুপ্পা, মৈ থাবা, তমখিবা ওৎপা-নৈবা কয়া চথরকখি। অসিগুম্বা তু-চুংবা তমখিবা থৌওং অসি ভারতকী অতৈ মফমদা তানরক্লবা মতমদা তুকৎচনিঙাই ওইবা মুসলিম ক্রিমিন্যাল শিংনা তৌরিবা থৌওংদু থাগৎলদুনা মখোয়বু "ব্রেভ মোপলাস" মিংথোল পীখি। অস্থুম্না হৌজিক মতমদা লুচিংবশিংনা মুসলিম লিগকী সদস্যশিংবু "পেট্রিওটিক" কৌরিবা অসি খালিফাট মুভমেন্ট তা য়াওবা মতমদুগী মুসলিমশিংবু "থৌনাফবা মোপ্লাস" হায়না শীংথারিবা অসিগা চাংদম্নবা য়াই। থৌদোক অসিদগী ঐখোয়না তমহৌবা পারাদি জাতি ঙাক্লবা চেকশনবা, সেক্যুরিটিনচিংবদা ঐখোয়গী খবক ওম্বগী শক্তি, পুন্নমক পংথহনবা, শিহনবা, অমুক হন্না থোক্তনবা খুকউ শেনবা তাই হায়বসিনি।

মফম খুদিংদা তোঙান তানিংবা, য়ৈথায়-থীঙ্গাই তৌবা মুসলিমশিংগী খবক্তা ঐখোয়গী সরকারনা, ঐখোয়গী লূচিংবশিংনা অমস্থুং রাজনীতি দলশিংনা মতম পুন্নমক্তা য়োকখত্তুনা লাকই। ইং ১৯৬০ দা ইষ্ট পা-কিস্তানগী খুলনা, নারায়নগঞ্জ অমস্থুং ঢাকাদা হিন্দু মপৈ মপৈ হাৎখিবা অদুগী মতুং তাবদা থোকখিবা "কলিকাটা রাইওট" খুদম অমা ওইনা নিংশিংবা য়াই। ঐখোয়গী মতমদুদা শক্তি পায়রম্বা অঙম্বশিংনা ইষ্ট পাকিস্তানদা থোকখিবা থৌদোকশিং অদুগী লমন খুন্নকপনি হায়না থাজহন্নবা কন্না শন্দোকখি। তৌইগুম্বস্থুং অচুম্বশিং অদু করিনো অমুক্তা খন্থশি। "কলিকাটা রাইওট" কী অহানবা থৌদোক্তি ছাত্রশিংনা শান্তি

ওইবা মওংদা প্রোশেসন অমা চৎপদা মুসলিমশিংনা হাল্লা এটেক তৌরু-বনি। মখোয়না মখা তাবা ওইনা স্বামি বিবেকানন্দগী চহিগী ওইবা সেলেব্রেসন অমগী লাণ্ডবা অচৌবা একসিবিশন পান্দাল অমা শাগৎপদু মৈ থাদোকখিবা অদুনি। মমল য়াম্লবা উৎলম্বা পোৎ-চৈ, মান-চাং কয়া মাণ্ডহনখি। স্বামি বিবেকানন্দগী মেলানা উৎখিবা পোৎ-শিংসু মাণ্ডহল্লবা হিন্দুশিংনা মৈ থাখিবনি হায়বসি থাজকম থোক্তে। মসু গুম্বগী মুসলিম-শিংনা মখোয়গী হৌন-খণ্ডবা "ব্যানডালিজম"গী থৌওং চথরকপদগী থোকখিবনি। কালিকাটা রাইওট অসি ইষ্ট বেঙ্গলদা থোকখিবা রাইওট অদুদগী চথরকপা নত্রগা "রেফ্লিক্সন" নত্তে হায়বসি চিংনিঙাই লৈতে।

তৌইগুম্বসুং ঐখোয়গী সরকারনা বৃটিশনা চৎলম্বা খুত্থুং ইন্দুনা হিন্দু-শিংগী মথক্তা অকনবা চৈরাক থাখি অমসুং য়োংলৈ মেলৈ নাইবা খেন্নবা মিৎয়েংদা হিন্দুশিং কাপ্পুনা হাংখি। ঐখোয়গী কেন্দ্রগী মন্ত্রী অমনা অসুম্না লাউথোকখি—মুসলিম অমগী পুন্সিসি ঐখোয়দদি অশেংবা অমা ওইনা লৌই, সরকার অমনা মুসলিমগী পুন্সি অমবু অশেংবা অমনি হায়না থাজবা থমগদবনি। মহাক্না চাউথোক্না হায়খি—পুলিস ফায়ারিং অদুদা মুসলিম শিখিবা মশিংদগী হিন্দু শিখিবা মশিংনা য়াম্না হেল্লি। মহাক্কী অদুগুম্বা রাকোং অদুনা মুসলিম মন্ত্রী অদু মতমদুগী সরকারনা পুরিবা রাখলগা শাথিনা ওন্নরে, থৈদোক্তুনা চৎলে হায়বসু তশেংনা খণ্ডখি। ঐখোয়গী লৈবাকমক্তা চথরিবা থৌওংসি কয়াদা ফজত্রবনো?

## মশিং থিঙমদবা অপিকপা পাকিস্তানশিং।

লৈবাক্কী মফম পুম্নমক্তা, মফম অমদা মসজিদ অমা লৈরবা নত্রগা মোহোল্লা অমা লৈরবা, অদু ওইরবদি মুসলিমশিংনা মফম অদু মখোয়গী নিংতম্বা টেরিটোরি অমা ওইনা হেক্তা লৌই। ইশৈনচিংবা শক-শোন্দুনা হিন্দুশিংনা সভা যাত্র চৎলগা মখোয় য়াম্না শাউই। মখোয়না ধর্ম্মগী

থাজবনা মুংশিবা ইশৈ তাবদা অসি য়ৌনা মথরাই শোক্লবদি মখোয়গী মসজিদশিং অত্থু অহাংবা জঙ্গলদা তোংদোকখিবা য়াত্রা ? ঈংনা লাই খুরুম্বনা অচুম্বা ওইরোইদা।

চহি থরগী মমাঙদা আরব মুসলিম মৌলবী অমা ঐখোয়গী লৈবাক্তা লাক্লমই ; মঙোন্দা মখোয়গী লৈবাক্তা তৌবগুম্না কুরান থীবিয়ু হায়জরমই। মতুদা মহাক্না খুল্লক্লমই মতুদি—মখোয়গী লৈবাক্তদি কুরান থীবসি হারমনিয়ম অমস্থুং অতৈ যন্ত্রশিংগা লোয়ননা শকই, মফমসিদদি ঐনা অস্থুম্না তৌরবদি মফমসিগী অপঙবা মুসলিমশিংনা ঐবু মতুপ মতুপ কক্কে হায়রক্কনি। মসিনা মফম অসিগী মুসলিমশিংনা ইশৈ য়াওনা ধর্ম্মগী লাইশোন শোনবা অসি, ধর্ম্মগী ওইনা শাউফম থোকপা নত্তে হায়বসি ময়েক শেংলে। থাঙ্গৎশেংবদি মসি হিন্দুশিংগী মায়োক্তা তৌগে হায়না তৌবা খৎনবা হৌবা অমস্থুং মখোয়গী অপিকপা "ইণ্ডিপেণ্ডেণ্ট সেল" অমা লিংখৎনবা তৌবনি।

মখোয়না অসিগুম্বা এন্টিসোসিয়েল ওইবা, মীঙোন্দা মরাল শীহা অফোংবা শাজং অসি অস্থুপ থোনা ফনা তৌবা ঙম্লিবসি করিগীনো ? মসি ঐখোয়গী সরকারনা মস্থুং-মপাল অনিমক্তা শোগৎপনা থোকহনবনি, হায় কোর্টনা সিটিজনশিংগী ফণ্ডামেন্টেল রাইট শোকহন্দনবা পল্লিকনা চংনবা লম্বীশিংদা বেণ্ডগা লোয়ননা প্রোসেসন চৎপা য়াহল্লবস্থু ইকজিকুটিভতা পীবা রেগুলেটিং প্রোসেসনগী ডিসক্রিশনরি পাৱারশিং শিজিন্নহুনা শান্তি অমস্থুং মথং মনাঙ কায়দনা থম্নবগী পান্দমদা মসজিদ লৈবা লম্বীশিংদা হিন্দুগী প্রোসেসন চৎপা থীংই। থৌশিল অসিনা শান্তি ঙাক্নবা তৌনশিংদা মনা পীবদৌনা থোকই, শান্তি ওইনা হিংজবা সিটিজনশিংগী ফংফম থোকপা অধিকার মাঙহল্লি। আইন ঙাক্না চৎপা সিটিজনশিংদা চেকশিলহন্নবা থিংই অত্থুগা ফোংনা হিংশা য়াওনা চথরকপশিংদনা মখোয়না তৌনিংবা তৌবা য়ানবা মপুঙ ফানা থাদোকই। অস্থুম্না লৈবাক অসিগী মস্থুংদা অসিগুম্বা আইনগী চৎনবীসি য়াই অত্থুনা "মুসলিম পোকেট" শিং হায়বদি অপিকপা পাকিস্তান ময়াম অমা লৈহল্লি

মকমশিং অছুদা লৈবাক অসিগী "জেনেরেল লো" অছু শেমদোকুনা চংনহল্লি অছুগা মচিং মখোল লাইবা করবা মীশিংদা মখোয়না নিজবছুতা তৌবা য়াহল্লি। হকথেংনলমক নত্রবসু অসিগুম্বা নাকোইননা থুদোং চাবা পীবা অসিনা ক্ষাণত্তাল লাইকতা থুদোংথিরা ওইহল্লকই। অসিগুম্বা "পোকেট" শিং অসিনা প্রো-পাকিস্তান ওইবা মীওইশিংগী পাকশন্না লিংথংলবা কেন্দ্র ওয়া শেম্লকই।

## মশ্লেক লাবা থুদম থরা।

থুদম অমা পীবা তারবদা, খৃঃ ১৯৬৩ দা মহারাষ্ট্রগী মহুংদা লৈবা মালেগাঁওদা গণেশকী মুর্ত্তি থাদনবা প্রোসেসন অমা লাক্লমই। মুসলিম-শিংনা এটেক তৌরক্লমই, সরকারনা মহৌশাগুম্না লো এণ্ড ওর্দর ডাক্লনবগী নামদা হিন্দু ভদ্রলোক কয়া ফাক্লিলমই অমসুং পুলিস কষ্টডিদা নমশিল-লমই। হচি মচিদা মতেক মতেক লাম্বেংনরমই। আইন থুংদবা মওং ওইহল্লিবা অছু হিন্দুশিংননি হায়না মরাল শিজিল্লমই। মমৈদা গুরুজী মশামকা ষ্টেটকী অরাংবা থাকী মীওইশিং উম্নবা চৎলুই। গুরুজীনা মখোয়দা হায়রমই—থোদোক অছু মুমিদাংগী পুঙ ৮–৯ তাবদা থোক-খিবনি; মথংগী অয়ুক্তা পাকিস্তান রেডিও ব্রোডকাষ্টনা টাউন অছুদা মুসলিমশিং পাক্তক্লনা হাংলে হায়না লাউথোরকথি। থোদোক অছুগী মরমদা পুঙ থরা অছুগী মহুংনা পাকিস্তাননা কনদোনা খঙদৌরিবনো? গুরুজীনা হায়রমই—প্রো-পাকিস্তান ওইবা মীওইশিংনা ট্রান্সমিটর শিজিন্নদুনা পাকিস্তানগা ডাহক লৈতনা পাউ ফাওনবা লৈরমগনি। ষ্টেটকী অরাংবা থাকী মীওই অছুনা গুরুজীগী ৱাকমছু চুমগনি হায়খি। গুরুজীনা মথা তাখি—প্রাইম মিনিষ্টরগী ইন-কামেরা কনফরেন্স চথরি-ভৈদা কনফিডেন্সিয়াল ওইবা পাউ কয়া অহিং অছুমক্তদা পেকিং অমসুং রাৱালপিণ্ডি য়ৌথি হায়বসি খঙবীরিবা নত্রা? ষ্টেটকী অরাংবা মীওই অছুনা মহাক মছু খঙথি হায়না খুম্লকখি।

রা লোইশিল্লকপদা, মকম খুদিংদা, থবক ওইনা, পাকিস্তানগা ট্রান্সমিটরগী খুথাংদা ডাইক লৈত্তনা শন্নবা মুসলিম য়াম্না লৈ। মখোয়না সাধারণ নাগরিক অমনা ফংবা য়াবা অধিকার কয়াদগী হেন্না অহেনবা সুবিধা অমসুং থৌজাল ফংই, মসি মখোয়না "মাইনোরিটি" ওইবদগীনি। ঐখোয়গী সি: আই: ডি: ডিপার্টমেন্টনা মরৈপাক নিংবা মচাশিংদনা হেন্না কুপ্না শেন্নে, জাতিগী পুন্সিদা খুরো থাংবা মী-শিংবুনা কোম্না থাদোকই।

মতম খরগী মমাঙদা ইউ: পি: গী আসেম্বলিদা এম: এল: এ: অমনা চেলেঞ্জ অমা তৌখি, মহাক্না পুলিসপু লমজিংহুনা ট্রান্সমিটর লৈবা লক্ষ্ণৌ সহরগী মফমশিং তাকপা অমসুং থিগৎপা ভনগনি হায়খি। মতমদুগী সরকারনা মহাক্না লাউবা অদু ইতা তাবিথিদবগুম তৌখি। য়েক্কবগী এজেন্টশিংনা মবুক ফত্তবগী থৌরাং থৌশিল কয়া মুংঙাইন। চথরি অমসুং সরকার অসিনা মখোয়গী মাইকৈদা লেপলি হায়না খল্লি। অসিগুম্বা মীওইশিং কয়াগী মরক্তা য়াম্না মরু ওইবা মীওই অমসুং দায়ী চাউরবা কয়াসু য়াওরি। ঐখোয় মৈগী চৌওঙ্বা অমগী মথক্তা ফমলি, "সেক্যুলার রাষ্ট্র" দা লেল্লি হায়না মুংঙাইরি।

## অচৌবা ন্যাশন্যালিষ্ট মুসলিমশিং।

ঐখোয় হৌজিক মিকপ থোক্লসি, অকোয়বদা য়েংসি অদুগা মুসলিম লুচিংবশিংনা ভাংলিবা অমসুং তৌরিবা থবকশিংসিগী অশেংবা অর্থ খঙনবা হোৎনরসি। মখোয় মশামক্না ফোংদোরকপা রাফোংশিংনা খ্বাইদগী চাউবা "ন্যাশন্যালিষ্ট মুসলিম" শিংনি হায়না শিথানরিবশিংগী অশেংবা মচু করিনো হায়বদু মশাম্না তাকচরি।

মৌলানা মহম্মদ আলি, মহাত্মা গান্ধীগী য়েৎ-থংবা পাম্বৌম ওইনা নিংতম লাল চথরিবে মতমদা অমুক্তা নত্তনা ময়াম মমাঙদা কয়ারক লাউথোকখি অমসুং হায়খি—মুসলিমশিংগী মরক্তা খ্বাইদগী হেন্না পাপকী থবক তৌবা অমনা মাগী মমিত্তদি, মহাত্মা গান্ধীদগী হেন্না ফবা অমা ওই।

লাইব্রিক অহুম্বী কম্মেন্ট পীরম্বুনা হায়রমই, মৌলানা অহু জিয়াহদগী ফেমা হৈশিংবা ওইরমই, মতোম্বা থাদোক্লম্বরদি ভারত অসি মুসলিমনা ডোমিনেট তৌবা লৈবাক অমা ওইরম্বা য়াররমই।

মপাম্বোংগী অচুম্বা।

ওসি কাওবদা, মুসলিমশিংনা, গবর্ণমেন্টকী অরাংবা থাক্তা লৈবা মী ওইরবসু মপান্দা লৈবনু ওইরবসু এন্টিন্তাশন্যাল কনফরেন্স কয়াদা ফোংনা শরুক য়ামা থেংনৈ। মখোয়গী স্পীচশিংনা থৌওই উশিত্তুনা ওাংবা অমসুং ফোংনা লালম্বীংবা মতৌ উৎলি ; কেন্দ্রগী মুসলিম মিনিষ্টর অমনা অসিগুম্ব কনফরেন্স অমগী প্লেট ফোর্ম অমদা অসিগুম্বা চেকশিন রাহৈ হায়রম্বি মচুদি—লৈবাক অসিদা মুসলিমশিংগী ইন্টরেষ্ট চপ চানা ওাক্তুবদি স্পেইনদা থোকখিবা থৌদোক্তু লৈবাকসিদসু শোয়দনা থোকনি, মচুগী তুংগী অর্থদি—লৈবাক অসিদা মুসলিম ইন্টরেষ্ট ওাক্তুবদি স্পেইনদা তৌখিবা অহুগুম্বা খুংলাই পাম্বা লালকৌ হৌগনি।

মখোয়গী অম্বুপকী মতিক খোনা হাপওে, মচুদি মখোয়না মুসলিম লিগকী মমিংদা প্রোবিন্স কয়াদা ইলেক্সন শোগ্নদা নত্তুনা পব্লিক মিটিং অমসুং প্রোসেসনশিংদা "পাকিস্তান জিন্দাবাদ" হায়না স্লোগান কয়া লাউথি। মখোয়দদি, মখোয়না লাগাম য়াওদনা হাই-তুম্বা য়াবা লমদমশিং লিংখৎলবদি মহু "পাক" হায়বদি অশেংবা মফমনি হায়না লৌই। ভারতকী মখোয়না লৈরিবা মফম অতেচুদি "না-পাক" হায়বদি শেংদবা অনাংবা মফমনি হায়না লৌই। মচা অমনা কয়া য়াম্বা লমচৎ মাংলবা ফৎহন্দবা ওইহনসু মমাবু মাংলবা, পাপ চেল্লবীনি হায়বা অসি করম্বা ওইথোকখগে। অসিগুম্বা লৈবাক অসিগী মচাশিং অসিবু ঐখোয়না করম্বা থাজগদগে। পাকিস্তান শেমখিবশিং অচুনা অহুগুম্বা মওংদা অাংৌবা শেম্বা লৈবাক অহু "পাক" কৌরিবসি অওকপনি। মসিনা মেকা,

মেদিনা-নচিংবা মুসলিমগী অশেংবা মফমশিংগী অশেংবা ওইবগী চাং হল্লনা লৌই। মরমদি পাকিস্তানগা চাংদমনবদা মেক্কা মেদিনা-নচিংবা মফমশিং অসি না-পাক ওইহল্লে।

ঐখোয় মতম লৈরিবঙদা অসিগুম্বা থৌওংশিং অসি ন্যাশন্যাল সেক্যুরিটি অমস্তুং ইন্টিগ্রিটিনা মপুঙ ওইবা য়াকম ওইরগা অসিগুম্বা তমথিন্নবা ফিভম অসি লাকশিন্নবা তৌহৌরসি।

---

# মনুংদগী কিহল্লকপা।

## ২—খৃষ্টানশিং।

"হিউম্যানিটোরিয়ান" মায়খুম উপশিল্লবা ধর্ম্ম নত্তবা রাজনীতিগী লাল্লোং শান্নবা—নিয়োগি কমিটিগী রায়—নাগালেণ্ড, কেরালানচিংবা মফমদা তৌবা থবক—পৃথিবীগী মফম পুম্নমক্তা চপ মান্নবা রারী।

খৃষ্টানশিংগী মরমদা পন্নরবদা, মপান্থোংগী ওইনা য়েংবশিংনা অকায়বা করি অমত্তা তৌদবা, নুংশি হৈবা, মীওইবা জাতিবু নুংশিবা অসিনচিংবগী শকফম ওইনা উরি। মখোয়গী স্পিচনচিংবদদি "সার্বিস" অমসুং "হিউম্যান সালবেশন" নচিংবা রাহৈনা পিক থল্লি, মীওইবা জাতিবু রাংনা থাজংপীনবা মতিক চাউরবা ঈশ্বরনা থাবিরক্লবগুম্না ভাংই। মখোয়না স্কুল, কলেজ, হোস্পিটাল, মমা-মপা লৈতত্রবা অঙাংশিংগী ওর্কানেজ চলাইরি। ঐখোয়গী লৈবাক্কী মী-শিংনা ইচম চমজবা অমসুং লাঞ্জদবা ওইবগা হায়রিবা সংস্থানশিং অসিদা চঙই অমসুং কান্নবা ফংই। তৌই-গুম্বসুং, খৃষ্টানশিংসিনা অসিগুম্বা থবকশিংসি চলাইনবা লুপা কোটি কয়া হৈথরক্লিবা অসিগী অশেংবা অমদি নুংগী ওইবা রাখল করিনো?

## খুজিল পুখোরকপা।

হান্নগী লৈখিত্রবা প্রেজিডেন্ট ডাঃ রাজেন্দ্র প্রসাদনা নোংমা আসামদা চংলুই। মহাক্না চীঙলম অদুদা খৃষ্টান মিশন্যারিশিংনা লিংখৎপা স্কুল, কলেজনচিংবা তফম শঙশিংদু য়েংলুই অদুগা মাগী থাগৎ-রাহৈশিং ফোং-দোক্লমই। মহাক্না মখোয়দা অরোইবদা পাউতাক থরা পীরমই—নখোয় অকবা থবক কয়ামরুম তৌরি হায়বসি চিংনিঙাই লৈত্রবা রাক্ষনি; মহাক্না হায়রমই—তৌইগুম্বসুং পুম্নমক অসি ধর্ম্ম ওন্নবগীদমক্তা শিজিন্নগনু। অদুগী তুংদা মিশন্যারিশিং অদুনা য়াম্না শেংনা হায়রকখি—

ঐখোয়বু থবকশিং অসি তৌনবা শিন্নরকপনি, ইচম-চম্না হিউম্যানিটো-বিয়ানগী রাকমতদা ঐখোয়না মফম অসিদা করিগী লাকদৌরিবনো? ঐখোয়না করিগীদমক্তা অম্সুপ য়াম্বা পৈশা চাদিং তৌগদৌরিবনো? ঐখোয়না মফমসিদা লাকপগী অমত্তা ভাইবা মরমদি—লোর্ড জেজস খৃষ্টগী তুংইনবা মীশিং হেনগৎহন্নদগীদমক্তনি। মখোয়গী রাখল য়াম্না শেংলে।

পান্দম অমু ফংনবগীদমক্তা মখোয়না অফবা কত্তবা পাম্বৈ কয়া শিজিন্নরকখি। অরোনবা পাম্বৈ কয়া শিজিন্নদুনা খৃষ্টান ওলহন্নবা থৌরাং কয়া তৌখি। খুঙ্গং অমদা খৃষ্টান মিশন্যারিশিং, খুঙ্গং অদুগী মী খোং-খোংপা মীখলগী মীকোক ইথংপদা "খৃষ্টান" হায়না সেন্সস রিপোর্টতা চনখংলম্মে। মাগু তাক্লিভাই ওইবা থবতু ভুংদা খঙনরকপদগী মীশিংদুনা প্রতিবাদ তৌবমই। খৃষ্টান মিশন্যারিশিং অদুনা মখোয়শিং অদুদা হায়রমই -হৌজিক্তি কবিসু তৌবা য়াবরোই, গবর্নমেণ্ট রেকোর্ডতা মখোয় পুন্নমক খৃষ্টাননি হায়না রেজিষ্টার তৌরে। শোল্লবা খুঙ্গংগী হিন্দু খুনমীশিং অদু হিন্দু সমাজদগী মখোয়গী মরী ককনখি, খৃষ্টানশিংগী রা লোকবদগী হিন্দুশিংগী মতেংসু ফংখিদে। অসিগুম্বা ওইদবা থৌশিল কয়া শিজিন্নদুনা নুমিৎ খুদিং খৃষ্টান মশিং হেঙ্গংনবা থবক চখবা লেপত্রি।

মক ওইব খৃষ্টান মিশন্যারি অয়াম্বনা খোঞ্জেল অমত্তা ওইনা লৈবাক অসি "কিংদম অফ খৃষ্ট" গী প্রোবিন্স ওইহনবনা মখোয়গী অমত্তা ভাইবা পান্দমনি হত্তনা লাউরি। মাদুবাইগী আচবিশোপনা হায়খি মতুদি--ভারত পুন্নমক অসিদা খৃষ্টগী কিবাল পাইহনবনা মখোয়গী মরু ওইবা পান্দমনি। বোম্বেদা "ইউক্যারিষ্টিক কংগ্রেস" ফম্লিন্ডৈগী মমুংদা কার্ডিনাল গ্রাসিঅস না চটি চামা হেন্না ভারতকী মীশিংবু খৃষ্টান ওলহন্নবা হোৎনবদা কেথোলিক অসি শুপ্নগী মিলিয়ন তরুকতমা ওইরি হায়না তেংথাখি, মেজোরিটিগী অয়াম্বা শকক্তি হিন্দু ওইদুনা লৈরি। মহাকী তুংইনবশিংদা মখোয় মশামক মিশন্যারিগী থৌদাং লৌদুনা ধর্ম্ম ওলহনবগী থবক অসি

হেন্না কননশিংনহল্লু হায়না মখোয়দা তক্লরমই। পুন্নমক অসিনা করি অর্থ পীরিবগে? মসিন, খণ্ডনরিবদি লৈবাক অসিগী মী পুন্নমক অসি খৃষ্টান ওলহল্লু হায়বনি। মসিনা হান্না চৎনরক্লিবা ধর্ম্ম, ফিলোসোফি, কলচর অমস্তুং পুন্সিগী লম্বী পুন্নমক থাদোকহন্দুনা পৃথিবীগী ওইবা "ফেদেরেসন অফ খৃষ্টানিটি" দা লুপশিল্লো হায়বনি।

## ধর্ম্মরা পোলিটিক্সরা?

অতোপ্পশিংদা খৃষ্টান মিশন্যারিশিংনা চৎলিবা শাক্তং অসিনা তাক্লিবদি হৌজিক মতমগী ধর্ম্ম ওলহনবগী থবক'সি অশেংবা ধর্ম্মদি ইয়াও-য়াওদ্রে। ঈশ্বরগী নমিংদা, প্রোকেট অমস্তুং ধর্ম্মগী নামাদা মখোয়না মখোয়গী রাজনীতিগী আশা খুংননবা হোৎনবতনি। অশেংবা ধর্ম্মদা, ওলহনবগী, লাইনীঙ লাইশোল হোংবগী কান্নবা লৈতে। ঐখোয়গী ধর্ম্মগী মিশন্যারিশিংনা থাউনা মমাঙউদা অতোপ্পা লৈবাকশিংদা ধর্ম্ম শন্দোকপদা মখোয়গী ধর্ম্ম অদু অতোপ্পা মীশিংদা নমতুনা চৎকন্নবা হোৎনখিবা লৈতে। মহুগী পন্ন ইনবদা অতোপ্পগী লাইনীঙ লাইশোন্দা অয়েৎপা পীদনা, ঐখোয়গী গুরুশিংনা মখোয়বু হেন্না পাক-চাউনা খোনবা মপুঙ ফাবা দর্শন পীবা, হেন্না রাংবা, হেন্না কজহনবা মীওই ওইনবা হোৎনখি. মখোয়দা পুকচেল চাউবা অশেংবা তম্বীতুনা মখোয়গী থম্মোয় অমস্তুং কোক্কী গুণ হেক্লৎহন্দুনা হেন্না ফবা ভক্ত ওইহনখি। মশাগী লাইশোল তিনশোলদা অয়েৎপা পীখিদে। মতু অশেংবা ধর্ম্মনি।

খৃষ্টান মিশন্যারিশিংনা শন্দোক্লিবা ধর্ম্মগী রাখল্লোন অসি থাঙ্গেশেংনা অঙকপনি। মতম অমদা গুরুজীনা খৃষ্টান মিশন্যারি অমগা উন্নখি। মহাক্না গুরুজীদা ইংলণ্ডগী আর্চবিশোপ অমনা ইবা লাইরিক অমা পীর'মই লাইরিক অদু পাব্রবদি মিশন্যারিশিংনা তৌরিবা থবক থৌওং ময়েক শেংনা খঙগনি হায়না মিশন্যারি অদুনা হায়রমই। লাইরিক অদু পাখি

অতুগা হন্দোকখি। লাইরিক্তু হন্দোকপা মতমদা য়াম্না থাজবা অমগা লোয়ননা মিশন্যারি অতুনা লাইরিক্তু কমদৌই হায়না হংলমই ? গুরুজীনা খুম্নমই—"নংগী আর্চবিশোপ অতুনা অসুম্না তৌরবদি নহাক্কী কমহায়না তৌবা ?" পাউখুম অতুনা মাবু খঙপ্রেক খঙহল্লমই ! মতোন্দা গুরুজীনা লাইরিক অতুদা য়াওবা শরুক খরা লৌথোক্তুনা পুথোক্লমই অমসুং মতুদা হায়রমই—ঈশ্বর ফংনবগীদমক্তা কনাগুম্বা অমনা নোংমদা অশিন্নকুং লাই খুরুমগনি, নোংমাইজিং মুমিত্তা চর্চ কাগনি, অসি নত্তবা অতৈ নোংমগী লেমহৌরিবা মতমদদি হকচাংগী ইন্দ্রিয়গী মুংঙাইগদবা মথল খুদিংমক তৌবা য়াই। অসিগুম্বা য়াহৈশিং অসি, অচুম্বদি জেজস ক্রাইষ্ট কুম্বা অথোইবা প্রোফেট অমনা তাক্লম্বা অরাংবা থাক্কী ফিদমতুগী ওন্ন-তৈনবনি।

লোকনায়ক তিলকনা মাগী "গিতা রহস্য" হায়বা লাইরিক্তা খৃষ্টান মিশন্যারিশিংনা ঈশ্বর ফংননবা ধর্ম্মগী লাইনীঙ লাইশোলবু মখোয়গী মবুক ফত্তবা মওং অতুনা লাম্না অর্থ হন্দুনা মী-শিংবু অরানবা লম্বীদা পুই হায়না লাইরিক অতুদা পল্লি। অশেংবনি, 'সুম হায়না হায়নৈ—"খৃষ্টান অশেংবদি অমক্তনি, মহাক্তি ক্রোস মথক্তা শিখি।"

## মীচঙ মীথায় নাইদবা য়ারেপ।

মখোয়গী থবকশিংদি ধর্ম্মথক্তগী নত্তে, মখোয় এন্টি ন্যাশন্যালস্ন ওই। নোংমা খৃষ্টান মিশন্যারি অমদা ঐখোয়গী ধর্ম্মগী লাইরিকশিং, লাই অমসুং লাইরেম্বীশিংবু অসুপকী মতিক শেরান্নবা লৌতুনা চৈ-থাংই অমসুং থীনা তাংই, মসি করিগীনো হায়না হংলমই ? মহাক্তা শেংনা হায়রকখি—"ঐখোয়গী পান্দমদি হিন্দুশিংগী থম্মোয়দা চেল্লিবা থাজবা পুম্নমক্তু মাঙ-হনবনি; মখোয়গী থাজবা অতু মাঙহল্লবদি, মখোয়গী "ন্যাশন্যালিজম" অতুসু মাঙহল্লনি, মখোয়গী পুক্নিংদা করিগুম্বা অহাংবা মেন তাদবা অমা থোকহল্লনি, মতমতুদা মখোয়গী অহাংবা য়াথল অতুদা খৃষ্টানিটিগী য়াথল হাপচিনবা লায়রগনি।"

চহি খরগী মমাঙদা মধ্য প্রদেশকী সরকারনা কমিটি অমা শেম্লমই অমসুং মখোয়দা খৃষ্টান মিশন্যারিশিংনা প্রদেশ অদুদা করি থবক চথরিবগে হায়বা ভাকুনা রিপোর্ট অমা পীথৎলকুবা শিন্নরমই। মহাক য়াম্না ব্যবহার তৌনরবা থবক্তগী পোখাররবা হাই কোর্টকী জজ অমনি, মাগী কমিটি মেম্বরশিং অদুসু করিগুম্বা পার্টি নত্রগা গ্রুপনচিংবা অমত্তুদা য়াওদবা মীওই ভাক্তা ওইরমই। কমিটি মেম্বরশিং অদুনা মধ্য প্রদেশকী মফম খুদিং চত্তুনা খৃষ্টান ওনখ্রবশিং, খৃষ্টান মিশন্যারিশিং অমসুং অতৈ অতোপ্পা মী-শিং কয়াস্মু উন্নরমই। মখোয়না ৮৮ অয়ান্বসু য়েংখি। মখোয়না থিজিনবা, য়েংশিনবা কয়া অদুনা য়ুম্ফম ওইবগা য়াম্না শাংবা মরিক চুম্বা রিপোর্ট অমা শেম্লমই। রিপোর্ট অদুগী মচং ওইবা য়া অদুদি অসিনি "মী পুম্নমকপু য়াইফনবা তৌবা, বিশ্বপ্রেমগী মিশন্যারিগী থবকশিং অসি ধর্ম্ম ওলহন্নবগী ইচম-চম্বা মায়থুম উপ্তুনা চত্থবা ভাক্তনি, করিগুম্বদা কিহন্দুনা, অতোপ্পা মফমদা অচম্বা মী-শিংদুদা ওইজ-ওইথকী মিহৌহন্দুনা ধর্ম্ম ওন্হোকই। মিশন্যারিশিংনা তৌরিবা থবকী মরু ওইবা হৌরকফম মরুদি মখোয়গী মশিং হেন্গৎহন্লগা মীশিংগী শক্তি শিজিন্নদুনা মখোয়গী ওইবা তোঙানবা খৃষ্টান ষ্টেট অমা শেম্বা অসিনি, মখোয়না লুপা কোটি কয়া অমত্তা ভাইবা মখোয়গী পান্দম অদুগীদমক্তা চাদিং তৌরি।"

"পাদ্রেস্তান" অমগীদমক।

---

আসামগী মন্নুংদা "নাগাল্যাণ্ড" শেমখিবা অদুনা রাকমসিগী চপ চাবা খুদমনি। নাগা হিলস-গী ফোংনা থুংলাই পায়বা লালহৌ হৌখিবা অদু পুম্নমক খৃষ্টান মিশন্যারিশিংনা শিনখিবনি। রাকমসি পণ্ডিত নেহরু মশামক্তসু য়াখি। তেইগুম্বসুং ঐখোয়গী সরকারনা লৈবাক শিনথুংনা হন্না হন্না মফমদুদা শান্তি থমলে হায়না লাউথোকপদা চোকথখিদে। অদুবু অম্মুম্না লাউথোকপা খুদিংগী নোংভানবদা পাউচেশিংদা, রেলগাড়ী লুট তৌগ্রে থোং খরা পোকথায়হনখ্রে নত্রগা লাম্নীশিং "এম্বুস" তৌগ্রে

অমসুং হাংগ্রে, হায়বা পাউ ফোংই। লালহৌবশিং অসুগ য়াম্না লালগী খুৎসু খুৎলাই অতু কদায়দগী ফংলিবনো হায়বা য়াকম পার্লিয়ামেণ্টতা থাঙ্গৎলকখি। সরকারগী পাউখুমদা ফংখিবদি হৌখিবা লাঙ্গাওগী মনুংদা জাপান্না মায়থীহুনা চেনখিবা মতমদা মখোয়না শিজিন্নরম্বা খুৎলাইশিং অতু পুবা ওমখিদে, মখোয়না খুৎলাইশিং অতু জঙ্গলদা হুন্দোক্লমই অমসুং নাগাশিংনা মতু ফংহৌই হায়বসিনি। তৌইগুম্বসুং প্রেসতা থোরকপা রিপোর্টকী মতুং ইন্নদি, ঐখোয়গী লান্মীশিংগা নাগাশিংগা শোক্নবা লানফমদা শিখিবা লালহৌবশিংহুনা শিজিন্নরম্বা খুৎসু খুৎলাই-শিংহু ফাগৎখি। খুৎলাইশিং অতু আমেরিকানা মৌনা শাবা ওাক্তনি, শাবগী চহিসু খুৎলাইশিং অতুদা নয়মই। খুৎলাইশিং অতু খৃঃ ১৯৫৫ অমসুং খৃঃ ১৯৫৬ তা শাবা ওাক্তনি। ঐখোয়গী লুচিংবশিংনা খৃঃ ১৯৫৫ অমসুং খৃঃ ১৯৫৬ তা আমেরিকানা শাবা খুৎলাইশিং থাপথ্রবা খৃঃ ১৯৫৪ গী লাঙ্গাওদা নাগাশিংনা শিজিন্নরমই হায়বসি থাজহনবা ওমখিদে। অতুগা 'সুন্নসু হায়নৈ—নাগাশিংনা অনৌবা মোদেলগী এন্টি ইয়াবক্রাফ গন শিজিন্নরমই। অতুগা হায়রিবা খুৎলাইশিংহু মখোয়দা করম্না য়ৌরক-খিবনো হায়বগী প্রমানসু য়াম্না লৈ। আমেরিকানা পাকিস্তানদা পীবা খুৎলাইশিং অতু খৃষ্টান মিশন্যারিগী খুথাংদা নাগাশিংদা খুৎশিন্নরকই।

মতৌ অসুম্না লালহৌ অতু চথবকখি অমসুং মতম খরগী ওইনা ঐখোয়গী লুচিংবশিংনা মচেৎ ওইনা নাগাশিংগী দাবীহু য়াখি অমসুং "নাগালেণ্ড" শেমখি। নাগালেণ্ড শেম্নগী য়াম্না ফত্তবা খুদম হান্না তাকপা মওংদি, মসি হকথোংননা কোরেন মিনিষ্টরগী মখাদা থম্নমই, হোম মিনিষ্টরগী মখাদা লৈরমদে। হৌজিক ঐখোয়গী ষ্টেট পুম্নমক অসি হোম মিনিষ্টরগী মখাদা লৈহুনা শাসন তৌরিবনি। মসিগী কন্সেসন অসি পীননবা করম্না মপান্দগী তকশিল্লকপা য়াওবগে হায়বহু ফিভম অনিদগীনি। অমনা, চথহুনা লৈরিবা মন্নুংগী লালহৌদগী ফংলকপা শাহুন-শাফু অতুদগী ফংলকপা মায়পাকপা। নাগালেণ্ড শেম্নবা য়ারেপ লৌরবা মতুংদা,

ঐখোয়গী এরোপ্লেন অমা কাপথখি। অনিশুবা মথংগী ফিভম অছুনা ইন্টরন্যাশন্যাল ওইবা মওংনি। ঐখোয়না খঙই, ফিজো হায়বা নাগা লালহৌবগী লুচিংবছু ঐখোয়গী লৈবাক্কী মাঙখি। মহাক্না ভারতকী মাঙখিবা অসি পাকিস্তান অমসুং অতৈ লৈবাক খরগী মতেংনি। মহাক্না ইংলণ্ডদা চৎখিবা অছু শকনাইরবা খৃষ্টান মিশন্যারি মাইকেল স্কোটনা চংজফম পীখিবনি, মহাক্না ইনশিন্দুনা ফিজোনা ঐখোয়গী দেশকী ইজ্জৎ শোকপা রাফোং কয়া পীখি। ঐখোয়গী লুচিংবশিংনা ইন্টরন্যাশন্যালগী অফবা মিংচৎ ফংনিংবনা হেক্তিনমনখিদুনা থোক্লবা অমা লাক্লনি খন্দুনা নাগালেণ্ড পীবনা ফরগনি খনখি। পৃথিবীদা মখোয় "পিছ মেকর" অমা ওইনা মিংচৎ পাম্বদগী নাগালেণ্ডনা পোম্থা ওইখি। হৌজিক মখোয়না নাগাশিংদা "গ্রেটর অটোনোমি" পীবগী য়াখলগা লোয়ননা নাগা লালহৌবশিংগা য়ারী শাবা হৌরে। পিছ মিশন অছুদা মাইকেল স্কোটসু য়াওহল্লে। ঐখোয়গী লুচিংবশিংনা মখোয় মশামক পিছ মেকরনি হায়না উৎননবা হোৎনবদা লৈবাক মচেৎ তাইনবদা য়াম্না মমল লাই-চনখ্রে। ইন্টরন্যাশন্যাল প্রেসরসু অসুম হেক্সংলক্লি, অথুবা মতমদা নাগালেণ্ড খাইদোকখিদুনা "খৃষ্টান ফান্যাটিক" শিংনা খুত্থম চনবা মনিং-তম্বা ষ্টেট অমা ওইরকপা ওক্না থোকলোই।

## রার্ল্ড ষ্ট্রাটিজিগী এজেন্টশিং।

খৃষ্টান মিশন্যারিশিংনা পুক্নিং থোগতুনা শিল্লোংগী অকোয়বদা হিল ষ্টেট অমা শেম্মনবা হান্নদগী দাবী তৌবা হৌখ্রবনি। মখোয়না ঝারখণ্ড রাজ্য অমা বিহারদগী খাইদোক্লবা এজিটেশন অমসু হান্নদগী চথরি। অশেংবনি ঐখোয়গী লুচিংবশিংনা মখোয়গী দাবীশিং অসি ভাবনা শাবনি ওইবা য়ারোইদবনি হায়না ফোংদোকই। তৌইগুম্বসুং, তুংদা করি ওইরক্কদগে হায়বা অশোয়বছু ঐখোয় খঙদে। মরমদি ঐখোয়না হান্না ফংখিবা জ্ঞানদগী ফংবদি ঐখোয়গী লুচিংবশিংনা করিগুম্বা দাবী অমা য়াম্না

কয়া ওইরোইদবনি, এন্টি-ন্যাশন্যালনি হায়না হুন্দুনা ভাংলম্লগা মমৈদা মখোয়গী রাখল হোংহুনা দাবীহু য়াথোকখিবা য়ায়া য়াওই। অহুম্না মও মতৌ হোংদনা চথরকপসি ভারত মচেৎ তাহনখিবদগী হৌহুনা নাগালেণ্ড শেমকপা মতম ফাওবা চথরকখি।

অহুদগী কেরালাদা, কম্যুনিষ্ট মিনিষ্ট্রিগী মায়োক্তা এজিটেশন চথরিঙৈ মমুংদা খৃষ্টান লুচিংবশিংনা তোয়না হায়খি মহুদি—কেরালাদা লৈবা খৃষ্টান মিশনশিংগীদি শিব-চণ্ডবগী রাকমনি। মখোয়না মহুংদা অমুম হায়নমু হায়রকই—"কেরালা অসি ক্যাথোলিক মত্রগা কম্যুনিষ্টশিংনা শাসন তৌগদবনি ঐখোয় শাসন তৌবা পামই।"

চহি খরগী মমাঙদা, ইউরোপতা, খৃষ্টান ফাদরশিংগী ইন্টরন্যাশন্যাল ওইবা অচৌবা সভা অমা ফমখি। মীফম অহুদা মপুঙ ফাবা প্লান য়াওবা পম্ফলেট অমা চাইথোকখি। প্লান অহুদা খৃষ্টান ইনফ্লুয়েন্স লৈবা সেণ্টরশিং লিংখৎপা, বিন্ধ্য অমস্তুং সাটপুরা চীঙশাংশিং ফৈগাক কৈনা ফাওহুনা সমুদ্র তোর্ব্বান থুংবা লমদম অসিদা প্লানশিং অহু পাঙথোকপা হৌবা হায়বা য়াওই। প্লান অসিনা খা-পংবা পেনিনসিউলা অসি পুমকোম্ব কোইশনবা অমস্তুং খৃষ্টাননা ডোমিনেড তৌবা লম ওইহন্নবা শেম্বনি। অহুদগী হিমালয়ান বেল্টকী শরুক খোং খোংপা লৌশিনবা অনিশুবা তাক্কো পাঙথোকপগী রাকম থমই। মতম খরগী মমাংদা পাউ-চেশিংদা পাউ অমা ফোংনরকখি মহুদি—খৃষ্টান মিশনশিংগা মুসলিম লিগকা য়ানবা অমা তৌনখি, অনি অসি মান্নরগা লৈবাক অসি মখোয় অনিগী মরক্তা য়েন্নবা, গঙ্গা ভেলি হায়দনা পঞ্জাবতগী মণিপুর ফাওবা শন্দোক্লিবা লমদম অসিনা মুসলিমশিংগী ওইবা অহুগা পেনিনসিউলা অমস্তুং হিমালয়গী লমদম অসিনা খৃষ্টানশিংগী ওইবা হায়না য়ানরমই।

চহি খরগী মমাঙদা অল ইণ্ডিয়া কনফরেন্স অফ খৃষ্টানসগী মীফম অমস্তু ফমখি। মীফমহু কৌখিবগী মরমদি মখোয়না ভারতা খৃষ্টান এম্পায়ার অমা লিংখৎনবা অচেৎপা রাশক অমা লৌননবনি। মরেপ অহু লৌবদা মুংঙাইহন্নবা মতমহুগী কেন্দ্রগী মন্ত্রী অমস্তু য়াওই।

অসিনি লৈবাকসিদা লৈবা খৃষ্টান ভদ্রলোকশিংনা ঙসি শাররিবা রোল অসি, ঐখোয়গী পুন্সিগী ধর্ম্ম অমসুং সমাজ মাঙহনবতা নক্কনা তোঙান তোঙানবা পোকেটশিংদা, ওইখোক্লগনা লৈবাক পুম্বা মখোয়না খুত্থুম চনবা পামলম্বনি। মখোয়গী রোল অসি, মখোয়না চৎপা মকম খুদিংমক্তা মীওইবদা শান্তিগী অমসুং মচিন মনাও ওইবগী শকতাকপা ফিজোল শেত্তুনা জেজসকী পাউজেল শন্দোকই। জেজসনা মাগী তুংইনবশিংদা মখোয়গী লৈজবা থরা অদু লাইরবা তোল্ল-তারবশিংদা পীথোকউ হায়না তাকপীরমই। তৌইগুরসুং মাগী তুংইনবশিংনা থবক ওইনা কৈদৌরি? মখোয়না চৎপা মকম খুদিংদা "ব্লড গিভর" ওইদে "ব্লড সকর" ওই। খৃষ্টগী শিষ্যনি হায়রিবা মখোয়না মখোয়গী লোইলমশিংদা করি মরাইবক ওইহল্লি? মখোয়না খোঙদারুবা মফম খুদিংদা, লৈরম্বা লমতুগী মী-শিংডু ঈ অমসুং পিরাংনা চোৎহল্লি, জাতিদু তুমনা মাঙহল্লি। মখোয়না আমেরিকা, ষ্ট্রেলিয়া অমসুং আফ্রিকাদা হান্না মকমতুদা লৈরম্বা মী-শিংবু মতৌ করম্না মাঙহনখিবগে হায়বগী থন্মোয় কায়বা রারীশিংডু ঐখোয় তাগ্রবা নত্রা? খৃষ্টান মিশন্যারিশিংনা ঐখোয়গী লৈবাকমক্কুদসু তমথীনা ওং-নৈখিবগী ইতিহাস ঐখোয়না থঙগ্রবনি, মতৌ করম্না মখোয়না গোরা অমসুং অতৈ মফমশিংদা "সোর্ড এণ্ড ফায়ার" পুরকখিবদো।

সেণ্ট জাবিয়ারগী রারী অমা লৈ, মহাক্না পুন্সিদা খাইদগী নুংঙাইবা থৌদোক্তি নোনা খৃষ্টান ওল্লকপশিংনা মখোয়না হান্না লাৎলম্বা লাই-শিংবু খোংপাক্না নেৎখায়বা উখিবা অদুনি। মখোয়দুনা মখোয়গী লাইশঙশিং চিংথুদুনা থুদেকখি, মখোয়গী মমা মপা অহল-লমন হিন্দু ওইদুনা লৈহৌরিবশিংবু থীনা ঙাংদুনা ইকাইবা পীখি। হন্দক্তা কংগ্রেসনা কেরালাদা শাসন পায়বা মতমদা, বৃটিশনা ভারত থাদোকখিবা মতুংদা, হিন্দুগী শেংলবা থাজনগী লাইশঙ কম্না মাঙথোকখি অমসুং মুর্ত্তিশিং অদু থুগাইখি মখোয় ...গী মমুংদা মমিং চৎলবা হিন্দু লাইশঙ শবরিমলাইসু য়াওখি।

কন্যাকুমারীদা বিবেকানন্দ রোকতা, বিবেকানন্দ মেমোরিয়েল টেবলেট খৃষ্টান ফ্যানাটিকশিংনা মচেৎ মচেৎ ভানা থুগাইখি। অসিগুম্বা মী-শিং অসিনা খৃষ্টানিটি শন্দোকুনা মীওইবা জাতিদা থোজালগী অমৃত পীথকুনা শান্তিগী লাইরৈপাক ওইহনগনি হায়না শন্দোকলি।

অমুক কুইবা মতমসি খৃষ্টানশিংনা অসিগুম্বা থবকশিং অসিদা লুপ্পুনা লাকপনি অমসুং মথোয় মশামক খৃষ্টান ধর্ম্ম শন্দোক্লবগীদমক্তা ইন্টরন্যাশন্যাল মুভমেন্টকী এজেন্টনি হায়না খল্লরিবনি, অদুগা মখোয়গী পোক্লফম লমদম মমা লৈবাক অসিবুদি পাজবা থম্মু হায়বা য়াদ্রিবনি, লৈবাক্কী অশেংবা মচা অমা ওইনা মপা মপুশিংনা থনম্বা "হেরিটেজ", "কলচর" অদুবু ভাক্লা চৎলু হায়বা য়াদ্রিবনি। মথোয় মফমসিদা লৈবাক্কী য়েক্লবা ওইনা অমুম লৈরগনি, অদুগা মখোয়দমক্ক অদুগুম্বা শাজত্ত অদুম চৎপা তাই।

# মনুংদগী কিতল্লকপা ।

## ৩—কম্যুনিষ্টশিং ।

করম্না কম্যুনিষ্টশিং মন্না ঙাখিবা—মোংচুপ লোম্বু লান্না লৌবা—ম্রিয়্যাকশন্যারি কোকচন্নবা পাটি—ভূদান—সোসিয়েলিজমগী খুদোংথীবা চিমাগী থুহং ইন্না চংপা—জাতিগী প্রতিভা হেক্সংহল্লু ।

বৃটিশনা ঐখোয়গী লৈবাক থাদোকখ্রবা মতুংদা ঐখোয় নিংতম্লে, মতুংদা জাতি করম্না শেমগৎকদগে হায়দুনা তোঙান তোঙানবা "থিওরি" অমস্তুং "ইজম" শিং কয়া থন্ন লৈনবনা ঐখোয়গী মরু ওইবা ইস্তু ওইরে । চিংনদনা ঐখোয় মোংচুপ লোমগী "ডেমোক্রাটিক সেট-অপ" কী নমূনা অহু লৌরে । তৌইগুম্বস্তুং চহি অস্তুপ কুইবা চাংয়েং তৌবদা মপুঙ ফানা মহৈ লোকলে হায়বদি ঙমদ্রি । মীয়ামগী "কলেকটিভরিল" শাগৎপগী মহুত্তা মখল কয়াগী মশেল মুক্রবা, মশাগীতা য়েংবা মীওইশিংগী শক্তি অমস্তুং অমি অমি থোক্লা কায়বা অসিনচিংবা হেক্সংলক্লি ।

## কম্যুনিজমগী মুক্ফম শেম্নকপা ।

ঐখোয়গী লৈবাক্তা ডেমোক্রাসি শাথীনা ফেল ওইবসি ডেমোক্রাসিগী খ্বাইদগী শাথীনা য়েক্নবা ওইবা কম্যুনিজমগী অকিবা লাকপদগীনি । কম্যুনিষ্টশিংগী ইকোনোমিক আপ্লিল অহু মীয়ামদা য়োদনবা অমস্তুং কান্নদে থন্নবা হোৎনবদা মখোয়না মশাক্কা কম্যুনিষ্টকী চোইরোল অমস্তুং কম্যুনিষ্ট প্রোগ্রামশিং য়াম্না ব্যবহার তৌনা লৌশিল্লুই । লুচিংবশিং অহুনা, মখোয়গী লাম্লোংনা কম্যুনিষ্ট থেংনবা ঙমগনি হায়না খল্লবদি মহু শাথীবা অরানবা অমা ওইগনি । মখোয়না ইকোনোমিক ডেবেলবমেণ্ট ঙাক্তনা কম্যুনিষ্টতগী ঙাকথোকপা ঙমগনি হায়নস্তু খল্লি । "হায়ার ষ্টেণ্ডর্ডস অফ লাইফ" পুরকনি হায়বগী রাশক্তা মীয়ামগী নাকোংদা তক্তনা

নিলহল্লগনি। মতৌ অসুম্না মতম অমদা মীয়ামগী অাশা শাগৎলম্মু থুংহনবা ওইখোকখিদবনা মরম ওইদুনা মীয়ামগী নিংবা কায়বা, পেন্দবা, মকম মরাং খঙদবা হেন্গৎলকই। মফম অমত্তদা অরাংবা "সেন্টিমেন্ট" শিং হায়বদি মরৈপাক নিংবা, লমচৎ ফজবা অমস্থং জ্ঞাননচিংবগী মরমদগি আপ্লিল অমত্তা তৌবা থেংনদে; কলচর‍্যাল, "ইনটিলেকটিউয়্যাল" অমস্থং মোর‍্যাল ডেবেলবমেণ্ট-নচিংবগী মরমদসু অকনবা খোস্থোক অমত্তা লৈতে। অদুনা কম্যুনিজমগী মরু অসি রাখল থনবগী পাঙ্গল রাৎলবা অমস্থং নিংবা কায়রবশিংগী রাখল্দনা হেন্না থুনা হৌই অমস্থং মরা তাই।

## অচাকপা মৈদা ঘী হৈজিনবা।

কম্যুনিজম থেংননবা নোংচুপলোমগী লৈবাকশিংনা চঙশিল্লিবা লম্বী অসিমক্না ভারত্তা কম্যুনিজম শন্দোরকপ'সিদা লৈবাকশিং অদুনা মখোয় মশামকী থৌদাং য়ারি। আমেরিকানা "দোল্লর এইড" না কম্যুনিজমগী সমস্যা পুম্বা কোকহনগনি হায়না লৌই। অদুবু চীনা অমস্থং ভিয়েটনাম-দগী কংলকপা জ্ঞানদগী অসিগুম্বা "এইড" পীবগী থবক অসি "ন্যাশন্যাল কারেক্টর" অমস্থং "মোর‍্যাল" শাগৎপা নত্তনদি থোইনা কান্নবা ফংদে। "ইকোনোমিক এইড" না লোয়ননা শন্দোক্লিবা লৈবাক শিনথুংবা প্রো-পেগণ্ডা অদুনা মীয়ামদা "ইকোনোমিক কনশসনেস" পুরকপদা হেন্না অরুবা ওইহল্লি। অসিগুম্বা অশেংবা ক্রি ডেমোক্রেটিক লাইভকী য়াংলেন-শরু ওইরিবা ইকোনোমিক কনশসনেসম্ন পুরকপা ঙমহন্দে;

নোংচুপলোমগী মী-শিংসি অঙকপা হ্যালুসিনেশনগী লায়না অমনা নারি, মখোয়না ভারত অসি কম্যুনিজমদগী কল্লবদি "অল্ড হিন্দুইজম" সি মরাইনা শিজখ্রগনি হায়বা শেরান্নবা রাখল অমা চেল্লি। মখোয়না কম্যু-নিজমগী হৌরক্লিবা ঈথক অসি খৃষ্টানিটিতনা থীংবা ঙমগনি হায়না থাজৈ। মতম অমদা আমোল্ড টোয়নবী না কম্যুনিজম অসি "খৃষ্টান হেরেসি"

হায়বদি শেরাম্নবা ধর্ম্ম মত অমনি হান্নবা শেংনা কোংদোকখি, অদুগা মতুংদা মহাক মশামক্লা খৃষ্টানিটি অসি কম্যুনিজমদা পাউথুম অমনিহান্নবা অমুক হায়রকখি। মশামকী মতিক মপা চাদবদগী থোরকপা "রিয়েক্সন" অমবু করম্না খৃষ্টানিটিনা শেংদোকপা ঙমগদৌরিবনো? খৃষ্টানিটিভনা অসিগুম্বা ধর্ম্ম চত্তবা হিদেন কনট্রি অমবু কনবা ঙমগনি হান্নবা খল্লিবশিং অদুনা ভাহক্তুং লেপ্তুনা থম্বরগা পৃথিবীদা খ্বাইদগী অর্থোডোক্স ওইবা খৃষ্টান লৈবাক অমা ওইবা রুশিয়ানা জেজস খৃষ্টপু য়াদ্রিবা করিগীনো? ঐখোয়গী লৈবাক্তসু খৃষ্টান মীশিং খ্বাইদগী য়াম্বা প্রোবিন্স অমা ওইরিবা কেরালাদা কম্যুনিষ্টকী খ্বাইদগী চাউবা "পোকেট" ওইরিবনো? নোংচুপ-লোমগী মী-শিংনা মী অমসুং শেল য়াম্না থাদহুনা হিন্দুশিংবু খৃষ্টান ওলহল্লগা কম্যুনিজমদগী কনগনি হায়বসি থাজরবদি মখোয়না মশানা মশাবু লৌনমজবা তাগনি, মরমদি খৃষ্টানিটি শন্দোকপনা ঐখোয়গী মহৌশাগী ধর্ম্মগী থাজবা অমসুং ন্যাশন্যালিজম মাঙহল্লি, কম্যুনিজমনা "থাজবা" অদু মাঙহনগ্রবা মতুংদা মরা ভানা হৌগৎলকই। কম্যুনিজম হৌগৎ-লকপগী মরু ওইবা সাইকোলোজিকেল ফেক্টর মসিনি।

## "থাজবা" লৈত্রবদা কম্যুনিজম চঙলকই।

মীওইবা অসি চারগা ভাক্তা হিংবা য়াবা নত্তে। মহাক হিংনবা অমদি শিননবা থাজবা অমগা লোয়নবা তাই। অসিগুম্বা থাজবা অমা লৈত্রবদি পুন্সিগী চৎকদবা মায়কৈ অমসুং অর্থ মাঙখিগনি অমসুং মকম খঙদনা ভাউথখিনি। মতাক্তা থাজবা মাঙলে হায়না খল্লবদি হিংত্তুবা লৈবগী ফিভম ওইদ্রে। সাইন্স হৌগৎলক্রিঙৈগী মমাঙদা ইউরোপিয়ান-শিংগী পুন্সিদা দরকার ওইবা থাজবা খৃষ্টানিটিনা পীরমই। তৌইগুম্বসুং সাইন্সনা খৃষ্টানিটিবু শত্রুমগী ইঙ্গাং ওইহল্লে। মসিনা খৃষ্টানগী মঙম, শুন্দ্রং, পুন্সি অমসুং পৃথিবীগী রাখল্লোন পুম্নমক অরেম্বদা ভাহনগ্রে। ইউরোপনা অচৌবা নোঙ্গোয় অমা মাঙখ্রে অদুগা অমমুক ফংলে।

খৃষ্টানিটিনা ধর্ম্মদা থাজরম্বা অচু মাওংদ্রে, অচুগা বিজ্ঞানগী থাজবা অমমুক কংলে, অশেংবনি বিজ্ঞাননা অনৌবা ধর্ম্ম অমা অমুক ওইরক্লে। মীশিংনা ধর্ম্ম অমা থাজরম্বগুম্বা সাইন্সবু সর্ব শক্তি, সর্বজ্ঞ অমসুং সর্বদর্শী ওইনা থাজবা হৌরক্লে।

অচুম ওইনমক চটি কুমজা কয়াগী মনুংদা সাইন্স অসিমক মশানা অৱানবনি হায়বা প্রমান তৌরক্লে। সাইন্টিশশিংনা "বিশ্বব্রাম্মাণ্ড" অসিগী মরমদা মখোয় করিম্ম খঙদে হায়না মশানা য়াজরক্লে। হৌজিকী মতমদা মঙোন্দগী হেনবা সাইন্টিশ অমত্তা লৈজে হায়না লৌনরবা আইন্সটাইন্না ফাওবা ফিজিকেল সাইন্স অসিগী ৱাংমদা করিগুম্বা "রিয়েলিটি" অমা লৈ হায়বসি য়াথ্রবনি। মতৌ অমুম্না ভিক্টোরিয়া কুমজাগী "সর্বজ্ঞ" ওইবা হায়বদি পুম্নমক খঙলবা মওংদা, সাইন্টিশশিংন মখোয় মশামক জ্ঞানগী সমুদ্র তোর্ব্বান্দা নুঙ মচা মচা খুনবগুম্বনি, জ্ঞানগী সমুদ্রদি মমাঙদা শোকউবা ওমদনা তাচুনা লৈরি হায়রক্লবনি। সাইন্সনা অমুম্না থাজবা থম্লজবা অসিনা নোংচুপলোমগী মী-শিং অসি সমুদ্রদা থি-ল্লম্বা থাজবা চংকদবা হিসায় চুম্নবা নৌ য়াওদ্রবা জহাজ অমগা চপ মান্নরে। হান্নগী অমচু উবা কংলক্রে। অসিগুম্বা থাজবা অমত্তা লৈরক্তবা রাখলগী অহাংবা মতম অসিদা অচুম-শকপা, অচুম-মানবা "থাজবা" অমনা অহাংবা অতু মেনশিল্লে। অসিগুম্বা থাজবা অমতু কম্যুনিজমনি।

মরম অচুনা, করিগুম্বা মাইকৈ অমদগী ঐখোয়গী পুন্সিবু পীরিবা থাজবা, "থাজবা" অচুনা ঐখোয়বু হিংহল্লিবা অমসুং মী ওইবগী সংস্কৃতিগী থ্বাইদগী ফজবা লৈরাংশিং পুথোকখিবা থাইনগী থাজবা অসিবু মরু ফুকুংলবদি জাতি অসি মরু ফংনা মাঙখিবা তাবনি।

ওম-তৈনবা লম্বীগী খুদোংথীবা।

কম্যুনিজমগী আঙ্গিল অসি মতু ময়াই চন্নবা লৈবাকসিদা কয়া হোৎনখি। মী খন্না বিনোবাজীনা হৌদোক্লম্বা ভূদান মুভমেণ্ট অচুনা

কম্যুনিজমগী আপ্লিন অসি হুন্থখিবা য়াই হায়না খন্নখি। মতুগী ওন্ন-তৈনবদা, কম্যুনিষ্টকী স্লোগান—"লেণ্ড টু ডি টিল্লর" অদুগা বিনোবাজীগী রাখল থেনবা তুংইনবশিংনা "নহাক্না নশানা য়ানা পীদ্রবদি কম্যুনিষ্টশিংনা নহাকী লৈজবা পুম্নমক নমতুনা লৌখিবা শোয়দে" হায়না কিহল্লকপদগী মীয়ামগী রাখন্দা কম্যুনিজম অসি অচুম্বনি, শোয়দনা তৌরকপা মতারবনি হায়বা থাজখিদুনা কম্যুনিজমদা নাকোইননা অঙম্বগী য়াথং পীবগুম থোকপ্রে। থোইদোক হেন্দোক্না, মীয়াম্না মখোয়গীদমক্তনি হায়না তৌখিবা, মখোয়বু থাজংনবনি হায়বা ঈহৌশিং অহু থরাই য়াওবা রাংলি লৌনম্বনি হায়না চিংনবা পোকখি, মখোয়না হায়বা য়াই "কম্যুনিষ্টশিংসি মরাই হাইগংলে, নখোয়না শেমদোক্কনি হায়বা অমম্বুং তৌগনি হায়না রাশকখিবা পুম্নমক অসিগা লোয়নননা মাঙলোমদা চঙশিল্লকই। ঐখোয় মচিন পংবা, লৌশিং ফকচিনবা কম্যুনিষ্টশিংনা হেল্লা পামই। মখোয় য়ামদ্রবদা পুকচেল শেংবা পোনা ফবদি ওই। মখোয় মখোয়না নীংবদু হায়দোকই অদুনা মখোয়বু থাজে।" অদুনা থাজবগী ওন্ন-তৈনবদা, ঈহৌ অসিনা কম্যুনিষ্ট শন্দোকপগী লম্বী থোল্লমই। তশেংবনি, কম্যু-নিজমবু চিংননবা ওনখত্তুনা তৌরুবা থবকশিং মতম অয়াম্বদা খুদোংথীবতা তরকই। অচুম্বা অমম্বুং ওইগদবা থাজবা অমা মীয়ামগী থম্মোয়দা মমি তাহনবা ঙম্নগদা কম্যুনিজমগী "ব্যাস অল্লিল" অদুগী মথক্তা মীয়াম্বু থাজংপা ঙমগনি।

মীথরা লৈ মখোয়না খল্লি মতুদি শেনথুমগী থেন্নবা লৈরিমখৈ কম্যুনিজম হৌগংলকপা হায়বসি মশানা তাবনি। তৌইগুম্বম্বুং অচুম্বদি শেনথুমগী থেন্নবতনা অমগা অমগা মুংশিনদবা অমম্বুং কম্যুনিজম হৌগং-লকপগী অশেংবা মরম ওইরোই। শু-নোম্বু লেমজনবা ওইবা রাখল অসি ঐখোয়গী মী-শিংগী রাখন্দা লৌশিনবা ঙমদ্রি। খুদম ওইনা হায়রবদা রিক্সোয়ালা অমনা নোংমগী খুৎশুমন ওইনা লুপা ৩/৪ তাল্লি অদুগা মহাকপুদি "ফেলো" হায়না কৌনৈ, অদুগা কেরানি অমা থাদা

লুপা ৬০ তলব চাই, মাবুনা "বাবুজী" হায়না মিঙ্গৌনৈ। অমুম্না মিৎযেং খেন্নবা অসিনা, পুন্সিগী থবক খুদিংমক্তা অমগা অমগা হঙ্গোইনফম ওই। মসি ইকুই কুইন্দ্রিভৈ মতমদগী ঐখোয়গী পুন্সিদা চঙলকপা অঙাওবা রাথল অমনি। ঐখোয়গী দর্শন শাস্ত্রদদি কনাগুম্বা অমগী কর্ম্মদা অচোবা মচা হায়বা খেন্নবা অমত্তা লৈতে। থবক খুদিংমক সমাজগী শকফম লৌরিবা "সর্বশক্তিমান" ওইবা ঈশ্বরদা পূজ তৌবনি হায়না লৌই।

## "ব্যালোট" না সোসিয়েলিজম পুরক্লবা হোৎনবা।

কম্যুনিজমনা কিহল্লকপা অসি ঐখোয়গী লৈবাকী অতোপ্পা মাহৈক অমদগী অচুম্বা ওইহল্লি। মসি ঐখোয়গী হৌজিকী সরকারগী পোলি-সিনি। মখোয়না "সোসিয়েলিজম" অসি কম্যুনিজমগা হিরম অমা চপ মান্নে গুম্বগা পান্দমদু কয়ম্না ফংগদগে হায়বগী থৌওংদা খেন্নবতনি হায়না লাউথোকই। অহানবদা ঐখোয়গী মচিংবশিংনা সোসিয়েলিজমদি ব্যালোট বোক্সনা পুরক্লবনি, কশিংনা অমসুং চিনদা তৌনগুম্বা নোংমৈ-গুলিনা পুরক্লদবা নত্তে হায়। মসিনা খঙনবিবদি ঐখোয়গী লৈবাকী মীগা কশিয়া অমসুং চিনগী মীগা থন্নে হায়বা অসিনি। কশিয়া অমসুং চিনদদি মী-শিং অতুদি মশা খাং, জ্ঞান লাই, অতুনা মখোয়শিং অতুদি নোংমৈ গুলিনা নমতুনা মখোনা যৈথেক্লদবনি হায়বসিনি। ঐখোয়গী লৈবাকসিদদি মী-শিং অসিদি "হিরো-র্যাংশিপর"নি, হায়বদা য়াগনবা ভাগুনি। হিরোশিং অতুনা লাকুনা—মকপশা নখোয় লাউ, নরু লুকথো ঐ নখোয়গী নত্তক ককপা পামই, হায়রবদি মখোয়না শোয়দনা মকোক নোম্বরক্কনি অমসুং ককপিরো হায়রকনি। অসিগুম্বা বুদ্ধি জ্ঞান রাংপা য়াগনবা মী-শিং অতুদদি নোংমৈ মরুগী করি দরকার লৈ। ব্যালোট বোক্সনা অতুম মতিক চাই। লুচিংবা অতুনা সোসিয়েলিজমদা ভোট থাদথিবা মুমিৎকী নোংমগী মতুংদা মখোয়না মখোয়গী নিংতম্বা অতু

মাওংগী হায়বা খঙলকনি, লনাই মীওই অমা ওইনা মহাক অচৌবা মছিন অমগী অশিবা শরুক অমথক্তমা ওইরকনি। মখোয়না ফিভম অদু লাইবক্তা ভয়বনি খল্দুনা কোক নোনখিগনি।

ঐখোয়গী মী-শিংন চহি লিশিং অমা হেনবা মতমদা মুসলিমশিং শাসনদা কোক নোনখি। হৌজিক ফাওবদা মুসলিমশিং অদু অচৌবা লাইগুম্বা ওাক্তনি হায়না থাগৎনবা মী য়াওরিবনি। মী খরনা হিন্দু নিংথৌবু কৈথুম শঙদা থম্লগা মাগী সিংহাসন মুনখিবা হায়দর আলি অমসুং মাগী মচা নুপা টিপু সুলতান মশিং থীওমদবা হিন্দুশিংবু ইসলাম ওলহনখিবা, হিন্দুগী লাইশঙ কয়া থুদেকখিবা অমসুং নুপী কয়াবু ওংপা নৈবা, ইজৎ মাঙহনখিবা হায়দরগী মূর্তি শারগা পিনসি হায়রিবা ঐখোয়গী মী-শিংনি। অসি য়েৌনা ঐখোয়সি পুংপং পাংহল্লখনি। বৃটিশ লাকপা মতমদা, মী খরন সাহেবশিং অদু সর্গদগী থারকপনি হায়না শল্লোকই, খরা অমনা অতুম্না ফাওবা হায়বা য়াওই. ভবিষ্য পুরান্দা ঐখোয়গী লৈবাক অসি বিকটেশ্বরি কৌবী মহারাণী অমনা শাসন তৌরগনি হায়না মাওজৌননা তাক্লমই, মহাক অদু ভিক্টোরিয়া মহারাণী নত্তুনা অতোপ্পা কনা অমা নত্তে। অসিগুম্বা রাখল শোনবা, থাজগনবা মী-শিং অসিদি "প্রোপ্যাগণ্ডা" খরনা অতুম ওকপনি।

"জোন বনয়ান" গী "দি পিলগ্রিমস প্রোগ্রেস" কৌবা লাইরিক্তা পিলগ্রিম অদু হিংচাবনা ফারমই, হিংচাবনা অতুনা পিলগ্রিম অদু থুদক্তা হাংপা পম্লমই, তৌইগুম্বসু হিংচাবগী নুপীগী পাউক্তাকগী হিংচাবনা হায়রমই—নংনা পুন্সিবু অসি য়েৌনা অরাবা পোংলুম ওইহিবা করিগীনো? অম্মাঘাট তৌতুনা শিবমুক নুংঙাইবা অতোপ্পা অমা লৈত্রবনি, নংনা পাম্বা অম হায়যু—ছুরী, থোরী কোঙ্গোই, হু নত্রগা পাম্বৈ অমা হেক্তা শিজিননতুনা নংগী অরাবনা থল্লবা পুন্সি অদু লোইশিল্লু, মতম পুম্নমক্কী ওইনা অরাবা কোকপা ওইয়ু। অম্মুম্না ভাব তাহল্দুনা পিলগ্রিম অদু মমৈদা

মথন্থা শিজনবা শেম শারে। অহুদগী মরুপ অমনা পিলগ্রিম অহুদা পাউতাক পীরমই অমস্তুং লাং অহুদগী নাম্থোকুবা হায়রমই। মসিগী পাউতাক্তি, মরাল লৈতবা রাখল শোনবা মীদদি খর-খক্তিক থেম-নৌবা তৌরগা নোংমৈ মকুনা তৌবা ওস্বা থবক অহু লায়না পাঙথোকই।

## ফক্লাংদা ইবা।

সোসিয়েলিজমগী পোষাকী মথাদা থাক্লেংশেংনা থোক্লিবা থৌদোকপু করিনো? মফমসিদা লৌখৎলিবা থবকশিং অসি চিনাদা তৌখিবা অহুদগী থরা শেমদোকুবা "কার্বোন কপি" নি। খেন্নবা হায়বতবু চিনদদি চাউখৎপগী থবকশিং অহু শাক্তিং ডাক্তিং চাবগী মতৌঙন্নবা হিংশানা পুরকখি, অতুগা মফমসিদদি হায়রিবা খবকশিং অহু নিংথিনা লৈতেংলবা প্রোপ্যাগণ্ডাগী মতেংনা পাঙথোকই। মসিনা লৈবাক অসিসিগী সরকারনা লৌখৎলিবা থবকশিং অসি ঐখোয়দা ময়েক শেংলে। হৌজিকী চিনগী কম্যুনিষ্ট গবর্নমেন্টনা অহানবা শক্তি পায়রকপা মতমদা মখোয়গী মনিং তৌনা চৎপা শাসন্দা কনা অমত্তন। শীঙনবা পামখিদে। মরম অতুনা মখোয়না অহল ওইববা অচৌ-অশাংশিং, চীফশিং, ইণ্ডষ্ট্রী তৌবশিং মাঙহনখি অমস্তুং ইণ্ডষ্ট্রি পুম্নমক জাতীয়করন তৌখি। মখোয়না অচৌবা লমগী মপুশিং, মমৈদা অপিকপা জমিদার অমস্তুং ফার্মার ফাওবা তুম্না মাঙহনখি।

ঐখোয়গীসিদস্ক, লেণ্ডলর্ডশিং মাঙহনখি। হৌজিক ১৭ শুবা এমেন্দমেন্ট লাকলে, মসিনা লম একর মখায় অমত্তা লৈজবা অপিকপা ফার্মার ফাওবা ষ্টেট হোলডর ওইনা লৌতুন সরকার অসিনা ক্ষতিপূরণ পীদনা মাগী সম্পত্তি অতু লৌবগী রাক্ষম থন্নরি। কো-ওপেরেটিভ ফার্মিং কোলেক্টিভ ফার্মিং, ন্যাশন্যালাইজেশন অফ রেঙ্ক এণ্ড ইণ্ডষ্ট্রী অমস্তুং অসিগুম্বা সোসিয়েলিষ্টিক ডে ষ্ট্রীন কয়া চথরকলি। পুম্নমক অসি চাইনিজ লাইন অহু মথং মথং চথরকপনি। ঐখোয়না য়াম্না নক্না চৎমিন্নরিবা অসি

য়েংসি অমসুং ফক্লাংদা ইরিবশিং অহু পাসি। অসুম চথরক্লবদি ঐখোয় চুম্নগী মীনাই ওইরকপ্রা মেছিনগী খুৎত্ত খুৎলাই ওইরকপ্রা য়েংসি।

মথা তাবদা সোসিয়েলিজম অসি লৈবাকসিগী লৈহাওদগী থোরকপা নত্তে। মসি ঐখোয়গী ঈদা অমসুং মীরোল মথং মথং চথরকপদসু য়াওদে। চহি লিশিং কয়া চথরক্লবা জাতিগী পুন্সিদা মসি মীরোল খুৎথাং চথরকপা অমসুং ফিদম্নফম ওইবা অমসু ওইদে। মফমসিদা লৈরিবা ঐখোয়গী মীওই কোটি কয়াদা মসি মীরৈপাক্কী ওইবা অমা ওইনা লৌনৈ। অতুনা মসিনা ঐখোয়গী থম্মোয়দা তুজুংবা অমসুং কখোকপা অমসুং লমচৎ-শাজৎতা ইথিল পীবগী শক্তিসু অমত্তা লৈতে। মতৌ অসুম্না, ঐখোয়না উবদা মসি লৈবাক্কী সেবা, ফিদম্নভাই ওইবা জাতিগী পুন্সি অমগী মতিক চাবা অমসু ওইদে।

শীংথানবদা মতিক চাদে।

অরোইবদা, ঐখোয়না হান্না উখ্রে, সোসিয়েলিজম (হৌরকফমদা কম্যুনিজমগা চপ মান্নবা) রুশিয়ানা ফাওবা মসিমক সোসিয়েলিষ্ট ষ্টেট কৌরম্বা অসি "রিয়েক্সন" অমা ওইনা পোল্লকপনি, "ক্লাস কনফ্লিক" ঠিওরিনা পুরকপনি, মসিমক রুশিয়াদা ফাওবা করিগুম্বা অমত্তা কান্নবা পীবা ভমখিদে, ঠিওরি অমা ওইনা মহু কায়খি থবক ওন্থোকপসু য়াখিদে।

তৌজিক মতমদা ঐখোয়গী লুচিংবশিংনা সোসিয়েলিজমগী মাওনবগী মশক ওইবা অশোয়বা অহু কুপশিন্নবা হোৎনহুনা লৈরি। সোসিয়েলিজম অসি হিংহুনা লৈবা লনাই মীওই অমবু ডেমোক্রাটিক সোসিয়েলিজম, সোসিয়েলিষ্টিক ডেমোক্রাসিনচিংবা স্লোগান কয়া শেমহুনা মীগী অধিকার মাওহন্নবা হোৎনৈ। তশেংবদি ডেমোক্রাসি অমসুং সোসিয়েলিজমগী মাখল্লোন অনি অসি অমগা অমগা করুবনি, সোসিয়েলিজম ডেমোক্রাটিক ওইবা য়ারোই, ডেমোক্রাসিনা সোসিয়েলিজম ওইবসু য়ারোই। মরমদি

লনাই মীওই অমগী নিংতম্বা ভাকপা। হায়রবসি ডেমোক্রাসিগী অহানবা থাজবনি, অদুগা মসি সোসিয়েলিজমগীদি অহানবা ভিকৃটিমনি। ডেমো-ক্রাসিদদি লনাই মীওই অমগী চাওলেম্বা অদু রাংনা থাঙ্গৎলি, অদুগা সোসিয়েলিজমদদি নাগরিক অমসি চাকা অমগী কাংথোং ময়া অমগুম্বনি, অচৌবা মেছিন অমগী মথরাই পান্দবা মরৈ য়োংপী অমগুম্বতনি।

## জাতিগী লাইওইরবা মী-শিংগী প্রতিভা হিঙ্গৎহল্লু।

মতৌ অসুম্না বৃটিশনা ভারত থাদোকখ্রবা মতুংদা ঐথোয় ইশামক্না মকম মরাং খণ্ডবা ফিভম অমদা মীরৈপাক্কগী চঙলকপা ঠিওরি অমসুং ইজম কয়া মচেং মকাই ওইনা লৌশিন্নবা হোৎনখি। মসি পাকশন্না খন্নবগী শক্তি চেনবা দর্শন লৈবা, জাতিগী পুন্সিদা, রাজনীতি, শেনথুম, সমাজিক অমসুং অতৈ থৌওং-থৌশিলদা নৌনা শেমগৎনবা অচুম্বা লেঙ্গন্দবা য়ুম্ফম পীবা ঙমখিবা ভারতকুম্বা লৈবাক অমদদি য়াম্না তোম্থ-হনবগী মওংনি। নোংচুপলোমগী অসিগুম্বা "ঠিওরি" অমসুং "ইজম" শিং অসিবু মীওইবগী রাখলগী য়াম্না রাংবা থাকনি হায়না থাজরুরবদি, ঐথোয়গী রাখল লৈবশিং, অনৌবা পুথোকপগী শক্তিদা পুখবা অমা ওইরগনি। মরম অদুনা, ঐথোয়গী ওইনা মতম পুম্নমক্তা চুম্নবা, থাইনগী লাইওইরবা ঋষিশিং পুথোক্লুনা মরম চাবা, থবকী জ্ঞান অমসুং ইতিহাসনা চাংয়েং তৌগ্রবা অনৌবা জাতিগী পুন্সি ওইথোকহন্নবা শেমগৎপা চওই।

লোইরবা।



About the authour

# M.S. Golwalkar

Shri M.S. Golwalkar was a leader with a 'broad national outlook' who always thought on all India basis.

Shri Golwalkar had faith in spiritualism and had great regard for other religious faiths. He did not have a narrow view of any religion. In fact, he had love for the Muslims and only wanted them to join the national mainstream.

*—Acharya Vinoba Bhave*

He held a respected position in national life by the force of his personality and the intensity of his conviction, even though many of us could not agree with him.

*—Smt. Indira Gandhi*

He was able to create a large following and enforce strict discipline among his followers. Anyone who succeeds in introducing discipline among a large body of people does a national service.

*—Shrijagjivan Ram*

Shri Guruji was the Swami Vivekananda of the modem era, steadfastly dedicated to the building of a great and glorious Bharat.

*—Shri L.K. Advani*

Shri Guruji personified the ideal of simplicity and dedication to duty. He ardently believed in the reforms of Hindu culture and traditions and worked for it zealously.

*—Shri Zail Singh*

Though it would appear paradoxical, yet the fact remains that he was respected among thinking Muslims - not because of his philosophy but because of his courage of conviction, pure honesty, free from hypocrisy.

*—"Radiance" a Muslim, weekly*

The presence of Shri Golwalkar - a great man of culture - was most essential during these hard times through which the country is passing.

*—Jain Muni Sushil Kumar*